# শ্রীশ্রীলক্ষ্মণ দিগ্বিজয়

## অনিশুবা শরুক

মণিপুরী লোন্দা
শ্রীইরাবোৎ সিংহ

# শ্রীশ্রীলক্ষ্মণ দিগ্বিজয়

## অনিশুবা শরুক

মণিপুরী লোন্দা সংকৃতনা লৈতেং ওইরগা পদ লাচাড়ী থামনা ইরবা

শ্রীইরাবোৎ লাইরিক থীবা

মমল লুপা ৪·৫০ নি।

# হায়জবা

শ্রীশ্রীলক্ষ্মণ দিগ্বিজয় অহানবা শরুকপু পাবি য়েংবিরবা অমসুং লৌবিরবা অনিশুবা শরুকপু লৌবিনি হায়না চাইবিরবা 'সংজন' ওইরবশিংগী মফমদা হায়জরি মরমদি—লাইরিকসিদা মাওরগী দোষ পুম্নমকপু তোঙ্গবা ননাইগী ইথক্তা হাপ্পিরগা শ্রীরাম সীতা লক্ষ্মণ অহুম্মক্কী নামামৃতবু ত'ংথক লৈতনা লৌবিগনি হায়না নিংজরি।

শ্রীরাম লক্ষ্মণ-বু থুংশিবিদুনা অয়াম্বা বানামচিংবা শেংতোক-পিদুনা লক্ষ্মণ দিগ্বিজয়বু মপুং ফাহনবিরবা শ্রীরাসবিহারী মেনেজরবু হন্না হন্না থাগচরি।

তাং ২৭। ১২। ৬৯ ইং

শ্রীহৈরাবোৎ

# হিরম লামাই

# লক্ষ্মণ দিগ্বিজয়

## অনিশুবা শরুক

### মাপলশুবা অধ্যায়

#### মঙ্গলাচরণ

রামং লক্ষ্মণপূর্ব্বজং রঘুবরং সীতাপতিং সুন্দরং
কাকুৎস্থং করুণাময়ং গুণনিধিং বিপ্রপ্রিয়ং ধার্ম্মিকম্।
রাজেন্দ্রং সত্যসন্ধং দশরথতনয়ং শ্যামলং শান্তমূর্ত্তিং
বন্দে লোকাভিরামং রঘুকুলতিলকং রাঘবং রাবণারিম্ ॥

শ্রীরাম সীতা লক্ষ্মণবু হন্না হন্না থুরুমজৈ।
ভরত শত্রুঘ্নগী চরণদস্ থুরুমজৈ ॥
মহাদেব থুরুম্মী ভগবতী থুরুম্মী।
শ্রীগণেশবু থুরুম্মী সরস্বতী থুরুম্মী ॥

ব্যাসনা হায় হে অর্জুন, মতাংববু রারৌনি।
শত্রুঘ্ন বীরদো সাজন অমুক তৌবদি ॥
শামুলক তন্নাগা শগোল লক অহুমনি।
থুতা থুংলায় পাররুম্বা খোঙমী লক তরানি ॥
দমা টাকা নৈরনা কোটি অহুম রাহনি।
কাংসি করতাল মনীগা পুক্লিং হুথক হুংশিবা ॥

লানগী সিংহনাদনা লাইয়াম হেক্ত' নিক্লবা ॥
পৃথ্বী থকথক নিক্তুনা থাঙতী ধ্বনী কনখ্রেদা।
মতমসিদা রামনা হায় ভরত লক্ষ্মণ অনিদা॥
ইনাও শত্রুঘ্নসে নখোয়-নিনা থিনজোকউ।
মঙ্গল পীননববু ইমা ময়াম কৌথোকউ॥
জানকীনচিংলবা ময়াম মঙ্গল তৌহল্লে'।
লফু-চুগা লোইননা পূজা ঘটপু তৌহল্লে' ॥
পুকচেল লেপ্পী হুপীন' চেং থোইদিং পায়হল্লো।
গন্ধর্ব্ব ইশৈ শকহল্লো জগোহ শাবী শাগল্লো॥
কোম্নুংদগী মীয়ামসি পুক্লিং ডম্মা পেলহল্লো।
অম্মাং মাইগৈ লম্‌'সে মঙ্গল ওম্মা তৌহল্লে' ॥
থৌওইজ্রবা মচাশিং শাগৈ ভুম্মা হাংকুনি।
অতোপ্পদি লৈশম্ন সীত ফাওবা তৌজ্রদি॥
বন্দা থানি খুদক্ত', হায়রিবসি তাকল্লো।
ভরত মচা নহাকস্তু নাত্তোন মতুং ইল্লুল্লো॥
বালি মচা অঙ্গদ নংস্তু চংলু লানসিদা।
মতৌ অন্নম তৌদনা রামন' অজ্ঞা পীলিদা॥
রাম-গী অজ্ঞা কংবদ ওম্মা সাজন তৌখরে।
জানকীনচিংলবী হুপী ময়াম থোরক্লে॥
লম্বী উকুল কানবা চাইরে চন্দন আবের।
কনা মঙ্গল লাউরক্লে কনা ইশৈ শকচব' ॥
লান্দা হৈথোই শিংথোইবা শত্রুঘ্নদো থোরক্লে।
নাগেশ্বর লৈহাওগী পরেং কজনা য়েৎলে॥

## লক্ষ্মণ দিগ্বিজয়

নাক্ক-য়েত্তা য়েংবদা কয়াদবু নিংথিরে।
শ্রীরামগী চরন্দা মঙারকপু থুকমলে॥
মথুং পায়নচিংখৎলে আলিঙ্গনবু তৌবিরে।
লক্ষ্মণ-না হায় রাম-না ঙসি নংবু চানবীরে॥
নংনা নিংবা পূর্ণমক থুংলগনি হৌজিক্তি।
মরোন অহুম মবুঙেঙা মানা শেম্বা ঙাক্তনি॥
মীগী মশক লৌত্থনা পেংক্রবনি নারাণ-না।
হিংচা-য়াইতম কত্তবা লোথোকপিরি মহাক্না॥
রাম-গী নামবু ঙাবদা রাক্ষনরি য়েক্নবা।
মৈ ঈশিংগী মরক্তা শিররোইদো ওশেংবা॥
পূর্ণিং হকচাং লোইননা রাম-গী সেবা তৌজোকো।
মকম থুদিং চৎপদা চিংনগনু নহাক্না॥
মেঘবর্ণ পুদৌরি ম-গী মরম হায়গেকো।
অঙাংনিদো মহাক্তি লাম্বা ইহবা নত্তেকো॥
অঙ্গদনা হায়বা রা হিক্তোকনু নহাক্না।
অঙ্গদদা শিমরে রাঠৈ অসি হায়দুনা॥
লানগী মরম পূর্ণমক তম্বীয়কো ননাইসে।
হৈজ শিংজদবনি অঙাংনিকো য়েংঙূসে॥
অক-কত থঙত্রিবা লৌকং পায়বা হৈত্রিবা।
কুবেরগী মচানি ঙমকত্রবা অকনবা॥
লাম্না কনবা কান্দুনা পুক্নিং তক্নিংগনুকো।
রাম-গী নামবু শোন্দুনা সিংহনাদ লাউজোকো॥
রাম-গী নামবু শোনবা মী মঙ্গল ওইনি লাউরক্রে।

মতমসিদা শত্রুঘ্ন চংকে হায়না থৌগংলে ॥
দোলায় পুশিল্লক্লোকো ঐগী ইমাং অসিদা।
মতমসিদা কৌশল্যা কৈকেয়ী অমা সুমিত্রা ॥
মখোয় অহুম লেপ্তুনা মঙ্গল হেক্তা লাউরক্লে।
জানকী উর্ম্মিলাসু, চন্দ্রকলা থোরক্লে ॥
সুদক্ষিণা, পুণ্ডরী অসিনচিংবী থোরক্লে।
তিংথৌ-কৌনচিংবা পায় মঙ্গল ভোগে চাইরক্লে
পুং-সেন মোইবুং নিল্লক্লে মঙ্গল ভন্না তৌরক্লে।
প্রজা পুম্না হয়াওরে জয় ধ্বনীনা নিল্লক্লে ॥
শত্রুঘ্ন লাউরক্লে রাম-গী মমাং অত্থদা।
রাহৈ থম্না হায়জগে পূঙ্কিং ভপ্পা ভাবোদা ॥
হন্দক ঐনা কুবের ওন্নক্তবা খোঙ্কবা।
ব্রাহ্মণ তরা হাংপগী ওইগে পাপ্পু কংজবা ॥
রামগী কৃপাদগী লক্ষ্মণনা ইন্দ্রজিৎ হাংপনি।
প্রভু কৃপা লৈরবদি কুবেরবু ওনপনি ॥
রাহৈ অসি ভাবদা রাম লক্ষ্মণ ফুংভাইরে।
সিংহনাদ লাউনমে অভিয়াসি নিনথরে ॥
মহৈ-মহৈ লাউমম্বি ফুংভাইবগা লোইমনা।
জয়ছন্দ নিংথৌনা পয়ারদা পামজমা ॥
ইতিহাসসে লেংথি পাপ্পু কোক্লবা হায়জমা।
মমারোনবু পামজবা রাঘব মতুং ইন্দুমা ॥
শ্লোকশী থুগাইরে ইজখি পদ ওইমা।
মীয়ামগী ভাব ভানবা রাঘব মথু তৌহন্না ॥

## লাচাড়ী :—

শত্রুঘ্ন মথৌনা কবা, লান চমগেবু য়াশরুবা,
শ্রীরাম-গী মাংহুদা চিংনদনা।
পেনখরেদো শ্রীরাম-না, চুপ্লক্লেদো কোন্দুনা;
পমহনা জগোই শারে হয়াওনা॥
অহুগী তুংদা শত্রুঘ্ন, রাম-বু কোইরে য়েংওইননা;
অমুক ভরত মাংদা লেপ্লরেদো।
মথুং অমুক লোয়রে, লক্ষ্মণ মাংদা লেপ্লরে;
অমুকসু লক্ষ্মণ চয়ন্দা খুয়ম্মেদো॥
য়থুত্তা তাপ হেক পায়বিরে, হৃদিদা চেজেং কোনবিরে;
খান্বা চমজ্রে মীৎলুদগী পি শিন্থরে।
লৈওয়বা ইনাওনিকো, কয়ম তোনা লান তোনিকো;
করি ওইনি খনবদা ঙকখরে॥
নংদি লঙ্কা য়োক্লিখনি, কনাগা লান তৌক্লিখনি;
দেশ কয়াসু কোইক্লিকো।
লাম্না কয়বা কান্দা, নহাক্না কিয়রুবদা;
রাম রাম হায়না হেক শোয়ুকো॥
লক্ষ্মণ-গী য়া তায়বদা, সূর্য্যদেব খুয়ম্মেদা;
খুয়ম্মে নিংথেমসুবী মমাশিজন্নিং।
অকনবা শত্রুঘ্ন অদো, জানকীবু খুয়ম্মেদো;
চন্দ্রকলাবচিংবা ময়ামশিং॥
মথুং অনি লোয়রক্লে, শত্রুঘ্ননা চঙংলক্লে;
চন্দ্রকলাগী মমাংমতুদা।

লক্ষ্মণ-দি ইয়াম্বনিদো, নহাকসে ঐগী ইমানিদো ;
কিহনবীগমু ঐবু লান্দুদা ॥
তেন অমত্তা পিনবীয়ু, লাইগী সভা ওমহনবিয়ু ;
ময়োল অহুমদা ইমিং লৈহল্লু ।
চন্দ্রকলা মতমসিদা, শমখোংদগী তেন শংলকলেদা ·
যুরবিন্দু কৌরবা তেন পিথিদা ॥
মীগী জাংনত্তু ওমত্রবা, লাইগী জাংনত্তু ওমথ্রবা ;
মহাদেব কাওবা ওন্নসনু ।
ময়োন অহুম ওমজরো. যুরবিন্দু নংগী ওইরো ;
অরাংগী কুবের কাওবা ওমসনু ॥
শত্রুঘ্ন বীরদো, লিরা খুঙ-খুঙ খিঙেঙদো ;
যুরবিন্দু লৌরে থুক্লমহনা ।
নানবিরে চন্দ্রকলানা, নশাসে মুংগুম ওইরোনা ;
অকনবা লান্দা ওমত্রসনু মীনা ॥
ঊর্ম্মিলানা 'মুক হায়রকই, বর অমুক পিরকই ;
আলকাপুরী ওম্মুরো হায়ন' ॥
ভারবদা তেঙ্গোল ময়াম, চিংৈঙ দোলায় তোংঙে ময়াম ;
কিয়াননচিংবা নোংগী মচুনি ।
মেঘবর্ণগী দোলায়দো, মচুদি অঙাংবনিদো ;
থক্তা হাইরি কাত্রংগী কিয়াননি ॥
পুষ্পগী দোলায়তদি, য়াইঙং মচুবু মানবনি ;
মত্তমহৃদা হেক্তা তোংখৎলক্রে ।

অঙৌবা দোলায়থক্তুদা, তোংখৎলক্লেদো অঙ্গদ ;
কৈথেল শোরোক য়োংদনা থনখরে ॥
শুমন্তগী মচা অদো, দোলায়দা হেক তোংখৎলেদো ;
মক্তুববু ফিরায়া হাইরক্লে।
রুদ্রদেব সেনাপতি, সনাগী দোলায়বু তোংবদি ;
ফিরায়া বাসুকীগী মরৈ মাক্লে ॥
ধূম্রকেতু কনখরবা, সনাতনা থামখরবা ;
ফিরানসু থোইদোক্লা নিংথিজরে।
উগ্রসেনগী দোলায়চুনা, থম্বাল মওং মাল্লিদনা ;
চিথেক মরি ফিরায়া ফজরে ॥
থরো অশংবা মাল্লব, থরো অঙৌবা মাল্লবা ;
দোলায়গী ফিরানসু থরে মাল্লি।
লাইবক ফরবা কয়ান, সনাগী দোলায় তোংচুনা ;
পূক্লিং হৰাওনচুনা চৎলকলি ॥
শত্রুঘ্ন দোলায়দা তোংলে, ডগোই শাবীশিংনা শারে ;
য়ায়া হরাওনা সাজন তৌরক্লে।
শ ওং শাথেক পোইননা, জগোই শাবীশিং অচুনা ;
মন্দিলা পায়চুনা চৈশ শক্লক্লে ॥
কোটি অহমনি পুংদনা, ঢোল বরাহ অমা পিনা ;
কপিলানচিংবা কয়া য়ৈরে।
কোটি অহম থাং পায়বনা কোটি অহম সেন পায়বনা ;
টোপনা কোটি অমা হেক থারক্লে ॥

নোংমৈ পায়বা লীরুং পায়বা, কয়াদরুম থুংলরবা ;
চংপা হোরে ভেঙ্গোলশিং খুদক্তা।
অক্নৌহানিদো ভরেংনি, মাংওইনমা লাকনবনি ;
মখোঙদগী উকুলনা মমখ্রেদা॥
ভেঙ্গোল ময়ামগী উকুলনা, সমুদ্রবু হেক কংনিদা ;
পৃথ্বী অসি থুক থুক হেক্তা নিকলে।
শ্রীজয়চন্দ নিংথৌনা, রামচন্দ্র খুরুমজনা ;
শ্রীরামগী ইতিহাস ইহল্লে॥

## পদ

শত্রুঘ্ন বীরদো মতৌ অসুম চৎলক্লে।
ক্ষণ-ক্ষণ খুদিংগী সিংহনাদ লাউরক্লে॥
কনানা মোইবুং খোংই কনানা ইশৈ শকই।
কনানা চামর হুমই কনা অমনা হয়াওই॥
মতম অসিমক্তদা কুবের লৈবাক য়োরে।
মতমসিদা শত্রুঘ্ন অঙ্গদ কৌরক্লে॥
লোলায়দগী কুমথরে মথুং অনি লোয়রে।
করি ওইবিরবনো ননাই ঐহাক লাকচরে॥
হায়রু হায়রু অঙ্গদ কনাগীদি লৈবাকনো।
পাল্লিববু নিংথৌসে করি মমিং কৌবনো॥
অমরগী মতৌগুম উজবদা ঙকথরে।
কোমহুংসিগী মঙংসে উরবদা কিথরে॥

## লক্ষ্মণ দিগ্বিজয়

ফিরান লৈনা কজব তপ্না তম্না হাইরিদা।
কোম্নুংসিগী মন্নুংদা মৈগী মতোৌগুম্নিদা॥
কোকিল পোরেল মুংশিবা কুহু-কুহু খোংলিব।
স্বর্গ পুরী মাল্লিদা পুম্নং পুম্নং লংঙিবা॥
অঙ্গদনা হঙ্গংলি রঘুনণি তাবয়ু।
অলকা কোম্নুং হায়বদো মসিনিকো য়েংবিয়ু॥
বিশ্বকর্ম্মা থুংহৈবা মানা শাবা কোম্নুংনি।
লাইয়ামশিংবু ঙাক্লিবা পাঙ্গল য়াম্না কনবনি॥
মাগী লৈ খুরসান-তেন মেগী মতোৌগুম্নবা।
লান্দা পুক্নিং তাম্নয়ু হন্দকৌসে ঙম্নবা॥
শত্রুঘ্ননা হায়রকই অহুক তাকউ অঙ্গদা।
ঐহাক লাক্লে হায়রুচো নংগী কোম্নুং অসিদা॥
ঐগী ইতিক ইগুণসে খঙহল্লম্মু মঙোন্দা।
চক্রশালা লক্ষ্মণ-না ঙমলকপবু তম্মুদা॥
জানকীগী হাক্তকতা রাম-না লৌক্লং খুদেকপা।
তাড়কাবু হাত্তুনা রাম-না যজ্ঞ ঙাকখিবা॥
যুবরাজ লক্ষ্মণ-না মেঘনাদ হাংখিবা।
মনাও ওইবা ঐহাকসে খঙহল্লম্মু অশেংবা॥
ঐনা ঙম্বা ইহৈম্ম নংনা খঙলবনিদো।
হন্দক নংগী খোজাম্ন অযোধ্যাদা হনসিদো॥
রাহৈ অসি তাবদা থুরম্মেদো অঙ্গদা।
অলকাদা চত্তুনা থবক পূম্বা পুগেদা॥
শ্রীরাম লক্ষ্মণ অনিনা ঐগী পাঙ্গল খঙবনি।

সমুদ্রবু চোংহনা লাইনা লঙ্কা য়ৌবনি ॥
রাহে অসি তাবদা শত্রুঘ্ননা কোনবিরে।
দোলায় হেক্তা তোংহনা মতমগী চংলক্লে ॥
য়োংবু কোটি অমগা লোইনহনা চংলিদা।
চামরবু অভোবা হুম্মী মাইগৈ মরিদা ॥
রাম জয় হায়হনা সিংহনাদ লাউনরে।
সুংঙাইবগা লোইননা লাউই চোংই চংলক্লে ॥
মতো অসুম তৌহনা চংলক্লেদো অঙ্গদ।
মিংনা কুপ্পী অমদা অলকা পুরী য়ৌইদ ॥
নিংথিরবা কোম্লুংদা হরাও-কুম্মে তৌরম্মী।
মচি-মচি খুদিংদা পুত্রী লৈতেং ওইরম্মী ॥
লৈগী বম্না কয়ানি হৈ-লৈহনা কজবা।
লৈপন উনা কোইশিনবা কোকিল স্বর সুংশিবা
পাঙ্গল কনবশিংহনা থোংদা কয়া শঙ্ডমবা।
য়োংবু উবা কান্দুদা থোংশংবশিং ঙকথবা ॥
থোংশংবশিংনা হংঙকই কদাইদগী লাকপনো।
অলকাবু কোম্লুংদা য়োংন করম লাকপনো ॥
মরম অহু শস্তোক্লা হায়য়ু নবুক তপথনা।
নথোয় উবা কানশিদা প্রজা কাইরে কিহনা ॥
কুবেরগী মচাশিং মীনা ওমক্রবশিং।
লাওরকপবু তাবদা য়েক্লববু তুম্বশিং ॥
শিনিংহনা লাকপরা য়োংনাও নথোয় পুম্নবু।
লঙ্কা রাবণ নিংথৌদো শাপ হেক্তা তৌববু ॥

জানকীবু হেক্তা হুই মতম য়ৌদে হেক্তা শি।
রায়েনশংদা কুবের থুংখিরম্মী মতমসি॥
নল কুবের হায়রিবা মচা অনি লোইননা।
মতম অসিমক্তুদা কম্মিয়রে মুংঙাইনা॥
রায়েন শংদি কজবা মন্ত্রিশিংগা লোইনৈদা।
যন্ত্র কয়া য়ৈহুনা নৈরম্মীদো মুংঙাইনা॥
মতমসিদা অঙ্গদ য়োংয়ামশিংগা লোইননা।
কুবেরগী মাংহুদা থুংলয়েদো থুদক্তা॥
য়োংয়ামশিংসে উয়ক্রে কুবেরগী মচানা।
হায়রু-হায়রু নখোয়ন করি ত্তৌবা লাকইবা॥
অঙ্গদনা হায়রকই ঐসে বালি মচানি।
শত্রুঘ্ন বীরদো হৌজিক বীজয় লাকপনি॥
লবন হায়বা অকনবা লাইনা হাংথি মহাক্না।
অহুওবা অকনবা য়োরে নংগী দেশদা॥
কুবেরনা হায়রকই কদাইদগী শত্রুঘ্ননো।
শত্রুঘ্ন হায়বদো করি দেশগী নিংথৌনো॥
করি মণ্ডপ পক্তুনা বিজয় ত্তৌবা লাকপনো।
অকনবা কয়া লোইননা দেশসিদা লাকপনো॥
করি থবক ত্তৌহুনা ময়োন অহম কাওবনো।
করি দেশ চত্তুনা মানা বিজয় ত্তৌবনো॥
অঙ্গদনা হায়রকই হংদনসু কৈদৌনি।
দশরথগী মচানি ময়োন অহম থওবনি॥
মাগী মণ্ডপ ঐহাক্না করি অমুক হায়গনি।

স্বর্গ মর্ত্ত্য পাতাল্দা রঘুমণি খঙবনি ॥
মাইগৈ তরা ঙন্নবা রাবণ নিংথৌ ঙন্নবা।
মরোন অহুম মহুংদা মাবু ঙম্বা লৈত্রবা ॥
অহুগুম্বা রামচন্দ্রনা অমুক বিজয় তৌরকই।
রাবণ মচা ইন্দ্রজিৎ লক্ষ্মণ-না ঙম্নকই ॥
বিচক বীর হাত্তুনা দিজয় কয়া তৌখিদো।
যুবরাজ লক্ষ্মণ না চক্রশালা ঙম্মীদো ॥
মহুভক্রনচিংবা পুন্নমকপু ঙম্বনি।
বিজয় চৎপা কান্দুদা নিংথৌ কয়া পুনবনি ॥
অহুগুম্বা রাম-লক্ষ্মণ অনিহুগী মনাওদো।
তাঞ্জৌ নাকোং শেংদোকউ লীরুং পায়বা কয়াদো ॥
মীওইনদা পোকপানি স্বয়ং ভগবান্নিকো।
কত্ত ববু লৌথোদে হায়না পোক্লবনিকো ॥
চরণ চঙগে হায়বরা শানবু তৌগে হায়বরা।
রাখল তৌরো হৌজিকমক এঙোন্দবু হায়গেরা ॥
রাম-লক্ষ্মণ মমিংবু তারবদা ময়ামদো।
মীপাইনরে ময়ামদো পুক্নিং ঙম্মা য়াদেদো ॥
মরা ঙম্না লুরুরে কিখিবনা ময়ামদো।
কুবেরগী রায়েনশংরা অমতা ঙাংদেদো ॥
নোংজুথাদা বজ্রনা খাবগুম্না রাখরে।
কুবেরসু তাবদা ইথং হেক্তা খংখরে ॥
ময়াম অসি উবদা কুবেরগী মচানা।
নাপন তৌনা হায়রকই মপাগীদি মমাংদা ॥

অচুগীদমক পাবুংনা করি রাখল ভৌবিনি।
রঘুপতি হন্দক্তি ঐনা লাইনা ঙমগনি॥
কমচুনবু রেংবিয়ু ঐনা লানবু ভৌযসে।
ঙসি চুমিৎ অসিদা শত্রুঘ্ন মাংনিসে॥
সাজন ভৌরো ভেঙ্গোনশিং ঙসি লানবু ভৌরনি।
নিপা ওইবঃ কায়দে ঙসি ল'নবু ভৌত্রদি॥
কুবেরনা হায়রকই অঙাং জানবু লৈতেদা।
জগৎ সেম্বা মপুগা কয়ম লানবু ভৌন্দিদা॥
ঈশ্বরনা তশেংনা অবস্ত'র ভৌবনি।
মভোক লিশিং পায়বা তশেংববু লক্ষ্মণ নি॥
পৃথিবীসি মহাক্কী পাম্বোম মথা থাবনি।
অচুঙম লক্ষ্মণ-দো কনাগী মতিক ওইগনি॥
নলকুবেরনা হায়রকই শোয়রোই ঙসি লান ভৌবা।
রাহৈ অসি হায়রগা সিংহনাদ লাউরকপা॥
মৈবু মানবা দোলায়দো কুবের সাজন লোইখরে।
মচু মঙানা ভিন্নবা কিরান সাজন লোইখরে॥
কিরান লৈনা অচুনা নোংথাং কুপগুম নিংথিরে।
কুবেরদো মথোঙগী ধ্বনীতনা নিকথরে॥
মাইগৈ ঙাকপা লাইশিংগী কিরাস্তনা ঙাংথরে।
ময়াইকাবা শাম্বুনা কোটি মাপন নিনথরে॥
শগোল কোটি অহমনি খোঙমী লক্ষ অহমনি।
দোলায় ভোংবা লিশিং 'নি মাগী ফুংদা লেপ্পনি॥
অক্ষৌহীনি তরামরি মাইগৈ ঙাকপা লাইশিংগা।

মতমসিদা থুংই তেঙ্গোল ময়ামশিংদুগা ॥
লিরী খিংবগী মখোয়া অকাশসি নিমখরে।
উরবদা শত্রুঘ্ন মাগী তেঙ্গোল নিনখরে ॥
মতমসিদা অঙ্গদ চিংৈঙ হেক্তা হল্লক্লে।
শত্রুঘ্নগী মমাংদা রারম পুম্ব তমখরে ॥
নলকুবের অনিদো লান তৌবা লাকহৌরে।
হঙ্গচ্ছগে তাবিয়ু রারম পুম্বা হায়রক্লে ॥
তেঙ্গোল অক্ষৌহীনি তরামরিনি ওসিদি।
য়েংবিয়ুদো থুংলনি রঘুমণি খঙবিরনি ॥
চেকশিনবীয়ু ওসিদি পুকচেল য়াম্না চাওবিয়ু।
পাঙ্গল কনবা তেঙ্গ'লনি থয়ায় য়াম্না য়াওবিয়ু ॥
শত্রুঘ্ননা হায়রকই তারোদনা অঙ্গদ।
রাম-লক্ষ্মণ বংশ ওইব' ঐহাক্না ॥
মরোন অহম কাওরিদো করি হায়না কিগনি।
ওসি হায়বা মুমিত্তা কুবেরবু ওমগনি ॥
অকন অথৌ সাজন তৌ পুক্লিংদবু চিঙনমু।
অমা শিবা কান্দুদা নিংহন্নবা তৌগমু ॥
সংসারগী মহুংদা শিগদবা ওাক্তনি।
তুংহন্নবা তৌগমু শিবা কিরোইদবনি ॥
বরিষাগী নোংঙমা শিরে অমুক পোক্তনি।
ধর্ম্মতনা অরেপ্পা ঐগী ঐগী পোৎশকনি ॥
হিংবা হায়বা পুন্সিসে লৈগী মতৌগুম্বনি।
অমুক্তংবু শিবদি শোইত্রবু পুংসনি ॥

কনা 'মনা গর্ভদা শি কনা'না নৌনা শি।
সূর্য্যবংশ নিংথৌ ঐ, মম্রাম পূম্বা কিগুমসি॥
শিরে অমূক হিংগনি রাম লক্ষ্মণ লৈরিদো।
কুবেরগী কোম্নুংসে সিবু করি তৌনিদো॥
সনজিং মানবা ঐগী লিক্লং মমাংদা।
লিরি অমূক খিগুবদা মরোন অহুম নিকইদা॥
লিক্লং পায়বা পুম্নমক দোলায় গুম্না তোংখৎলে।
পুংশেন য়ৈবা নখোয়সু কম্না কম্না য়ৈখৎলো॥
তাম্রবদা রথিশিং দোলায় গুম্না তোংখৎলে।
সিংহনাদ লাওরক্লে মরোন অহুম নিকখরে॥
রাম জয় হায়ন্থনা সন্ধান হেক্তা তৌরক্লে।
দোলায় তোংগুও রথিশিং লান্দো মাম্নোক্নরক্লে॥
কুবেরগী মচানা ব্যূহ হেক্তা শাখরে।
সিংহনাদ লাউবদা আকাশসি নিনখরে॥
অর্ধচন্দ্র ব্যূহদো থাগুম্নবু নিংথিরে।
হেক্তা উবা মতমদা চুমথাং থানবা মানখরে॥
ব্যূহন্থগী থোংন্থদা নলকুবের লৈখরে।
তেম্পোং পাম্নবা রথিনা লিশিং তন্না লৈখরে॥
ব্যূহন্থগী ময়াইদা কুবেরনা লৈখরে।
ব্যূহন্থগী মওংদি থোং তন্নানিথোই কাৎখরে॥
থাগী মতৌগুম্নবু তোগুতান তোগুতান থোকহল্লি।
শগুতাইশেনগী মচুগুম ব্যূহন্থদা গানহল্লি॥
শক্রুম্নদি অকনবা উম্নক্লেদো ব্যূহদো।

রাখল চিন্তা তৌরগা ময়ামদবু হায়রেদো ॥
ঐগা লোইনরকলিবা নিংথৌমচাশিং তারোকো।
ব্যুহ কাপ্পা গুম্বা মী কনা য়াওরি হায়য়ুকো ॥
লাউরকপসি তারেদো রথি ময়াম অপুম্বা।
ব্যুহ কাপকে অমত্তা হায়রখিজে অয়াম্বা ॥
নিংথৌমচা পুম্নমক তুমিন তুমিন লৈখরে।
দোলায়দগী কুমথরে শত্রুঘ্নদো কপ্পক্লে ॥
ভবানিনাথ ব্রাহ্মণনা মতাংসিবু ইরকই।
শত্রুঘ্ননা কপ্পসে লাচাড়ীদা ইরকই ॥

## লাচাড়ী

হাঃ হাঃ প্রভু রঘুনাথ, লাক্লেদনা ইত্তোম্মতা;
ননাই ঐদি কিজরে তাকপিয়ু।
করম রাশকুনা ঐনা, লাকলবনোকো লানসিদা;
তমখ্রবোই শাগৈদা মক্না লৈয়ু ॥
ব্যুহগী লম্বী থঙদরে, মত্তো করম ওইখরে;
ঐগী পুক্লিং অসে চিংনরক্লে।
শত্রুঘ্ন ঐ কান্নদরে, গুণ অমত্তসু লৈতরে;
ব্যুহসিবু কাপথাইবা ঙমদরে ॥
সূর্য্যবংশ নিংথৌনিকো, ঐগী ইনাই তাক্তনিকো;
মাংঙেকো ঐগী মিংচৎ অপূম্বা।

রাম-লক্ষ্মণগী মিংচৎনা, সংসারসিদা ঙমহৈজনা ;
তারেদো মরূ কংনা মাংহনব ॥

ইপাময়া মাগী হাম্না, ধর্ম্ম ঙাকপা লাকই ঐনা ;
নিংথৌময়চানি হায়না থন্দুনা ।

ধর্ম্মগী মরম খঙরবা, পোকচবগী কাননরবা ;
শিরগা স্বর্গ কংলরোই ঐনা ॥

ঐবু উরবা কান্দুনা, রাম-লক্ষ্মণনা শাওবিদা ;
লৈহনরোই অযোধ্যাদা ঐবু ।

শাওরছনা চৈরকনি, থাজদরে থরাই হিংনি ;
ওয়াথোকপনি কামাত্র ঐবু ।

দশরথদো কৈদকো, রাম-লক্ষ্মণ পোক্লম্বসে ;
অপঙবা ঐবু করিগী পোকপিরম্বা ।

গাণ্ডিব লিক্লঃ লংথোক্লে, কবচ ফুরিং লোথোক্লে ;
রামনখিবনা লুহুপ লোথোকপা ॥

নিংথৌগী ফিজেৎ অপূর্বা, লোথোক্লক্লেদো অয়াম্বা ;
নিংথৌমচাশা চৎলো হায়রক্লে ।

অযোধ্যাদা য়োনথরো, রাম লক্ষ্মণদা তম্মুরো ;
অলকাপুরীদা প্রাণ থাহোরে ॥

ব্যূহ কাপখাইবা ঙমদরে, কনাগী উপায় লৈতরে ;
করি হুংঙাইনি অযোধ্যাদা ঐ ।

পুষ্করনা হায়রকইদা, তাবিয়ুকো হঙৎকেদা ;
চিন্তা থাদোকপিয়ু না হায়জগে ঐ ॥

অর্দ্ধচন্দ্র ব্যূহ অসে, কাপথাইবা করি হন্নিসে ;
ভুমত্রগা নয়ক্তা তাগে ঐসে।
লক্ষ্মণ-না মচা ঐহাকপু, কনাবু কিনি হৌজিকপু ;
লাই হিংচাবসু ওইজসনুসে ॥
শ্রীরাম-না নিংথৌরেন্নিদো, কনবদা ইপাসু কাওরিদো ;
মরোন অহুমদা কাওরিবনিদো।
সিগুম্বা শাগৈদা পোকপা, লানসি কয়ম কিগবা ;
কৈবুদি নোংশানা কিগত্রদো ॥
ব্যূহ কক্ষে লাম্বা চঙগে. ইমান্নবা লাম্বা তৌগে ;
অর্দ্ধচন্দ্র ব্যূহ কক্ষে ঐনা।
জয়ছন্দ হায়ব নিংথৌনা, শ্রীরামচন্দ্র খুরুমজনা ;
লেংহল্লে অয়ুক্তা পদ ওইনা ॥

## পদ

রাহৈ পুম্বা তাবদা শত্রুঘ্নবু বীরনা।
খুজেং পায়রে চিংশিল্লে কোনবীরক্লে সুংশিনা ॥
অমৃতগী সমুদ্র লুপচবগুম সুংঙাইরে।
ইচা য়াওরকপদগী ঐগী পুক্নিং সুংঙাইরে ॥
অযোধ্যাগী রাজভোগ নংনা ভম্না লৌজরো।
হৌজিক নংনা হায়ববু ব্যূহ কক্ষে হায়বরো ॥
থাবু মানবা মাইথোংনি লৈগুম থোংপা ইচানি।
অক-কত্ত খণ্ডত্রিবা, হৈত্রি লিক্লং পায়বদি ॥

ব্যূহশীবু লম্বীদা কয়ম তৌনা চঙগনি।
অয়াববু ওইবতাই থাজদেকো ঙমগনি॥
খম্দনা বাশকপা অরেম্বদা মাংগনি।
ব্যূহ ককপা ঙমদনা অরেম্বদা মাংগনি॥
হায়রি বাপু নহাক্না কদাইদগী তম্মুব'।
ধর্ম্ম য়েংনা চুমবু ইপাদবু হায়রুবা॥
পুষ্করনা হায়রকই শেংনা হায়গে তাবিয়ু।
জানকী ঊর্ম্মিলা অনিগী রা তাবিয়ু॥
মখোয় অনিগী মরমদা কৈলাস য়োই ইপানা।
পারিজাৎপু হরুইদো মখোয়নিগীদমক্তা॥
অর্দ্ধচন্দ্র ব্যূহ শাই কাপথাইদুনা পুরকই।
তারদুনা ইপাদা মরম অদু হংকই॥
অঙাং ওইনা মনাক্তা শামরিবৈ তাখিদো।
মহুদগী অহেনবা রায়ী অমা তাদেদো॥
শত্রুঘ্ননা হায়রকই চঙঙু বাপু কিগদু।
মেঘবর্ণ লোইননা নতুং ইম্রি থম্বগ॥
লীক্লং পাময়ে হায়রগা ব্যূহসিদা কাপথাইরো।
অহুদগী নহাক্না ঐগী পাঙ্গল য়েংজরো॥
রাহৈ অসি হায়রগা দোলায় হেক্তা তোংখংলে।
অমদগী মথুত্তা তেকোল কয়া শিয়রে॥
মখোয় অহুম চঙঙক্লে ব্যূহ কাপথাইখরেদা।
অর্জুননা মুক হনংলি লাইনিং চেৎপা মুনিদা॥
পারিজাৎপু হযগী রারম হান্না হায়রুদা।

শন্দোক্রবু হায়বিয়ু মরম অহু তাগেদা ॥
ব্যাসনা হায় রারীহু থোইদোক্রবু চাওত্রেদা ।
লান অমগী মহুংদ লান অমগী ওইত্রেদা ॥
অহুমকপু লিরগে পুক্লিং তম্মা তারোকো ।
রারী অহু শমলপ্পা লাগে পু'ক্লং তম্নকো ॥
মমাংঙৈগী রারীনি তারো পুক্লিং তপথনা ।
পারিজাৎপু লৌরুগে লক্ষ্মণ চৎপা মরমদা ॥
নোংমা হুমিং জানকী উর্ম্মিলাগা লোইননা ।
মমাংঙৈগী পারিজাৎ নিংশিংহুনা কপ্লদা ॥
নংগা ঐগা লোইমনা কৈলাসদা চত্তুরু
নিংজরগা ফংবনি ইপুরোইবা ঐখোয়মা ॥
ঐখোয়নিদা পিবা লৈ শঙ্করনা লৌবিদো ।
নখোয়নিগী স্বঃমীদি ফংঙো জগৎ মপুদো ॥
অহুগুম্বা লৈহুবু নিংশিংহুরে খুদক্তা ।
সীতানা হায় হৌজিকমক লৈহুমকপু ফংত্রেদা ॥
লৈরুহুনবু কাত্রে ঐদি সত্য শিরনি ।
মথোক কাবা কানত্রে পারিজাৎপু ফংত্রদি ॥
হায়রমগা মখোয়না থরো থরো ওন্নমই ।
মতমসিদা রামনা শঙ্গাইরোমদা লেন্তকই ॥
শ্রীরামবু উরগা উর্ম্মিলাদি চৎথরে ।
মতমসিদা লক্ষ্মণ সু মাগী শঙ্গাই রোথরে ॥
রামচন্দ্র উরগা সীতা থোইনা কপথরে ।
উরবদা রামনা মথুং পায়রে চিংথংলে ॥

করিদোরে কপ্পিবা চন্দ্রমুখি হায়মুকো।
মরোল অহম অসিদা নগুণতগ্গা কাওরিকো॥
করি নিংব থুংদরে চিংনদনা হায়রকউ।
ঐগী ইমাং অসিদা থুম্রগনু হায়দোকউ॥
নংনা পাম্বা পোত্তুদা রাম ঐনা পিনিদ্ব।
ওমত্তবদি কাম্রত্তে মরোল অহুম অসিদা॥
নহাকণক্তা রাবণদো মাংখিবনু নত্তকা।
নংগীদমক সমুদ্র সুং-উগনা থিংদর॥
কুম্ভকর্ণ, ইন্দ্রজিৎ, রাবণ নিংথৌ তমখিবা।
পুন্সি থাওতপ মাওথ্রেদো নহাকণক্তা হ'ৎলম্বা॥
ইন্দ্রজিৎত্তো কনবনি লক্ষ্মণনা হেক হাৎত্তোকখি।
মাগীদমক লক্ষ্মণ-সু ব্রত্ত কয়া ত্তোক্তখি॥
চহি তরানিথোই চাদে কনাগুম্বী য়েংদে।
পুন্নমকসি নংগীনি চিংনগনু হে সীত্তে॥
হৌজিক করি পাম্মীব হায়যু সীতা ঐত্তোম্বা।
হায়যু প্রিয়ে পুরকে নংগী ননাক অসিদা॥
জানকীনা হন্নংলি চিংনদনা শ্রীরামদা।
পারিজাৎ হায়বা দৈদো মণ্ডমসিদা পামজেদো॥
রাম-না হায় হয়েংমক পিপে হৌজিক মুমদাংমি।
নমাংসিদা ঐহাক্তা পুরক্তুনা পিগনি॥
সীতানা হায় হৌজিকমক কত্রবদি কামত্রে।
রামগী নাম্না কাওরবা জগৎসিদা কামত্রে॥
অহিংসিগী মঙ্গুংদা পারিজাৎপু পিত্রদি।

হিংঙ্ছনা কাম্নত্রে হৌজিকমকপু ঐহাক্তি ॥
ঐনা নিংজন্নিবসে থুংহনবিয়ু প্রভুনা।
নংগী নতিক নগুণদি মরোল অহম নিম্নিনা॥
ঈশ্বরনি নহাক্তি করম নিংবা থুংদনি।
অয়েম্বনি কজবা হিংবা করি কাম্ননি ॥
হায়রম্নগা সীতাদো পৃথ্বীশক্তা তুখরে।
মতমসিদা রাম-না ইন্দুমুখী কৌশল্লে॥
চৎলো হৌজিক থুনমক ইন্দুমুখী নহাক্না।
ঐগী নাক্তা হৌজিকমক লক্ষ্মণ কৌর নহাক্না॥
রামগী য়াথং কংবদা ইন্দুমুখী চংলক্লে।
চিংথৈ হেক্তা লাক্তুনা লক্ষ্মণ নাক্তা য়েৌরক্লে॥
মহাবীর কমমল্মী পুক্নিং য়াম্না লুংঙাইনা।
মথোয় অনি মরিদো থুকাম্মদা চংহুনা॥
চিংথৈ লাকউ হায়হুনা রামগী য়াথং পাওদমই।
পারিজাৎকী মরমদা সীতা শিরে হায়রকই॥
ইবুংঙোগী ননাইস্থ লৈগীদমক কপহোই।
তারবদা লক্ষ্মণ-দো মওন মওন থরকই॥
চিংথৈ হেক্তা চত্তুনা রামগী নাক য়োইদা।
মথুৎ পায়বি কমহল্লি শ্রীরামচন্দ্রনা॥
হক্ৎচরে লক্ষ্মণ না করি তাকপিদোরিবা।
করিদোরে অনিসে ওম্নহুনা কপ্লিবা॥
শ্রীরাম-না হায় লক্ষ্মণ পারিজাৎকী কম্ননি।
মথৌমকপু ওইহুনা কপমিম্নরি মথোয়নি॥

লক্ষ্মণ হেক্ক উবদা হৌগৎলিদা সীতাদো।
কম্মত্থনা কপ্পক্লে খোঞ্জেন খোক্লা সীতাদো॥
যুবরাজ লক্ষ্মণ-দা য়েংলত্থনা হায়রকই।
নপাম্বোমগী পাঙ্গম্মা ল'ইগী সভা থুপ্লকই॥
থমখিরবা সমুদ্র ভেঙ্গোল পুম্মা লাল্লিদো।
ঐগী মরমগীদমক চন্না কয়া হেনখিদো॥
মরোল অহম থম্বা মেঘনাদ হাৎখিদো।
মেঘনাদ হাৎপগী মরোল অহম কাওব্রেদো॥
ব্রহ্মা থম্মে হায়রগা পিতৃলোকপু খাঙ্গংখি।
নংবু লাইনা থমহোদে নহাক্কনা থম্মকখি॥
স্বর্গ থমখিবত্থদা ধনুকীবু খোনখিদো।
ঐনা হায়বা অসিদা নংনা করি থম্মোইদো॥
নংগা মায়ন কনবা নৈতে মরোল অহমদা।
ঐনা হায়বা থারোকো থরাই অসি কমুদা॥
লক্ষ্মণ-না অমুক হায়রকই থারো দেবী বা হায়গে।
কৈলাসবু ভুবন্দা নোংঙাংবগা চচ্চগে॥
মহাদেব দুর্গাস্থু অহিং অসি তুম্মিনি।
হৌজিকমক্তি কৈলাস' থম্মোই হয়েং চৎকনি॥
তরাই-তরাই চঙলগা লাইনা শাপ্পু তৌগনি।
অহিংদদি থমকরোই কৈলাসবু কোক্লুংদি॥
ম্রাইহে অসি থাবদা উর্মিলানা থুম্মকই।
হোয়নে লমহৎই অত্থনা নোংশা অদো থম্মরোই॥
শত্থং হায়বা শাত্থনা কয়ান্না নোংশা থমগনি।

কৈলাসদা চৎপকান মহাদেব কিরিনি ॥
মরোল অহুম ওম্মি হায় খাজরেদা ঐহাক্তি।
গাণ্ডিবগী মশুংনা মরোল অহুম নিকপদি ॥
মহাদেবনা পিবা ইপুরোইবা ফংজবা।
বিষ্ণুদুনা মীওইনা ফংজরোকো পীবিবা ॥
অরেম্বনি খওজরে ইন্দ্রজিৎপু হাৎপদি।
মহাদেব উনবা অস্তক য়াম্না কিবদি ॥
লক্ষ্মণ-না হায় হে প্রিয়া ওঙোক্না অরো লংথ্রেদা।
অহিংসিদা কৈলাস ওম্নবা লৈরোইদা ॥
সীতানা হায় লক্ষ্মণ নং মহাদেববু ওম্নদাই।
ধনুর্দ্ধর মিংথোনসে খওেঙ লৌনস্তাই ॥
নংনা চৎপা কান্দবু অহিং মুংথিল করম থাই।
গাণ্ডিববু ককপদি কনা 'মতা ওম্নরোই ॥
ভবাণীনাথনা খল্লি লক্ষ্মণ' হন্দক চৎপসে।
লাচাড়ীদা ইরগে মহাদেব ওম্নসে ॥

## লাচাড়ী

রামচন্দ্রনা তাকপিরকই, লক্ষ্মণ-দবু য়েংবিরকই ;
মতমচাদনা প্রলয় তৌদৌরি।
ওঙোকপগী সুগ্রীবিদা, রবি কুন্দ মাংদৌরিদা ;
ঐথোয়বু মাংনবা পোকপিরি ॥
বন্দা চৎপবু কান্দুদা, শচী পাম্না হাক্তন্দ' ;
হাৎপিয় হায়না ঐবু শিজিন্নে।

সীতানা নংবু চৈংদো, ইনাক্তা হেক থারকইদো ;
দোমখুনা পুষ্পক হেক চামিন্নৈ ॥

নংগী লমি লানথোক্নুনা, মৌনি হায়বা কাওরুখুনা ;
ভিক্ষা পীরুবদগীবু মানা ।

সংসারগী মসুংসিদা, অসিগুম্বা দুখীসিনা ;
অহিংসিদা পারিজাৎ পাম্মেনা ॥

ভারতম্মু নং অযোধ্যাদা, ঐ চংলুগে কৈলাসদা ;
সীতাগী নিংবদা থুংনবা ।

লক্ষ্মণ-না হায় ভাবিযুক্তো, অযোধ্যাগী নিংথৌনিকো ;
লৈবিরম্মু চচ্ছগে ভণেংবা ॥

লাম্দা ঐনা চংকনিদো, প্রভুনা করম শেঙগনিদো ;
করি কানগনি থসুকী হায়বা ।

তুমখুনা লৈবিয়ু হৌজিক, মহাদেব ভমজগে হৌজিক ;
দুর্গা কাত্তিক গণেশ হায়রব ॥

ইত্তোমতা চৎপসিদা, মমক্রুবা কান্দুদা ;
ইবুংঙোনা খোঙ্গুল লিবরকউ ।

প্রহরসিগী মসুংদা, নোংভান্দ্রিভৈগী মতমদা ;
ননাইদা থৌজান পিনবিরকউ ॥

সীতাগী অকনবা য়াহৈনা, চৎলো য়াথং পিরবা ;
চৎকে হায়না নিংভক্লে লক্ষ্মণ-দো ।

দোলায় সাজন তৌরক্লেদো, অযোধ্যাগী যুবরাজদো ;
য়াথং লৌরগা দোলায় কারক্লেদো ॥

বাউ মন্ত্র নিংশিংলক্লে, হেক্তা ফুক্ত্না পাইরক্লে;
দণ্ড মরিদা কৈলাস য়ৌরে ॥
কৈলাসগী চাংদা তারে, গম গম হেক্তা চঙসল্লক্লে;
মতৌ অসুম লক্ষ্মণ য়ৌশিল্লক্লে ॥
কোইনা কোইনা য়েংলকপদা তপবনবু উরক্লেদা;
পার্ব্বতী শঙ্কর তুমহৃনা লৈ ॥
সম্মোহ তেন কাপ্লক্লেদো, য়াম্না কম্না তুমহল্লেদো;
হেক্লেদো লক্ষ্মণ-না পারিজাৎ লৈ ॥
সুমস্তগী মফমহৃদা, পারিজাৎলৈ পিহনখ্রেদা;
সীতাদা পিরনবা য়াথং পিরে।
লীরুং খোংজিবু অহৃন, লক্ষ্মণ-না হৌদোকইদা;
মহাদেব নোমহৃনা হৌদোক্লে ॥
তারো শিব ঐগী রাসে, দশরথগী মচানিসে;
লিরুং পায়বা লক্ষ্মণ-দো ঐহাক্নি।
জানকী'দমক তসিসে, লাক্লিবনিকো ঐহাকসে;
নংগী পারিজাৎপু হুরবনি ॥
নংগী শক্তি লৈজরগা, হৌগংলু লান তৌসি ঐগা;
নংগী নচা কয়া লোইনহৃনা।
ইয়াম্বনা রঘুমণি, মাগী মনাও লক্ষ্মণ ঐনি;
পূর্ণব্রহ্ম রাম নিরঞ্জনুনিনা ॥
ভবানিনাথনা ইজে, রামচন্দ্রবু খুরুমজে;
জয়ছন্দ নিংথৌগী য়াথং ইন্না।

**পদ**

অহুগীদি তুংতনা লক্ষ্মণ-না মুক হায়রকপা।
নহাকীদি সিষ্যনি রাবণ নিংথৌ অথোইবা॥
মাবু লাইনা হাংতোকই রঘুমণি রামনা।
মহাদেব কাওবরা ঐনা হায়বা তারোন॥
রাইহে অসি তাবদা শাওরতনা হৌগৎলে।
তোংখৎলেদো মণ লাবা শিঙ্গা বেন্নু খোংগৎলে॥
নন্দী ভৃঙ্গী অনিনা লানগী মকোক ওইরক্লে।
লানবু তোগে হায়বগী লাইয়াম পুষ্পা থুংলরে॥
অর্দ্ধচন্দ্র ব্যূহদো মহাদেবনা শারে।
কার্ত্তিক গণেশ অনি ব্যূহ থোংদা ডাকখরে॥
ব্যূহ অহু উবদা শোরারেনদা থুংলরে।
হংস রথ তোংতুনা ব্রহ্মা হেক্তা থুংলরে॥
ব্রহ্মলোকসু থুংলরে স্বর্গলোকসু থুংলরে।
লাইয়ামশিংগী ময়াইদা লক্ষ্মণ-দবু লৈরক্লে॥
মাইপৈ মরি কোইখরে মতোমদদা ময়ামা।
যুবরাজ ডাম্নক্লে পূর্ণিমাগী থাগুমা॥
শোরারেনগা লোইননা অহানবদা লান তৌই।
মিৎচি লৈনরক্তরে অকনবানি লান তৌই॥
শিংথাবনা ডম্নরোই মখোয়নিগী লানসিদি।
লক্ষ্মণ-গী তেন মমাংদা ডম্নদরে লেপ্লদি॥
রেক্লববু অমত্তা লেপ্নববু ডমদরে।
নোংজু থাগী নোংগুমা তেনতনা মমখরে॥

শোরারেনস্থ সরজান কাপকে হায়বা কাওখরে।
বিষ্ণু অস্ত্র লক্ষ্মণ-না চামা চামা থারক্লে॥
শোরারেনদো রাম্বরে মাগী দোলায় মথক্তা।
রাম্ববত্র উবদা চঙঙক্লেদো জয়ন্তা॥
মখোয়নিঙ্গী লান্দুদি অঙকপবু ওইখরে।
মতমসিদা শোরারেন অঙকপবু ওইখরে॥
অকনবা রাম লৈশিংগী লাঙ্গল ওইক্লে লক্ষ্মণনা।
জয়ন্তদো তুখরে পক্তপাত থুংলায়না॥
কাত্তিক গণেশ অনিদো অমুক লান্দা চঙঙক্লে।
কাত্তিক মথুং অহুম্না তেন অহুম পায়শংলে॥
মথুং অহুম তেনশংপা মুংঙাইবনা থেংলক্লে।
মন্ত্রগীদি শক্তিন মথুং তরুক পাম্লকলে॥
মতমত্তুদ অকনবা লান অমা ওইরক্লে।
মাংওইনন লক্ষ্মণ-না সরজানবু কাপ্পকলে॥
কাত্তিকী লিরুংদা তেন অহুম্না থাজিল্লে।
অতোপ্পা লিরুং লৌথংলে তেন অমুক কাপ্লক্লে॥
অমুক হুম্না লক্ষ্মণ-না ককথক্তুনা লংথোকই।
মতমসিদা কাত্তিক্না তোংবা রাহোং তেম্না থাই॥
'কুশাবগী চক্রগুম দোলায় অহু লৈরক্লে।
সম্মোহ হায়বা তেম্না থারে কাত্তিক রক্তরে॥
উতিন তোংঙে হায়রগা গণেশদো চঙঙক্লে।
চিংথৈঙ হেক্তা লক্ষ্মণ না সিংহবানবু কাপ্লক্লে॥
গণেশগী লিরুং তেন ককথক্তুনা থাথরে।

বজ্রবানবু নোক্তুনা শপেশত্থ রাম্বরে ॥
সিংহনাদ লক্ষ্মণনা লাউরকপদা নিনথরে।
উরবদা ব্রহ্মাদো চিংবৈও হেক্তা চঙওক্লে ॥
কৌরক্তনা হংওকই করিদৌবা লাক্পনো।
লক্ষ্মণ-না অমুক হায়রকই তারো ব্রহ্মা ময়মনো ॥
সীতা, উর্মিলা অনিশী শারিজাংপু হবনি।
অযোধ্যাদা পিথরে হয়ানববু ঐহাকনি ॥
মহাদেবনা শাওক্তনা হৌজিক লানবু তৌরক্লি।
তারে ব্রহ্মা শাওথবে নিক্লং শাম্বরে তেন শংলি ॥
অকনবা লান তৌরকই পোংথানরক্তরেদো।
হংস রথ তোংক্তনা ব্রহ্মা মাংদা লেপব্রেদো ॥
তমথিরবা লক্ষ্মণ-গী তেনতনা মমথারে।
পাতাল মরোল তরেংকাও উহলবা তম্মক্লে ॥
ময়া হেক্তা তৌক্তনা লান থেংনরে লক্ষ্মণ-না।
আকাশসে থবথরে মশুণ নৈবা তেনশিংন ॥
পঞ্চ শাদ্দি হায়রিবা বীণা থাঙ্গচিংলবা।
অকনবা লান ওইথরে রথী অনি অকনবা ॥
রাম্বথরে ব্রহ্মাদো মহাদেব চঙওক্লে।
থরান মিচাক তৌগুম্না লক্ষ্মণ-না তেম্না লংথরে ॥
মহাদেব মশাদা তেম্না কুইনা থাজিল্লে।
থরানমিচাক কুম্নবা তেম্না নোংগুম চুথরে ॥
মীওইববু তোম্নবা নংনা করি তৌদৌরি।
মহাদেব খুদক্তা মুথক য়াথৈ রাংথংলি ॥

যুবরাজ লক্ষ্মণনা যুথক চামা রাংখৎলে।
মহাদেব খুদক্তা যুথক লিশিং রাংখৎলে॥
যুবরাজ খুদক্তা লিশিং অনি রাংখৎলে।
মহাদেব খুদক্তা সংহার মূর্ত্তি লৌখরে॥
শাওরে লক্ষ্মণ অকনবা নিরঞ্জন মূর্ত্তি ওইরে।
ভেনগু নিরঞ্জন অমা শং হেক্তমক কাম্নরে॥
মহাদেব মশাদা রৈরক্তনা থাজল্লে
ভেনগী চৈনা কংবদা মহাদেব চেল্লক্লে॥
মহাক্না চেনবা মাইকৈদা ভেম্না কোইৎং থৎখরে।
লক্ষ্মণ গীদি ভেন্দুনা কৈলাসবু নিকখরে॥
পাঙ্গল কনবা লক্ষ্মণ গী শক্তনা নিনখরে।
অশাওবগা লোইননা কৈলাস কুক্তে ভৌরক্লে॥
মহাদেব দুর্গাদো উরবদা নিকখরে।
লক্ষ্মণ-গীদি মপাঙ্গল উরবদা নিকখরে॥
কৈলাসদো নিকপনা মচেং মচেং কাইদৌরে।
লাইরাম পূম্বা কাইদ্রনা মহৈ মহৈ চেম্নরে॥
মহাদেব লক্ষ্মণ-দা মথুৎ হেক্তা লোম্নরে।
অপরাধ ঙাকপিম্নু রঘুনন্দন লাঞ্চরে॥
মত্তোক লিশিং পাল্লবা মীওইনবু পোকপনি।
জগতগী থোইরবা রামগী মনাও ওইবনি॥
নংগী লিরুং অকনবা উজরেকো ঙসিদি।
ঐরাবতগী হেন্নিদো দোলায়চিংবা শগোলদি॥
অভাংবনি ইবুংভো জগৎসিদা পোকপিবা।

কন্তবব্ হাত্তুনা লোথোকপিরি অরম্বা ॥
অমম্মসু ওমচুনা লাইয়াম পুম্বা ওমখরে।
স্বর্গলোকপু অপুম্বা ফেৎ-ফেৎ হেক্তা হায়খরে ॥
চপ মান্নবা লাইয়ামশিং মথুং জোর তৌনরে।
বিষ্ণুশীদি মনাক্তা থুরুম্বশুম তৌখরে ॥
মতৌ অশুম তৌহুনঃ সম্ভাষবু তৌনরে।
লাইরিক চাওনি শম্নসি পাণ্ডব মচা লোইখরে ॥
বিদাই তৌরে লাইয়ামশিং লক্ষ্মণ হেক্তা হল্লরে।
য়াহৈ অসি তাবদা পাণ্ডব মচানা হংলে ॥
কল্লিদকো লক্ষ্মণ দো অতাংবনি জগন্তা।
মতোমদনা কৈলাস ওম্রহনা হনখিদা ॥
পাকল কনবা লক্ষ্মণনা অঙকপনি তাবদা।
তারু তারু থুদিংদা অমুন্তগা মান্নৈদ' ॥
ব্যাসনা হায়রকই হে ধনঞ্জয় লৈগেদা।
লক্ষ্মণ অদো হন্দুনা অযোধ্যাদা য়ৌখিদা ॥
জানকীগী মকমদা থুরুমহনা হংগংলে।
হোগন্তুনা ফম্মকই নোংশাগুম্বা কনখরে ॥
ঊর্ম্মিলাসু হয়াওরে পারিজাৎপু কংবদা।
ভক্তি তৌনা থুরম্বী মপুরোইবা চরন্দা ॥
লক্ষ্মণ অমুক চৎলক্লে রামগী মনাকনক্তদা।
মথুং পায়বী লক্ষ্মণ-বু আলিঙ্গনবু তৌবিনা ॥
নহাকুম্বা ইনাওদি জগৎসিদা লৈতেদা।
কৈলাসবু কয়ম্না ওম্রকপগে হায়যুদা ॥

লক্ষ্মণ-না মুক হায়রকই তাবিয়ুকো লৌগেদা।
শিব দুর্গা অনিদো ভূমন্মীদো খুদক্তা॥
অহানবদা ননাইনা তাহন্দনা হেক্তোক্লে।
নুংঙাইবগা লোইননা লৈনা সোমদা য়ৌরক্লে॥
স্বর্গলোকশু হৌরক্লে ব্রহ্মলোকশু হৌরক্লে।
শোয়ারেম্নচিংনব' দেবসভা থুংলরে॥
শোয়ারেম্নচিংনবা থাগুল্লকই অমমম।
ইতোমতগা থেংনরে লাইয়ামশিংদে' অমমম্॥
কার্তিক, গণেশনচিংবা মাগী মচা ময়ামদো।
নংগী রূপা অহুনা শিব ব্রহ্মা ভম্মেদে'॥
মতমসিদা জানকী উর্ম্মিলাগা লোইনরে।
কৌ তিংথৌনচিংনব: হরাও' মঙ্গল তৌরক্লে॥
নংগুম্বদি অকনবা অমা লৈত্রে পৃথ্বীদা।
কৈলাসবু ভমলকপা তরাই তরাই হৌজিক্তা॥
অতাংববু নহাকসে পুষ্প কল-না ফংবনি।
সীতানা হায় অতাংবনি হে-লক্ষ্মণ ভারতী॥
মতৌ অসুম নুংঙাইখি রাম লক্ষ্মণ সীতাদো।
মমাংঙৈগী রারীবু ঐনা লৌরিবনিদো॥
অর্জ্জুননা হায় মুনিবর মখা রারী লৌসিবা।
পুস্করনা ব্যূহদো মতৌ করম থুগাইবা॥
কয়া মপাঙ্গল কনবা লান্দা করম থাংবকো।
মুনিনা হায় পাগুবকী মচা নথোয় তারোকো॥
অকিবনি অহুমদো দোলায় সাজন তৌরকই।

## লক্ষ্মণ দিগ্বিজয়

সিংহনাদ লাউখদা মরোন অহুম নিকলকই ॥
ত্তেন অহুম শং শস্তোক্লে সম্বান হেক্তা থামল্লে ।
মাংদা লৈবা ব্যূহদে থুক থুক হেক্তা নিক্লক্লে ॥
হৈশিংলম' লম্লখি দোলায় ওম্লা থোইদা ।
লক্ষ্মণ গীদি মচাদো সিংহনাদ লাউইদা ॥
থাঙুর লংবা দোলায়দো মোংথাংগুম্লা থোইদা ।
শত্রুঘ্নগী দোলায়দো মৈগুম্রবু লংভিদা ॥
অকনবসি উখদা অকিববু ওইখ্রেদা ।
সারথিনা থৌয়কপা পৃথ্বী থক থক নিকউদা ॥
কুবেরগী মগাদো লাম্লা তমথিরবনি ।
মাগী ব্যূহ থোংজিল্লা হেক্তা থুংলয়বনি ॥
মাংজিন থংবা পুষ্কর থুদক্তুদা থেংনয়ে ।
কুবেরগী মচানা উয়বদা হংগক্লে ॥
মাগী পাঙ্গল মখোনা উয়ববু কাম্দুদা ।
কয়ম্বা বংশ মচানো হায়মু তাগে ঐঙোম্বা ॥
পুষ্করনা থুম্মকই ঐসে রবি শাগৈগনি ।
শাগৈ মগুণ শিংথাবা থাজদেকো ওমগনি ॥
রামনা বনবু চংলৈঙদা ইপানা সেবা তৌইদো ।
কিষ্কিন্ধ্যাদা লৈবাক্তা সুগ্রীবগা লোইনৈদো ॥
বিভিষণদা পিথোকই লঙ্কা কোম্লুং ফজবা ।
সত্য তৌমে হায়রগা রাবণ হেক্তা হাংতোকপা ॥
সতা লৈবা ইপামা মেঘনাথ হাংলিদো
চক্রশালা হৌজিক্ক ইপানবু ওমলেদো ॥

রঘুবংশ' রামদো মরোন অহুম খণ্ডনরি।
মাগী মনাও লক্ষ্মণ-দো পুন্নমক্না খণ্ডনরি॥
মাগী মচা ওইরবা পুস্করদো ওইজরি।
দোলায় অমা তোংঙিসে ককপিনবা লৈতরি॥
য়েংঙু ঐগী লানসিদা পাঙ্গল কনবা ময়ামসে।
নলবু হায়বা নমিংদো ঙসি মুথৎপিগেসে॥
য়েংঙু তেঙ্গোল পুরিসে শত্রুঘ্ন বীরনি।
নংগী তেঙ্গোল ময়ামসে মতোমদনা ঙমগনি॥
নলনা হায়রকই হৌজিক শক্তি লৈবা নহাক্না।
মীবু অনি করম্না ইল্লক্লিবা নতুংদা॥
পুস্করনা খুম্মকই হায়বিগেকো হৌজিক্তি।
লমহুই লোইনস্রবাদ নোংশা করম লান তৌনি॥
শিষ্য লোইনস্রবদি গুরু করম লেংগনি।
শাস্ত্রগী মরম খঙস্রবা অপংববু নহাকনি
রাহৈ অসি তাবদা শত্রুঘ্ন থৌজল্লে।
অলকাগী মীশিংদো হাহাকার লাউনরে॥
লিরি নাকোং কংনচিং লিরি ঝল খিংঙক্লে।
নোংগী মতৌগুম্নবু তেন্তুনা মমথরে॥
কনাগীনা মখোঙ কক কনাগীনা মখুৎতা।
কনাগীনা দোলায় কক তুরে বিদগদা॥
মতৌ 'গুম্না শত্রুঘ্ন ব্যূহ থোংদা কোইরক্লে।
ব্যূহতুগী মতুংদা চঙবা অমুক ঙমদরে॥
মতমসিদা শত্রুঘ্ন হোৎনৈ ব্যূহ চংনবা।

থোংগী নাক্তা লৈরম্বা লাম্মী কয়া চেম্বা ॥
দণ্ড মণ্ডা চুপ্পবু অকনবা লান থেংনরে।
চণ্ডবা গুমদে ব্যূহদো অকিবদা ওইখরে ॥
ইকাইবগা লোইননা নোংপোক থোংদা থুংলরে।
পুষ্কর খুদক্তা লাম্বা কনবা উরক্লে ॥
থুংলায় থৌরথৌরবা মশিং নাইদে কাপশিনবা।
শগোল শামু তুখরে অকনবনা চিংলবা ॥
তেম্না নোংগী মতৌগুম অমম্ববু ওইখরে।
মশিং থাবা গুমদনা তেম্বোল কয়া তুখরে ॥
ঈনা তুরেলগুম্নবু চেম্বরক্লে খুদক্তা
শিহৌদবা লাম্মীনা মৈপাইক্তনা চেম্রৈদা ॥
কুবেরগী মচাদো থুংলাই পাইরে চণ্ডক্লে।
লক্ষ্মণ-গীদি মচাগ' চিং'ভৈ হেক্তা থেংনরে ॥
মখোয় অনি খুদক্তা দোলায় মাইয়োক্নরক্লে।
মখোয় অনি মাইয়োক্নৈ. মিৎচি লৈনরক্তুরে ॥
চপ মান্নবা চোংথৈ থুংকা থুংকা পায়থংনৈ।
দোলায়দা হেক চোংথংনৈ থুংলাই তাপ তাপ পাইথংনৈ ॥
লক্ষ্মণ-গী মচা অকনবা লাম্বা লাকগুমজরবনি।
সারথিনচিংলবা তেন অমমম থাবনি ॥
ফিরান চৈথোক খুদক্তা ককথংতুনা থাথরে।
শামু মণ্ডক চামনি তেন্তুনা ককথংলে ॥
দোলায় লিশিং অহুমদে থুরবান্না ককথংলে।
যমনা প্রলয় মতমদা দণ্ড পায়বা মানথরে ॥

মথুত্তগী কোদণ্ড পণ্ডপাতনা ককথংলে।
বিষ্ণু অস্ত্র থাহনা থুদক্কুদা য়াঙ্কহল্লে॥
লক্ষ্মণগীদি মচানা মতম অসিমক্তদা।
দোলাজ্ঞ হেক্তা থৌজল্লে ব্যূহ ককে হায়রহনা॥
পুষ্করবু ময়াম্মা থৌজল্লক্রে লাউনরে।
থৌরবু অভাংসে ব্যূহ কাপথাইগদৌরে॥
মভৌ অসুম ভৌহনা পুং মরি থেংনরে।
করিদবু হায়গনি পাণ্ডব মচা ওমদরে॥
য়াহক্লবা হৌগৎলে কুবেরগী মচাদো।
লাম্মী কোটি কুনমাথোই' পুষ্করবু কোইরেক্লো॥
কনা অমা থাং পায়রে কনা অমা তেন পায়রে।
কুবেরগী মচানা সন্ধান হেক্তা ভৌরক্রে॥
মাগী তেন্না বন্নিষা নোংগী মভৌ ওইথরে।
মাইগৈ মল্লি মমথরে তেঙ্গোক্তনা কোইথরে॥
পুষ্করনা তেঙ্গোন্দো নাপীগুম্না থনথরে।
করিমত্ত' থৌওইদে তেন্দুম শৎ-শৎ কাপশল্লে॥
শঙ্গোল শাম্নু য়ামথ্রেদা কোটি অহুম হাত্তোক্রে।
নলকুবের হন্দোক্কে কক কক ইমা লান ভৌরে॥
তেক্তনবু মমথিবা মুনিং মঙান ফংদরে।
প্রহর অম্ম চুপবু লান্দা মিংচি কৈদরে॥
লক্ষ্মণগীদি মচাদো পাকল মরেং তারক্রে।
তুংদা হমা রেংথিবা কনামতা উম্নরে॥
শত্রুঘ্ন মতমদি থোং কোয়েং য়েংলক্রে।

ময়ামসিগী মরক্তা পুষ্করবু উপরে ॥
খাণ্ডখিবনা মত্তমসি মখা থক থক নিকখয়ে।
মেঘবর্ণ হায়য়ুদা পুষ্করবু লৈশুরে ॥
মেঘবর্ণ' হায়রকই ব্যূহ মচুং চত্তখয়ে।
মী হাংপগী ঈদনা ভুরেলগুম্মা চেম্বে ॥
ব্যূহ কাপথাইরত্থনা হাংলকপগী ঈনিসে।
মমনা দণ্ড পায়ত্থনা চত্তখিবগুম য়েংশুসে ॥
পুষ্করগী লানসিদি করিদবু হায়সিখা।
পুং মরিবু ওরক্লে সিংহনাদ তায়কপা ॥
খাওরে শত্রুম্বদো শুশলত্থনা হায়রকই।
নংদি করি তৌহৌরে খাওরত্থনা য়েংশকই ॥
নোংখাগীদি মচানা চত্তখরেদো নহাক্তি।
সংসারদা পোকপগী কাম্নদরে হৌজিক্ত ॥
মতৌমতনা তেম্মোলসে হাম্বোক্লেদো হৌজিক্তি।
মীগী ঈনা ভুরেলগুম থত্তলিরোইদো নহাক্তি ॥
মত্তমসিদা অশুাংনা শিরম্ববু তারদি।
রাম সীতা লক্ষ্মণদা করম তম্মি ঐহা কু ॥
হায়রু অশুাং কর্ম্মা লস্কেলদবু চত্তখয়ে।
অচুগুম্বা লখীদা চত্তহৌদনা লৈহৌরে ॥
পুষ্কর মত্তবা ঐগী কনা লৈতেকো।
কুবেরগী লাম্মীনা মাইকৈ তয়া কোইত্রেকো ॥
থম্মুয়গা শত্রুম্ব দোলায় হেক্তো থৌজরে।
উত্তরদা মক্কমবা লিশিং লিশিং চেম্নরে ॥

গাণ্ডিব লিক্লং চেৎনপায় শত্রুঘ্নবু বীরদো।
লিক্লং হেক্তা খিংবদা নোংনা খোংবগুম ওওলেদো
লিক্লং ধ্বনী তাবদা পুষ্করনা খওলক্লে।
শত্রুঘ্ন চওওক্লে খল্লুবদা সুংঙাইরে॥
ঐবু থিরক্লিবনি পুক্লিংদদি খল্লকই।
মতমসিদা শত্রুঘ্ন পুষ্করগা ঊরমই॥
মতেন চামা থারকপা মৈগুম্না চাক্লকপা।
অলকাবু লৈবাকসি কেৎ কেৎ হেক্তা হায়রকপা॥
ঙমথিরবা লান্দুদা ধনপতি নিকথরে।
মতেন মঙানা খুদক্তা নল কুবেরদা থারে॥
মগুণ লৈবা রথীশিং কাইহুনা চেন্নরে।
কনা' মথুৎ ককথৎলে কনা' মখোঙ ককথরে॥
মকোক ওইবা মন্ত্রি ভূই বিদগদা ভুরক্লে।
শায় মকোক কয়ানি ককথৎহুনা ভুরক্লে॥
শগোল কয়া কয়াদি কাইনহুনা চেন্নরে।
ঈনা তুরেল মতোগুম খুদক্‌দা চেম্বরে॥
লাইয়ামশিংনা থাগৎলি ঈনা সমুদ্রগুম্নে।
শামুশিংহ চৌংগুম্না ঈথক্‌দা তাওরক্লে॥
অতেকপা দোলায়শিংমা কাওশিংগুম্না তাওরক্লে।
থশাল তাওগুম ঈশিংদা মীগী নকোক তাওরক্লে॥
মীশা চাবা কাকশিংনা মবুক থম্না ঈ থক্লে।
মহাদেব খুদক্তা নন্দী ভৃঙ্গী থারক্লে।
মখোয় অনিনা কনবসি মহাদেবগুম কল্লে॥

অকনবা ওইছুনা লান তৌবসি উরক্লে।
নন্দীবু লোইননা শত্রুঘ্ন লান তৌরে॥
মখোয়নিগী শন্দনা পৃথ্বী থক থক নিক্লক্লে।
পুস্করদো ভৃঙ্গীগা মখোয় অনি পাম্নরে॥
মখোয়নিদো থুদক্তা লিরি খিংবা মাম্লেদা।
মখোয় মরিগী শন্দনা অলকাসি নিকইদা॥
শত্রুঘ্ননা তেনশংপা শন্দ হুং-হুং লাউইদা
সম্মোহ বায়ুব্য তেন থুংলায়গী জাং তুপ্রেদে॥
শত্রুঘ্নগী মমাংদা নন্দী হেক্তা রাম্বরে।
অসোমদনা পুস্কর থুংকাপ তেনকাপ কনথংলে॥
ভৃঙ্গীগীদি লিক্লুংদো ককথত্তুনা লংথোকই।
বিষ্ণু অস্ত্র কাপ্তুনা ভৃঙ্গী হেক্তা তুরকই॥
মতমসিদা কুবের চিংঙৈ লিক্লুং পায়থংলে।
মাগী লিক্লুং থুদক্তা শত্রুঘ্ননা ককথংলে॥
চিংঙৈ হেক্তা অতোপ্পা লিক্লুং অমা লৌথংলি।
মতৌ অসুম ককপগা অতোপ্পামা লৌথংলি॥
পায়বগা হেক ককথংলি বীর শত্রুঘ্ননা।
পশুপাত থুংলায়দো কাপ্লক্লে শত্রুঘ্ন॥
কুবের থুদক্তা সিংহবান্না ককথংলে।
মতৌ অসুম তৌদুনা প্রহরামা লানথোংলে॥
মগুণ লেবা অনিগী লানসে ময়াম য়েংনরে।
শত্রুঘ্নবু বীরনা চীংগী তেনবু কাপ্লক্লে॥
ককপা ওমথিদরেদো কুবেরদো থুদক্তা।

দোলাইগবু লোইননা কুবেরদো ননখ্রেদা ॥
সুমিত্রাগী মচানা সিংহনাদ লাউখয়ে।
পুস্করদো চঙ্ঙকই মন্তোনগবু কোম্রগে।
মেঘবর্ণ খুদক্তা ব্যূহ মচুং চঙখরে।
লবন সমুদ্রগুম্না ভেঙ্গোল সভা নিনখরে॥
মহাদেব খুদক্তা লানবু তৌবা চঙ্ঙকই।
তুমকবু খোঙহুনা হয়াওনবু চঙ্ঙকই॥
ভূত প্রেত ময়ামকা লোইনহনা চঙ্ঙকই।
কার্ত্তিক গণেশ লোইননা দুর্গা হেক্তো চঙ্ঙকই॥
মন্তিক চানা চানবু বাহন লোইনা তোংঙকই।
ভগবতী ইবেম্মা নোংশাদবু শাদোংই॥
অলকাদা দৈরবা মীদো ওম্না লানহৌই।
মহাদেব লানচঙবা শক্রহুনা উরকই॥
পুষ্করবু কৌয়গা লাউরহনা হায়রকই।
অলকাগী লানসিদা ঐগী শরুক ওইরগে।
কার্ত্তিক গণেশ মহাদেব ওসিদি য়েংগে॥
শিবা য়াদে নখোয়দি নয়ুম নয়ুম হনখরো।
শোইরোই ঐদি ওসিদি চেন্নোই নখোই থাজরো॥
পাম্মোম ভরাপাল্লবা দুর্গা লাক্লে হৌজিক্তি।
মাগা লোইনরহনা কনানা লানবু তৌগনি॥
পুস্করনা হায়রকই চিংনবাহু খুড়ানা।
নংনা ওগ্নি অমনা ওগ্নি হায়বা ওমদেনা॥
মেঘবর্ণ অকনবা য়াওরকলিমা লানসিদা।

মহাদেব দুর্গাবু ওয়ন্থনা জগত্তা॥
মতিক চাওবা রাবণনা পাল্লম্মিদা জগত্তা।
অহুগুম্বা রাবণদো লাইনা হাংখি রাম-না॥
মেঘনাদ ইন্দ্রজিৎ লক্ষ্মণ-না হেক হাংখিদো।
পাঙ্গল কনবা শাগৈনি কয়রবু কিনিদো॥
উচেকুম্বা মখোয়সে কল্লিলৈতে ওমগনি।
মহাদেব ওল্লগা ওসি মিংচৎ কংগনি॥
কিবিরগা লৈবিয়ু ঐনা লানবু চওগনি।
মহাদেব ওমজরো হায়না বর পিবিনি॥
রাহৈ অসি তাবদা শত্রুঘ্ন ইকাইরে।
দোলায় হেক্তা তোংখৎলি চিংথৈ হেক্তা খৌজল্লে॥
শাওরম্বনা থুদক্তা তেন মাপল কাপ্লক্লে।
মহাদেব থুদক্তা তেম্না নেংগুম কাপ্লক্লে॥
শত্রুঘ্ন বীরদো দগু পায়বা যমগুম্নি:
ত্রিপুরবু হাংপদা মহাদেব' তোগুম্নি॥
থক্তা থাদা খৌরকপা দোলায় শওভাইশেনগুম্রে।
বৃষভগী মথক্তা মহাদেব শাওরক্লে॥
শত্রুঘ্নবু য়েংহনা লাউরহনা হায়রকই।
নলকুবের মথক্তা কবি মরম লান তৌই।
শত্রুঘ্ননা হায়রকই মহাদেব তারোকো।
প্রভুরাম-চন্দ্রবু অভিশেকপু তৌনিকো॥
কুবেরবু ওমলকে রাশক্তনা লাকপনি।
ঐগী লিরুং অসিনা কুবেরবু ওমগনি॥

তারে মহাদেবদো ভেন ভরা হেক কাপ্পকই।
সুমিত্রাগী মচানা ভুবং হেক্তা কক্লকই॥
মহাদেবগী লিরুংদো থাগুম লংজি উবদা।
শত্রুঘ্ননা লিরুংদো অনিথোক্না ককইদা॥
মখোয়নিগী ভেস্তনা পৃথ্বী অসি নিকথরে।
মুংঙাইবগা লোইননা শত্রুঘ্ননা কাপ্পক্লে॥
মহাদেবগী লিরুংদো ককওমদবা ককথরে।
মণদম্বদো খুদক্তা খ্রেক খ্রেক হেক্তা খেক্লক্লে॥
তাঙ্গাসিদা শত্রুঘ্ন ভেন চামা হেক থাজল্লি।
মহাদেব' হৃদিদা হকথিথোক্না থাজল্লি॥
মহাদেব পৃথ্বীদা ব্রাম্বহুনা ভুখরে।
শত্রুঘ্ননা লোক্তুনা খুবাক প্রোক প্রোক খুখরে॥
ব্রাম্বখিবা উবদা কাত্তিক অহু হোগংলে।
শত্রুঘ্নবু বীরনা মহিম্রবান কাপ্পক্লে॥
অমুক হন্না সর্পবান শত্রুঘ্ননা কাপ্পীদা।
সিংহবান্না ককথংলে পার্ব্বতিগী মচানা॥
মখোয়নিগী ধ্বনিনা পৃথ্বী অসি নিনথরে।
যমগী খোংদা হুড়ুকা যৈবগুম' নিনথরে॥
দোলায়দগী মখোয়নি মহৈ মহৈ চোংথনৈ।
ছুপ ছুপ হেক্তা মবুক্তা খুত্তুম্নবু থাজিন্নৈ॥
গদা তাপ তাপ পায়থংনৈ লৈবাক্তা দমদম থানৈ।
যৈনরূকপা শব্দনা মশা থক থক হেক নিকনৈ।
যমগী দণ্ড মতৌগুম কাত্তিক অহু ফুদংলে।

শত্রুঘ্ননা ভানথাইরে তেঙ্গোল মচেৎ কাইরক্রে ॥
গদা য়াম্না হৈক্ষবা শত্রুঘ্নবু ওইথরে।
কার্ত্তিক অদু খুদক্কা রাম্বহনা তুথরে ॥
লক্ষ্মণ মচা লোইনরে শত্রুঘ্ন বীরদো।
সিংহনাদ লাউরকপা আকাশসি নিনখ্রেদো ॥
পুংসেন মোইবুংনচিবা নিম্নথরে অয়াম্বা।
শ্রীপার্ব্বতী গণেশ বারহনা চওকপা।
দেবী মথুং মঙানা লিরুং তেন মঙানি।
মথুং ভরা পাল্লবী মাংদা তসেং লেপ্পনি ॥
শত্রুঘ্নগা খুদক্কা মাইয়োক্নরে খুদক্কা।
গণেশ পুস্করগা মাইয়োক্নরে খুদক্কা ॥
নোংশাগুম্না থৌরবা তেন্দো দুর্গা কাপ্পক্রে।
তেম্না য়েনা থাবদা শত্রুঘ্নদো নিকথরে।
য়াম্না শাওরে শত্রুঘ্ন তেন্দো হেক্তা কাপ্নক্রে ॥
খুদক্কুদা দেবীনা তেন্দো ককপা ওমদরে ॥
ঢাক ঢোল হেক্তা য়েথরে বিনা বাজাই থোংথরে।
তারবদা কৈলাস মাইগৈ মরি কাইনরে ॥
তেন ভম্নানা থাথরে পাম্বোম ভরা পানবদো।
খুদক্কুদা দেবীনা রাম্বহনা তুখ্রেদো ॥
লক্ষ্মণ-গীদি মচাগা গণেশগা লানথেংনৈ।
পৃথ্বী থক থক নিক্লবু খুদক্কুদা লানথেংনৈ ॥
মথোয়নিগী লান্দুদা পৃথ্বী থক থক নিকথরে।
খুংলায় থাবা লেথদে অকনবা লান ওইথরে ॥

ঙম্নরক্তে অনিসে পাঙ্গল চপ্প মাম্নগ্রে।
মথোয় অনি পৃথ্বীদা চপ মাম্ননা হেক তুগ্রে॥
মতমসিদা পুস্কর সিংহবানবু শৎ শৎলি।
গণেশনা খুদক্তা তুবৎ হেক্তা ককথৎলি॥
মতৌ অস্নুম পুং ঙরা চুম্নবু লান তৌরক্লে।
লক্ষ্মণনীদি মচানা জালামুখি কাপ্নক্লে॥
তেম্না নমথা থাবদা গণেশদো রাম্বরে।
পুস্করনা খুদক্তা সিংহনাদ লাউথরে॥
অলকাদি লৈবাকসে থ্রক থ্রক হেক্তা নিকথরে।
শত্রুঘ্ননা লাউরকপা সিংহনাদ' নিকথরে॥
মহাদেব তুবসি প্রজাপতি উরক্লে।
শত্রুঘ্নগী মমাংদা চণ্ডক্তনা হায়রক্লে॥
অলকাবু লৈবাক্তা তৌরগনু লান অসে।
কুবেরগা লোইননা অভিশেক্তা লাক্কেসে॥
শোয়ারেনা চিংলবা দুর্গা কাওবা পুরক্কে।
গায়ত্রীশু লোইননা ঐস্নু শোইরোই লাকচগে॥
শাওবিরম্নু ইবুংঙো কুবেরগী লানসিদা।
তৌবিরম্নু লান অসি অলকাবু লৈবাক্তা॥
মহাদেবচিংলবা অকন অথৌ মম্নামস্নু।
রঘুনন্দন য়েংবিম্নু রাম্বরেদো ঙম্নস্নু॥
মতম অসিমক্তদা গণেশদো হৌগৎলে।
কুবেরগা লোইননা রথী পুম্বা হৌগৎলে॥
মহাদেবনচিংবা লাইয়ামশিংশু হৌগৎলে।

দোলায়নাক্তা চঙঙক্লে ভক্কানচিংবা য়ৈরক্লে ॥
বংশীনবু চিংলবা যন্ত্রগী জাং শুখয়ে।
শত্রুঘ্নবু য়েংহনা মহাদেবনা হায়রক্লে ॥
লাইয়াম পুম্বা নহাক্না ওম্না মাইথী পিরেদো।
গাণ্ডিবগী মশুপদি ঐনা চসি খণ্ডলেদো ॥
দোলায়নচিংবা শগোল ঐরাবতকুম চাওখয়ে।
লৌরি খিংবা মখোয়া নোংনা খোংবা মানখয়ে ॥
মীদি থমখো ইবুঙো লাইয়াম খাংবা ঙমদয়ে।
নচিন ননাও মথিসে নারায়নবু পোক্লয়ে ॥
কনাগীবু শক্তিনা নখোয় মরি ঙমগনি।
থুক্লমজরি ননাইনা পুক্লিং অচ্চ ভপ্পীনি ॥
অভিষেকপু চচ্ছগে অয়েপ্পনি ননাইখোয়।
খৌজানবীয়ু দাকিনী ময়াম লাক্কে শোইজয়োয় ॥
ব্রহ্মাদমু নশুনা থরানমিচাক লৈথিবা।
দুর্ব্বাশানচিংলবা মুনি ঋষি অপুম্বা ॥
অযোধ্যাদা লাইয়ামশিং লাকচয়গে শোইজয়োয়।
রাহৈ অসি ভাবদা শত্রুঘ্ননা হায়রকই ॥
অভিষেকপু চংকনি হৌজিক করি হায়রিবা।
লান ভৌত্রিঙৈদদি হায়জবদি কৈদৌবা ॥
হৌজিক করম ভৌনবু হায়জববু শাথিবা।
রাম লক্ষ্মণগী মশুপদি থাংমৈশুম ঙাম্লবা ॥
স্বর্গ মর্ত্ত্য পাতালকাও মশুণভনা নিম্লবা।
অহংশুম্বা লক্ষ্মণনা চক্রশালা ঙম্লকপা ॥

ফজরবা মাইখোংনা থাগুম্নবু লংলবা।
মানা হেক্তা শাওবদা মেঘনাদ মাংহনবা॥
মনুভত্র অকনবা মানা লায়না হাৎখিদো।
নংগী শিষ্য অহম্নি রাবণ নিংথৌ হায়বদো॥
নংগী লিরুং থেক্লগা সীতা লুহোংলকপনি।
পরশুরামগী নাপলস্ু রাম-না থুদেকখিবনি॥
তাড়কাবু হাক্তনা মুনিগী যজ্ঞ ঙাকখিদো।
মাগী অভিষেকসিদি য়াওবা পুম্ব কংনিদো॥
মাগী মগুণ শিংথাবা ঙম্নরোইকো ঐহাক্না
ওইরি পূর্ণব্রহ্মবু রাম লক্ষ্মণ অনিনা॥
লাইয়ামশিংনা হায়রকই খণ্ডিঙ ননাই ঐখোয়স্ু
পূর্ণব্রহ্ম নারাণনা খণ্ডিঙ মীনি হায়বস্ু॥
রাহৈ অসি হায়রুনা লাইয়াম বিদায় লৌজরে।
শত্রুঘ্ন বীরদা * রক্তবানা পিথরে॥
শঙ্খ ঘণ্টানচিংবা বীণা বাত্ত য়ৈরক্লে।
অলকাবু ঙমহনা শত্রুঘ্নদো হল্লক্লে॥
লাইবু ঙমবা ফিঁরাম হাইনা হুম্না ফজরে।
তেঙ্গোল চৎপা ধ্বনিনা পাতাল ফাওবা নিনথরে॥
নিংথৌ মচা কয়ানা কিরহনা চঙজরে।
পুংগীশেনগী ধ্বনিনা আকাশসি নিনথরে॥
বন্দা লৈবা শা উচেক খংলহনা পাইখোক্লে।
তেঙ্গোলশিংগী উকুম্না তুরেন ঈশিং কংথরে॥

* রক্তবানা—অঙাংবা কিবাব

মতমচুদা শত্রুঘ্ন অঙ্গদদা হায়রকই ।
চথৎলোকো নহাক্লা অযোধ্যাদা হায়রকই ॥
অলকাবু ঙমচুনা লাকয়ে হায়না তম্মুরো ।
পুরবাসী ময়ামদো ওঙ্গনবা তাকউরো ॥
তারবদা অঙ্গদ চিংঙৈ হেক্তা চঙথরে ।
লক্ষ্মণগী মমাংদা চিংঙৈ হেক্তা থুংলরে ॥
যুবরাজ লক্ষ্মণসু রায়েনশংদা কম্মম্মী
মতমসিদা অঙ্গদ সভাদুদা চঙলম্মী ।
মথুং জোর তোরগা মভারকপু থুরম্মী ।
নংগী থৌজাল লৈবনা অলকাবু ঙম্রম্মী ।
অৰ্দ্ধচন্দ্র ব্যূহদো নচানবু কাপথাইদো ।
মহাদেব দুর্গাকাও শত্রুঘ্নগা লান তৌইদো ॥
নংগী নগুণ অচুনা ময়োন অচুম শিনখ্রেদো ।
শত্রুঘ্নবু বীরসু পাতাল কাওবা কাওখ্রেদো ॥
পুরবাসী পুম্নমক শত্রুঘ্নবু ওকপিরো ।
ননাও শত্রুঘ্ননিকো প্রভু য়াথং পিবিরো ॥
রাহৈ অসি তাবদা লক্ষ্মণ সাজন তৌরক্লে ॥
হয়াওবগা লোইননা সিংহনাদ লাউরক্লে ॥
যুবরাজ লক্ষ্মণদো দোলায় হেক্তা তোংখৎলে ।
লক্ষ্মণ তেঙ্গোল লোইননা থুদকসিদা উনরে ॥
শত্রুঘ্নদো থুদক্তা দোলায়দগী কুমথরে ।
লক্ষ্মণ নাক্তা চঙঙক্লে হয়াওনবু থুরুম্লে ॥
মথুংত্তা তাপ পায়রগা চেজেৎ কোয়ে চুপ্লক্লে ।

শক্রুঘ্নবু কোল্লগা লক্ষ্মণ জগোই শাররে ।।
জানকী উর্ম্মিলানচিংবী মঙ্গল তৌররে ।
লাম্মীশিংবু অয়াম্বা পুক্লিং হয়াওনরকলে ।।
জানকী উর্ম্মিলাবু শক্রুঘ্ননা খুরম্মী ।
অতুগীদি মতুংদা চন্দ্রকলা খুরম্মী ।।
মুংশিবগা লোইননা কলানা মঙ্গল পিরম্মী ।
মাশু হয়াওরছুনা মাইথোং মকা লাম্মম্মী ॥
শক্রুঘ্ননা হায়রকই থৌজাম্নগী হল্লরে ।
নংগীদি তেন অতুনা অলকাবু ঙমমরে ॥
পাঙ্গল কনবা কুবের লাইনা লাম্দা ঙমমরে ।
তারবদা কলাদো হয়াওছুনা নোকচরে ॥
জানকীনা হায়রকই মকোক্তুগী তম্মকউ ।
শক্রুঘ্ননা হায়রকই তমগে মরম তাবিয়ু ॥
অর্দ্ধচন্দ্র ব্যুহদো পুস্করনা কাপখাইরে ।
মহাদেব দুর্গাদো ঐগা লানবু থেংনরে ॥
তাংথক নাইবা লৈতনা মঙ্গল রারী তমখরে
তারবদা সীতানা পুষ্করবু পমখরে ॥
শ্রীপ্রভুরামচন্দ্রগী মুংশিরবা রারীনি ।
তাবা পাপ্প কোক্তুনা স্বর্গ হেক্তা কংগনি ॥
মচানিরে কংজবা মরলনিরে কংজবা ।
কোঙঙমত্রবা লাইথুংবু লাইনা হেক্তা কোক্লবা ॥
তাত্রবসু লাইরিকসি মুমদা পূজা তৌরদি ।
পুজি মরল অমদি মতিক মগুণ চাওখংনি ॥

মচা ফংলম্মু তম্বা ফংহনবিরবা গুণনি।
রামগী ইতিহাসপু ভক্তি তৌন তাগনি॥
পুক্নিং হকচাং য়াওনবু তাজরবা মীহুদি।
শি:র দোলায় তোংলগা, শোয়রোই বিষ্ণু ফংবদি॥
রামগী বারী তাবদা হুংঙাইববু ফংলবা।
অতুগা মীওইদি ওইরে প'ম্ম কোকচবা॥
ধর্ম ইতিহাসবু পদ ওইনা ইবদি।
শকপা শোনবগীদমক জয়ছন্দনা লেংবনি॥

মতাং অসিদা শ্রীলক্ষ্মণ দিগ্বিজয়গী মচুংদা শত্রুঘ্ননা অরাংগী কুবের ওমনুবা অধ্যায় লোইজরে।

# ভরতকী বারী

অমুক হন্না অর্জ্জুন্না হঙ্গচ্চরে ব্যাসদা।
ভরতকীদি লালহুবু অমুক হন্না তাগেদা॥
যমগী লৈবাক অদুদা করমতৌনা চৎলকপা।
থেঙ্গোল কয়া পুত্থনা মহাক্কবু চৎথীবা॥
ব্যাসনমুক হায়রকই তারো পাণ্ডু মচাশিং।
ভরতনমুক লালচৎপা তমলকলগে রামমশিং॥
ভরত হেক হায়রকই ইনাশু লক্ষ্মণ তারোকো।
যমগী লৈবাক চৎলগে লালগী শাজন তৌরোকো॥
রাম অসি তাবদা লক্ষ্মণ খুদক অসিদা।
শগোল, শামু, মী দোলায় শাজন তৌরে চংখোন্না॥
লমীগী খা থংবদা লক্লুবু য়ুংখরে।
চক্লু ঈশিং থল্লবা ঘোৎনচিংবা খীনখরে॥
অযোধ্যাগী মুপীশিং জানকীগা লোইনরে।
মপান থংবা লম্পাক্তা থেল্লহুনা লৈখরে॥
ভরত মহাবীরসু শাজন হেক্তা লোইখরে।
পুং-শেন যন্ত্রনচিংবা ভুং ভুং হেক্তা য়েনরে॥
দোলায় তৌবা কাংবুশু মহৈ মহৈ থুংলরে।
রথী পুষ্প খুদক্তা লিক্লং ভন্ন পাইনরে॥
থাং চুঙ্গোই পায়বনা কোটী কয়া যাওরক্লে।
নোংমৈ পায়বা কয়ানা হরাও হরাও ডাইরক্লে॥
জানকীনচিংলবা নিংথেমহুবী কয়ানা।

মঙ্গল ওইরো লাউনরে পরেং পরেং লেপ্তুনা ॥
জয়-ধ্বনী লাউনবনা আকাশসি থনথরে।
দোলায় অমু পুরকপ থাগৎম্নবু লঙথরে ॥
লক্ষ্মণ মতৌ উবদা ভরতনা হেক কোনবীরে।
দোলায় হেক্তা তোংখৎলে, সিংহনাদ লাউরক্লে ॥
দোলায় চীংবা শগোলদো ভোরোক ভোবা ঙংকুনি।
থক্তা কীরান মকু বা কেরে কেরে হাইবনি ॥
মতৌ অসুম তৌহ্না শাজন পুম্বা লোয়খ্রেদো।
লক্ষ্মণগী মচা ভাস্কর অঙাংবা দোলায় তোংভীদো ॥
চৈথোক মরী ভোইদো কীরান বিদ্যুত বর্ণনি।
শগোল মরী চীংবদি মৈতাল নেৎপগুম্বনি ॥
রাস্কক ফুরীৎ লাংশল্লে, কোক্তা লুহুপ উপশল্লে।
হেক্তা উবা মতমদা শুমহৎননা ফজরে ॥
বীরসিংহ নিংথৌগী দোলায় সনা মাল্লিদো।
মাইগৈ মরি কীরাম্না তগুপ তরেং কজেদো ॥
বীরধর্ম্ম নিংথৌদো দোলায় শজন লোইরেদো।
শঙ্খধর নিংথৌসু শামু গুম্না কল্লিদো ॥
সুবন অমা সুধর্ম্ম মৈতা নিংথৌ চিংলবা।
ময়াই কারবা শামুগুম দোলায় কেনা চোংখৎপা ॥
য়াইঙং মচু মাল্লবা দোলায় কীরান মচুনা।
তোঙিঙ দোলায় অহুদা শ্রীধর নিংথৌনা ॥
মেঘবর্ণ দোলায়দি থোইনা হেম কজেদা।
তেন্দোলতনা অক্ষৌহিনি তরামরিনিদা ॥

সনা মচু মাল্লবা দোলায়তন' কয়া'নি।
সমলপ লেংগে মরমদি কিরে লাইরিক চাউখীনি ॥
ভেঙ্গোল খোঙগী উকুন্ন' আকাশদো মমখরে।
মায়পৈ মরি শিনখিবা ময়ৌৎ মঙান ফংদরে ॥
পুং শেন কন্না য়ৈরক্লে সিংহনাদ লাউনরে।
পুং য়ৈবগী মখোম্না রা ঙাংনবা তাদরে ॥
দমা-ডঙ্কা ঢাক ঢোল কাংশি করতাল য়ৈরে'
যন্ত্রশিংগী ধ্বনীনা নাকোং মরৈ হন্নরে ॥
দোলায় মরক মরক্তা চামরনা খৌগল্লি।
কনা অমা ইশৈ শক দোলায় থক্তা তোংখৎলি ॥
জয়ধ্বনী লাউরগা নোংমৈ প্রোক প্রোক কাপখৎলি।
মনম মুংশি মুংশিবা চন্দোন্নচিংবা নমহল্লি ॥
ভেঙ্গোল খোঙগী ধ্বনীনা পৃথ্বী থক থক নিক্লকই।
পুংগী শেনগী মনিম্না আকাশসি নিল্লকই ॥
মহমদগী উচেক্ক: খঙবগুম্না পাইখোকই।
মীদগীবু তোল্লবা এনা করম ইগনি ॥
মতৌ অসুম লাকপনা বৈতরণী য়ৌরক্লে।
খৌরি মরৈ মতৌগুম ঈশিং অচৌ চেল্লমলে ॥
নোংখাং কুপ্পা মতৌগুম ইপোম নাইনা চেন্থবা।
শমগুল্লবা খোং অমা ময়াইচৃদা শারম্বা ॥
শরু শম্না ঈথকওই বৈতরণী লৈতেংবা।
নমখিরবা মনমনা নাত্তোন মেনবা ওইরবা ॥
মাবু লাননি থনবদা মিপাইনরে ভেঙ্গোলশিং

কনাঅবু হায়নৈকো লাক্কমনি পাপ্পীশিং ॥
কনানা হায় শিরগা-যমনা সিদ পুবোইরে।
অঙকপসি উবদা লগোল লামু খোংলক্লে ॥
বৈতরণী উবদা ময়াম পুম্বা কিনরে।
তেঙ্গোল মতৌ উবদা ভরত রাখল তৌরক্লে ॥
করি মুংগী ঐহাক্লা যম উমংগে রাশকপা।
জয়চন্দ নিংথৌনি মাগী ব্রাহ্মণ ওইরবা ॥
শ্লোকতগী মহাক্লা পদ ওইনা ইরম্বা।
লক্ষ্মণ বিজয় হায়বসে দেশ খুদিং খঙনবা ॥

## লাচাড়ী

ভরতনা হেক হায় খুদক্কা ;　　মতিক চাওরবা তেঙ্গোলদা ;
বৈতরণী লানবা কিরবরা।
রামগী মনাওনিকো ঐসে,　　কনানা ঐবু উমনিসে
বৈতরণীবু করম কিরিবা ॥
খঙঙ অচৌবা তুরেলনি ;　　অতুনা শরু তাওবনি ;
মসে যম কোমুংগী হৌনবনি।
লাগোল লামু মাইওম্লক্লে,　　দোলায় তোংবশিং মাইওম্লে।
খুৎলায় থারে নিংথৌ মচাশিংদি ॥
থরনা নোংপোক ওম্লক্লে,　　থরন ঔরাংদা চেম্লে ;
কনানা মথারোমদা চেম্লক্লে।
উরুযবদা ভরতনা,　　হায়রকইদো ভাষ্করদা ;
উব্রা য়েংঙ চেমরিসে হায়রে ॥

হুমিং থানা মকমসিদি, চঙদবনা মমলিবনি ;
লক্ষ্মণগী মচা ভাস্কর খণ্ডঙ্ ।
করম য়াশক্তুনা লাকপা, করম ভৌনা লান ভৌশিবা ;
লানবা ঙম্মোইদৌরিকো সে য়েঙঙু ॥
হি অমত্তং লৈরবদি, ভেঙ্গোনশিংসি লাল্লবদি ;
হৌজিক্তি হি অমত্তা লৈত্রেদো ।
মতৌ করম যম ঙমগনি, হায়য়ু ভাস্কর নং হৌজিক্তি ;
খুদ্রুবদা উপায় লৈতেদো ॥
রবিকুলদা পোকপনি, লান কয়া থেংনরকপনি ;
মরোন অহুমদা ফাওবা ঐহাক্লি ।
ভাস্করন'মুক হায়রকই, ভাবিয় হঙ্গচ্চরকই ;
করি মরমগী চিন্তা ভৌগনি ॥
ঐগী দোলায়কো অসিদ, পায়বিরোকো চিংনদনা ;
ভেঙ্গোল অপূর্বসে লাগুগেকো ।
ভরতনা হায়রকই বাপু, পুক্লিংদা রাই য়াম্না ঐবু ;
করিগুম্বা তারদি খল্লুইকো ॥
ভেঙ্গোল অসি পাইননবা, বায়ু মন্ত্রগু খঙত্রবা ;
ঐনা করম পূক্নুনা পাইগনি ।
লাইরিক পুরাণনচিংলবা, লক্ষ্মণনা ঙম্না তমখ্রবা ;
মহৈ বিদ্যাদা সমুদ্রগুম্নি ॥

ইনাক্তা লক্ষ্মণ লৈতেদো, কনাদা ঐনা হংনিজো ;
করম্না বৈতরণী লাননিকো।

ভাস্করনা হায়রকইদো, ঐ বায়ু মন্ত্র খণ্ডজেদো ;
ঐগী দোলায়দা পায়বিরকউকো ॥

ভাস্করগী য়া তাবদা, অমুক হেন্না মুংঙাইরেদা ;
পাইথংলক্লে ভাস্করগী দোলায়।

তেঙ্গোল মথং মথং পায়রে, মীয়াম অদো লোইনা লাল্লে ;
দণ্ড অমদা যম কোন্নুং য়োই ॥

চিন্তামুক থাদোকপিরেকো, হৌজিক যমগোই য়োরেকো ;
মিৎনা কুপ্পিদা কংডে য়েংবিরোকো।

ভবানিনাথনা হায়জৈ, শ্রীরামগী চরণ চঙজৈ ;
নিংথৌ রাথং লৌহুনা ইজেকো॥

দোলায়দগী লাম্মীশিং মহে মহে কুমথরে।
মমিৎ ঙম্না পাংনরে মাইগৈ তরা য়েংনরে ॥
গুম্না মমবা উবদা অকিববু ওইবক্লে।
শগোল শামু পুম্নমক ঙম্না পুমঙক ঙক্লরে ॥
তেঙ্গোল মমাম য়েংলগা ভরত অদো শাওরক্লে।
তেঙ্গোলশিংসি ঐহাক্না পুরকপনি থল্লক্লে ॥
লাউরক্লেদা ভরতনা নিনগন্নুকো তেঙ্গোলশিং।
ভাস্করবু লোইননা লাক্লিবনি তেঙ্গোলশিং ॥
করি রাথল তৌপনি, করিমতা কিগন্নু।
থুত্না লিক্লং পায়রিডে করিমত্তা চিংনম্মু ॥

ৱাহৈ অসি তাবদা তেঙ্গোল পুম্বা নিল্লরে
লিরুং পায়রে অকনবা অনিমাংদা চিংঙরে ॥
তেঙ্গোল সভা লোইননা সিংহনাদ লাউরক্লে।
যমগী কোন্নুং মীশিংদো তারবদা ৱানরে ॥
চিত্রগুপ্ত য়েংহুনা যমনা হায়খি কনানো।
সিংহনাদ লাউবদা ঐগী লৈবাক নিকলেদো ॥
রথী অনি মাংখংনা নিংঙাইদনা লাকইদো।
লীরুং পায়রি মখুত্তা অকনববু মাল্লিদো ॥
চিত্রগুপ্ত' খুম্মকই ঐদি খঙদে মসিদি।
কদাইদগী লাকপনো তেঙ্গোল ময়ামশিংসিদি ॥
হায়নরিঙৈ মতমদা সনথোংবু য়েৌরক্লে।
নোংশা লাল্লাউ তাবদা যমগী লৈবাক ৱাম্বরে ॥
রথী পুম্বা লোইননা লীরী খ্রিঙ-খ্রিঙ খিঙঙক্লে।
তারবদা মীয়ামদো মহৈ মহৈ চেন্নরে ॥
চিত্রগুপ্ত লোইননা যমদো খুদক মক্তদা।
ইরোই হেক্তা তোংখৎলে লানগী সাজন লোইখ্রেদা।'
চিত্রগুপ্ত' লাউরকই কনানো হায় লাউরিবা।
কদাইদগী মসিদা করিদোবা লাক্লিবা ॥
সিংহনাদ লাউবদা পৃথ্বী অসি নিকলেদা।
কানাগীবু মচানো নমিং হায়য়ু ঐঙোন্দা ॥
নশক নতো ইনৌ-নৌ ফজরকপদা ওইবা।
লিরুং দোলায় অপুম্বা মাংজরগে লাকচবা ॥
ভাস্করনা হায়রকই তাজো হায়গে খঙনিদা।

অশেংবতা তাকনি ঐখোয়গীবু মরমদা ॥
ঐগী ইমিংদি ভাস্কর কৌই লক্ষ্মণ' মচানি ।
ভরত অদো লাকইদো রঘুগীদি মকোকনি ॥
অমৃতগুম্বা নীয়েকো রায়ী অসি তাজরো ।
ইতোমতনা পৃথ্বীসি তাল্লিবনি থওজরো ॥
ঐগী লিক্লং অসিবু ওম্বিনবা কনানো ।
চক্রশালা ওমমকই মপাবুংবু লক্ষ্মণদো ॥
নোংচুপলোমদা লেংখরে প্রভু রামচন্দ্রনা ।
শত্রুঘ্নবু বীরনা কুবেরবু ওমখিদো ॥
নংবু ওমগে হায়দুনা ভরত সিনা লাকইদো ।
ওসি লান্দা ঐহাকসে অওাং ওইনা লাকইদো ॥
ভুমিং' মচা ওসিদি লান তোরগা খওগনি ।
অশিবগী নিংথোবু ওইজবতা নহাকনি ॥
ঐগী তেম্না ওসিদি মাংহল্লগে নথরাই ।
রাহৈ অসি তাবদা যমনা অমুক হায়রকই ॥
কদাইদগী লাকপনো ঐগী ইনাক অসিদা ।
নখোয় পুম্বা রায়েল্লি ঐগা লানবু তৌনিদা ॥
মতৌ করম ওমগনি কিদববু শাইদকো ।
ভাস্করনা হায়রকই হৌজিক অমুক কিম্নকো ॥
অযোধ্যাবু কোম্নংদা চৎসি রামবু উনবা ।
অভিষেকী মরমদা নংনা মকোক ওইনবা ॥
য়ানিংবরা হায়রিসে সূর্য্যগী মচা নহাকপু ।
যমনামুক হায় ওইথোক্লোই অত্থগুম্বা রাকপু ॥

মীগী অভিষেকক্তবু লাইনা করম চৎকনি।
ঐবু উবা মতমদা মীয়াম লোইনা গুকনি॥
অচুদবু করম্না চৎকদগে ঐহাক্না।
লান ভোগনি লাকলিবা ভোরে! য়েংগে ইমাংদা
অমুক হন্না উরয়োই রাম লক্ষ্মণ মাইথোংদি।
বৈতরণী তুরেন্দা ককথৎতুনা লংথনি॥
করি ভোজগদগে রাম লক্ষ্মণ অনিনা।
হায়রম্লগা যম অদো সাজন হেক্তা লোইরেন'॥
মশক থিবা ছুত্তুনা কোট্টি কুম্বু নিথোইনি।
কনানা পায় ছেলজাঠি কনা অমা পায় ভেম্নি॥
মথোঙ নামা পাম্লবা নাকোং নামা পাম্লবা।
মনা নামা পাম্লবা মমিৎ নামা পাম্লবা॥
কনা নাকোং পান্দ্রবা কনা মরৈ য়াওদ্রবা।
ছুত্তপু কয়া কয়ানা হাৎলো থিম্নু লাউনবা॥
কনানা পায় চুঙ্গোই-থাং অকনববু থিবিক্না।
কনাগুম্বা ছত্তুনা মশমমতা পান্দেদা॥
অসিগুম্বা ছুত্তুনা লাক ওইনবু য়ামশ্রেদা।
কনা মাইগৈ কিজেৎপা মতুদনা চোমথৈদা॥
অনাগুম্বা অমনা ঈশিংগুম্না ফজেদা।
কনা'মগী মমাইনা মুংগুম্নবু কল্লিদা॥
কনা অমা জগোই শাই কনা' ঈশৈ শকইদো।
কনা অমা শম্বি উৎ তৈবা ছুত্তপু য়াওইদো॥
উরবদা হায়রকই লক্ষ্মণগীদি মচানা।

অসিগুম্বা মুত্তিসে উখিদরি মথক্তা ॥
করি তৌরকপনবু ঐনা উজবনোদা।
ভরতনামুক হায়রকই করি রাখল তৌবনো ॥
য়েংঙু ঐহাক হৌজিকমক মমগা লানবু তৌগেকো।
খুত্তা লিরুং পায়রগা নমাংসিদা তৌগেকো ॥
রবি শাগৈ পোকপা ঐ কিরক্তুনা চেনগত্রা।
পাংগল মিংচৎ অকাওবা হৌজিক হেক্তা মাংগত্রা ॥
য়েংঙু তেঙ্গোল ময়ামসে পাজল ওম্মা য়াওদরে।
তারবদা ভাস্কর লৈরৌ খ্রিং খ্রিং খিংঙক্রে ॥
মৈরক্লেদো হডুকা যমগী সনথোংহুদা।
লান্দা চিংথৈ থোরক্লে চিত্রগুপ্তা খুদক্তা ॥
রথী অনি মাইয়োকনৈ তেন কাপ্পনা নিল্লক্লে।
থাদোরকপা তেন্দুনা আকাশসি থনখরে ॥
শিংথাবদা ওম্নয়োই রথী অনি থেংনবা।
পাও পাত্তা হায়রিবা ওচিমুথ হায়রিবা ॥
কামরকপা খুৎলায়না তেদোল কয়া তুরক্লে।
অমনম্ম ওমদরে অমনম্ম ওমদরে ॥
মত্তমসিদা ভাস্কর অরাববু ওইরক্লে।
মশা অসি চোকথরে প্রানবু পুথা য়াদরে ॥
উরবদা ভরত্ত দোলায় হেক্তা থৌজিল্লি।
ওইনা লিরুং পায়রগা য়েংনা তেনবু পায়থংলি ॥
মমিং অনি য়েংলকপা মৈগুমবু ওাংজিদা।
থম্বালমওং মাল্লবা দোলায় অমা তোংইদা ॥

কৈকেয়ী মচা খুদক্তা লিরী খ্রিঙ খ্রিঙ খিঙঙিদা।
তেন অমা শং শংতোক্লে চিঙৈঙ শন্ধান তৌইদা॥
ভাস্করবু ঙাক্লগে খুদক্তুদা খৌরাংবা।
মনম মনম তেনশিংদো চিঙৈঙ হেক্তা থারকপ॥
চিত্রগুপ্তা মহাকী তেন্দো গুম্মা ককথংলে।
তেন অমনা য়ৈনা থাই চিত্রগুপ্তা নিকখরে॥
তাজা তাজা য়েংহনা তেম্মা মনম থাজিল্লি।
বিষ্ণু অস্ত্র খুদক্তা চিঙৈঙ হেক্তা কাপশিল্লি॥
অহুগুম্বা তেন্দুনা চিত্রগুপ্তা য়াম্বরে।
য়াম্বসি উবদা চণ্ড হুস্তো চঙঙক্লে॥
মাগী মঙং মতোদো মুমিংকুম্মা লংঙিদা।
মথোয় অনি কাপ্পবা শিংথাবদা ঙমমোইদা॥
যমগী কোম্বুং খুদক্তা লপত্রেগুম্মা হায়খরে।
প্রজা পূম্বা অকিবা মিপাইনবা হৌরক্লে॥
চণ্ড হুত্না কাপ্পকই শিলিমুখ হায়বা তেন।
ভরতনামুক ককথংলে চামা চামা য়াম্বা তেন॥
পশুপাতপু কাপ্পক্লে দশরথকী মচানা।
চণ্ড হুত্না ককথরে তমথিরবা থুংলায়না॥
চণ্ড হুম্বা কাপ্পক্লে কার্ত্তিক কৌবা তেন অদো।
গণেশ কৌবা তেন অমা ভরতনামুক কাপ্পিদো॥
সিংহ অস্ত্র কাপ্পকই চণ্ড হুম্বা খুদক্তা।
ভরতনামুক খুদক্তা লাইনা হেক্তা ককখিদা॥
লিরী চিংবা মথোম্না থোইমুগুম্না ঙংনরে।

থাদোক্লবা তেনশিংনা মৈগুম্নবু লংলক্লে ॥
শাওরে ভরত গাণ্ডিব নাকোং ফংনাচিংগক্লে ।
চগু হুতকী মথুম্তো শিব বাম্লাককথংলে ॥
তেনগী শব্দ অহুনা পৃথ্বী থক থক নিকথরে ।
অয়াম্ববু লাইশিংদি উন্নবদা মিপাইরে ॥
অমুক হন্না ভরতনা তেন শন্ধান হেক তৌরক্লে ।
চগু মথোঙ কক্তনা মাংওইননা থাথরে ॥
চগু হুতপু তুবদা তেঙ্গোল ময়াম চেম্নরে ।
যমনা দগু পায়হুনা ভথক ভথক থোরকলে ॥
যমগী দগু ভমথিবা মীন কিনম্নিবনি ।
হুডুকাবু মৈয়াক্লে যমগী সনথোংদদি ॥
যমরাজ থুদক্তা ভরত্তামুক হায়রকই ।
চিত্রগুপ্তনচিংবা মাইথিববু পিরকই ॥
বিষ্ণু অংশ পোকপিবা অতাংবনি জগত্তা ।
মাইথিথিবা হুতশিংদে' পুন্য ফংবা ওইথ্রেদো ॥
নিপা ওইবা ঐহাক্তা হৌজিক লানবু তৌরসি ।
গুসি নংদি শোইররোই রঘুবংশ থাদোকসি ॥
ঐগী লান্দা নারায়া গড়ুর তোংগক্লসম্নু ।
অহু কাওবা ঐহাকসে গুমত্রববু ওইসম্নু ॥
মীওইববু নথোয়না যমগী লৈবাক য়োরকপা ।
গুসি শোইরোই তুবদি কৈকেয়া' মচা অশেংবা ॥
নিংথৌ কয়া গুম্নকপা রাম লক্ষ্মণ অনিন' ।
ফংত্রববু হাংনবা পোক্লবনি বিষ্ণুনা ॥

নিংথৌ ভাক্কেদমক্তা নপা নচা অনিনা।
অয়েম্বদা লাকপদি ঐগী কোম্নুং অসিদা॥
নোংমগীদি মমুংদা জীব লীশিং পোকইদো।
জীব লিশিং লাকইদো জীব লিশিং চৎথিদো॥
জীব কয়ামকুমসে ঐনা লৌশিল্লিবনি।
করি য়াথল তৌতুনা লাকলিবনো লান তৌনি॥
য়াহৈ অসি তাবদা ভয়ত্তনা মুক হায়রকই।
তায়ো-তায়ো হে যম ইকাইদেকো হায়রকই॥
য়াবণ কিবা মরমনা মিনাই ওইখি লঙ্কাদা।
কনবিখিবা য়ামদো কাওরে নংদি হৌজিক্তা॥
লঙ্কা নিংথৌ য়াবণনা ঈশিং পুনহনখিবদো।
লাইয়াম পূম্বা য়াবণনা ভয়া শিজিন্নখিদো॥
ভমকয়বা জগৎনা মেঘনাদ মচানি।
মিৎনা কুপ্পি অমদা লক্ষ্মণ মানা লোইশিননি॥
অতুগুম্বা লক্ষ্মণনা চক্রশালা ভম্মক্লে।
প্রভু য়ামচন্দ্রনা তাড়কাবু হাৎখরে॥
ঐনা সেম্বা মহাকনি করম নিম্বা তৌগনি।
দোষ লংজয়বদি ভসি নহাক শিজনি॥
লাইগী নিংথৌ শোয়ারেল ঐভোম্বদু কৈদৌনি।
অশিববু লোয়পা নংনা য়ায়েগ্গবনি॥
অহিংবদা নহাক্না কৈগু ভম্মোইদবনি।
মমাংদৈদা খংগ্রদাই মর্কটকি য়াকমদো॥
মীনা শিংবা মরম্না জম্বু দ্বিপতো মাংখিদো।

তায়রবদা অর্জ্জুননা হঙ্গংলকই মুনিদা ॥
মীনা করম তৌহুনা যমগী লৈবাক চঙখিবা।
য়াম্নী পূম্বা লীবিয়ু তাজরগে ননাইনা ॥
মহামুনি তাজগে হুংশিবীয়ু ননাইদা।
মুনিনামুক হায়রকই লীগে তারো তপখনা ॥
নোংমা যম নিংথৌনা ফম্মি সিংহাসন্দুদা।
মাগী মন্ত্রি মনাইগা যমনা হল্লাওরম্মীদা ॥
উচ্চৈশ্রবা তোংহুনা মর্কটনা চৎলিদা
ওইথোক্তবা উবদা মহারাজ নোকউইদা ॥
অশুকপিকপা মীসিনা ওনথোকপবু ওইরেদা।
অশুক চাওবা শগোলসে মতিক মপা চাদরে ॥
অচোবগী মতৌবু মচাসিনা তমখরে।
তায়রবদা মর্কট নোক্লহুনা হায়রকই ॥
অশিববু লৌরগা নংনা নিংথৌ ওইরমই।
জীব অচৌ-মচাশিং লৈরি মরোন অহুমদা ॥
জ্ঞানদি মথোয় পূম্নমক চপ্পু হেক্তা মাম্নেদা।
ইবুধিনা ফবনা শগোল অসি তোংবনি ॥
ভস্মরোইকো অহিংবা নংনা লৌজরুবনি।
নরক কুণ্ড নহাক্কী লক্ষ হুমফুমরিদো ॥
পাপীশিংবু নহাক্লা লৌরুরগা লাক্লেদো।
হায়রল্লগা মর্কট হল্লাও হল্লাও চৎখরে ॥
যমরাজ খুদক্তা মনাইশিংদা হায়রক্লে।
মর্কটনা হায়রম্বা নথোয় পূম্বা তাদরা ॥

অহিংবা 'মা কারণা নখোয়না পুরক্কেয়া ॥
অপিকপবু মর্কট মাইখিববু পীনবা।
অকংববু নখোয়না 'পুরকউকো মীওইবা ॥
ভারবদা যমগী দুত চামা চামা চৎলক্লে।
কনাগুম্বা অমতং কংননবা খিরক্লে ॥
যমগী থানা চৎলুসি কনামত্তা য়াদরে।
যমগী দুত পুন্নমক চিন্তা ওয়া ভৌনরে ॥
অশুম ভৌনা লাকপনা ভুরেল মপান অমদা।
খোঙতেকপবু ময়ামশিং লৈরম্মীদো পুখ্রীদা ॥
কনিয়াদা হায়রকই যমপুরদা চৎলুসি।
কুম্মৈ মখল কয়াবু য়েংহনগেকো চৎলুসি ॥
কনাগুম্বা অমনা চৎখো পাপ্পী হায়রকই।
অশুক নুংঙাইরদুনা লৈজরিববু ঐখোই ॥
শিরফাওবা নখোয়বু করম উনি খল্লিদা।
জ্ঞান লৈবা য়াওরম্মী ময়ামদুগী মরক্তা ॥
ঐ চৎকেকো নখোয়না সত্য অহানবদা ভৌ।
সিংহাসন্দা ফমদবা যমরাজবু নিংখো ॥
সিংহাসন্দো ঐহাকপু নখোয়শিংনা উহল্লু।
সত্য-সত্য উহনগে করে হৌজিক মাং চৎলু ॥
মতৌ অশুম পুরক্লে যমগী লৈবাক য়োরেদা।
মতমদুদা যমরাজ পোৎথারম্মী শঙ্গাইদা ॥
মতমদুদা পুসল্লি মীওইববু অভৌনবা।
বানিয়ানা হায়রকই তারো দুত্তশিং রা হায়গে।

মতমসিদা সিংহাসন হৌজিক ঐনা ফংজগে ॥
থুনা য়াংনা ঐহাকপু সিংহাসন্দা থাঙ্গৎলো।
সত্য তৌবা নখোয়না হৌজিক নিংবা থুংহল্লো ॥
তারবদা ছত্তশিংনা সিংহাসন্দা থাঙ্গৎলে।
ফম্নবদা বনিয়া য়াথং অমুক তৌরক্লে ॥
পঞ্চকাষ্ট কৌব ঢোল য়ৈরো নখোই হৌজিকমক।
যমদো পুম্নে হাম্নরগা পুরকউকো হৌজিকমক ॥
ম্রাহৈ অসি তাবদা যমদো পুম্নে মঙক্তা।
পঞ্চকাষ্ট কৌরবা ঢোলবু য়ৈরে খুদক্তা ॥
পুংয়ৈ খোঞ্জেল তাবদা পুরবাসা য়ৌরক্লে।
পুম্নবগী ভুংহুদা ফুরো হায়না ফুরক্লে ॥
খুদোংথিবা পুম্নমক খঙঙে প্রজাপতিস্ু।
দোলায় তোংঙে হায়রগা লাক্লে প্রজাপতিস্ু ॥
লাউরগনা হায়রকই পুক্নিং তপ্পু হায়হনা।
যমসে করি মরমগী পাম্নবনো নহ ক্লা ॥
মসিমস্ু পুন্সিল্লো বনিয়ানা হায়রকই।
ম্রাহৈ অসি তাবদা প্রজাপতি পুল্লকই ॥
শোয়ারেন্নচিংলবা লাইয়াম পুম্বা থুংলরে।
দুর্গা মনাই লোইননা খুদকুম্দা থুংলরে ॥
গায়ত্রীনচিংলবা লাহগী রূপা থুংলরে।
শরস্বতী লক্ষ্মীম্ নারাণগবু থুংলরে ॥
নিত্রানবু চিংলবা স্বর্গবাসী থুংলরে।
নিত্রা শাক্ত নঙন লইয়াম পুম্বা পুনথরে ॥

লাইয়ামশিংনা হায়রকই করি পাপ্পী নহাক্না।
নংনা নিংবা থুংহনগে অপাম্বু হায়রোদা॥
মীওইবনা হায়রকই নহানগৈথ কৈদৌই।
অরাববু কান্দদি লাক্কুবদি কৈদৌই॥
মুংঙাইববু কানসিদা উনববু লাকপরা।
অরাববু কান্দদি মরাপ ওইদরবরা॥
সিংহাসনবু ফংজরে বর ফংবা কৈদৌনি।
নোংমগীদি মসুংদা জীব লৌশিং লৌরুনি॥
দেবসভা পুন্নমক রানথরে তাবদা।
নিরঞ্জনবু থুংলরে খেমজিন্নুগে হায়হুনা॥
দেব হরি উবদা অরা পোত্থানরম্মী।
লাক্করম্বা পুন্নমক নিরঞ্জনা য়েংলম্মী॥
উরবদা ময়াম্না মথুং ঙম্না লৌন্নরে।
করিগীবু লাক্লিবা ঈশ্বরনা হংঙক্লে॥
বনিয়ানা হায়রকই হুতনা পুবিরকপনি।
ঈশ্বরনা হায়রকই করি বর নিগনি॥
মতমসিদা অনিবা বর ঐনা পিগনি।
বনিয়ানা হায়রকই হান্না সত্তা তৌবিনি॥
নিংথৌমক্তা মান্নবা শম্পোৎ পিবোৎ ওইরগা।
ঐগা নৈমিন্নজবা মখোঙ তেকপা ময়ামগা॥
মখোঙ মথুং তেকলিবা ঙম্না ফহনবিরোক্কো।
মখোরশিংগী মরক্তা ঐনা র'য়েঙ্গগেকো॥
ঐগী নৈবাক অহুদা ঐনা খমগুম ওইজবা।

বিশ্বকর্ম্মা লাইচুনা ঐগী কোম্নং শাবিবা ॥
অচু ওইরবদিনে ঐগী নিংবা থুংজরে।
নিংলিবদো থুংজরো হায়না বর পীবীরে ॥
মত্তমত্তদা মর্কটতো চিঙচৈ হেক্তা থুংলরে।
যমগী নৈবাক অচুদা লাইয়াম পূম্বা য়েংলরে ॥
যম কাওবা পুম্নম্বা উরবদা হায়রক্লে।
মখোঙ মথুং য়াওজবা লৌরুচুনা রাবমলে ॥
যম নংগীবু থরায়দো হৌজিক য়'ওজরিবরা।
ঐগী বুদ্ধি লৌশিংবু নংনা নোকখি থংবরা ॥
হায়রম্লগা মর্কটনা চিংচৈ হেক্তা চংখিদা।
অচুদগী মীওইবা লাইয়াম লোইনরক্লেদা ॥
মখোঙ মথুং কাচুনা নিংথৌ হাপখি থুদক্তা।
লাইয়াম পূম্বা লোইননা জয়গী ধ্বনি লাউখিদা ॥
লাকপা লাইয়াম অপূম্বা বনিয়াসু হনখরে।
রারম্লবা পুম্নমক শুংঙাইবদা ওইখরে ॥
বনিয়াগী কোম্নংদো উরবদা হরাওরে।
নিবা বর অয়াম্বা ঐনা নিঙবা থুংজরে ॥
ঐনা নিংবা পুম্নমক নারায়ণা পিবিরে।
অশুম তৌনা নারায়ন অহিং অমা লেকপিরে ॥
নোংঙাম্নবা কান্দুদা বৈকুণ্ঠদা লেংখরে।
ব্যাসকাবু চরণদা অর্জ্জুনামুক হন্দংলে ॥
যমরাজ নিংথৌদো কমদোহৌরে লীবিরো।
ব্যাসনা 'মুক হায়রকই লীরক্লগে তাজরো ॥

মখোয়নিগী লান্দুদি য়াম্না কনবা ওইরক্রে।
মরিক কুংবা নোংগুম্না তেঙ্গোল সভা ফজরে॥
ফিরান থেংপা দোলায়দো নোংথাং কুম্না মওংনি।
নোংশাগুম্না কল্লপা তেঙ্গোল সভা ঙাক্তেনি॥
যমগী কোম্লুং অঙ্গদ তেঙ্গোল সভা কাইখরে।
উরুবদা যমগী তুত মইয়োক্লবা ঙমদরে॥
যমরাজ মনাইশিং থুদক্তুনা মাইয়োকনৈ।
অকনববু ওইত্তুনা মখোয় অনি হেক থেংনৈ॥
মখোয়নিদা থেংনবা অকিববু ওইখরে।
লীরী শব্দ তাবদা ঙম্না মীপাইনখরে॥
প্রলয়গীদি মতমদা থোংলকপবু নোংগুম্নি।
ভরত তেঙ্গোল মথক্তা পাবা তেম্না নোংগুম্নি॥
মীগী মথক অত্তুদা যমগী তেম্না কুপখরে।
রাম-রাম হায়ত্তুনা তেঙ্গোল সভা শোনখরে॥
মহৈ মহৈ লাউনবা শব্দতুনা নিনখরে।
তমথিরবা লান্দূনা অমম্বগুম ওইগরে॥
থেংনরকপা দোলায়গী খোঙ্গেলতনা নিনখরে।
যমরাজ থুদক্তা সিংহনাদ লাউখরে॥
মী ওইবগী লানগী পুং য়্রেরকপনা নিনখরে।
তেঙ্গোল সভা অনিগী শব্দতনা নিনখরে॥
যমরাজগী তেন্না ভরত অন্নাবা ওইরকপা।
প্রলয়গীদি মতমদা যমনা তোগুম ওইরকপা॥
ভরত তেঙ্গোল সভানা অমম্বদা কজবা।

সনাগী চৈ মতৌগুম য়েংলকপদা ফজবা ॥
তমখিরবা অহিংগী অমমববু মরক্তা ।
খুংলায়দগী মৈত্তুনা নোংথাং কুপ্পগুম মপ্পিদা ॥
জগত্তবু কাওথ্রবা ভরত-যমগী লাম্বিদো ।
কনখরবা ভরতনা চোংগী তেনবু কাম্বিদো ॥
নারচনা চিংলবা তেন্দো কয়া কাপ্পক্লে ।
চিংগী তেন্নচিংলবা যমনা অমুক ককথরে ॥
শামু শগোল দোলায়স্ব কয়া কয়া ককনরে ।
ভরতকী তেনয়াম অদো তেন অমনা ককথরে ॥
তেঙ্গোল হাংপা ঈদনা লৈখোম হেক্তা থোকথরে ।
হৃদি ফাওন-ফাওনবু তেন্তনা হেক থারকলে ।
অরাবগা লোইননা তেঙ্গোল লৌয়া থিংনখি ।
ভরতনবু খুদক্তা থোথোক অসি উরকখি ॥
যমবু তম্মে চাম্বরগা চিতৈঙ্ক হেক্তা চঙ্ডক্লে ।
পাঙ্গল কনবা ভরতনা তেন্দো নমকাপ কাপ্পক্লে ॥
যমগী তেংগোল মাংলক্লে উরবদা রাম্বক্লে ।
ভরত নিংথৌ শাওহনা কম্থি হোনা তেনকাপলে ॥
তেন্না মৈন: থাবদা যমদো মখা নিকথরে ।
তেনগী চৈনা ফংবদা অরাবত্তম ওইরক্লে ॥
পরশু পট্টিশ ভূষণ্ডি কাপ্নে তোমর ।
ভিন্দপাল চক্রশূল পরিঘ মুদগার ॥
কুন্ত অস্ত্র অঙ্কুস লাঙ্গল চামা চামানি ।
শিলা শক্তি লোইহত্তি অকিবগী মখক্লি ॥

ঙুলনচিংবা অপিকপা অচৌবনা চিংলবা।
অসিগুম্বা খুংলায়সে ভরতনবু ককথংপা॥
বজ্রদগী হেল্লবা দণ্ড শিংজং যাল্লবা।
কুণ্ড অস্ত্র কৌরবা চক্রনবু চিংলবা॥
শামু শগোল দোলায়নচিংবা খোঙমী অয়াম্বা।
হুমিং ভরামঙানি লান্দা লেপ্পরক্লবা॥
লক্ষ্মণগীদি মচাগা রামগী মনাও ভরতনি।
মখোয় অনি পুন্দুনা লান্দা মাইয়োক্লবনি॥
ভরতনবু কাপ্পকপা থরান থাগী নোং মাপ্লে।
যমগী লিরুং খুদক্তা ককথংতুনা থাধরে॥
লিরুং অমুক লোথংলে শক্কান অমুক ভোরক্লে।
অমুক হল্লা ভরতনা ককথত্তুনা থাধরে॥
যমরাজ শাওত্নুনা দণ্ড হেক্তা লংঙক্লে।
দোলায়দগী ভরত্তো তিংদম হেক্তা রাম্বরে॥
খুবাক খ্রোক প্রোক খুত্নুনা যমনা হেক্তা নোক্লেদা।
রঘুনন্দন কৈদোরে রাম্বত্নুনা ভারেদো॥
ভরত তুবা উবদা ভাস্করবু মচানা।
কোক্তা-খুৎপু হাপ্তুনা লাউই হা হা হায়ত্নুনা॥
শ্রীরামচন্দ্রগী মনাই জয় ছন্দনা।
লাচাড়ীদা লেংবীরো কপ্পকপবু অঙাংনা॥

## লাচাড়ী

ভরতনা তুবা উবদা, ভাস্কর পূরিং রাখিদা;
কপ্পত্নুনা পৃথ্বীদা ওল্লক্লে॥

ইত্তোমত হন্দোকপিরম্নে, কদোমদবু লেংবিথরে ;
করম হনগনি ঐদি ইরৈবাক্তা ।
রাশক্তুনা লাকপা নংনা, যমগী লৈবাক ওন্মি হায়না ;
করম্না হৌথিক তুরে লৈবাক্তা ॥
নংগী গাণ্ডিব লিক্লুংদি, মরোল অহুমবু নিকনি ;
চিত্রগুপ্তবু লাই-না ওয়নি ।
অহুগুম্বা লিকং পায়রে, কবচ ফুরিৎ লিংশল্লে ;
যমগী ত্তেম্না তুরেদো হুজিক্তি ॥
রঘুবংশদো গুণ লৈবা, তুরহুনা অমুক ওনবা ।
হুিং তরামণ্ডা লান ত্তৌবদা ।
ঐগী দোলায়দা পায়হুনা, বৈতরণী লাল্লক্তুনা ;
তেঙ্গোল অসি য়োরকপনি সিদা ॥
ঐনা পাম্লীবু ওইবনা, লোইনবদগী নহাক্লা ;
তুরবরা হায়বিযু ঐত্তোন্দা ।
মত্তৌ অশুম হম্না হম্না, হায়রকই লক্ষ্মণ মচানা ;
অম্নাববু ওইহুনা কপ্নিদা ॥
গাণ্ডিব লিক্লুং পায়খৎলে, কবচ ফুরিৎ লিশিল্লে ;
দোলায় কারো হায়হুনা কপ্লক্লে ।
গাণ্ডিব চিংবগী ধ্বনি, অনা সিংহনাদ' ধ্বনি ;
দোলায়-হুনা শত্তাইশেনগুম্লে ॥
লৌরী খ্রিঙ-খ্রিঙ খিঙলহুনা, খুৎলায় কয়া কাপলকপনা ;
যমগী খুত্তগী দণ্ড পাইথোকথরে ।

স্বর্গগী লাই পেম্নথরে, মহৈ মহৈ হয়াওনরে ;
ভাস্করবু হেক্তো থাগৎনরে ॥

ক্ষুরবান অমুকস্থ কাপলে, ভাস্কর কম্না শাওরক্লে ;
ককথৎলে যমগী দোলায় খুদক্তা ।

অতোপ্পা দোলায়দা তোংখৎলে, কানগী মতৌগুম তেন শৎলে ;
ভাস্কর তেন কক্লেদো খুদক্তা ॥

দোলায় মণ্ডা ককথংলে, মথং মথং হেক তুথরে ;
মাংদা লৈবা পুম্নমক ককথৎলে ।

বৈষ্ণববাণবু কাপ্লদা, অকনবা কয়া তুরেদা ;
মমাই উপশিন্দুনা তুনরক্লে ।

ঈনা তুরেনগুম ওইখরে, ঐরাং মথা ওম্না চেপ্লে ;
লক্ষ লক্ষ ওইনা হেক তুরক্লে ॥

শগোল শামু চামা চাম, তুরে কয়া চৌংথম্নবা,
বৈতরণী তুরেন্দা থাধরে ।

কিরান চৈখোক ফজবা, কয়া কয়া তাওরকপা ;
বৈতরণী তাম্না চেম্বরক্লে ॥

তেঙ্গোল অক্ষৌহিনি মণ্ডা, শিংথাবদা ভম্নরোইকো ;
ককথংখরে লক্ষ্মণগী মচানা ।

অককপা শহুম কয়া, তাওথরক্লে নিরুহুনা ;
কয়ানা চেম্নৈ মফম কয়াদা ॥

জয় ছন্দবু নিংথৌহুনা, রামচন্দ্র থুরুমহুনা ;
পদ লাচাড়ী থাইনা হৈজরি

পাবা তাবা তৌজবা; মাগৈ গঙ্গা স্নান তৌবগা
শিরগস্থ যম য়োক্লবা রারী ॥
পুষ্প চেনবা মীশক্তনা, রামগী শুণবু তাবা ওইনা ;
পাপ্পীদি তারবস্থ লোদে পুক্কা।

পদ

মতমসিদা ভরতো রাস্থকবা হোগৎলে।
ভাস্করনা লান তৌবা উরবদা ইকাইরে ॥
যমরাজ নিংথৌসু খুদকসিদা হৌগৎলে।
ভরত অদো খুদক্তা লিরুং তাপ হেক পাম্নথৎলে ॥
ভাস্করদি রাহুনা কপ্পি দোলায় মথক্তা।
যম-ভরত অনি 'মুক লান থেংনরে কানসিদা ॥
মথোয় 'নিসে খুদক্তা মায়া যুদ্ধ হৌরক্লে।
থেংনরপা মথোয়নি শুমবু লৈতরে ॥
গদাগদা য়েনবা শব্দতনা নিনথরে।
নিল্লকপবু মনিম্না আকাশসি থনথরে ॥
প্রলয়গীদি মতৌগুম অনি অসি থেংনরে।
স্বর্গগীদি লাইশিংদো শন্না মিপাইনথরে ॥
ভরতকীদি পাঙ্গলদা যমদো থাওবা শুমদরে।
লিরুং তেনবু থমথরে যম খুৎপু লোম্নরে ॥
স্তুতি তৌবা উবদা ভরত লান লেপথরে।
শ্রীরামগী অভিষেক চচ্চরগে হায়রক্লে ॥
ভরতনামুক হায়রকই কিরবন্না যম নংদি।

অরানবত্থ ঙাকপিগে রা হায়রগে হৌজিক্তি॥
ধর্ম্মগীদি রাকহু হায়রু থরা তাজগে।
করি পাম্ন্ তৌবনা মকমসিদা লাকপগে॥
করি কর্ম্ম তৌরগা নংনা চঙবা ঙমদবা।
রারী অত্থ তাজগে হৌজিক লীয়ো অশেংবা॥
যজ্ঞ দানবু পুন্নমক সাধন হায়না লৈরিবা।
পুন্নমক্কী মচুংদ, কররম্বনা থোইরবা॥
রঘুমণি তাবিয়ু যমনা অমুক হায়রকই।
পাপ্পী হায়বা অয়াম্বা ঐগী 'সিদা য়োরকই॥
থৌওইত্রবা তুলসী মহাদেব নিংত্রবা।
মীওইনবু পোক্লগা ঈশ্বর ভক্তি তৌত্রবা॥
একাদশী তৌত্রবা মমা মপা নিংত্রবা।
নত্তববু তৌরবা লাইগী পূজা তৌত্রবা॥
কর্ম্ম তৌবা মতমদা লাইরিক্কী রা ইত্রবা।
গঙ্গা স্নানবু তৌত্রবা ব্রাহ্মণ পূজা কত্রবা॥
সংসারদা লৈরিবা বরানসি' চিংবদো।
সুমিৎ পূজা তৌত্রবা অত্থুগুম্বা মীশক্তো॥
তীর্থ লক্ষ'মপলবু থৌওইত্রবা মীশক্তো।
মৈগী পূজা কৎত্রবা অত্থুগুম্বা মীশক্তো॥
জগৎ শেম্বা ঈশ্বর মাবু ভক্তি তৌত্রবা।
ঐগী লৈবাক অসিদা লাকই মথোয় অপুম্বা॥
হায়খ্রিববু অপুম্বা ভক্তি লৈবা মীশক্তি।
হরি মাগী লৈকমদা পোইত্রে মানা কংবদি॥

দানবু তৌজরকপগী য়ারী লীরে ঐহাক্না।
দান থুদিংমক্তগী চাক্নী দাম্না হেল্লিদা॥
চাক্নী দানবু তৌবগী কংবা কল্লো তারোকো।
ইনাক থুনবা অমদি মিংচৎ পাফল হেল্লিকো॥
মথুৎমক্না কংনবু অমদানবু তৌনিকো।
কলিকাল্দা হায়রিসে লাইবক কবা ওইরোকো॥
অতিথীদা পিজবা ব্রহ্মালোকপু য়োইকো।
চাক্নী দানগা মাম্নবা অতৈ অমা লৈতেকো॥
পাম্ন য়াম্না তৌরকপা অচুম্বা মীশক্তো।
চাক্নী দানবু তৌবদা কোকপা ওম্মী পাপশিংদো॥
পুন্য চেনবা ওইরকই পুকচেল চাওবা তাবীর।
অমদানবু তৌরদি হরিধামদা মচৎলে।
পুক্নিং তপ্না তাবিয়ু চাক্নী দাম্না মহেল্লে॥
থাজবগা লোইননা ব্রাহ্মণ পূজা তৌবদো।
লেপ্না হেক্তা কংলেকো হরি চরণ থম্বালদো॥
পৃথী দানবু তৌবদি মাগী পাপ্তো কোকচরে।
তারো রঘু গুরুকুনু মথল কয়া লৈখরে॥
ভূমি দানবু তৌবদা কোকপা পাপকী মকোক্তো।
হিংলিতৈনু মকোদা শিরগম্ভ মকৈদো॥
সনা লুপা কয়ানা তৌবা দানবু কয়াদো।
ভূমিদানবু তৌবনা থোইদোক্নবু হেল্লিদো॥
লৈনু থারে হায়রগা কজবা পৃথীদো।
অচুম্বা কৎপনা থোইনা হেম্না কপ্রেদো॥

মরু-মরাং হৌয়বা অহুগুম্বা লৈবাক্তো।
কংলবদি পুন্সুদো খোইদোক্সবু কপ্রেদা॥
ভূমিদানবু তৌবা মী লেপ্ন মুক্তি মগুইরে।
মৈদা যজ্ঞ তৌবদো অহুদগী হেনখরে॥
পাঙ্গল কনবা তোপ তৌবা সত্য লৈবা অখোইবা।
ভূমিদান্না হেন্নিদো পূন্নমকপু হায়রিবা॥
ভূমিদানবু তৌগী কলগী মরম খিংথাগে।
মরু য়াওনা কংলবা মহুগী কল হায়য়গে॥
খক্তা ময়োম মগুানি, খাদা ময়োম ভরেংনি।
মশাদবু নত্তনা পুয়োন ভয়ামথোইনি॥
ভূমিদানবু তৌবনা পূন্নমকসি হেনবনি।
মীনম্বদি পাপকুম্নি সত্যদনা ধর্ম্মনি॥
সংসারগী মঙ্গংদা অওইবনা লেপকনি।
ভূমিদানবু ভাবদা শোয়ারেম্না তৌবদি॥
অঙ্গিরবু মুনিদা ভূমিদানবু তৌখিদো।
চহি লিশিং হুমকুনি স্বর্গদবু পানখিদো॥
ভূমিদানবু মাংনবা টশিল্লিবা মীশক্তো।
অনি পুম্না নরক্তা লেপ্পা হেক্তা ভায়েদো॥
ভূমিদানবু তৌপ্রগা অমুক হন্না লৌবদো।
অহুগুম্বা মীশক্তি হনবু ওইনা পোকইদো॥
মপাগবু লোইমমা নরকদু ভামিন্নৈ।
উচেক্কীবু মপোক্তা হন্না হন্না পোকমিন্নৈ॥
অতোপ্পা দান তৌবা কল রঘুবনি ভাবিয়ু।

ষণশী দানবু তৌরবা য়াম্না কৈকো তাবিয় ॥
ষণ দান তৌবদি সনা লুপা কংকৈকো ।
শঙ্গোম অতু ব্রহ্মানা অমৃত গাভী হায়খ্রেকো ॥
মচা চেনবী য়োংমানবী সনা লুপা লোইননা ।
দানবু তৌবা মীতুদি যমগী কোম্নুং যোত্রেদো ॥
গর্ভ লৈবী ষণ অমোম অতুগুম্বা ওইরবা ।
পৃথ্বীগুম্বা পূকতম্লী ষণদো দানবু তৌরব ॥
মীশক্তুনা কংজবা অতুগুম্বা মীশক্তি ।
ষণবী তরা কংপগা মায়খরে কন্দুদি ॥
তরা কংলে হায়রগা চামা কংপা মাংন্নদো ।
চামা কংলে হায়রগা লিশিং কংপা মাংন্নদো ॥
ভরতনামক হায়রকই পুক্লিং তপা তাবিয়ু ।
করম্ববু মীওংদা দানবু তৌনি হায়বিয়ু ॥
মীপুম থুদিং য়াবরা করম্বু তৌগনি ।
তাজগেকো মরমদো করম তৌমা ওইগনি ॥
মরমচংপু ফজবী য়েংবদম্সু নিংথৌবী ।
অউবনা পাম্নবা মমল য়াম্নবা ষণবী ॥
পূজা হৈবা অমদি শ্রুতি হৈবা ব্রাহ্মণদা ।
সন্ধ্যা গায়ত্রিনচিংলবা খঙলববু মীশক্তা ॥
অতুগুম্বা মীশক্ত দান অসিবু তৌনিদা ।
গুণবু চেনবা অমদি পণ্ডিত ওইবা মীশক্তা ॥
তর্ক শাস্ত্র অমদি পুরাণনচিংবা হৈরবা ।
অতুগুম্বা মীশক্তো খাইদমীদি হেল্লিবা ॥

বিষ্ণু পূজা তৌরবা মহাদেব লাৎপা মী।
ওইরে নিংথৌ মতুদি দান পাত্র চাবা মী॥
গায়ত্রিবু শোল্লিবা ঈশ্বরবু নিংবা মী।
পূকচেল চাওবা তাবিয়ু অথোইববু ওইরে মী॥
ভরতনামুক হায়রকই পুক্লিং তপ্না তাবিয়ু।
ব্রহ্মবধ হায়বদো করম্বনো হায়বিয়ু॥
যমনা অমুক হায়রকই রঘুমণি তারোকো।
থাজহল্লে হায়রগা পোৎপু পিত্রবদিকে॥
ওইদববু ভাংহনা ধর্ম্মবুদি কাইরবা।
মপুরোইবা নৈবীবু সুংশিহনবা ওইরবা॥
মগুণ লৈবা মীশক্তা মচা পীনিংত্রবকো।
অচুগুম্বা মীশক্তো ব্রাহ্মণ হাৎপা মান্নৈকো॥
মমিৎ তাংবা মীদগী মপোৎ হুন্নানবীরবা।
ধর্ম্ম শাস্ত্র লাইরিকপু মবুক্লিংদা চঙত্রবা॥
যণনা ঈশিং থকলিদৈ তানবিববু তৌরবা।
ঈশিং থকপা যণহুবু থকহন্দবা ওইরবা॥
লাইথুং থুংবা অমদি অহন মমিৎ তাংবদো।
মথোয় মরন হুরবা ব্রহ্মবধ ফংঙিদো॥
লৌনম সাক্ষি থুম্নবা অচুগুম্বা মীশক্তো।
মহারাজ তাবিয়ু ব্রহ্মবধ ফংঙিদো॥
মপুরোইবা সেবাবু তৌজন্নীবী সুপীদা।
লোম্না মাবু হুরগা হেক্তা পুবা থুদক্তা॥
মহাব্রহ্মবধবু হেক্তো ফংদ্রে মীহুনা।

জগৎকীদি মপুনি করম খণ্ডলোই প্রভুনা ॥
মাগী মচানুপীদা মনাওগী মচানুপীদা ।
পুক্নিং চঙনা য়েংলবা মনাওনুপী অদুদা ॥
ব্রহ্মবধ হায়রিবা মহা পাপ্তো লৈরেকো ।
অসিগুম্বা নিতিসে বেদ শাস্ত্রদা য়াওইকো ॥
মপুরোইবা লৈনমক নুপী অদু হরানবা ।
ব্রহ্মবধ ফংঙিদো মীশকপু অদুগুম্বা ॥
মমা মপা অনিদা থর্কাসি থাসি নাইত্রবা ।
ব্রহ্মবধ পাপ লৈকো হায়প্রিববু অপূম্বা ॥
ভরথনা হায়রকই যমরাজ তাবিয়ু ।
পৃথ্বী গুহা কৎপগী ফম্দো থরা হায়বিয়ু ॥
যমনা অমুক হায়রকই পুক্নিং তপ্না তাসিদা ।
মরল তিংনা তৌজবা অদুগুম্বা পৃথ্বীদা ॥
মতুদবু থকখিবা জীব জন্তু শিংতুগী ।
ঈশিং মরিক্তা মায়না স্বর্গদবু লৈজখি ॥
বরিষাগী মতমদা জীবশিংনা থকখ্রগা ।
মৈদা যজ্ঞ তৌবগী মায়রে ফল লিশিংগা ॥
নিংথমথাগী মতমদা থকখ্রববু ওইরগা ।
অশ্বমেধ অমদি মাম্নে রাজ স্যূয়-গা ॥
পৃথ্বী ঈশিং হায়বসে জীবমকা মাম্নেদো ।
পৃথ্বী তৌবা মীতুদি লাইবক ফবা ওইরেদো ॥
মাগুব কৎপা বিষ্ণুদা শালগ্রামদা কচ্চবা ।
মনা নুপা চঙহনা পাজল থেক্না হোৎনবা ॥

কচ্চখ্রিবা মীশিংদো লৈজে স্বর্গ মণ্ডলা।
সূর্য্যবংশগী মণি তাবিয়ুকো লীগেদা॥
বিষ্ণু মণ্ডির তৈজবা অদুগুম্বা মীশক্তো।
শিংথাববু ওমদনা স্বর্গদবু লৈজেদো॥
মাণ্ডব তৈবা মীহুগী ফন্দো অমুক তাবিনি।
উফুল মরিক অহুগা চহি কম্নগা' মাম্ননি॥
ভরতনা মুক হায়রকই তারো ঐগী রারমসে
অমুক লীরো নহাক্না' নরক কুণ্ড' রারীসে॥
কুণ্ড ময়াম অসিবু রায়েল্লিবা নহাক্না।
শন্দোক্নবু লীবিয়ু তাকগেকো ঐহাক্না॥
পুরাণদবু য্রাওখ্রবা দানগী মণ্ডণ খিবিক্তো।
করি পাপ্পু তোবনা কুণ্ডসিদ' লৈবনো॥
যমনা মুক হায়রকই তারো পুক্লিং চংখোনবা।
অশেংববু রারীনি জগৎসিদা খোইরব॥
অহানবদা হায়রক্কে মকোক ওইবা কুণ্ডবু।
শারববু লৈঙোইগী কুণ্ডনা হেল্লি য়াম্নবু॥
কুম্ভিপাক, নিরুৎসাস, কাকালমূত্র, হায়রিবা।
প্রেমদল, আসিপত্রনচিংবা অয়াম্বা॥
হিমত, কটক, মসবে, শ্নান কুপ কুণ্ড।
মহানদী বৈতরণী, মূত্রবিষ্ঠা গন্ধ॥
তপ্তশূল কুণ্ড, তপ্ত শিলানচিংলবা।
শ্যামলি, ক্রিমিরকুণ্ড, রক্তকুণ্ড হায়রিবা॥
ঘেরতলে, রক্তমাংসে, ভক্ষকুম্ভে, হায়বা।

অগ্নিজ্বলা কুণ্ড, শিলাখণ্ডনচিংলবা ॥
অস্ত্র বৃষ্টি কুণ্ড, রক্ত বৃষ্টি কুণ্ড, হায়রিবা।
খার জল কুণ্ড, তপ্ত কুণ্ড জলে, হায়রিবা ॥
তপ্তধার কুণ্ড, শরির মুসন কুণ্ড।
বাণ্ড কুণ্ড, হায়রিবা কিরবা য়েংখিবদা ॥
পাষণ জন্তুর কুণ্ড, কৃমিকুণ্ড হায়বা।
অতোপ্পা অধাবগী কুণ্ড কয়া লৈখ্রবা ॥
কণ্টক কুণ্ডনচিংব যমগী কোম্নুংদা লৈবা।
পাপকী কুণ্ড কয়াবু তম্মরোইকো শিংখাবা ॥
অতোপ্পা কুণ্ড কয়াদা হকচাং মৈদা ইকইদা।
মুষল মুর্জার অদুনা লাকনৈ কুণ্ড অমদা ॥
কাষ্ট জন্তু কুণ্ড, মরমদি মৈখানবনি।
গদা কুণ্ড অমদি কুণ্ড কয়া কয়ানি ॥
অতোপ্পা কুণ্ডদা খম্মীদো শামু ময়া থিন্নবা
লিন খম্মীদো চিকহল্লি হুমাং মহি থকহনবা ॥
অতোপ্পবু কুণ্ডদা য়েংশুরুবু ফুহাল্লি।
কুণ্ড অমগী মনুংদা ফক্তববু হৈজল্লি ॥
কুণ্ড অম' ময়াদা অককপবু চাহল্লি
কুণ্ড অমা মন'তো'ন পায়শন্দুনা মেনশিল্লি ॥
স্নেহ কুণ্ড, স্থাবর কুণ্ড, ষষ্ঠি কুণ্ড য়ামথরে।
ফত্তববু কুণ্ডদা লংথত্নুনা লাক্করে ॥
অতোপ্পবু কুণ্ডদা পিঞ্জরম্মী ফত্তবা।
অতোপ কুণ্ড অমদা শহুম কয়া পিঞ্জবা ॥

উথক্তগী লংথৈদো অতোপ কুণ্ড অমদা।
মখোং-মখুৎ পুল্লগা থাধরম্মী ঈশিংদা॥
লুংদো পুল্লে হায়রগা থাধৈ অতোপ কুণ্ডদা।
লাক্লম্মী জীবদো টিংখং কুণ্ড অহুদা॥
কৈগী কুণ্ড অমনা ইরোই থম্মী অমদা।
লৈখোমদবু তুমহনবা নমথীরবদি কুণ্ড॥
খুৎলায় মচিন অতুমবা তুমহল্লিদো অমদা।
ময়াচোবা অমনা চিঙহল্লিদে' অমদা॥
অশ্বপিণ্ড কুণ্ডদা হিপহল্লিদো কয়ানা।
য়েৎতুম কুণ্ড অমদা খিলহনহুনা লাকনৈদা॥
খোৎহনলিদো অতোপ্পা কুণ্ড কয়া কয়াদা।
দশরথগী মচা-ও পুক্লিং চঙনা তারোদা॥
য়েংঙু নরক কুণ্ডসে ঐনা য়ায়েললিবব্রি।
চহি লিশিং অমবু চম্মোই থাবা য়াম্বনি॥
পাপচেল্লব হায়বদি পাপী কয়া লৈরিবা।
মাগী মাপী কর্ম্মগী ফলশিং অহু চারিবা॥
য়ামখ্রেদনা নরককী কুণ্ড কয়া লৈখ্রিবা।
নাকোঙ মেল্লে ভরস্তো য়াম-য়াম শোল্লকপা॥
ভরতনা হায় চৎলোকো য়েংগে পাপী ময়ামদো।
তারে চিংথৈ হৌগৎলি মুমিৎকীদি মচাদো॥
য়েৎকী খুৎপু পায় যম ভরতপুদি পুরক্লে।
ওইপী খুৎনা পুষ্কর পায়রহুনা চৎলক্লে॥
পুংসেন সিংগা বিপানে য়ৈব ধ্বনি নিংথরে।

পাপ্প্ তৌবা পাপীশিং উবদবু কিথরে ॥
জীব কয়া অতুনা নরক তারব্রদা।
ভরত্ত পুক্নিং কিথরে মখোইশিংদু উবদা ॥
কনাগী নাকোং অত্তদা অয়াকপবু হৈজল্লি।
থাংদা শাবা থাউদ্রদা থাধত্রনা লাক্করি ॥
কুণ্ড অমা অত্রদা মৈসুংদা হেক লংশিল্লি।
মকোক অত্রু পায়ত্রনা ঈশিংদা হেক লুপহল্লি ॥
থাংগী মতোন অত্রদা কনা অমা হিপহল্লি।
সুংদো মৈদা য়িক্লবা মবুক্তুদা থাংগৎলি ॥
শউন থৌরী অত্তনা মগুক্তুদা পুল্লস্মী।
মখোং মথুৎ পুল্লগা হক্সং হম্মা চিংলম্মী ॥
বিষ্ঠা মুত্র কুণ্ডদা অপুব্রত্ত পিক্করে।
মানা মানা তৌজবা কর্ম্মত্রদা তাউরক্রে ॥
যোযন ছমকুগী লমত্রু নরক কুণ্ড উথরে।
উরবদা ভরত্তো চিন্তা হেক্তা তৌরক্লে ॥
নাপল চাওবা নিংথৌশিং ধর্ম্মবুদ্দি থস্ত্রবা।
অযোধ্যাগী মীওইশিং য়েংঙ্দনা লৈরিবা ॥
পাপ্প্ তৌক্লরবদি শোইরোই নরক অসিদা।
তরত্তনা মুক হাম্ররকই যম পুক্নিং তপ্প্দা
অযোধ্যাবু কোম্রুংদা লাকহুকো নহাক্লা।
যমনা হায় তাবিয়ু হক্চ্ছগে ননাইনা ॥
রামগী রাথং ইন্দুনা পাপী লাক্লজবনি।
পাপ পুন্য কয়াবুদি শিজৌ হায়না তাকপনি ॥

অহানবদা য়ামনা ঐতোম্দবু শিম্মৈদো।
হৌজিক তাকপিরিবদো করম তোজো হায়বনো॥
করমতোনা ঐহাকপু চঙহনগনু তাকপিবা।
পাপীশিংসি কনানা লাক্লগনি অরেপ্পা॥
অতোপ্পবু যম অমা সেম্বীরুরে' প্রভুনা।
অতুমকপু ওইরদি লাকচররোই ঐহ'ক্লা॥
ভরতনা মুক হায়রকই হায়গে পাপকী মরমদা।
ঐগী অযোধ্যা হায়বদো' য়েম্মাক থুম্লি র'দেদা॥
অরা অনা লৈত্তেকো সুংঙাইরবা দেশনি।
ওইদবা রা ঙাংনদে করম পাপ্পু লৈগনি॥
নিংথৌ প্রজা চানৈদো ধর্ম্ম লৈদো হৌজিক্তি।
নংনা করম চঙগনি ধর্ম্ম লৈবা মকমনি॥
যমনা হায়জৈ তাবিয়ু অথুপ্পদো প্রভুনা।
মায়াদগী পোকপনি সংসারগী জীবনা॥
সুপী কয়া কয়াদা শন্দোকথরে মায়ানা।
পুক্লিং লেপ্পা মুনিবু ঙাওহল্লিদো মায়ানা॥
ধর্ম্ম তৌবা থুদিংদা অপনবসে লৈবনি।
ধর্ম্ম মাগী মকমদি সুপীদবু লৈবনি॥
করি অমুক হায়গনি মুনি কাওবা ঙকহল্লি।
পাপ্পু লৈত্তে হায়ত্থনা নহাক্কবু হায়বিরি॥
সুপীগী মপুক অরেপ্পা নিপানবু থঙদেকো।
নিপাত্থগী মাংদদি অরেপ্পবু উৎলিকো॥
ঔশিং চেনবা লৈত্রবা পুত্রী ঔশিং কংঙিদো।

মুপীগী পুক হায়বসি নিপাশিংনা খঙদেদো ॥
লাইরিক হৈবা ফজবা মপুরোইবা ওইরবা।
পৃথ্বীসিগী মমুংদা অফাওবসু ওইখ্রবা ॥
জাত্তি হেনবা নহাদো খাদোক্লগা অতোপ্পা।
মশক থিবা অমদা অমুক হেক্তা পাম্মুবা ॥
করি অমুক হায়গনি নরনারায়ণনিকো।
মহুশীদি অওইবা নযুম্মক্তা হায়গেকো ॥
নংগী পুণ্ডরীকদো মহুমক্তা হায়গেকো
মাগী মগুণ অহুমক পুক্লিং ভম্বা তারোকো ॥
চক্রেশালা শুমহুনা হল্লক্লেদো লক্ষ্মণনা।
জানকীগা পুণ্ডরীক লৈমিন্নবা কান্দুদা ॥
উর্ম্মিলাশু হরাওনা সুদক্ষিণা লোইননা।
মঙ্গল ওইরে হরাওরে লাউনরক্লে ময়াম্মা ॥
দোলায়দগী কুমথরে যুবরাজ লক্ষ্মণ-না।
জানকী পুণ্ডরীক্তা খুরুম্মী মখোঙ পান্নরা ॥
মচানক্লি খল্লিদো জানকীনা নানবিদো।
মমিৎ' মপী তাহ্নরা তম্পাক খক্তা কোল্লিদো ॥
নংগী পুণ্ডরীকনা মখোং শোক্লা নানবদা।
হয়েংবুকী মপোক্তা নংগী সেবা ফংগেদা ॥
থাগুমবু পান্নবা লক্ষ্মণ মাইখোং উবদা।
থম্নাদবু হাপ্রবা ঊশিংগুম্না নিকখিদা ॥
অহুগুম্বা পুণ্ডরীক অরেপ্পগুম থনবিরি।
অহুগুম্বা মুপীনা সংসারদা পোক্লরি ॥

হংবিয়ুকে: ননাইদা সত্য তৌহনবিরগা।
হায়রক্কনি থুদক্কা ইবুংঙোনা হংলগা ॥
ঈশ্বরনি নহাক্তি মুপীশিংসে থনবিরো।
পাপ পূন্যগী রাক্ষসে অসুম অসুম থনবিরো ॥
তারবদা হায়রকই পুকচেন চাওবা ভরতনা।
মতম কয়া মরুমবু অযোধ্যাদা রাম-না ॥
লৈরিমথৈ নহাক্কি চঙলকনু ঐগীদা।
নোক্লগুনা হায়রকই যমন: মতম অঙুদা ॥
নংনা নিংবা থুংজরো হায়নায়াথং পিরক্লে।
সন্য সভা চংলসি ভরতনা মুক লাউরক্লে ॥
ফিরান অমুবা থেংথরে মঙ্গল ওইরে লাউথরে।
যমগী কোন্নুং ঙমহনা ভরতনা মুক হল্লক্লে ॥
লক্ষ্মণগীদি মচানা বৈতরণী লানথোক্লে।
অঙ্গদবু থারক্লে থঙহনবা হল্লক্লে ॥
সভাগীদি ময়াইদা লক্ষ্মণ অসো কম্বম্মী।
স্বর্গ মণ্ডল অঙুদা সরারেনঙম ঙাম্লম্মী ॥
মতমতুদা চঙক্লে বালি মচা অঙ্গদ।
থুরুম্রগ হৌগংলে মথুং অনি লোমৈদ ॥
যুবরাজ তাবিয়ু হঙচগে ননাইনা।
যমবু ঙম্মে হায়রগা হল্লক্লেদো ভরতনা
নচা ভাস্কর কল্লিদা বৈতরণী লাল্লিদো।
লানমী পূম্বা হল্লক্লে চরণ কপা লৈরেদো ॥
যমগী দণ্ড অহুনা ভরতদো বাহৈদো।

নচা ইবুংঙো কল্লিদা যমগী দণ্ড চম্মীদো ॥
তারবদা লক্ষ্মণ-দো পুক্নিং য়াম্না নুংঙাইরে।
য়াথং পিরে ভেঙোন্দা সাজন লোইরে থোরক্লে॥
বীণা শঙ্খ ঘটা কংশী করতাল য়ৈরক্লে।
বরাহ অমা পিনাকয়ৈ মথক মথা নিনথরে॥
মতৌ অসুম থোরক্লে ওমফত্রবা লক্ষ্মণ-ন।
লক্ষ্মণ ভেঙোনশিংঙুগা উনরক্লে খুদক্তা॥
অহানবদা ভাস্কর লক্ষ্মণ চরণ খুরুম্লে।
ভরথগী চরণদা লক্ষ্মণবির খুরুম্লে॥
মচাবুদি পমখৎলে দোলায়থক্তা লক্ষ্মণ না।
মত্তমসিদা অকনবা চঙভক্লেদো কোম্নুংদা॥
লীরুং পায়বা ময়ামশু দোলায়দগী কুমথরে।
জানকীনচিংলবা মুপীশিংনা লাউরক্লে॥
কোম্নুং তম্না ভরততো লেংশল্লক্লে খুদক্তা।
শ্রীরামগী চরন্দা খুরুম্মক্লে ভরতনা॥
অধ্যায়সিবু পাজবা নত্রগনা তাজবা।
রাজসূয় অমদি অশ্বমেধ তৌজবা॥
কলচুগবু য়াম্নরে অধ্যায়সিবু পাম্বনা।
ভবানীনাথ ব্রাহ্মণদা জয়ছন্দ নিংথৌনা॥
য়াথং পিরে হায়রগা পায়ারদা লেংবনি।
সমাজগীদমক্তা মমা লোন্দা ইবনি॥

মতাং অসিদা শ্রীপ্রভুরামচন্দ্রগী অভিষেকীদমক্তা, ভরতনা মথাগী মম মাইথিবা পিরগা মরমগী কিয়ান লৌরুবা অধ্যায় মসিদা লোইজরে॥

## রামগী বারী

অমুক হন্না হংগক্লে পাণ্ডব মচা মণ্ডানা।
মতৌ করম তৌবগে প্রভু রামগী লান্দুনা॥
লক্ষ্মণ থুংলায় অহুনা জগৎ নিকপা তাজরে।
রামচন্দ্র বিষ্ণুনি মাগী বারী তানিংলে॥
অতোপ্পা নাম লিশিংগা রামগী নামগা মান্নবা।
তাজরগে মুনিগী মুখদগী তশেংবা॥
অহুগুম্ব রাম-না বিজয় তৌবা রারমদো।
শামু তেঙ্গোল কয়ানা রাম-না লাম্দা পুবদো॥
মকোক ওইবা করম্বা লাম্দা পুবিরকপনো।
তাজগেকো লৌবিয়ু অথুপ্পবু রারীদো॥
ভীমনচিংবা মণ্ডাদো মরু ওন্না লুকথরে।
মথুং ওন্না লোন্নহুনা তাজগেবু হঙ্গংলে॥
রামগী নামামৃত্তনা মগুণ লৈবা পূৰ্ত্ৰীগুম।
পাণ্ডব শাগে ঐখোইনা থকচগেকো কাণ্ডগুম।
ননাই ঐখোয় মণ্ডাসে তাহনবিয়ু রারীদো।
তাজবগী মহৈনা কৌরব তেঙ্গোল ওমগেদো॥
থৌজান সমুদ্রগুম্না মুনি কৃপা তৌবিরো।
সংসার সমুদ্রদগী লানগনিকো তাজরো॥
লেপ্পা ওন্নি কৌরবপু চিংনগন্নু পুক্লিংদা।
রাম লক্ষ্মণ রারীসে পাণ্ডব মঙ্গল ওইনিদা॥
মর্ত্ত্যদবু নত্তনা পাতাল কাওবা ওমগনি।

রাম লক্ষ্মণ নিংলবদি মরোন অহুম ওমগনি॥
পোকপদগী লৈবদা রামগী গুণনা হেন্নবা।
রামগী নামসে জীবগী হিংননবা ওইরবা॥
তারো নিংথৌ রামনা মতৌ অস্থম তৌরক্লে।
তেঙ্গোন সাজন থুনা তৌ রামনা য়াথং পিরক্লে॥
তারো লক্ষ্মণ অকনবা রা হায়গেকো ঐহাক্না।
দোলায় অহু থুদক্তা সাজন তৌরো নহাক্না॥
শামু লক্ষ তরাগা শগোল কোটি তরাগা।
মথুত্তা ছেল জাঠিনে চুংগোই কোটি মাপনগা॥
মৈবুল অহু হাজার তরামুক্তা সেমজল্লু।
থা অমা হেক থানবদা লোইদনবা সেমজল্লু॥
বহু নিংথৌ সগরা দ্বিলিপ নিংথৌ হায়রিবা।
নিংথৌ মগুণ লৈরবা মীনা খি খি কিরবা॥
দোলায়দগী শব্দনা সমুদ্র ঈরাউ খোনগুমনি।
পৃথ্বী থক থক নিকপনা সিংহনাদ ধ্বাননি॥
ঐগী যাত্রা কানসিদা সিংহনাদ তৌরোকো।
নংগী ঐগী ইগুণদি মরোন অহুম নিকইকো॥
রাবণনচিংবা ইন্দ্রজিত পৃথ্বী ভারী লোথোকই।
মথোরময়াম লাম্নবা নংগা ঐগা পোক্লকই॥
মরমহুগী সীতাবু হথিরম্মী রাবণনা।
মাগী শাগে হিংচাবা তুম্না হাংলি থুদক্তা॥
ঐখোয়নিনা লঙ্কাগী তেঙ্গোল সভা ওম্মকই।
তেঙ্গোল রাওয়ে হৌজিক্তি কৈদৌগনি হায়রকই॥

ঐগী সিংহাসনসি নং ঙাক্লম্মুকো চংখোম্মা ।
নোংচুপথংবা মাইগৈসে ঙমলুরগে ঐহাক্না ॥
নংবু উৱোইদোৱিসে অৱাবমা ওইরনি ।
মতৌ করম তৌরগা অৱাববু কোক্কনি ॥
থম্মা ঈশিং হাম্নগুম রামগী মশা নিক্লক্লে ।
নংগী রাথল তৌবদা ঐগী হকচাং তয়াংলে ॥
মচাহূনা মাংখ্রগা মপাহূনা রাবগুম ।
ঐসে নংবু উত্ত্রগা রারে মতৌ অহূগুম ॥
ঐগী সীতা হন্দোকপা অহূনবু করেকো ।
নংবু উৱোইদৌবসি খল্লুবদা রারেকো ॥
তারবদা লক্ষ্মণ-দো সিংহনাদ লাউরক্লে ।
মতমহূদা রামস্ব জয় ওইরে লাউরক্লে ॥
সিংহনাদ লাউবদা মরোন অহুম নিকথরে ।
রাম লক্ষ্মণ অনিনা পুক্নিং অমতা ওইরক্লে ॥
রথি ময়াম থুরুম্মী রাম লক্ষ্মণ অনিদা ।
লক্ষ্মণনা মুক লাউরকই তেঙ্গোল ময়ামশিংহূদা ॥
পুং মরিপী মথাদা মহেন্দ্র দণ্ড লাক্লনি ।
মতমহূদা প্রভুনা লানগী যাত্রা তৌগনি ॥
মতমহূদা লাক্তুবা অহূগুম্বা মীশিংদো ।
মুংদা হাইহৎলহূনা থরাই লৌনি মী অদো ॥
লক্ষ্মণ রাঙাং অসিনা মৈগী মতৌ ওইরক্লে ।
রামগী স্বর অহূনা মুংশিংকুম্বা ওইথরে ॥
অশাওবনা মৈগুম্বা জগৎ অসি চাকতৌরে ।

মতৌ অসুম লক্ষ্মণ-না প্রজাশিংদা লাউরক্লে ॥
মরূপ মপাং ওইরম্ব অগুম অথৌ নাইদেকো।
নোংঙানবগা থুংত্রবা মীশক অত্ত হাৎনিকো ॥
স্বত্তীনা লৌশিং তরা পুন্দা ঈশিং শোক্কনি।
রামনা লেংবা কান্দুদা পুম্নমক্তো উহননি ॥
রৈহে থর অসিনা থবক পুম্বা থঙলোকো।
নচা নত্ত পুম্নমক চেকশনজরে কাওহুকো ॥
নোংচুপ থংবা মাইগৈদা লক্ষু য়ুংঙ ঘোৎ পূজা তৌ।
ঈশিং পুনবু অথনবা পূজা পোৎলম শুন তৌ ॥
য়ুমথোং য়ুমথোং থুদিংদা ইশৈ শকউ হয়াওনা।
অমম্বু কোকহল্লু থ'উমৈ কয়া থান্দুনা ॥
পূক্সিং হয়াও হয়াওনা ভেঙ্গালশিংস্ব চৎলুকো।
লক্ষ্মণ ঐগী রাহৈসে পুম্নমক্লা তারোকো ॥
তারবদা মীয়ামশিং মশা চম্না নিকথরে।
রাম লক্ষ্মণ অনিদো হায়রম্লগা চঙথরে ॥
মতৌ অসুম তৌত্থনা লক্ষ্মণ য়াথং ফংবদা।
লাংনথরে প্রজাশিং হায়নরিঙৈ থুদক্লা ॥
ইরুজরে অহিংদা পূজা শুম্না লোইনরে।
রামগী কোনুং অত্থদা অহিংদগী লাক্লরে ॥
রামগী যাত্রা অসিবু তাক্সবা মীত্থদি।
মানা নিংব পুম্নমক থুংজবু ওইগনি ॥
মুমিনা হায় হে অর্জ্জুন পূক্সিং তপ্না তারোকো।
নোংঙানবদা ওইরকপা রারী অত্থ লীগেকো ॥

পুক্নিং তপ্পু হে অর্জুন ব্যাসনা হায়রকই।
নোংজাল্লবা কান্নুদা মাজোন্দা রাম ফম্মকই॥
লক্ষ্মণ-না স্নান লোইহৃনা পূজানচিংবা লোইখরে।
রামগী চরণ খুরুম্বা থুনা হেক্তা য়োরক্লে॥
দণ্ডবতপু তৌরগা মাংদা হেক্তা লেপ্পকই।
পঞ্চ শাস্তি কৌরবা সনথোংদা য়ৈরকই॥
তারবদা লাক্করে সনথোংদা নিল্লক্লে।
মথ্‌্নাই পিকপা মীশিংদি মীপায় থবাইনরক্লে॥
রামনা হায় চংলোকো মপান কাংজৈবুংহৃদা।
পুষ্প রথ দোলায়দো ঐহাক্কীবু শেম্মুদা॥
রামগী য়াথং ফংবদা লক্ষ্মণ চিংজৈ থোরক্লে।
মপান কাংজৈবুংহৃদা' ময়াম লৈবা উরক্লে॥
ময়ামচৎগী ময়াইদা যুবরাজ ফম্মম্মী।
নিংথৌমচা কয়ানা চঙঙক্নুনা খুরুম্মী॥
লক্ষ্মণ-না হায় লাউহৃনা হনুমানগী মকমদা'
পুষ্পরথ লোক্করো হনুমন্ত নহাক্না॥
যে অজ্ঞা হনুমাননা পঞ্চাঙ্গনা খুরুম্লে।
পুষ্পরথ থুদক্তা পুরক্নুনা থম্মরে॥
লক্ষ্মণ বীর কাথংলে শিজোক নানথোক সেম্মক্লে।
নিংথৌমচা থুদক্তা চামগকুন থৌগল্লে॥
সমুদ্র ঈরম তরেংকী ঈশিং অহু পুরক্লে।
দোলায় মমাং অহুদা থৌরাং অসি তৌরক্লে॥
মণিমুক্তা পরেংনা দোলায়হৃদা মাহুরে।

হেক্তা য়েংবা মতমদা তগুপ তরেং কজরে ॥
দোলায় চিথেক মরিদা সনাপী কিরান খেৎচল্লে।
কোটি তরা খাং পায়বা মায়গৈ মরি লেপখরে ॥
গদা কোটি তরানি দোলায় থক্তা খাংগৎপা।
তেন্দোং কোটি তরানি পগু পাট কৌরবা ॥
মুষল মুর্জ্জর অমদি জাঠি ত্রিশুলনচিংবা।
শিংথাবদা গুল্লয়োই থুৎলায় মশিং অয়াম্বা ॥
থুৎলায়শিংগী মখোন্দো তাবদা লাই গুকখরে।
মমিৎ লৌশিং পাল্লবা শোরারেন কাও ডকখরে ॥
লক্ষ মণ্ডা সাজন তৌই সেনাপতি মশিংনা।
দোলায় থক্তা লৌরুং পায় কোইনা থৌই লুংঙাইনা ॥
অমমমু লাকপনা তেঙ্গোল পূম্বা থুংলরে।
শগোল শামুনচিংবা চৎকদবা য়্যামখরে ॥
মতমহুদা তিল্লকপা শিংথাবদা গুল্লয়োই।
পরলোই কান্দা সমুদ্র ঈথক হৌগুম গুইরকই ॥
প্রভু রামনা লেংঙমলাই মঙ্গল গুয়া তিল্লরে।
ময়ামশিংদো রামগী চরণদবু থুরুমলে ॥
জগোই কয়া শাখরে রস কয়া শকখরে।
মমুম পানবী স্বতীনা কোক্তা ঈশিং পুরল্লে ॥
পুংগী শেনগী ধ্বনীনা গু,গু গু গু হেক্তা লাউরল্লে।
পাজল খেল্লা খেরবু মত্র কয়া য়ৈরল্লে ॥
সাজন লোইরবহুদা হজচ্চরে লক্ষ্মণ-না।
মহেন্দ্র দণ্ড য়ৌরল্লে হজচ্চরি ননাইনা ॥

লক্ষ্মণ রাহৈ তাবদা রামচন্দ্র হৌগৎলে।
নোংচুপ থংবা মাইপৈদা শ্রীমুখদো ওন্নরে॥
রামগী মনাই ওইরবা জয় ছন্দ নিংথৌনা।
লাচাড়িদা রারীসে লেংঙু রাথং পিখিদা॥
রামগী রারী তাবদি পাপ্পু শোইরোই কোকনি।
অতনববু লৈতনা রামগী রারী তাগনি॥

## লাচাড়ি

রাম লক্ষ্মণ অনিমক্তা, খুৎকা খুৎকা পায়নখিদো;
রঘুমণিনা হন্না হন্না হায়।
রামনা হায় লক্ষ্মণ তাহের'দা, প্রাণগা মান্নবা নংনিদা;
নংগুম্বা লৈতেকো ঐগী সহায়॥
রাবণগী মচা হাৎলিদে', ওম্মকই চক্র শাক্তাদো;
মেরুবমথৈ নংনা ওমখিবা।
নংগী নতিক নগুণশিংদো, শিংথাবদা ওন্নরোইদো;
ব্রহ্মা মচিন মরিনা ওমমোই হায়বা॥
নিংথৌমচানা চামনি, ঐঙোন্দা চঙজরিবমি;
নংবু ইনাও ওইবদগীনিকো।
লৈবাক অসি ঙাকউ নংনা, সিংহাসন্দা ফমচনা;
নংগী ঙাক ওইহৌরোকো॥
ইমানা চাক্রেং লৈরিবা, কংজো নং মখোইগী লেবা;
পুন্নমকসে নংঙোন্দা পিরেকো।

ঐনা পুগে তেঙোন্ন তথাই,    নংগা নৈহৌ তেঙোন্ন তথাই ;
ইয়াম্বা ওসি লান চৎলগেকো ॥
জনকরাই মচা সীতানি,    মঙ্গল মগুণ নৈরবীনি ;
নংগী কোম্নুংসিদা লৈসন্নুকো।
সনা তোলাগী মশিংনা,    লক্ষ তরা লোইনহনা ;
ষণবী লক্ষ অমগা দান তৌকো ॥
শাম্নু লিশিং তরাগা,    শগোল লিশিং তরাগা ;
মুমিৎ খুদিং দান তৌগদবনি।
নংনা তৌবা দানগী ফল-না    মঙ্গল ওইনি চৎপহ্নদা ;
য়েন্নবা পুন্নমক মাংহনগনি ॥
যুবরাজ নপান্দগী,    পাঙ্গন ময়েং তংরোই ঐগী ;
ওম্মকে শোরারেন কাওবা ঐনা।
চাক্কী দান তৌরকউ নংনা,    পৃথী দান তৌরকউ য়াম্না ;
ঐনা হায়বা তাওকো হন্না হন্না ॥
অয়াম্বা পূজা তৌরকউ,    লৈশুনচিংবা কৎলকউ ;
তৌরকউ লাইনা পাম্বদা ওইবা।
পিজ-পিথকপু তৌরকউ,    গুরুজনশিংদা কৎলকউ ;
মুনিশিংদস্ন কৎলু অঙম্বা ॥
বিষ্ণুগা মান্নবা ওইবা,    মথোইশিংদা দানবু তৌবা ;
শিবগা হরি চরণ ফংগনি।
লম্মণ-না মুক হায়জরকই,    তাবিয়ু প্রভু হঙ্গৎলকই ;
মীওই করম্বদা দান তৌগনি ॥

শল্লোক্লবু তাকপিয়্নদা, দান তৌবা য়াবা মীশক্তো ;
লক্ষন কয়ম্ববু মুনি ওইনি।
তাকপিয়ুকো শল্লোক্লবু, সিদ্ধমুনি ওইবশিংবু ;
ময়মচু খণ্ডলগা পূজা তৌনি॥
প্রভু য়ামনা হায় তায়োদা, ঈশ্বরগী ময়মচুদা ;
পুক্নিং লেপ্পা ভম্বা মুনি কৌই।
গুরুগী মশক অয়েপ্পা, তায়ো হায়য়কে ইয়াম্বা ;
ইমা ইপাবুসু গুরু কৌই॥
অয়া অনা কোক্লনবা, বেদ শোনবা মীশক ওইবা ;
মানা মহেল্লে ময়োন অহুমদা।
ধর্ম্ম শাস্ত্রবু খণ্ডলবা, লাইয়িককী কাব্য তৌরবা,
কংকনি ব্রহ্ম মশক খণ্ডবদা॥
কোইনা তীর্থ চংপা মীদো, অথোইবা পাত্র কৌইদো ;
বিষ্ণুদা ভক্তি লৈবা মীচুসু।
মপোক তয়েংলক মক্তুদা, ব্রত তৌবা একাদশীদা ;
অথোইবা পাত্র কৌই মচুসু॥
একাদশীগা মায়বা, লৈত্রে কর্ম্মমা অতোপ্পা ;
লৈবাক অমা শেম্ববু হেল্লি মানা।
সনানা শনজিংগুম্না, দান তৌরবা মীদগীনা ;
হেল্লি একাদশী বংতচুনা॥
বিষ্ণুগী মন্দির তৈবা, মীদো যম য়োত্রে তশেংবা ;
অচুগুম্বদো স্বর্গ হেক কংলে।

শাগৈগী 'থোইবা নংনিদা, হন্না হন্না খাগৎলিদা ;
ধর্ম্ম অসে ইপা ফাও ওমখিদরে ॥
লক্ষ্মণ-না অমুক হায়রকই, প্রভু ননাইনা খঙনিংই ;
সংসারসি করিনা হেনগনি।
করি ভক্তিবু চৎপনা, মগুণ লৈবা ওইনখিদা ;
মতুমক তাকপিয়ু ঐ তাজনি ॥
কনা বিষ্ণু সেবা তৌই, তুলসি সেবাসু তৌই ;
করম্বনা কৈ ত'ঙগে ননাইনা।
লক্ষ্মণগী রাহৈ তাবদা, হায়রকই রাম-চন্দ্রনা ;
তারো লক্ষ্মণ হ'য়গে ইয়াম্বনা ॥
মীগী ফনবা তৌবিবা হরিনাম ভজন শোনবা ;
থরাই য়াঙন হরি পূজা তৌবা।
হরিনামবু মরম ওইবা, ভক্তি তৌনা চৎলবা ;
অচৌবা লাই পূজাবু তৌজবা ॥
হরিগী ভক্ত [illegible], ব্রাহ্মণগী মখোঙ নোইরবা ;
মনা মপাদা ভক্তি লৈরবা।
ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব উজবা, মতমতুদা হরাওজবা ;
মীরক্তো ওই হরি ভক্তি লৈবা ॥
শম্ভুগী মুপী তুলসী, মাগী বাবী লৈগে ঙসি ;
কলি কান্দা পোকপগী মরমদো।
সতৌ ওইরবী নুপান, লৈজে শম্ভুগা লোইননা ;
সভা শুণনা মঙ্গল ওই শম্ভুদো ॥

পাণ্ডনবু কনবা ওইদুনা, ওস্সী জগৎসি মহাত্মা;
লাইয়ামশিংনা মতোন্দা চণ্ডৈজেদো।
মাইগৈ মরি অসি হুম্মা, মাগী পাম্বোমগী পাঙ্গমা;
সতী গুণনা হেক ভস্মকইদো॥
উরবদা লাইশিংদুনা, ক্ষিরদদা চৎলদুনা;
মখল কয়া লৈশি লৈখোল্লক্লে।
তাবদা ভগবাম্না হায়, শোইরোই ঐ লাকনি হায়;
লাইয়াম্বু য়েংলগা হায়রক্লে॥
বৃন্দাগী সতী থুগাইনি, ঐনা মাগী মমদা চণ্ডনি;
শঙ্খনা মৃগয়া চৎখ্রিডৈদা।
সত্য থুগাইবগী মানা, শাপ তৌরকনি ঐতোন্দা;
নরলোক্তা মুং ওইনা লৈনিদা॥
ঐনা হায়বা য়াথংদুনা, লৈহৌনি পৃথ্বীদা মহাক্তা;
শঙ্খনিংথৌ ওইনি শঙ্খনা।
হায়রকই অমুক লক্ষ্মণ-না, তাবিসি রঘুমণিনা;
করম্বা কান্দা শাপ কোকখি মানা॥
রামনা হায় লক্ষ্মণ তাওকো, নংগী নকমদা হায়গেকো;
কলিদা ঐগী শাপতো কোকনি।
কলি হায়রুরগা রামনা, হরি হরি শোল্লকইদা;
মরমদি চিনবান কংদনবনি॥
লক্ষ্মণ নংস্যু শোল্লো নামদো, তাবগী পাপ কোকনিদো;
কলি মাম্বু তাক্লবগী নংনা।

খংনবনা থৌ-ওইবনি, কলি হায়বসিদি পাপনি ;
পাপ কোক্লবা হরি শোক্লু নংনা ॥
চরন্দা কোক্লি লক্ষ্মণ-না, হঙংলে রামগী চরন্দা ;
করিগীবু ফজবোবনো কলিনা।

## কলি চরিত

রাম-না হায় পাপকী রাদো, ঐগী পুক্তা হায়নিংদেদো ;
হায়দোক্কৃদি থওলরোইকো মংনা ॥
কলিদা তমথিবা ওইনি, নিংথৌনা পাজল শোনগনি ;
মতমত্তগী গুণনা কংনরোইকো।
তুলসীগী গুণ লৈররোই, বিষ্ণুগী গুণ লৈররোই ;
গঙ্গানা পাতাল্দা লৈথ্রনিকো ॥
কলি কালগীবু নিংথৌদি, পৈশা লৌববু পামগনি ;
প্রজাশিংদা য়াম্নবু ওংকনি।
প্রজাশিংস্থ চৈনগনি, নিংথৌ মরন মাংহনগনি ;
লনগীদমক জাতী মাংনগনি ॥
ব্রাহ্মণ য়াম্না লাইরগনি, মতম থুদিংগী নিগনি ;
পাপ্ন তৌবদা শাগৈ মাংগনি।
ব্রাহ্মণগী গুণ মাংলগনি, শূদ্রনা ব্রাহ্মণ চৈগনি ;
প্রজানা নিংথৌ কত্তবা চৈরনি ॥

থৌওইরোই মপা মমাদি, লুপী অঙাংদা খল্লনি ;
পুক্কিংগী হরাওবদ লূপথ্রনি।

ধর্ম্মগী লম্বী খল্লরোই, লুপীগী লমচৎ চুম্মরোই ;
অথোইবনা অতোনবদা পামনি ॥

চতুর্ম্মাস্য একাদশী, থাদোকথ্রনিকো তপসী ;
মপুরোইবা লৈনা য়ুম পানগনি।

সিগুম্বা লমচৎ ওইগনি, কলি কালগী মরমচক্তি ;
তারো লক্ষ্মণ ওইরক্কদবনি ॥

বৈষ্ণবশিংবু তিম্মহনা, শংখ শঙ্গ তৌররোইদা ;
ধর্ম্মগী য়ারী য়াত্তাইস্লু শাররোই।

ধর্ম্মগী য়াবু তাবদা, অরাবা ওইনা লল্লনিদা ;
অতেপ্পদ কম্লগনি প্রাণ ভাই ॥

মায়াদা ওম্না লুপ্তুনা, হরি পূজা তৌররোইদা ;
কলিদা লৈবা ম'ওইশিংনা

শক ফজবীনা পুক চুমলোই, শকফিরবীনা সন্তী ওই ;
শাগৈ ময়েং তানি পাপ তৌদনা ॥

হরিনাম শোনবা মতমদা, ওম্না নিন্দা তৌমনিদা ;
নিংথৌ ক'ওনা দণ্ডি পিগনিদা।

ব্রত লৈররোই লুপীনা, লমচৎ চুম্মাই লৈশাবীনা ;
গুণ লৈবা ব্রাহ্মণ লমচৎ চুম্মোইদা ॥

লাইনিংববু নিন্দা তৌনি, নিতি জ্ঞান হম্বরনি ;
কলিগী প্রভাবনা শাধু লৈররোই।

নিংথৌ লমচং চুমদবনা, মচৈ মরোং হম্বিদা ;
মণ মখোম থক্তিক্তা খোকপা শোইরোই ॥

মতমতুগী শাধুশিংনা, শাধু শঙ্খ লৌনি লোম্না ;
কলিগী প্রভাবপু কিখিবনা ।

হরি চায়না শেংলু নংনা লান চংপা কাশ ওই ঐনা ;
দোলায় অন্ত পুরক্তোকো নংনা ॥

কোম্লে লক্ষ্মণগী পাম্নোম্না, কোম্লক্রে ওকশমদা চেৎনা ;
লুংশি লুংগু ইনা কোম্বরক্রে ।

জানকী উর্ম্মিলানচিংবী, অয়াম্বা কোম্নুংগী লুপী ;
মথক্তা তৌবগুম যাথং শিরে ॥

চকু চৈশিং লম্ন পুরে, হেৎ থংনা পরেং হেক লেমে ;
মাইগৈ মখিদ মঙ্গলনা নিম্লে ।

বেদ পাঠ তৌব মুনি, পূজাগী মন্ত্র ধ্বনি ;
মগুণতনা মুনিদো মৈরুম্লে ॥

অথোইববু সনম্বা, মানচিংবা মাত মম্বা ;
ঐনা লোইনগনববু হায়গে ।

অর্জ্জুন নিংথৌনচিংলবা, চন্দ্রসেনগী মচ হাম্বা ;
মম্নুভপ মচা হায়রকাখগে ॥

নোংপোক মাইগৈগী নিংথৌশিং, অগায় অয়াম্বা মীওইশিং ;
লক্ষ্মণ নংনা পিরো ইম্বাম্বদা ।

কৌশল্যাগী শ্রীচরণদা, থুরুম্মী চাম্বক হম্না ;
মথংদা থুরুম্মক্রে ব্রাহ্মণদা ॥

শ্রীহন্তদো লোয়়হনা, খুরুম্মক্লে হুমিন্তা ;
রঘুমণি দোলায় কাথৎলক্লে।

মুংঙাইবগা লোইনহনা, ঋষিশিং তোংঙে দোলায়দা ;
সিংহনাদনা পৃথ্বী নিক্লক্লে ॥

অহুগী তুংদা নারাপনা, লৌরী চেৎনা পায়রহনা ;
খিংলকপদা আকাশ নিকখয়ে।

দেব সভা মুংঙাইখরে, করি উপায় তৌনি খল্লে ;
বিনতাগী মচাদো কৌরক্লে ॥

হে-গড়ুর নহাক চৎলো, রাম-না চৎপদা নং ইল্লো ;
লাই ঐখোইগী য়েক্লবা মাংনবা।

লাইগী য়াথং কংলবদা, গড়ুর শৎ পায়রক্লেদা ;
শ্রীরাম লক্ষ্মণ চরন্দা খুরুম্বা ॥

রাম-গী সারথি ওইনবা, শোয়ারেম্না ঐ থারকপা ;
রঘুমণি নিংখিনা লৌবিনি।

গড়ুর খুংলবসিদা, রাম লক্ষ্মণ হরাওয়ক্লেদা ;
জয় ওইরে লাউনরে তেকোলশিংদি ॥

খুদক্কুদা শ্রীলক্ষ্মণনা, খুত্তা লিরুং তেন পায়রেদা ;
পাতাল চৎঙৈগী রাকম নিংশিংলে।

মকুভত্র হাৎপা কান্দা, কংলকপবু তেন অহনা ;
লক্ষ্মণ-না পাতালদা কাপখরক্লে ॥

পাতাল অহ খুদক্কুদা, তেন্দুনা চৈথাইরক্লেদা ;
নাগরাজ তাবদা কিরক্লে।

হায়রক্লেদো তেন অচুনা, লান লাকইকো ঙসি ঐনা ;
ঐ অসি লক্ষ্মণগী তেম্নি হায়রক্লে ॥
ঙমখিবা লক্ষ্মণগী তেম্নি, লাইনা খাংবা ঙমদবনি ;
নংগী নাক্তা ঐ খারকলিবনি ।
চৎসি চৎসি নাগরাজা, শ্রীরামদা কৎলুসি পূজা ;
নং লোক্ত লক্ষ্মণনা খারকপনি ॥
ঐগা লানবু তৌরগদি, ঐগা চহি তরানিথোইদি ;
হন্নদনা লান তৌগদবনি ।
নংনা মঙ্গল পান্নবদি, অযোধ্যাদা চৎকদবনি ;
নত্তবদি পাতাল অসি ম্যাংগনি ॥
ঐসে লক্ষ্মণগী রূপনিকো, ঐবু নংনা শাওগন্নকো ;
ঐসে নারান্দগী পোকপনিকো ।
লক্ষ্মণ হায়বা গুণ চেনবদো, অনন্তনা ওইবনিদো ;
শ্রীরামচন্দ্রনা নারাণনিকো ॥
নাগরাজ খুদক্তদা, ঙেনগী রাহৈ তারকপদা ;
মথুৎ লোন্দুনা খুরুম্মক্লে ।
রাম লক্ষ্মণগী মনাই ওইরগে, লেংবিরম্মো লাকচরগে ;
পাতাল্দা লৈবিরম্মু হায়রক্লে ॥
মন্ত্রিশিংগা লোইনচুনা, লাকচরগেকো তুংচুদা ,
রাম লক্ষ্মণনা লৈবা মাইগৈ তম্না ।
মুমিৎ কোক্টিবু ঙমজবা, ফংজরনি তেন্দোং উবা ;
শ্রীলক্ষ্মণ খুত্তা ঙানবা কয়ানা ॥

নাগরাজ মতমসিদা, থুংলরে ময়ামগী মাংথদা ;
শ্রীলক্ষ্মণ চরন্দা থুরুমই।
নাগরাজ থুদক্কুদা, মথুং অনি লোমহনা ;
ঐ তেমা ফারকপনি হায়রকই ॥
লক্ষ্মণ-না হায় নাগরাজ, পুরকখো নংগী প্রজাশিং ;
প্রভুরামচন্দ্রগী থাগৎলো।
নংগী নাপল থাদোক্কুনা, রাম-গী মনাই ওইরহনা ;
দোলায়গী ওই থংহনা নং চৎলো ॥
কল্লবা থবক তৌবা মা, যমগী থানাদা থাগনি ;
তারো তারো রথিশিং নথোইনা।
লক্ষ্মণ রাহৈ তারবদা, কোন্দরক্লে প্রভু রামনা ;
প্রাণ ভাই লক্ষ্মণ অতাংবনিদা ॥
নংগী নগুণ অহৎনা, পাতাল চৎত্রে নংগী তেম ;
নাগরাজ নিংথৌদু থারুরে।
নংবু হৈনাও ওইরহনা, নিংথৌ ওইবা লাইবক ফৈদা ;
হৈমা ফাওবা লাইবক ফরা ওৎরে।
নহাকপু পোকপিরম্বা, ওৎরে পাদুং লাইবক ফবা ;
মর্ত্ত্যদগী পাতাল ফাওবা ডাল্লে।
ভগবাননা অসি হায়রে, চিংডৈ দোলায় লেংথংখরে ;
সিংহনাদনা পৃথ্বী নিকখরে ॥
তেঙ্গোলশিংমু শুংডাইরে, নোংচুপ মাইগৈ ওন্নরক্লে ;
চোংডহনা সিংহনাদ লাউরে।

মুংশা ইংবা লাই মুম্বিৎনা, রাদলবা রথিশিংদা ;
পুংদা নোংমগী লম্বী চৎলক্রে ॥
শ্রীরামগী ইতিহাসবু, হেক তাবদ কোকই পাপপু ;
অহুগুম্বা মীহু লাইবক ফরে ।
থাজঅবগ্ন মীহুন, রামগী নাম তাপ্রবদা ;
যমক্লাজনা হেক্তা থুরুম্রে ॥
মতম থুদিংদা মীহুনা, যমবু অমুক উনজ্রেদা ;
মপোক ফয়া হরি সেবা ফংই ।
জয় ছন্দ মহারাজনা, অয়াম্বা মাগী সভ'দা ;
য়াওবা ভবানি ব্রাহ্মণদা হায়রকই ।
শ্রীপ্রভুরামচন্দ্রগী, রাবী ওইবা আভষেকী ;
মরমহু লেংঙ্, পদ ওইনা
নিংথৌগী য়াথং ফংবদা, ব্যাসনা হৈরম্বা য়োনা ;
ইজরি চংখোম্রা পদ ওইনা ॥

## পদ

মথুং অনি লোম্রহুনা অর্জ্জুননামক হঙ্গংলে ।
অহুদগী রাম-না লেংবা রারা তানিংলে ॥
পুষ্ঠ চেনবা ওইরবা মমাংঙৈগী রারীনি ।
পাপপু কোক্লদবা অহুগুবা রারীনি ॥
মতাং অহু জীবিয়ো ননাই ঐ তাজরগে ।
রাম্বা অহু তারগা হেক্লববু ওমজগে ॥

মুনিনা হায় তাও অর্জ্জুন য়ারী লাগে হায়রক্লে।
মরৈবাকপু য়ামনা থাদোক্তনা লেংলকলে॥
মীনা ওম্বা য়ারবা কোমুং অমা উরক্লে।
মুম খুদিংদা পুরাম্লো তানরম্বা উরক্লে॥
মোইবুং শরীক থিংহনা নারাণ পূজা তৌরম্মী।
তর্পণ তৌবনচিংবা মীপুমতিংনা তৌরম্মী॥
দেশছুগী ময়াদা মুনিগী লাইনিংকম লৈ।
মগুণ লৈবা মুনিশিং লাই কয়া নিংহনা লৈ॥
পৃথ্বীরোমদা মকোক্লা য়ুংছি খোঙদোন হায়গংলি।
দেব জগন্নাথবু পুক্লিং চেৎনা হেক নিংলি॥
মুনিশিংগী মমিংদো হায়গে মুন্না তারোকো।
পরাসর ভরদ্বাজ গৌতমনবু চিংবকো॥
শাণ্ডিল্য কশ্যপ অমদি সাটায়ন মুনি।
জামদগ্নি বিশ্বামিত্র হায়রিববু মুনি॥
মুনি য়াম্খৈ লৈরম্মি সিষ্য লিশিংগা লোইননা।
মাগী মাগী সিষ্যনা লৈরমমিদো হরাওনা॥
পুন্নমক্তো উরগা য়াথল তৌই রাম-না।
হনুমানবু কৌরক্লে হয় হম্না রাম-না॥
রাম-গী ইঙ্গিৎ কংবদা হনুমানদো চঙক্লে
রাম-গী চরণ অহুদ মঙারকপু থুরুম্লে॥
রাম-না মুক হায় হনুমান কননবা শিম্লোকো।
কনাগীবু কোম্লুংনো মতিক মগুণ হায়য়ুকো॥
মক্ত্ববু বনসিদা মুনি কয়া লৈরিবা।

রারী অছ্ হনুমান শন্দোক্কবু হায়রবা ॥
সুগ্রিবগা লোইননা দেশ কয়া কোইরুইদো।
চৌবদগী লোইবকাও রারী অছ্ শারেদো ॥
হনুমান্না হায়রকই চুম্মী প্রভু খঙগনি।
সিংহজিৎকী কোন্নুংনি জগত্তব কাওবনি ॥
মুনিশিংনা নৈরিসে রস্তাবন কৌইদনা।
করি য়াথং ভাকপিনি প্রভুগী শ্রীমুখনা ॥
শ্রীরাম-না হায় চৎলোকো মুনিশিংগী মনাক্তা।
সিংহজিৎপু হাৎনবা উপায় হংঙু নখোইনা ॥
হায়রম্নগা রাম-না সিংহনাদ লাউয়ক্লে।
নৈরমলিবা মীশিংদো তারবদা চেমরে ॥
কোন্নুংগী মী পুম্নমক মশা থক-থক নিক্লরে।
পৃথ্বী অসি নিক্তুনা রসাতলদা নমথরে ॥
মুনি ধ্যানস্থ কাইনরে মুপীশিংদি মিপায়রে।
মতৌ অসুম তৌহনা ময়াম অসি রানরে ॥
মুনিশিংগী মনাক্তা রাম-চন্দ্র লেংশল্লে।
রাম-চন্দ্র লাকপবু মুনিশিংনা খঙলক্লে ॥
দণ্ডবৎপু তৌহনা মুনি মাংদা লেপ্লক্লে।
রাম চরণ অছদা মুনি স্তুতি তৌরক্লে ॥
খুরুমজারি প্রভু রাম জীবগীদি মবুংঙো।
মুংঙাইববু পিবিবা লাইশিংগীসু মবুংঙো ॥
পাং কংকাল অমদি অচৎ চত্তা অয়াম্বা।
নংগী মায়াদেবীনা পুম্নমকসি ওইহনবা ॥

জগৎ শেংব' লেংবদা ওসি উবা কংজরে।
দরশনবু কংবদা অশেংববু ওইজরে॥
তীর্থ হায়বা মমামসে প্রভু নংগী কৃপানি।
প্রভু নংবু উবদ' অশেংববু ওইবনি॥
মুনিশিংগী স্তুতিদা প্রভু রাম পেনথরে।
ঐগী নিংবা থুংহনু প্রভু রাম-না হাকররে॥
ঐগী অভিষেকসিদা নখোই পুম্বা য়াওমিকো;
নোংপোকথংবা মাইগৈদা লক্ষ্মণ-নবু ওম্মেকো॥
কুবেরবু ওম্নবা শত্রুঘ্নবু থাথিদো।
যমালয়বু ওম্নবা ভরতনবু চৎখিদো॥
নোংচুপ থংবা মাইগৈসে ঐনা ওমগে লাকইদো।
অসিগুম্বা দেশগী নিংথৌ মমিং করিনো॥
কয়া কল্পি পাম্নমা কররম্বু বংশনো।
মানা নিংথৌ ওইবদা করি থবক ওবনো॥
মুনিনা হায় তাবিবি প্রভু লাগেকো রাম্রী।
সিংহজিৎপু হায়হুনা জগৎসিদা খঙনরি॥
রাম না হায় সিংহজিৎ কররমবু খোনখিবা।
মরমচুগী রাম্রীদো অমুক হন্না লারোবা॥
মুনিনা হায় তারোকে' রক্ষ্মণি লাগেকো।
সিংহজিৎপু খোনখিবা লৈকো মরম হায়গেকো॥
গজাগীবু মপান্দা নোঙ্গা অমবু পোকখি।
জগৎ অসি মহাকী পাম্বোমগী মখা থাখি॥
লাইয়াম পুম্বা মহাকপু লান তৌকসি লাকখি।

সিংহনাদ লাউবনা পৃথ্বী থক থক নিকপনি ॥
চহি অম' চুপ্পবু মোংশা লাইগা লান তৌডৈদা ।
লাইশিংনা মহাকপু ঙমখিদরে লান্দুদা ॥
মহাদেব বৃষভ তোংহুনা চঙ্ককলে ।
লানতৌবা কান্দুদা মহাদেব শাওখরে ॥
বৃষভগী মচিদা নিংথৌ অসি থোরক্লে ।
মহাদেব মহাক্না লীরুং তেনবু পিখরে ॥
মাগী তেনগী শক্তিনা নোংশা অহ্ হাত্তোক্লে ।
উরবদা লাইয়াম্না শিংহজিৎপু থোনখরে ॥
মহাদেব বরনা মাগী লাম্বা লৈতরে ।
অমাং অত্তা লৈতবা লীরুং তেম্পোং ওইখরে ॥
লাই গন্ধর্ব্ব পূম্নমক তানবদা কিখিদা ।
পূক্লিং তপ্না মহাকপু হাংপিয়ুকো প্রভুনা ॥
মাগী কোম্রুং অসিদা ননাই অম' থারসি ।
থঙহল্লসি মাতোম্দা প্রভু লাকই হায়রবসি ॥
রাম না হায় হে বসিষ্ঠ নংনা হেক্তা চংলুনা ।
অমুক হন্না হনুমান থারকেকে ঐহাক্না ॥
মৌবিথরো মুনিনা হনুমানগা লোইননা ।
থঙহল্লুরে ঐগী গুণ লীরহুনা নহাক্না ॥
চংলো হনু নহাকসু সিংহজিৎকী মনাক্তা
লক্ক অমা রথীদো পুরহুনা চংলুদা ॥
হনুমান্না হায়রকই কৈদৌনন্নি তেঙ্গোম্না ।
সিংহজিৎপু ঙম্মুগে ইতোক্লত চত্তুনা ॥

নংগী কৃপা লৈরদি ভমজগনি ননাইনা।
সিংহজিৎপু চাম্মদি মমদা থাগে ননাইনা॥
নংগী চরণ ধূলিনা রাক্ষক কুরীৎ ওইজরে।
রাহৈ অসি হায়দুনা হনুমন্ত খুরুম্লে॥
মখুৎ জুড় তোদুনা মুনিশিংস্‌ খুরুম্লে।
মুমিৎ থাবু খুরুম্লে দোলায় নাক্তা চণ্ডজরে॥
মুনিশিংনা নানবিরে মঙ্গল ওইরো হায়রকই।
রাম রঘুবরনা হনুমান্দ' হায়রকই॥
নশা অসি হনুমান মুংগী মতো ওইজরো।
মীনা ভমকত্রববু নংগী হকচাং ওইজরো॥
তারবদা হনুমান দোলায়থক্তা চোংথৎলে।
জয়রাম লাউবদা পৃথ্বী থক থক নিরুরে।
ফারো হাৎলু হায়দুনা পুমনিল হেক্তা নিরুরে।
শব্দ অসি তাবদা মীয়াম পুম্বা মীপাইরে॥
য়োংনা মমিৎ থম্নগা খিথা খিথা লাউবদা।
মাইগৈ মরি কাইদুনা মহৈ মহৈ চেৎলেদা॥
উরবদা লাউরক্লে ভাইখো-ভাইখো হায়দুনা।
খুৎনা নাকোং মেনসল্লে সিংহজিত্তো তাবদা॥
হনুমন্ত খিন্দনা সভাময়াই য়োরক্লে।
শ্রীরামচন্দ্রগী মনাইনিকো হায়রক্লে॥
দশরথ নিংথৌনা মচা মরি পোকইকো।
মচা অহল রাম-না দিগ্বিজয়বু লাকইকো॥
মঙ্গল ওইগে থম্লদি রামগী চরণ চণ্ডজরো।

নংগী বংশ লোইননা রামগী চরণ নিংজরো ॥
রাহৈ অসি তাবদা নিথৌ থংশাও শাওরক্লে।
কদাইদগী লাকপনো ওনথৈনা ঙাংলরে ॥
দশরথ হায়বদো কদাইরাইদা লৈবনো।
পৃথ্বীসিগী মনুংদা কদাইদা লৈ রামদো ॥
সিহজিৎ ঐ ওস্বা মী কদাইরাইদা লৈবনো।
ঐগী লোককম ওইবনি বৃষভগী মচিদো ॥
ঐগী থুংলায় মমাংদা লাইয়াম থক থক নিকপনি।
তারো তারো হে য়োং নং ঐবু চওক্লৌ হায়রদি ॥
সংসারগী মনুংদা রাম-না করি তৌথিদা।
ঐদি লাইগী কনবা থবক কয়া তৌথিদা ॥
হনুমান্না হায়রকই রামদি থবক তৌইনা।
তারোকাবু হাওনা মুনিশিংবু কনখিনা ॥
হরধনু সীতাগী থুদেক্না লুহোংখি
পরশুরামগী নাপন্দো প্রভু রাম না মাংহনখি ॥
পিতৃ সত্য ঙাক্না রাম-না বন্দা চৎলিদো।
সীতগীদি মরমদা রাবণ নিংথৌ মাংখিদো ॥
মহাবীর লক্ষ্মণ-না ইন্দ্রজিৎপু হাংথিদো।
চক্রশালা ওমদুনা লাইনা পূজা তৌথিদা ॥
মাগী পাঙ্গল মথৌনা পাতাল থাওবা ওন্মিদো।
মহাজীবু মমাংদা লেপকদবা কনানে ॥
তারবদা থুদক্কা সিংহজিৎনা হায়রক্লে।
রামগী মনাই জানকী রাবণ-নবু হবিরে ॥

থা তরা হেক রাবণনা লঙ্কাদবু থম্লবা।
অহুগুম্বা সীতাগা অযোধ্যাদা পাল্লিবা॥
তারকাবু হাৎখিবা অহু নংমা থাগৎপা।
স্বয়ম্বর হাক্তক্তা লৌরুং থেকখি থাগৎপা॥
লঙ্কা মৈ থাবা ঐনি নাপল তৌবা নহাক্না।
রামবু হাৎলে হায়রগা শোইরোই নাপল তেকনিদা॥
বন্দা লৈবা নহাক্তি শোইরোই বন্দা মাংগনি।
পাঙল কনবা নহাক্কি হিংচাববু হাৎপনি॥
ওসি শোইরোই হাৎকনি নংনা তৌবা দোষনা।
ঐবু ওম্বা লাকলিবা করি পাঙল লৈহুনা॥
ওসি ঐগী ইথুক্তা শোইরোই মাবু হাৎপদি।
হায়রুরোকো রাম-দো শাক্তেল তৌরো হৌজিক্কি॥
নহাকীদি নবুংঙো পাঙল কল্লি হায়বদো।
ওসি হায়বা হুম্মিত্তা রামগী নামদো মাংনিদো॥
চৎলো রামগী মনাক্তা থুনা য়াংনা লাকচরো॥
হনুমাম্না হায়রকই তারোদনা পাপচেনবা।
নংবু হাৎকে হায়হুনা রঘুমণি লাকলিবা॥
মীগা য়োংগা লোইননা নংবু হাৎকে লাকপনি।
থৌওইদবা তৌজন্নু শোইরোই নংবু হাৎকনি॥
নংবু হাত্রিমথৈদি ঐনা য়ুমদা হল্লোইদো।
লৈকৌসম্নু পৃথ্বীদা নংবু হাৎপা মিংচত্তো॥
লঙ্কাগীদি রাবণদো ঐগী থোঙপাকচাবনি।
ইমৈসিনা পুক্লগা রামগী চরণ কৎকনি॥

সিংহজিৎপু হায়রদুনা মরোন অহুম কাওবনি।
ঙসি ঐনা নহাকপু পুরদুনা চৎলনি ॥
য়োংদি ওইরে হায়রগা রাঙাং অচু তাবদা
তাথরক্রে মিস্তগী মপি চহুম লৈবাক্তা ॥
নিংথৌগী মতৌ উবদা হনুমন্ত বীরনা।
চাওথোকলক্রে মশাদে চীংগুম্নবু হনুনা ॥
পুং মরিগী লম অদোময়া লাওনা কাথোক্রে।
মমৈদুনা ফুবদা পৃথ্বী থক থক নিকথরে ॥
নিংথৌগী সিংহাসন্দো থরক থরক নিকথরে।
উরবদা সিংহজিৎ অকিববু কংলক্রে ॥
লৌরী নাকোং কংনচিং নিংথৌ মৈগুম শাওরক্রে।
লৌরী খংবা শব্দনা মরোন অহুম নিকথরে ॥
মথুং অমুক পায়রগা সিংহজিৎনা হংখোক্রে।
হনুমানগী মথুক্তো থজিকমক কাও লেংদরে ॥
নংবু কল্লি কনানা হায়গদগে লাউরকহ।
ঐপা হৈথুং অসি নং লেংবা ঙমদবা ওই ॥
নংগী থুৎলায় ঔশিংদা লংথরগা চৎথরো।
চৎলোদনা পাপচেনব, নরৈবাকপু থাদোক্রো ॥
তকিং তকিং সিংহজিৎ লৌরুং তেনবু পায়খৎলে।
ঔরাও কনবা সমুদ্র মতৌগুমা ভংলক্রে ॥
লৌরী অমুক চিংবদা তেন চামা হেক থারক্রে।
চোংসম্দুনা হনুনা পূর্ণপ হেক্তা পায়শল্লে ॥
চিংদৈ হেক্তা থুদেক্রে লৈপন থক্তা হনুনা।

পণ্ডপাতপু কৌরবা কয়া কাম্নি নিংথৌনা।
বিষ্ণু অস্ত্র কৌরবা চামা চামা কাপ্লক্লে।
হনবা লৈতে হনুমান ময়াই থোইনা কাখরে॥
তেনকাপ কয়া হৈরবা সিংহজিৎপু নিংথৌনা।
নিংহন্নবা লৈতনা কাপশল্লক্লে হনুদা॥
নিংথৌ মতৌ উবদা মত্রি বিদপদনা।
দোলায় হেক্তা থৌজল্লি নিংথৌম্নীদি মনাক্তা॥
লৈরম্মুদো ভসিদি সিংহনাদ লাউরক্লে।
তেঙ্গোল শাজন থুদক্তা চিংথৈ হেক্তা সেম্মক্লে॥
শামু লক্ষ তরানি শগোল কোটি অহুমনি।
কোটি মাপন চুংগোই থাং ছেল জাঠি পায়রবনি
রথিশিংনা খুদক্তা তেম্না নোংথুম কুংভক্লে।
ময়াম অদো হন্ননা নাপিগুমা নিংথরে॥
থব্রানমিচাক মরক্তা থানা ভানগুম নিংখিরে।
কাল যমগী মতোগুম হনুমান্না হাংলক্লে॥
থম্বাল বন্দা শামুনা শানবগুম হনুনা।
ওম্মোকপগী ম-ওংদা লৈরে তেঙ্গোল মরামদা॥
দোলায় অমা অমগা রৈশন্দুনা মাংহল্লে।
শামু মকোক মকোক্তা রৈশন্দুনা হাংতোক্লে॥
চুংগোই থাংবু পায়রবা কোটি অহুম তুথরে।
ইনা সমুদ্রগুম্লে দোলায় কয়া তাওথরে॥
তুরে তেঙ্গোল কোটিমা মাইরোল্লবা ভমদরে।
উরবদা নিংথৌ-দো মিপাইববু পোকথরে॥

সিংহজিৎপু হায়রজুনা মরোন অহুম কাওবনি।
ওসি ঐনা নহাকপু পুরজুনা চৎলনি॥
য়োংদি ওইরে হায়রগা রাঙাঃ অহু তাবদা।
তাখরক্লে মিন্তগী মপি চহুম লৈবাক্তা॥
নিংথৌগী মতৌ উবদা হনুমন্ত বীরনা।
চাওথোকলক্লে মশাদে' চীংগুমবু হনুনা॥
পুং মরিগী লম অদোময়া লাওনা কাথোক্লে।
মমৈহুনা মুবদা পৃথ্বী থক থক নিকখরে॥
নিংথৌগী সিংহাসন্দো থরক থরক নিকখরে।
উরবদা সিংহজিৎ অকিববু ফংলক্লে॥
লৌরা নাকোং ফংনচিং নিংথৌ মৈগুম শাওরক্লে।
লৌরী খিংবা শব্দনা মরোন অহুম নিকখরে॥
মথুং অমুক পায়রগা সিংহজিৎনা ইপ্পোক্লে।
হনুমানগী মথুত্তো থজিকমক কাও লেংদরে॥
নংবু কল্লি কনানা হায়গদগে লাউরকই।
ঐগী ইখুং অসি নং লেংবা ঙমদবা ওই॥
নংগী খুৎলায় ঔশিংদা লংথরগা চৎথরো।
চৎলোদনা পাপচেনব, নরৈবাকপু থাদোক্লো॥
তকিং তকিং সিংহজিৎ লৌরুং তেনবু পায়খৎলে।
ঐরাও কনবা সমুত্র মতৌগুম্না ভংলক্লে॥
লৌরী অমুক চিংবদা তেন চামা হেক থারক্লে।
চোংসন্দুনা হনুনা পুল্লপ হেক্তা পায়শল্লে॥
চিংথৈ হেক্তা থুদেক্লে লৈপন থক্তা হনুনা।

পত্তপাতপু কৌরবা কয়া কাম্নি নিংথৌনা।
বিষ্ণু অস্ত্র কৌরবা চামা চামা কাপ্লক্লে।
হনবা লৈতে হনুমান ময়াই থোইনা কাখরে॥
তেনকাপ কয়া হৈরবা সিংহজিৎপু নিংথৌনা।
নিংহন্নবা লৈতনা কাপশল্লক্লে হনুদা॥
নিংথৌ মতৌ উবদা মন্নি বিদগদনা।
দোলায় হেক্তা থৌজল্লি নিংথৌন্নীদি মনাক্তা॥
লৈরম্মুদো ওসিদি সিংহনাদ লাউরক্লে।
তেঙ্গোল শাজন খুদক্তা চিংদৈ হেক্তা সেম্মক্লে॥
শামু লক্ষ তরানি শগোল কোটি অহুমনি।
কোটি মাপন চুংগোই থাং ছেল জাঠি পায়রবনি॥
রথিশিংনা খুদক্তা তেম্না নোংগুম কুংঙক্লে।
ময়াম অদো হন্নুনা নাপিগুম্না নিংথরে॥
থরানমিচাক মরক্তা থানা ভানগুম নিংথিরে।
কাল যমশী মতৌগুম হনুমান্না হাংলক্লে॥
থম্বাল বন্দা শামুনা শানবগুম হনুনা।
ওম্ভোকপশী ম-ওংদা লৈরে তেঙ্গোল মযামদা॥
দোলায় অমা অমগা য়ৈশন্দুনা মাংহল্লে।
শামু মকোক মকোক্তা য়ৈশন্দুনা হাংতোক্লে॥
চুংগোই থাংবু পায়রবা কোটি অহুম ভুথরে।
ইনা সমুদ্রগুম্নে দোলায় কয়া ভাওথরে॥
তুরে তেঙ্গোল কোটিমা মাইয়োক্লবা ওমদরে।
উরবদা নিংথৌ-দো মিপাইববু পোকথরে॥

অশাওবগা লোইনন' নিংথৌ কারে হনুনা।
উরু উরু লৈরগা লংথরক্লে পৃথ্বীদা॥
অকনবব চৈথেংনা নিংথৌ হেক্তা রাহরে'
হনুমান্না নাঙন্দা রামগী নাক্তা পুররে॥
লৌক্লং পায়বা চমদবা মতৌ উরে রাম-না।
সিংহজিৎপু নত্তুনা কনা অমা মান্দেনা॥
হায়রিভৈদা হনুনা মাংদা হেক্তা থুংলরে।
নাঙন্দগী থারগা' রামগী মাংদা থুরক্লে॥
য়েংবিয়ুকো হৈবুংতো সিংহজিৎপু পুররে'
শ্রীহত্তুনা ননাইসে হাক্তোকপিরো হায়রক্লে॥
শগোল কোটি অহমসু হাক্তোক্লম্লে ননাইনা।
ঐগী পান্দল থত্তদেকো সিংহজিৎপু নিংথৌনা॥
মতমসিদা সিংহজিৎ জ্ঞানবু হেক্তা তাররে.
মত্তিক চাওবা রথিশিং রামগী নাক্তা উররে॥
গড়ুর উবা মতমদা রাথল কযা তৌরক্লে।
ঐবু হাৎকে ময়ামসে থত্তলে মুক্তি তৌররে॥
মতমসিদা হায়রকই প্রভু রামচন্দ্রনা।
ঐগী কোম্নুং য়োরসি নংগী ভেক্লোল পুহনা॥
মরোন অহম কাওরবা রাবণ নিংথৌ উমৈদো।
সীতাগীদি হাক্তুক্তা লঙ্কা কোম্নুং মাংভিদো॥
বিজয় বানা কংলবা ইন্দ্রজিৎসু মাংখিদো।
লক্ষ্মণ-না হেক শাওহনা ইন্দ্রজিৎপু হাৎলিদো॥
অকনবদা শিংথাবা কুম্ভকর্ণ হুপ্রেদো।

রাবণ নিংথৌ মহাক্কী দোষতনা তুপ্রেদো ॥
হৌজিক নং লান তৌগেরা নম্বরগা চঙজরো ।
ঐঙোন্দবু হৌজিকমক ধর্ম্ম য়েংনা হায়জরো ॥
সিংহাজিংনা হায়রকই রামচন্দ্র তারোকো ।
অক ফত্তা কনানো হায়বিয়ুকো ইকুংঙো ॥
শ্রীরাম না হায় নিংথৌ নং তারো ঐনা হায়রগেকো ।
সাধু নিন্দা তৌবা মী ফত্তবু কৌইদো ॥
মাগী শাগৈ য়াগংপা অতোপ্পবু চৈবদো ।
শাগৈত্তগা লোইননা মরম ফংনা মাংখিদো ॥
ঐগী সুগ্রী অসিনা ইরনম্মক্ক থম্লদি ।
অরা-মুংশি লাইথুংনা শোইরোই মনাক লৈবদি ॥
সুগ্রীববু থাজবা নিপাদুগী মবুক্তো ।
মপাপচেনবা ওইগনি মখা লাইথুং লাকনিদা ॥
ময়াম অসি মাম্না নিংবা সাধু কৌইদো ।
ঈশ্বর লৈবা তাক্কনি হায়না পূজা তৌনিকো ॥
সেবা তৌনি চিংগৈক্রূ বৈষ্ণব অমা তুলসী ।
সেবা তৌবা অহমমে ওইরে লাইবক কবসি ॥
নিংথৌনা হায় লোনথা বৈষ্ণব শাখি নহাক্কা ।
রাবণ-না হই সীতাদো অমুক লৌই নহাক্কা ॥
চক্রশালা ওম্মুবা কোনমহুনা লক্ষ্মণ-না ।
পাপীশিংনা হায়বনি ঈশ্বরনি হায়মহুনা ॥
চহি তরাবিরোইব চাদ থক্কবহুনা ।
হাংচবনি ইন্দ্রজিৎ মানা তৌবা কলাহুনা ॥

অশাওবগা লোইনন নিংথৌ কারে হনুনা।
উক্ল উক্ল লৈরগা লংথরক্লে পৃথ্বীদা॥
অকনবব্ু চৈথেংনা নিথৌ হেক্তা রাম্বরে।
হনুমান্না নাম্বলা রামগী নাক্তা পুরক্লে॥
লৌক্লং পাযবা চমদবা মত্তৌ উরে রাম-না।
সিংহজিৎপু নত্তনা কনা অমা মাল্লেনা॥
হায়রিঙৈদা হনুনা মাংদা হেক্তা থুংলরে।
নাঙন্দগী থারগ রামগী মাংদা থুক্লক্লে॥
রেংবিযুকো ইবুংঙো সিংহজিৎপু পুরক্লে
শ্রীচত্তনা ননাইসে হাস্তোকপিরো হায়রক্লে॥
শগোল কোটি অহমস্নু হাত্তোক্লক্লে ননাইনা।
ঐগী পাজল খঙদেকো সিংহজিৎপু নিংথৌনা॥
মতমসিদা সিংহজিৎ জ্ঞানবু হেক্তা তারক্লে
মতিক চাওবা রথিশিং রামগী নাক্তা উবক্লে॥
গড়ুর উবা মতমদা রাখল কয়া তৌরক্লে।
ঐবু হাংকে মরামসে খঙলে যুক্তি তৌরক্লে॥
মতমসিদা হায়রকই প্রভু রামচন্দ্রনা।
ঐগী কোম্নুং য়োরসি নংগী তেকোল পুন্থনা॥
মরোন অহম কাওরবা রাবণ নিংথৌ উমৈদো।
সীতাগীদি হাক্কত্তা লঙ্কা কোম্নুং মাংতিদো॥
বিজয় বানা কংলবা ইন্দ্রজিৎস্নু মাংখিদো।
লক্ষ্মণ-না হেক শাওহনা ইন্দ্রজিৎপু হাংলিদো॥
অকনবদা শিংথাবা কুম্ভকর্ণ ফুগ্রেদো।

রাবণ নিংথৌ মহাকী পোষতনা ভুগ্রেদো ॥
হৌজিক নং লান তৌগেরা নক্ষত্রগা চঙজরো ।
ঐঙোন্দবু হৌজিকমক ধর্ম্ম য়েংনা হায়জরো ॥
সিংহাজৎনা হায়রকই রামচন্দ্র ভায়োকো ।
অক ফত্তা কনানো হায়বিম্বুকো ইবুংঙো ॥
শ্রীরাম না হায় নিংথৌ নং ভায়ো ঐনা হায়গেকো ।
সাধু নিন্দা তৌবা মী কদ্দববু কৌইদো ॥
মাগী শাগৈ থাগৎপা অতোপ্পবু চৈবদো ।
শাগৈত্তগা লোইননা মরা কংনা মাংহিদো ॥
ঐগী সুপী অসিনা ইয়নমক্ক থলদি ।
অরা-সুংশি লাইথুংনা শোইরোই মনাক লৈবদি ॥
সুপীদবু থাজব নিপাহুগী মকুক্তো ।
মপাপচেনবা ওইগনি মথা লাইথুং লাকনিঙ্গা ॥
ময়াম অসি মামনা নিংবা সাধু কৌইদো ।
ঈশ্বর লৈবা ভাক্তনি হায়না পূজা তৌনিকো ॥
সেবা তৌনি চিংগৈক্রু বৈষ্ণব অমা তুলসী ।
সেবা ভৌবা অহমসে ওইরে লাইবক কবসি ॥
নিংথৌনা হায় লৌমদ্বা বৈষ্ণব শাখি নহাক্লা ।
রাবণ-না হই সীতাদো অমুক লৌই মহাক্লা ॥
চক্রশালা তম্মুবা লোনমহুনা লক্ষ্মণ-না ।
পাপীশিংনা হ'য়বনি ঈশ্বরবি হায়হনা ॥
চহি তরানিথোইবু চাহ থক্তুবহুনা ।
হাংচবনি ইন্দ্রজিৎ মানা তৌবা কনহনা ॥

মাইয়োক্নবা কনবগা লংনখিবা নখোইনি।
অপাংবরুশিংছুনা নারায়ণনি হায়রবনি ॥
য়োংনাও থর পুরগা মকনশিংনা চনগেরা।
ঙসি তুমিং অসিদা ঐগী থুংলায় চাগেরা ॥
চহি লীশিং তরাবু ঙক্কত্রবা লীরুংদো।
ঙসিগীদি তুমিত্তা নাপীগুম্বা শোইগেদো ॥
সিংহাজংপু হায়তুনা ঐহাক অসি কাওরিদো।
লাইগী মীগী ঈসিনা ঙাস তর্পণ তৌগেদো ॥
অসিগুম্বা লানজাওসে ঐনা নিংবা কুইরেদা।
নংগী ঈসে অমুক ফংনি ফংঙোই খঙদেদা ॥
য়োংনা ঐবু পুংবদা হৌজিক থরা য়ারিদা।
হৌজিক ঐদি ইথস্তা তেঙ্গোল কনা য়াওদেদো ॥
তেঙ্গোল শাজন তৌরো নং হৌজিক লোলায় তৌখংনি।
অমুক হয়া উরয়োই লক্ষ্মণ কৌবা মনাওদ ॥
নংগী পক্ষ লক্ষ্মণনা ওহঙবগী জগৎসে।
বিজয় ওম্বা নগাক্ক থাদোকলমলে হৌজিকসে ॥
শ্রীরাম-না হায় সিংহাজং তরো পুক্নিং তপথনা।
লক্ষ্মণ হায়বা মশক্কো ঐঙোন্দগী খোকইদা ॥
ইচিন ইনাও মরিনা মাহৈপে মরি থোকইদো।
মরিগীদি মত্নদা হৌজিক অম ফংঙেদে ॥
হৌজিক শাজন তৌরো নং লানবু তৌবা তারেকো।
হায় সিংহজিং ঙসি নং যশগী থানা য়ৌনিকো ॥
পঞ্চশাখির বীণা য়ৈ মখোত্তনা নিনথরে।

সিংহনাদ অমুক্‌না লাউরে পৃথ্বী নিকখরে ॥
খোংমী লাম্মী অমদি শগোল শামু য়ামখরে ।
ময়াইকাবা শামুগুম কোটি তরা খাং পায়রে ॥
গন্ধর্বনা সারথি ফজবদা থেংখরে ।
মথক মখা চেন্নকপা নোংখাংকুপকুম নিংখিরে ॥
দোলায় মাইগৈ মরিদা অকনবশিং লেপ্পরে ।
শ্রীরাম-না হায় হে নিংখৌ ঐগী শাজনসে লোইরে ॥
অর্জুননা হায় রামংনা খুদক্‌পদা ওইখিবা ।
মতৌ করম তৌত্নবা সিংহজিৎপু হাংখিবা ॥
মুনিনা হায় মরমদো তারো মত্ত হায়গেকো ।
লাম্মী অক্ষৌহিণীগা রাম-দি চত্তেকো ॥
তেঙ্গোল অনি অসিগী সিংহনাদ নিকখরে ।
খোঙগী লাম্মী অনিনা মহানবদা থেংনরে ॥
শামুগা শামুগা শগোলগা শগোলগা থেংনবা ।
দোলায় তোংবা খুদিংমু মহৈ মহৈ থেংনব ॥
মাগী মাগী লাম্‌বু মপ চানা পারকপা ।
কীবুল হাবী শামগুম লাম্বা হেক্তা পামবা ॥
শামুগী পান্‌ উবদা হনুমন্ত চোংসনবা ।
কাল যমগী মতৌগুম হনুমন্ত লৈরকপা ॥
য়োং কোটি অনিনি লোইনত্নবা চত্তকপা ।
সিংহনাদ ধ্বনীনা পৃথ্বী হেক্তা নিকলকপা ॥
যমগী মতৌগুমবু তেঙ্গোল কয়া হাংলকলে ।
উরবদা সিংহজিৎ কিখিবনা নিকখরে ।

মাইয়োক্লনা কনাগা থংনখিবা নখোইনি।
অপংববুশিংচনা নারায়ণনি হায়বনি॥
য়োংনাও খরু পুরগা অকনশিংদা চনগেরা।
ঙসি মুমিং অসিদা ঐগী থুংলায় চাগেরা॥
চহি লৌশিং তরাবু ঙক্কক্তুবা লীক্লংদে।
ঙসিগীদি মুমিত্তা নাপীগুম্মা শোটগেদো॥
সিংহজিৎপু হায়ন্না ঐহাক অসি কাওরিদো।
লাইগী মীগী ঈসিনা ঙসি তর্পণ ছোগেদো॥
অসিগুম্বা লানজাওসে ঐনা নিংবা কুইরেদা।
নংগী ঈসে অমুক কানি কংঙোই খঙদেদা॥
য়োংনা ঐবু পুখদা হৌজিক খরা রারিদা।
হৌজিক ঐদি হৎখত্তা তেঙ্গোন কনা য় ওদেদো॥
তেঙ্গোন শাক্কন তৌরো নং তৌজিক দোলায় ঙোংখৎনি।
অমুক হম্না উররোহ লক্ষ্মণ কৌবা ননাওদ॥
নংগী পক্ষ লক্ষ্মণ-না ওইজবগী জুগৎসে।
বিজয় ঙম্বা নংগী থাদোকলমলে হৌজিকসে॥
শ্রীরাম-না হায় সিংহাজৎ তারো পুক্লিং তপথনা।
লক্ষ্মণ হায়বা মশক্তো ঐঙোম্দগী থোকইদা॥
ইচিন ইনাও মরিনা মাগগৈ মরি থোকইদো।
মরিগীদি মমুদা হৌজিক অম কংঙেদে॥
হৌজিক শাক্কন তৌরো নং লানবু তৌবা তারেকো।
হায় সিংহজিৎ ঙসি নং যংগী থানা য়ৌনিকো॥
পঞ্চশাখির বাণা য়ৈ মথোস্তনা নিনথংরে।

সিংহনাদ অমুক: লাউরে পৃথ্বী নিকখরে ॥
খোংমী লান্মী অমদি শগোল শামু য়ামখরে।
ময়াইকাবা শামুগুম কোটি তরা থাং পায়রে ॥
গন্ধর্বনা সারথি ফজবদা থেংখরে।
মথক মথা চেন্নকপা নোংথাংকুপকুম নিংথিরে ॥
দোলায় মাইগৈ মরিদা অকনবশিং লেপ্লক্লে।
শ্রীরাম-না হায় হে নিংথৌ ঐগী শাজনসে লোইরে ॥
অর্জ্জুননা হায় রামংনা থুদঙ্গদা ওইথিবা।
মংত্তৌ করম ত্তৌজনা সিংহজিৎপু হাংথিবা ॥
মুনিনা হায় ময়মদো তারো মচ হায়গেকো।
লান্মী অক্ষৌহিণীগা রাম-দি চঙ্গেঙকো ॥
ত্তেঙ্গোল অনি অসিগী সিংহনাদ নিকখরে।
খোঙগী লান্মী অনিনা স্থানবদা থেংনরে ॥
শামুগা শামুগা শগোলগা শগোলগা থেংনবা।
দোলায় ত্তোংবা থুদিংমু মহৈ মহৈ থেংনব ॥
মাগী মাগী লাম্বাবু মপা চানা পায়কপা।
কীবুল হাবী শায়গুম লাম্বা হেক্কা পামবা ॥
শামুগী পান্ উবদা হনুমন্ত চোংসনবা।
কাল যমগী মত্তৌগুম হনুমন্ত লৈরকপা ॥
য়োং কোটি অনিনি লোটনজনা চঙ্গুকপা।
সিংহনাদ ধ্বনীনা পৃথ্বী হেক্কা নিকলকপা ॥
যমগী মত্তৌগুমবু ত্তেঙ্গোল কয়া হাংলকলে।
উয়বদা সিংহজিৎ কিথিবনা নিকখরে।

নোংপোক মাইগৈ নিংথৌশিং রামগী ভুংবু ইল্লকপা ॥
মাগী মাগী দোলায় তোং রাম-গী থৌগন চংলকপা ॥
রামগী তেঙ্গোল মনাইশিং শিংথাবদা ওল্লরোই ।
য়েংথিবদা ফজবা চেদা য়েকপা লাইগুম উই ॥
মৃগ সেনবু কৌগবা নিংথৌগীদি মচানা ।
মাংওইননা চঙঙকই দোলায়থক্তা তোংহুনা ॥
লৌরী ঝন ঝন খিংলগা সাজন হেক্তা তৌরক্লে ।
খুংলায় লক্ষ অমান খুদক্তুদা কাপ্লক্লে ॥
তেন তরানা খুদক্তা হনুমান্দ থারক্লে ।
নাগরাজ নিংথৌদা তেন কুন হেক্তা থারক্লে ॥
য়োংগী তেঙ্গোল খুদক্তা তেন মঙানা থুগাইরে ।
শগোল শামু তুরকপা মশিং থিবা উমদরে ॥
অক্ষৌহিণী অহুমবু খুদক্তুদ তুখরে ।
নোংপোক মাইগৈ নিংথৌশিং কাইনহুনা চেম্নরে ॥
ভারকপবু ঐহুনা তুরেনগুম্না চেনখরে ।
মাইগৈ অমা ভাকভক্না তেঙ্গোল সভা তুখরে ॥
লিনগী তেঙ্গোল অহুদা গড়ুরনা হাংকুম্না ।
রামগী তেঙ্গোল কায়রক্লে মৃগসেনবু উবদা ॥
কৈনা শঙ্গী ফাবগুম তেঙ্গোল কয়া ফারক্লে ।
চেম্নবু উমদরে মাংদা বোপ-বোপ তুরক্লে ॥
মখোঙ ককই কনাগী মঙক ককই কনানা ।
কয়া কয়া তুরকপা অরাববু ওইরেদা ॥
ভারকাবু হাংপদা লাইয়ামাশিংনা রাগুম্না ।

রামগী তেঙ্গোলময়ামদো অয়াববু ওইরেনা ॥
তেঙ্গোলশিংগী অয়াবা উরবদা রাম না।
গড়ুরনা সারথি ওইরে মতম অসিদা ॥
ভাইখো ভাইখো হায়দুনা শিরুং হেক্তা খিংভক্লে।
তারো মৃগসেন নং চেকশলুকো হায়রক্লে ॥
নিংথৌমচা কয়ানা ইন্দ্রজিৎকা মারবা।
হনুমানচিংলবা য়েংগী সভা মাইথিবা ॥
অকনবদা নহাকসে অতাংববু ওইরেদা।
নংগী ওঝা হৈদকো নপাঙ্গলন্দু কল্লিদা ॥
নংবু পোকপা নপাদো মরাইবকপু কৈদকো।
নংনা ঐগী তেঙ্গোলবু ইমাংঙক্তা হাংলিকো ॥
নংবু পোকপা নমাদে মরাইবকপু কৈদকো
ঐগী ইমাং অসিদা কেপ্পা নংসে কল্লিকো ॥
রাম লক্ষ্মণ অনিগী লীরুং তেনবু ফাওরিকো।
হনুমন্ত অকনবা জগৎসিদা ফাওরিকো ॥
নাগরাজ অমদি অকনবশিং ভংভবা।
ঐগী ইমাং অসিদা অঙাং নংনা তেনকাপ্পা ॥
হৌজিক অমুক য়েংজরো ঐগী তেনকাপ লিকাপসে।
নখোই পুম হাংপিগে ল কলিবনি ঐহাকসে ॥
তারবদা মৃগসেন থুনা লীরুং লোখৎলে।
তেনন মশিং নাইদনা রামগী হকচাং তম্মক্লে ॥
থারবদা নাদুনা রামগী হকচাং নিকশক্লে।
পাইশনকপা তেনশিংদো কয়া কয়া ককথৎলে ॥

নোংপোক মাইগৈ নিংথৌশিং রামগী তুংবু ইল্লকপা ॥
মাগী মাগী দোলায় তোং রাম-গী খোগন চংলকপা ॥
রামগী তেঙ্গোল মনাইশিং শিংথাবদা ভম্নরোই ।
য়েংথিবদা ফজবা চেদা য়েকপা লাইগুম উই ॥
মৃগ সেনবু কৌঁবা নিংথৌগীদি মচানা ।
মাংওইননা চঙঙকই দোলায়থক্তা তোংহনা ॥
লৌরী খন খন খিংলগা সাজন হেক্তা তৌরক্লে ।
থুংলায় লক্ষ অমান থুদক্তুদা কাম্নক্লে ॥
তেন তরানা থুদক্তা হনুমান্দ থারক্লে ।
নাগরাজ নিংথৌদা তেন কুন হেক্তা থারক্লে ॥
য়োংগী তেঙ্গোল থুদক্তা তেন মঙানা থুগাইরে ।
শগোল শামু তুরকপা মশিং থবা ঙমদরে ॥
অক্ষৌহিণী অহুমবু থুদক্তুদ তুথরে ।
নোংপোক মাইগৈ নিংথৌশিং কাইনহনা চেম্নরে ॥
তারকপবু ঐহনা তুরেনগুম্না চেনথরে ।
মাইগৈ অমা তাকতক্না তেঙ্গোল সভা তুথরে ॥
লিনগী তেঙ্গোল অহুদা গড়ুরনা হাংকুম্না ।
রামগী তেঙ্গোল কায়রক্লে মৃগসেনবু উবদা ॥
কৈনা শঙ্খ ফাবগুম তেঙ্গোল কয়া ফারক্লে ।
চেম্নবু ঙমদরে মাংদা বোপ-বোপ তুরক্লে ॥
মখোঙ ককই কনাগী মঙক ককই কনানা ।
কয়া কয়া তুরকপা অরাববু ওইরেদা ॥
তারকাবু হাংপদা লাইয়ামাশংনা রাগুম্না ।

রামগী তেঙ্গোল ময়ামদো অরাববু ওইরেনা ॥
তেঙ্গোলশিংগী অরাবা উরবদা রাম না।
গড়ুরনা সারথি ওইরে মতম অসিদা ॥
ঙাইখো ঙাইখে হায়দুনা লিরুং হেক্তা খিংওক্লে।
তারো মৃগসেন নং চেকশল্লুকো হায়রক্লে ॥
নিংথৌমচা কয়ানা ইন্দ্রজিৎকা মামবা।
হনুমাম্নচিংলবা য়েংগী সভা মাহথিবা ॥
অকনবদা নহাকসে অতাংবদু ওইরেদা।
নংগী ওঝা হৈদকো নপাঙ্গলসু কাম্লদা ॥
নংবু পোকপা নপাদো মরাইবকপু কৈদকো।
নংনা ঐগী তেঙ্গোলবু ইমাংমক্তা হাৎলিকো ॥
নংবু পোকপা নমাদে মরাইবকপু কৈদকো
ঐগী ইমাং অসিদা লেপ্পা নংসে কল্লিকো ॥
রাম লক্ষ্মণ অনিগী লীরুং তেনবু ফাওারকো।
হনুমন্ত অকনবা জগৎসিদা কাওরিকো ॥
নাগরাজ অমদি অকনবশিং ডমজবা।
ঐগী ইমাং অসিদা অঙাং নংনা তেনকাপ্পা ॥
হৌজিক অমুক য়েংজরো ঐগী তেনকাপ লিকাপসে।
নখোই পুম হাৎপিগে লাকলিবনি ঐহাকসে ॥
তারবদা মৃগসেন থুনা লীরুং লৌথৎলে।
তেনন মাশং নাইদনা রামগী হকচাং তম্থক্লে ॥
থারবদা নাহুনা রামগী হকচাং নিকপক্লে।
পাইশল্লকপা তেনশিংদো কয়া কয়া ককথৎলে ॥

গড়ুরগী মশানা ভম্বকত্তরে ভাকপদো।
নৈরে চক্ষু শাবগী চক্রগুম্না দোলায়দো॥
থুদোংথিবা উবদা প্রভুরাম না থল্লকহ।
লীক্লং চেংনা পায়রগা ভেন্দো হেক্তা কাপ্লকই॥
তেম্না পাইখোরকপদা মেনা ফ্রি ফ্রি কাম্বক্লে।
নোংথাং কুপগুম ইলং লং উরকপদা নিংথিরে॥
মশিং থাবা ভমদনা তেঙ্গেল কয় তুরক্লে।
শামু লশিং তুরক্লে শগোল লক্ষ তুরক্লে॥
অক্ষৌহিণী থুদক্তা থডহোদনা তুথরে।
শাখিবনা থুংলায়দো দুই কোটিগুমথরে॥
মৈশাদনা তেঙ্গোন্দো কয়া কয়া তুরক্লে।
উরবদা নিংথৌগী মচা অত চডভক্লে॥
তেন্দুনা হেক মম্বনা তেঙ্গেল মীয়াম উদরে।
থুদকসিদা রাম-না তেম্না নমকাপ কাপ্লক্লে॥
সম্মোহ কৌবা তেন চিডেঙ্ক তেক্তা কাপ্লক্লে।
তেনগী শক্তি অদনা লাম্মী ভম্না রাম্বরে॥
গড়ুরগী মশানা লাম্মী কয়া হাত্তোক্লে।
নিংঙাইববু নৈতনা বিষ্ণু অস্ত্র লৌখৎলে॥
অকলশিংদা চল্লবা বৃষসেনদো রাম্বরে।
বৃষসেনগী মকোক্লা গড়ুরদা থাজল্লে॥
মায়া হৈবা বৃষসেন ময়ানা তেন চিকথাইরে।
অমুক হম্না রাম-না তেন্দো নমকাপ কাপ্লক্লে॥
বৃষসেনগী মথুত্তো তুবৎ তুবৎ ককথৎলে।

অকনবদো লানয়াইদা মথুং অনি ককথংলে ॥
অমুক হন্না রাম না মথোঙ অনি ককথংলেং।
সিংহ অস্ত্র থুদক্তা শন্ধান হেক্তা থারক্লে ॥
খঙহৌদনা খুদক্তা মঙক তুবং ককথংলে।
মকোক অহু রাম-না আকাশদা লংখংলে ॥
শ্রীরাম চন্দ্রনা সিংহনাদ লাউখরে।
রাম-গী সিংহনাদনা পৃথ্বী থক থক নিকখরে ॥
মতমহুদা সিংহক্লিং শাওরে সাজন তৌরক্লে।
যুবরাজ নিংথৌগী মচা অহন থোরক্লে ॥
কাপ্পক্লিবা তেন্তুনা অমম্ববু ফংখরে।
বজ্রবানবু কাপ্পক্লে পৃথ্বী থক থক নিক্লে।
শব্দ অসি তাবদা শাওরে রঘুমণিনা।
সম্মোহ বায়ুব্য তেন কাপ্পে রঘুমণিনা।
বজ্রবাননা ককথরে নিংথৌগী মচানা।
কাত্তিক কৌবা থুংলায়নে ক প্পক্লেদ। রাম-না ॥
গনেশ কৌবা তেন্দুনা ককখ্রে নিংথৌমচানা।
সিংহ অস্ত্র কৌরবা থুংলায় কাপ্পে প্রভুনা ॥
ইন্দ্রবানবু থৌরবা থুংলায়না ককথরে।
অকনবা 'নিগী লান্দ, পৃথ্বী থক থক নিকখরে ॥
ককরকপা থুদক্তা তেনগী ধ্বনি নিকখরে।
শাওরহুনা রাম-না মহাছেনবু লংঙক্লে ॥
নিংথৌমচা থুদক্তা মথুং তুবং ককথংলে।
জ্বালামুখী কাপ্তুনা মথোঙ অমুক ককথংলে ॥

ইন্দ্রবানবু কাপ্তুনা মগুক তুবৎ ককথৎলে।
যুবরাজ তুবদা তেঙ্গোল রারা কাইরক্লে॥
মচা সুংশিবদগী সিংহজিততো শাওরক্লে।
মচা মঙা থুদক্তা লৗরুং পায়রে চঙচক্লে॥
রাম-গী নাক্তা মঙাদে চিংথৈ হেক্তা লেপ্লরে।
চপমান্নবা মঙাদো লৗরা ঝন ঝন খিঙঙক্লে॥
পুষ্পরথ মথক্তা রাম চন্দ্র ডাল্লকই।
লৗরী ঝন ঝন খিঙলগা তেন সন্ধান তৌরকই॥
তেন অমনা থুদক্তা মঙা মঙক ককথরে।
তোঙান তোঙান মকোক্তো পৃথ্বীথক্তা ওনথরে॥
শাওরহুনা নিংথৌগী মনাও অমুক চঙচক্লে।
লৗরুং খিংবা মখোয়া পৃথ্বী থক থক নিক্লক্লে॥
লৗরুং পায়বা হৈরবা নিংথৌগীদি মনাওনি।
মপাঙ্গলস্থ কল্লবা মথৌনাস্থ লৈবনি॥
মাবু উবা কান্দুনা রাম-না তেন হেক কাপ্লক্লে।
মহেশ্বর কৌবা তেন মথুং অনি ককথৎলে॥
তেন অহুমা দোলায়দা লৗরুং কক্লে তেন অনিনা।
সিংহ অস্ত্র থৌরবা হকচাং কক্লে থুদক্তা॥
জ্বলমুখি কৌবা তেন্না মগুক ককথরে।
অকনববু নিপান্দো তুরবদা নিনথরে॥
সিংহজিৎকী তেঙ্গোন্দো কিথিবনা নিকথরে।
শ্রীরাম-গী তেঙ্গোনদি সুংঙাইবনা নিনথরে॥
সিংহজিৎকী লাম্মীশিং রাম্বহুনা তুনরে।

ঙাইহাক লৈরে হায়রগা মহৈ মহৈ হৌগৎলে ॥
অমুক হয়া তেঙ্গোন্দো সিংহনাদ তৌরক্লে।
সিংহজিৎকী নোংশাগী তেঙ্গোন অমা থোরক্লে ॥
নোংশা ময়াম ঙংলকপা পৃথ্বী থক থক নিক্লক্লে।
রামগী তেঙ্গোন ময়ামদো ভারবদা কিরক্লে ॥
কিখিবনা তেঙ্গোনশিং মহৈ মহৈ লাউনরে।
রাম-বু উবা মতমদা কিনবনা লাউদরে ॥
গড়ুরগী মকমদা রাম-না অমুক হায়রকই।
সিংহজিৎকী মাইগেলা থোরো য়াথং পিরকই ॥
নোংশাগীবু থোক্নমা তেঙ্গোন ঙম্মা কিনরে।
ইমাংদবু তেঙ্গোম্না করম তুনি য়েংঙক্লে ॥
য়াথং অহু ফংবদা গড়ুরনা থোরক্লে।
সিংহনাদ লাউহুনা লান্দা মাইয়োক্নরক্লে ॥
গড়ুরগী মশানা আকাশদা ফজবা।
মক্তুবা খুৎলায়দো রাম-না কয়া কাপ্পকপা ॥
রামগী খুৎলায় ময়ামদি লাইনা ওনবা ঙাক্তনি।
খুৎলায়শিংনা থাবদা নোংশাশিংদো চেনবনি ॥
অমুক হয়া রাম-না সিংহবানবু কাপ্পক্লে।
ময়াইকাবা নোংশাদো লক্ষ অমা তুখরে ॥
তুহোদবা নোংশাশিং কাইহুনবু চেম্নরে।
পুষ্পরথগী মথক্তা রামচন্দ্র ফজরে ॥
পলোয় কান্দা মৈদন তরানিথোই চাক্লুম্নি।
রাম-গী তেম্মা খুদক্তা তেঙ্গোন সভা মাংবদি ॥

মতমসিদা সিংহজিৎ রাম-গী মাংদা লেপ্লরে।
সিংহজিৎপু উবদা শ্রীরাম-না হেক হায়রক্লে॥
ধর্ম্মচেনবা রাকস্থ নংনা লৌখিদবনা।
নংগী নচা ননাওশিং ওন্না শিরবনিদা॥
ননাক্তা মম লৈরেদো নংনা উসন্নদরে।
পাপী বাপল তৌবশায় হৌজিক করম তৌদৌরে॥
সম্যাসনি হায়র্তুনা নংনা লৌনম তৌবসাই।
ঐগা লানবু তৌবদি ওয়া মাংতে হায়রকই॥
হৌজিক মঙোল ওইগনি থল্লিবরা মহাক্না।
ঐগা লোইনরতুনা চৎসি রামগী মনাক্তা॥
নিংথৌনা হায় চৎলগা ঐগী করি কায়নি।
ঐগী লৈবা অকনবা ওয়া তুখ্রে হৌজিক্তি॥
চহি লিশীং অহুমনি ঐনা নিংথৌ ওইরিবা।
অহল ওইরে হৌজিক্তি ঐনা করি কায়বা॥
নোংথাংগুম্নি পুন্সিসে পাঙ্গল কনবা লৈগুম্ন।
অসিগুম্বা হকচাংসে হিংবা করি কায়নি॥
গড়ুরগী মমাংদা নংগী তেনগী মচিন্দা।
হাৎপিরোকো ঐহাকপু জগৎমপু নহাক্না॥
নংগী নখুৎ অতুদা শিরবদি করেনা।
শোইরোই ঐনা ফংলনি ভগবানগী চরন্দা॥
নংগী খুত্তা নত্তস্থ শোইরোই ঐনা শিগনি।
লৈতে মরোল অহুমদা ঐবু হাৎপিনবদি॥
নংনা ঐবু হাৎলরোই খল্লিবদো থতিওকো।

নিপাদগী অশোইবা নংবু হাংপা ওম্মোইকো ॥
নংগী মহারাণীনা সতী ওইবা মরম্না।
নংবু হাংপা ওমত্রগ' য়ুমদা হল্লোই ঐহাক্না ॥
ওয়বদি হাংলগা জানকীদা পিগনি।
নত্রবদি নহাকী নথুবাক্তা শিরনি ॥
হায়রম্রগা নিংথৌদো খুৎলায় হেক্তা শংলিদ'।
মাংওইননা রাম সু লৈরুং হেক্তা পায়রেদা ॥
দোলায় অনি লৈনবা শব্দতনা নিনখরে।
লৈরুং তেনগী শব্দনা পৃথ্বী থক থক নিকখরে ॥
তেনগা তেনগা ককনবা শব্দতনা নিকথরে।
মমাংলৈদা থোকখিত্রি প্রমান অমা লৈতরে ॥
ইগা ইচেল কান্দুদা তাবা নোংগী মতৌওম।
পৃথ্বী মশক উদরে তেম্না কাপ্না মতৌওম ॥
নোংনা চুংশিং লোইননা খেন্না লাউন তাওম্না।
নিংথৌ মথোই অনিগী তেম্না ড্রও ড্রও ওখিওদা ॥
শ্রীরাম-গী তেন্তনা নিংথৌ তেলোন রানৈদা।
তেম্ন চাম চামনি অমুক কাপ্পা মতমদ' ॥
গড়ুরনা সারথি করি প্রমান লৈতরে।
খোওমী লাম্মীশিংহুনা নোক্না নোক্না লান তৌরে ॥
শক্তি অর্জুন'চিংবা সিংহজিৎনা থায়কলে।
প্রভু রাম চন্দ্রনা থোইদিংওম্না ককথংলে ॥
সম্মোহ বায়ব্য তেন প্রভুরাম-না কাপ্লে।
সিংহজিৎনা খুদক্তা ভুবং হেক্তা ককইদা ॥

পঞ্চ পাণ্ডপু কৌরবা রঘুরাম-না থারকই।
সিংহজিৎনা অমুকা তুবৎ হেক্তা ককলকই ॥
শঙ্খচুড় কৌরবা খুৎলায় অমুক কাপ্লক্লে।
অলাম্বুখি কৌরবা তেম্না অমুক ককথরে ॥
সিংহজিৎনা খুদক্তা গদা শৎহেক লংভিদা।
রাম-গী বিষ্ণু মন্ত্র পাইখোকহনখ্রে খুদক্তা ॥
মতৌ অসুর পুং অনি চুপ্না লান থেংনরকক্লে।
প্রভুরাম চন্দ্রনা মহেন্দ্রবু শংলকলে ॥
হল্লক শৎপা তেনসিনা শোইরোই নংবু হাৎকনি।
মহৈ মহৈ হরাওনৈ উরবদা লাইয়ামদি ॥
হল্লকী তেন অসিনা নংবু হাৎপা ঙমত্রদি।
অরেম্বনি পৃথ্বীদা রাম কৌবা ঐহাক্তি ॥
সিংহজিৎনা হায়রকই তেনদো ককপা ঙমত্রদি।
কুম্ভিপাকপু নরক্তা ঐগী লৈকম ওইগনি ॥
রঘুমণি খুদক্তা তেন্দো শৎ হেক থারক্লে।
পৃথ্বী অসি খুদক্তা থক থক হেক্তা নিক্লক্লে ॥
তেনগী ভুংশিং অহুনা সমুদ্র ইথক হোরে।
মওং অসি উবদা স্বর্গদা লাই রানরে ॥
উরবদা সিংহজিৎ মাংওইননা লেপ্লক্লে।
ত্রিশুল কৌবা তেন অদো খুদক্তুদা কাপ্লক্লে ॥
মখোইনিগী তেন্দুনা থেংন ভান রক্লেদো।
চিংঙৈ হেক্তা স্বর্গদা পাইখৎনরে তেন অদো ॥
সূর্য্যলোক চন্দ্রলোক মথং মথং মোরক্লে।

পাইনরকপা তেন্দুনা কৈ-লাসবু রোরক্লে ॥
মহাদেব নৈরম্মী মহেন্দ্রনা হায়রকই।
শ্রীরাম-গী গুণ অসিনা জীব পুম্বা ফিংঙকই ॥
সিংহজিৎপু হাৎলুরো রামগী য়াথং পুরক্লে।
নংগী সেবক ওইবনা নংগী চরণ চঙথরে ॥
শ্রীমহাদেবনা হায় মতিক চাদে লান তৌবা।
সিংহজিত্তো মাংলনি মাগী শাগে অপুম্বা ॥
মাহৈ অসি তাবনা ত্রিশুল অদো পাইরক্লে।
শ্রীপ্রভু রাম সিংহজিৎ মমাংহুদা থুংলরে ॥
শ্রীরাম-না হায় মহেন্দ্র করিদৌরি হায়রক্লে।
মাহৈ অসি তাবদা সিংহজিত্তো ককথরে ॥
নিংথৌভুবা উবদা তেথোল সভা চেনবনি।
প্রলয়গীদি মতমদা সমুদ্র ইথক হোৌগুমনি ॥
হনুমানচিংবনা খোংনা লাউনরক্লেদো।
কাইহুনা চেনখিবা থেংগাইহুনা তুনৈদো ॥
পুংসেন কংশি মখোননে ভরং ভরং নিনথরে।
জগোই শাবী পুম্মক নিংখিন' জগোই শাথরে ॥
দোলায় থক্তা রাম-না কয়রহুনা লৈরক্লে।
নিংথৌ'মচা অতোনবা থোরক্নুনা লেপ্লরে ॥
তোকচরগে লানতৌবা চঙজরগে চরন্দা।
থম্বাল মানবা মাইথোংনা য়েংবিয়ুকো ননাইদা ॥
রাম-না হায় নিংথৌমচা নংন' নিংথৌ ওইরোকো।
ঐগী হৃতুং ইন্দুনা লানতৌববু চৎসিকো ॥

য়ামগী ইতিহাসবু পুক্নিং চণনা তাবদা।
নিতি খুদিং গঙ্গাদা লুপচবগা মান্নৈদা॥
মচা ময়ন নৈতবা কংজরবা মগুণনি।
পুক্নিং চণনা তাবদা নিংজববু কংগনি॥
পাপকী সমুদ্রদগী লাইনা হেক্তা লানগনি।
মচা মও ময়ম্দা চাওখৎপবু ওইগনি॥
জয়ছন্দ নিংখোগী য়াথং মতুং ইন্দুনা।
ভবানি কোৗবা কবিনা মীওইবগীদমক্তা॥
ব্যাসনা লৌথ্রবা পাণ্ডবকীদি মকমদা।
ইজয়কই অমুক্তা পদগীদি মওংদা॥

মতাং অদিদা প্রভূ য়ামচন্দ্রনা অভিষেকীদমক্তা মখামক্তা নোংচুপ মাইগে দিগ্বিজয় চৎলকপদা সিংহজিৎ :কৌয়া নিংখোবু হাৎপা মতাং লোইজয়ে।

# নীলকান্তগী মতাং

অমুক হয়া অর্জ্জুননা ব্যাসদা হায়জরে।
সিংহজিংপু রামনা হাংখিবসি তাজরে॥
রামগী নামবু তাবদা অ-ওকপবু নাইদেকো।
ঐনা তাবা মহৈনা কৌরব তেঙ্গোল ঙমগেকো॥
ব্যাসনা হায় তসেংনা নংগী দেশ লৌগনি।
রাখল অতৈ চোইদনা পুক্লিংচঙনা তাগনি॥
নোংঙানবগা রামদো স্নান পূজা লোইখরে।
দোলায় থক্তা লেংখংলে সিংহনাদ লাউরক্রে॥
ছত্রাজিংপু কৌরবা মচা অত্ত লোইনরে।
অকল অথৌ ময়ামগা সুংঙাহনবু লাক্লরে॥
লৌরী খ্রিঙখ্রিঙ খিংলক্রে রামচন্দ্র হয়াওরে।
গড়ুরনা সারথি ওইরে নোংচুপ ওক্লক্রে॥
দেশ অমা লৈরম্মী মুনি কয়া উনরে।
নীলকান্ত কোমুংদো মাংওইননা লৈরম্রে॥
মাগী মতৌগুম্বু মঙাস্তনা লংখরে।
য়ুম খুদিংমক অত্তদা বেদ পুরাণ তানরে॥
উরবদা রামনা হনুমান্দো হায়রকই।
থাবু মানবা কোমুংসে কনাগীনো হায়রকই॥
লোয়ারেনগী কোমুংলা থম্রে ঐগী পুক্লিংদা।
মহাদেবগী কোমুং নত্তরগা বৈকুণ্ঠ॥

লক্ষা কোমুং অমদি মঙুভদ্র কোম্নুংদা।
লীরে! তাগে হনুমান কোম্নুং অসি খণ্ডবরা॥
হনুমান্না হঙংলি রামগী চরণ খুরুম্মী।
মরোল অহুম কাওরবা নীলকান্ত কোম্নুংনি॥
পিজ পিথক লাইনিংবা পাঙ্গল কনবা লান হৈবা।
লাইদা ভক্তি লৈরবা মবুকনিংবু সেংলবা॥
ওইত্রববু চক্রবা গঙ্গা স্নানবু তত্রবা।
মরোল অহুম অসিদা শুদ্ধীনবা লৈত্রবা॥
তারে রামনা হায়রকই হনুমান্দা য়েংহনা।
শটারনবু মুনিদা হংডু চৎলু নহাক্না॥
মতৌ করম তৌরগা নীলকান্ত হাৎকনি।
হংলুরগা নহাক্না শোইদনবু খণ্ডগনি॥
তারবদা হনুমান চিংথৈ হেক্তা চৎলক্লে।
মুনি চরণ খুরুম্মী রাম লাকপা খণ্ডহল্লে॥
রামগী নামবু তাবদা চিংথৈ মুনি য়োরক্লে।
মুনি উবা মতমদা শুদ্ধা ভক্তি কৎনরে॥
মুনি মখুৎ থাংগৎলে মঙ্গোল ওইরো লাউরক্লে।
ভগবান্না লেংলকপা করিগীনো হংগক্লে॥
সংসাররসি কোইহনা দিগ্বিজয় লাকপনি।
নীলকান্ত নিংথৌসি করম তৌনা শুমগনি॥
মরম অতু মুনিনা শ্রীভোলদমুক খণ্ডহল্লি।
থাগুম লংবা কোম্নুংসে করিদগী ওইহল্লি॥
মাগী মরম পুন্নমক তাগে লীমু অশেংবা।

মুনিনা হায় ভগবান তারো লীগে ননাইনা ॥
অকাওববু নিংথৌনি মরোন অহুম অসিদা।
থাগী মতৌ মাল্লিবা কোন্থুংসিগী মরমদি ॥
মিচং ওইরে চক্রনা য়েক্কবশিং হাংপনি।
চহি তরানিথোইবু চরা হেনবা অমদি ॥
মুখানবা রাখল থাদোকপা তুমদরবা অমদি।
মঙ্গুভত্র ইন্দ্রজিৎ হাংপা ভবা মীশক্লা ॥
শোইরোই মাবু হাংকনি অহুগুবা মীশক্লা।
চহি তরানিথোইবু বন্দা নংনা লেংবদা ॥
ননাক্তগী সীতাবু য়েংখিদেকো কান্দুদা।
চাবা তুম্বা লৈখিদে মানা হাংখি কত্তবা ॥
মতৌ করম হাংকনি ভগবাননা হংবিবা।
মাবু হাংননবদি গঙ্গাদবু লৈরম্বা ॥
নিপা অমা লৈহৌরে খুৎলায় অহু কংগুকপা।
ম-ওং করম তৌরগা মাবু হাংপা ভমগনি ॥
অরাববু ওইদৌরি প্রভু রাম হন্দক্তি।
মঙ্গুভত্র হাংখিবা মতিক চাওবা মীহুনা ॥
নহুমদহুম লৈহৌরে লেংবিরক্লে প্রভুনা।
মাগী মথোং অহুনা শোকপা গঙ্গা কংখিদো ॥
করিগীদি থমম্বা অহুগুবা মীশক্তো।
তারবদা রাম-না লীরো মুনি হায়রকই ॥
কদৌদৈবু লক্ষ্মণ-না গঙ্গাগী রা তানিংই।
মুনিনা হায় তাবিয় মঙ্গুভত্র হাংদৈদো ॥

কৈলাসদা চত্নুরা শিব পূজা তৌথিদা।
শিবনা মুক হায়রছনা দেবী পূজা তৌইদো॥
দেবী য়াথং লৌছনা গঙ্গা নাক্তা চৎলিদো।
ভাগীরথী উনৈকো মতমথদা লক্ষ্মণ-না॥
গঙ্গানা হায় হে লক্ষ্মণ চৎসি ঐগী গর্ভদা।
মতমছুদা লক্ষ্মণ-গা লোইনছনা চঙঙকই॥
লক্ষ্মণ পাক শোকপদা গঙ্গা অছু কংঙকই।
মনাই মুপী শিবগী মখোই মরি লানবিথি॥
কঙঙমত্রবা জগত্তা তেন থরিবু 'কঙঙকথি।
তেন মরিছু' মরক্তা তেন অমবু য়াওথিকো॥
নীলকান্ত হাৎনবা শেমথরবা তেননিক্সো।
লক্ষ্মণ-গবু মাম্নবা লৈত্রে মরোন অহুমদা॥
পাঙ্গল কনবা নিংথৌশিং হাৎননবা পোকইদা।
প্রভুরামদো হয়াওই মুনি রাহৈ তাবদা॥
অতাংবনি হে লক্ষ্মণ মনা পোকপা পৃথ্বীদা।
মুমিৎ থাগী মতোঙম সিনবা থুংছি পৃথ্বীদা॥
অকনবগী মিংচৎনা মরোন অহুম কাওরিদা।
অছুগুম্বা লক্ষ্মণ-না অযোধ্যাদা লৈহৌরে॥
নীলকান্ত কমদৌনা উনগদগে হায়রক্লে।
তারবদা রাম-না রারছনা হায়রকই॥
বন্দা ঐসে চৎলগে পুষ্পরথ তোংলরোই।
রাশত্রুনা লাকপনি করিদৌনি ঐহাক্না॥
মাইথিববু খংলবা নীলকান্ত কোম্নুংদা।

নীলকান্ত লানসিদা হিংনি হিংঙোই খণ্ডদেদো ॥
লক্ষ্মণ উনি হায়বদো নোংদমববু ঙমদেদো।
পুংকম কনা পোকইদা সুমিত্রাবু ইমানা ॥
মেঘনাদ হাত্তুনা সীতা লৌরুই মহাক্লা।
মানা মুংশিবিষ্ঠনা নিংখৌ ওইরে ঐহাক্লা ॥
অকনববু মহাকসে ঐগী ইরন ওইরিদা।
কনাগীবু মকমদা হায়জরুনি ঐহাক্লা ॥
লক্ষ্মণ-বুদি নত্তনা ঙমমোইদৌরি কনানা।
মেঘনাদ অমদি মনুভত্র হাৎলিদো ॥
অহুগুম্বা ইনাওদি হৌজিক লান্দ য়াওত্রেদো।
লিক পরেংগী মনুংদা পুহান অমা য়াওগুমনি ॥
উগী শিংদা গুণ হেনবা স্নাখোংনাংঙুম্বনি।
ঙুরুদগী মমানা শগোলদগী উচৈশ্রবা ॥
শামুদগী ঐরাবত অত্তিথিনা মীনা খোইবা।
নিংখৌদগী অখোইবা মরোন অহুম্না খণ্ডনরি ॥
অকনবদগী লক্ষ্মণ পুরাণ-দা ফাও ইনরি।
মত্তৌ করম ত্তৌরগা লক্ষ্মণ-দবু পিগনি ॥
ঐবু করম ত্তৌরগা লক্ষ্মণগবু উননি।
মিৎনকুপ্পি অমদা সংসারসি ঙমগনি ॥
ত্তেনগী মগুণনা স্বর্গ হেক ঙমবনি।
মাগী মশক মগুণনা চন্দ্রকলা লৌবনি ॥
চন্দ্রসেন অমদি বৃহদর্থ হাৎপনি।
রামগী রাহৈ তাবদা মুনিনা মুক হায়রকই ॥

উপায় অচ হঙ্গৎকে রাখল অমুক খনফরোই।
হনুমন্ত চৎহনসি মাগী কোম্নুং অসিদা॥
ননাই ঐম্ন চচ্চগে নীলকান্ত কোম্নুংদা।
লৌনম রাহৈ কয়ানা মাগা রাভানরুনি॥
সিংহনাদ ভৌছনা মুংভাইনবু লৈবিনি।
মুনি রাহৈ তাবদা হনুমন্ত য়েংভকই॥
মুংশিন্থনা মনাইবু আলিঙ্গনবু পিরকই।
চৎলো বাপু নহাক্না নীলকান্ত কোম্নুংদা
ঐবু লাকই হায়বসে খঙহল্লুরো মাঙোম্দা॥
নংনা য়োবা মতুংদা মুনিদেব লাকনি।
মমুং মপান থোক্লবু মুনিনা রা হায়গনি॥
হনুমান্না হংগৎলি কি-বিরোইনা হন্দক্তি।
নংগী নত্তিক নগুণনা মরোন অছুম নিকপনি॥
নিংথৌ করি লৈত্রবা মাবু করম কিগনি।
মাগী মরমগীদমক করি চিংনবিগনি॥
মতৌ করম ভৌজোগে নিংথৌ অসি পুবদা।
কোম্নুং অসি লোইননা পুগে লক্ষ্মণ মনাক্তা॥
চিংবু কুকলে হায়রগা পুইদো লঙ্কা কোম্নুংদা।
নীলকান্ত কোম্নুংনা চিংদগীদি হেন্দেন'॥
মুমেরুবু পুবম্ন ওরি রুপা লৈরদি।
শেতুবন্ধ থিংবকাল উবিরবা প্রভুনি॥
অছম্বকত্তি ওইরগা য়াথং মথা পোল্লিদো।
নহানমুক্তী মহৈনা নংবু কংজবনিদো॥

তরেংলকপু হন্দুনা চরণ উকুল লৌখক্রে।
সুংশিংকী মচা হনু দোলায় থক্তা তোংখৎলে॥
পুং অনিগী মতুংদা কোন্নুং হেক্তা য়োখয়ে।
থোংদা লীরুং পায়রবা কোটি অহম উয়ক্রে॥
অঙকপগা লোইননা হনুমান্না হায়রকই।
কোন্নুংসিদা পান্নিসে কনানো হংঙকই॥
থাগুম্রবা কোন্নুংসে করি কৌই মমিংনা।
তেঙ্গোল কয়া অসিনা ঙাকই থোংদা চংথোয়া॥
থোংঙাকপনা হংঙকই কনানো নহাক্পু।
করিদোবা লাকপনো কদাইদগীনো নহাকপু॥
লাইনচিংবা গন্ধর্ব্ব নিকলিবনি মসিদা।
ওয়া তৈনা লাকলিবা নংসে শিবতায়েদা॥
তায়ো তায়ো হে য়োং পাপী ঐগী য়ারমসে।
ময়োন অহম কাওরবা নীলকান্ত নিংথৌসে॥
থানা ঙাকই হায়হুনা চন্দ্রকান্তি কৌইকো।
মানা ঙাকপা ময়ম্মা য়েক্নবনু ওমমিকো॥
সুমিৎ থুদিং ইকুজৈ মধুসূদন নিংঙিদো।
লৈবাকসিদা লৈবা মী মধুসূদন নিংঙিদো॥
প্রহর মঙাগী লম্বীনি মাগী কোন্নুং অনিদা।
তেঙ্গোস্তনা ঙাক্লিবা অক্ষৌহিণী কুননিদা॥
মাগী থুপী চামনি মচাদনা চামনি।
সংসারদা কাওরবা মরাওদনা চামনি॥
মাগী কোন্নুং ঙাকলিবা মীনা চাম চামনি।

সংসারদা য়েক্নবা মহাকীদি লক্ষ্মণ-নি ॥
মন্ত্রিতনা চামনি লাইগুম্নবা ঙাক্তনি।
নোংশাগুম্বা লান্মীদো লীরুং পায়বা চামনি ॥
হনুমান্না হায়রকই ঐ র: হায়গে তারোকো।
সংসারদা কাওরিবা হনুমান্দো ঐনিকো ॥
ঐনা অমুক চোংবদা সমুদ্রবু লাল্লিদো।
অমৃতবন অঙ্গদা অক্ষয় কুমার হাৎলিদো ॥
ঐগী শক্তি পাঙ্গল্লা ইন্দ্রজিৎপু ঙম্মীদো।
ঐগী তুখোং থুদিংদা তেল্লা কোটি থোকইদো ॥
হায়জন্নুনা ঐহাকপু পুরে মাগী কোম্নুংদা।
শাওরমুনা রাবণনা মৈ চুরেদো ইমৈদা ॥
ইমৈদগী মৈমুনা লঙ্ক উংপু ওইখিদা।
চীংবু কুকপে হায়রগা পুরকখিদো লঙ্কাদা ॥
রাবণ নিংথৌ অকনবা রাম-না মাবু হাৎলিদো।
রাম-গী মনাই হনুমান হায়নবদো ঐনিদো ॥
দশরথকী মযুমদা অবতার তৌরবা।
অহুগুম্বা রাম-না মফমসিদা য়োরকপা ॥
যুবরাজ লক্ষ্মণ না নোংপোক মাইগৈ ঙম্মুরে।
নোংচুপ থংবা মাইগৈসে রাম-গীনিকো হায়রক্লে ॥
মথা অল্লাং অনিনা ভরত শত্রুঘ্নগীনি।
নিংথৌগীদি মফমদা চিংৈঙ হেক্তা খওহননি ॥
ভেজোলশিংদো তাবদা অকিববু ওইনরে।
ভ্রুভ ভ্রুভ হেক্তা কাইহনা মহৈ মহৈ চেন্নরে ॥

লক্ষ্মণ মনাই থুংলরে তারবদা মিপাইরে।
মী থরনা চেল্লকপা নিংথৌ মনাক য়ৌরক্লে॥

## লাচাড়ি

চেনবিরসিকো নিংথৌনা, কোইররে প্রজা লোইননা;
ইবুংঙোগী য়েক্কবা লাক্নুনা।
রাম লক্ষ্মণ গী মনাই ওইবা, সংসারদা ফাওথরবা;
থুংলরে মসিদা য়োং অহুনা॥
তেঙ্গোলশিংসি নিম্বরক্লে, সমুদ্রগী ঈরাও গুল্লে;
সুংশিংকী মচা হনু লাকপদা।
লঙ্কা কোমুং মৈথাবদো, শনথোংদা থুংলরেদো;
হুক্কংচরি ননইনা চরম্দা॥
তমথিবা মিংকী মিংয়েংদা, তুরে তেঙ্গোল চেন্নবদা;
করি করম তমগনি নিংথৌদা।
ডাংডকপন্থ ভাবদা, মন্ত্রিশিংদো ডকথরেদা;
নিংথৌনা হায় ব্রাথোকপা তারেদা॥
হৌজিক লক্ষ্মণ লাক্লবদি, কদোমদা ঐ চেল্লগনি;
কাবিসু কিবিদে শ্রীরাম বুদি।
হায়নরিবৈ মতমসিদা, চোংশল্লক্লে হনুমাননা;
নিংথৌগী দর্ব্বার মরাইদদি॥
উরক্লেদো হনুমাননা, কেইনা কপ্পা মন্ত্রিশিংনা;
মঙ্গোলগী ধূপ থাংবৈগী নিংথিবা।

হনুমাননা হায় খুদক্তা, তারো নিংথৌ রা হায়গেদা ;
রঘুমচা থুংলরে তশেংবা ॥
অভিষেকীবু মরমদা, রঘুমচাশিং মরিনা ;
দিগ্বিজয় চৎলি মাইগৈ মরিদা ।
গুণদা কাওরবা রাম-না, কাওথরেদো জগৎ থুংনা ;
লঙ্কা রাবণ নিংথৌবু হাৎখৈদা ॥
নোংপোক মাইগৈ নিংথৌশিংদো, লক্ষ্মণ-না লান ওম্মকইদো ;
মনুভক্রসু হাত্তোকলম্মেদা ।
নোংচুপ মাইগৈদা রাম-না, লাকই বিজয় তৌবা মানা ;
সিংহজিত্তো হাৎলম্মে খুদক্তা ॥
লঙ্কাগী নিংথৌ তমথিবা, মানবু লাইনা ওন্নবা ;
য়োরক্লেকো নংগী কোন্নুংসিদা ।
জয়চন্দ কোবা নিংথৌনা, ভক্তি লৈবা ওইরুবনা ;
শ্লোক্তুগী পদ ওইনা লেংঙিদা ॥

## পদ

মতমসিদা মুনিদো খঙহৌদনা থুংলরে ।
মঙোল পিগে হায়জনা নিংথৌ মাংদা লেপলরে ॥
মুনিনা হায় তারোকো মহারাজ ঐগী রা ।
বিজয় লাক্লে রাম-না তাকলুরগে মরম রা ॥
তাড়কাবু হাৎখিদো ঐথোয় পুম্বা কল্লিদো ।
রাম-না লাইনা থুদেকখি জনক নিংথৌ’ লিক্রুংদো ॥

প্রগুরামদো মাইথিখি মাগী লানগী মম্নাংদা।
লঙ্কা রাবণ নিংথৌদো রাম না লাইনা হাৎখিদা॥
অকনবদা লক্ষ্মণ নি ইন্দ্রজিৎপু হ'ত্তোকখি।
মনুভদ্র হাত্তুনা অযোধ্যাদা হল্লকখি॥
সহস্র অর্জ্জুন মক্কা মাগী চরণ চঙজখি।
অযোধ্যাদা লৈরগা নাগলোকপু শুমলকখি॥
সংসারনা চঙনবা মনাওমুপ লক্ষ্মণ নি।
অচুগুম্বা রাম-গা করম রাথেক্লগনি॥
তারো তারো হে নিংথৌ ঐগী রাবু তারোকো।
মন্ত্রি মম্নাম লোইননা মাগী চরণ চঙসিকো॥
নিংথৌনা হায় হে মুনি ঐ রা হায়গে অশেংবা।
জগৎসিগী মমুংদা লক্ষ্মণ-তান য়েক্কবা॥
মাবু নওয়বদা ঐনা কনা কিগনি।
সীতা ভাকপা শুমত্রবা অচুগুম্বা রাম-নি॥
অচুক থিনা পাংত্রবা সীতা ভাকপা শুমত্রবা।
অচুগুম্বা রাম গা ঐনা করম লান তৌবা॥
তাড়কা হিংচাবী পুল্সি লোইচুনা শিবনি।
ঐগী মাংদা মহাক্কা করম লেপ্পা শুমগনি॥
রাবণ মাগী মতমবু লোইজচুনা শিবনি।
মেঘনাদ হাৎপদো মহাকপুদি থাগৎলি॥
রাম-গুম্বা চামনা করিদৌনি ঐত্তোন্দা।
মহাকপুদি খুদক্কা যমগী থানা থাগেদা॥
করি থবক অকনবা তৌখিবগে রাম-না।

ঐগী তেঙ্গোন সভাগী সিংহনাদ খোঙ্গেম্না ॥
নোংশাগী মরূপ থিবিক্না লৈমুংদবু লোৎনৈদো।
য়োং নংবু হেক লাকপদা ঐগী লৈবাক কাইরেদো ॥
তোল্লিদকো ঐহাকসে ইগুণ পূম্বা মাংলেদো।
করিদৌনি ঐঙোন্দা মাগুম্বগী রাম-দো ॥
হনুমান্না খুদক্তা হায়গে তাঙ্গৌ পাপচেনবা।
শ্রীরাম-বু চৈবনং শোইরোই নরক তাঙ্গবা ॥
প্রভু রাম লক্ষ্মণ সে হকচাং অমতনিকো।
অপংববু হে নিংথৌ তোংঙানবনি খন্নুকো ॥
পুন্নমক্কী শক্তিসে প্রভু রাম-দা লৈবনি।
মাগী থৌজাল অহুনা লক্ষ্মণ-নবু কনবনি ॥
গড়ুরনা শাথোবা পুষ্পরথ দোলায়দা।
লৈকৌরেকো রামদো চঙজরসি চরন্দা ॥
ধর্ম্মবুদি শেম্নবা পোক্লরবা রাম-নি।
নংগা ইন্দ্রজিৎকা হাৎনবা লক্ষ্মণ পোকপনি ॥
শ্রীরাম-দা চঙহুনা অমতবু ওইজহৌ।
হাৎতনবা লক্ষ্মণ-না মরম অহু তৌজহৌ ॥
তাত্রবদি নহাক্না ঐগা লানবু তৌনিদা।
কোহুং অসি ফুক্লগা পুনি লক্ষ্মণ মনাক্তা ॥
খোঙপাকসিনা কাওরগা পুনি রামগী মনাক্তা।
রাবণ নিংথৌ হায়বদো তুইদো ঐনা কাওবদা ॥
অহুদসু নত্তনা নিংথৌ মচা কয়ানি।
মায়য়োক্লবা কান্নুদা ওম্না মমাই থিবনি ॥

মতিক মগুণ চেল্লবা লাইগী তেঙ্গোল ময়ামদো
রাম-গী মমাং অচুদা মিকুপ্পদা মাংখিদো ॥
থাবু মানবা কোন্থুংসে হিংননবা তৌজোকো।
শ্রীরামদবু চগুজহৌ মাবু থুংশিহল্লুকো ॥
হায়রম্নগা হনুমান মশা ফ্রং ফ্রং চাওথোক্লে।
অকাশবু খেৎপগুম মতমতুদা উরক্লে ॥
হাহা হায়না লাউহুনা ময়াম পুমনিন নিল্লক্লে।
মমৈহুনা শাংবনা পুমথন হেক্কা থনথরে ॥
খুজিন্দুনা চাওখ্রিবা থাগুম্না হেক লংভিদা।
উরবদা কিহুনা মহৈ-মহৈ চেনখৈদা ॥
হনুনা মুক লাউরকপা পৃথ্বী থক থক নিক্লক্লে।
মতিক চাওবা অকনবা ভম্না হেক্কা নিক্লরে ॥
নিংথৌনা মুক হায়কই ঐগী ইনাক অসিদা।
লঙ্কা কোম্নুং থাব নং লাক্লবোইরে ইনাক্তা ॥
থগুলে নংসে ঐহাক কি য়েক্লবনি হায়রক্লে।
হায়রম্রগা নিংথৌনা তেন্দো হেক্কা কাপ্পক্লে ॥
লৈবাক্কুদা লৈরম্বা অকনববু শিংহুনা।
কোইশন্দুনা তেন কাপ্পে হনুমানবু কোইহুনা ॥
নীলকান্ত শাওহুনা চৌংগী তেনবু কাপ্পক্লে।
হনুমন্ত বীরদো মচি লেংবা ভমদরে ॥
পরশু পটিস গদা অমা ভিণ্ডি পালনচিংবা।
নীলকান্ত নিংথৌনা শাওরদুনা কাপ্পকপা ॥
চাম চাম কাপ্পনা লিশিং লিশিং পাইরকপা।

চিংখৈ শং শং শংলগা য়েংলহুনা কাপ্পকপা ॥
মবুক ভগ্ন' নিংথৌগী লাম্মীশিংদো লান তৌই।
তেনগী মৈপী মঙাম্না অকাশসি ঙানলকই ॥
মতমসিদা হনুমান চীংগুম্বু চাওরকই।
থারকপবু খুংলাঙ্গশিং মচিন ঙম্না তেক্লকই ॥
তেন কাপ্পদা মথুংতা পাঙ্গল ময়েং তারক্লে।
কিরক্কুনা তেঙ্গোন্দো মহৈ মহৈ চেম্লরে ॥
শামু শগোল পুম্নমক মমাই লৈনা চেম্লরে।
নীলকান্ত নিংথৌদো অম্বাবরু ওইরক্লে ॥
মতমসিদা মুনিন' নীলকান্তদা হায়রবা।
নংগী পাঙ্গল অসিনা রাম লক্ষ্মণ লান তৌবা ॥
অসিগুম্বা য়োংসিদা শোইরোই ঙম্না মাংলনি।
মাবু ঙম্মীনববু নংগী কনা লৈগনি ॥

## নীলকান্তগী বারী

অনন্তদা চেপ্পবা গড়ুরবু তোংলবা।
পুষ্পরথ তোংহুনা লেংলে ম'না তম্লেংবা ॥
লোকপদগী নিংহনা ফ'ঙমক্রবা মহাক্না।
য়োম্লক্লেদো ননাক্তা অত্তুগুম্বা র'ম-না ॥
ঐবু ঊবা মতমদা মুপী অঙাং চেম্লরে।
ঐগী ইভিক ইপুণসে নিংথৌ নংনা থঙদরে।
ওম্নতেন থম্লদি শাগে তুম্না মাংগনি।

অকবা রা তাদবনা রাবণ নিংথৌ মাংবনি ॥
মেঘনাদ ইন্দ্রজিৎ মিকুপদা মাংখিদো।
অক্ষয়কুমার অমদি অতিকায়সু মাংখিদো॥
কুম্ভকর্ণ অকনবা যমগী থানা য়োৌখিদো।
বীরব্রহ্মা অমদি মহিরাবন অকনবা ॥
রাম লক্ষ্মণ-বু অনিনা মাংহনখিদো অয়াম্বা।
ইচম চম্বা মীওইগুম রাম লক্ষ্মণ-বু খনবোইনা ॥
নথ্‌াই হিংগে খল্লদি চরনদবু চঙজোন।
নিংথেম সুবী নিংথৌগী মমাসিজা কয়ানা ॥
রাম-গী চরণ চঙজসি হায়রকইদো নিংথৌদা।
মন্ত্রি অমা নিংথৌগী মনাওনবু চিংলবা ॥
মথুং ওয়া লোন্দুনা নিংথৌদবু হায়রকপা।
শিকম ওইবা য়েক্লবা অমনিকো খঙবিরো ॥
মরোন অহুম মবুংঙো রাম-নি হায়বা খঙবিরো।
নংগা লান শোক্লরবদি অমাংববু ওটগনি ॥
ননাই ঐখোই পুম্বনা হঙচবা লৌবিনি।
তুম্বা খুয়া তুসিংনি সুংঙাইববু ওইগনি।
অকবা শক্ত ভৌরগা অকববু চাওখৎনি ॥
কত্তববু ভৌরগা কত্তববু হেনগৎনি।
রাম-চন্দ্র প্রভুসে অমুবা লিনগী মতৌনি ॥
চিকগ্রবদি বিধিনা তমহনবু কৈদৌনি।
ব্রহ্মানবু তমপ্রবা লাইনা ককপা ওম্বনি ॥
নিংথৌনা হায় প্রজাশিং ভারো ঐগী রাইহেসে।

লাইয়াম পূন্না অসিনা অভিষেকপু তৌখিদো ॥
ব্রহ্মাচনা ইমাংদা বেদ পাঠ তৌখিদো ॥
গন্ধর্ব্বনচিংবা লাই ভন্না মিংচৎ লৈরিদো।
মী য়োং হেক্তা উরগা করম ঐনা কিনিদো ॥
মুনিনা হায় হে নিংথৌ পুক্লিং তপ্না তারোকো।
মীনি হায়না খল্লুদু রাম সে ভগবাননিকো ॥
মবুংঙোনি ক্ষাবগী য়েক্লবগী য়মনিকো।
দোলায়গীদি মনিম্না বজ্র তাবা মাল্লিকো ॥
নিংথৌনা অমুক হায়রকই তারো মুনি হায়গেদা।
তেঙ্গোল সভা লোইনদা চংলো রামগী মনাক্ত ॥
জুপী অঙাং খিবিক্কী মনি পংজুরসন্থু।
কোন্নুংগীদি জুপীশিং পুবিরোকো ভুসন্থু ॥
সনা মণিনচিংলবা মাপোৎ অমা পুরোকো।
অমম্বু মতমনি থাউমৈ ভন্না পায়রোকো ॥
থোঙ্গান খোঙ্গান থুদিংদা নঙ্গোল ভন্না লাউরোকো।
রাম-বু উজনিংবশিং লাকচহৌরো লাউরোকো ॥
নিংথৌ য়াথং ফংবদা চপ হেক্তমক য়ৈরক্লে।
তারবদা প্রজাশিং মহে মহৈ চেল্লক্লে ॥
নিংথৌগী মচা ময়ামদো মাগী মাগী দোলায়দা।
হিংঙোন মচু অশংবা ফরান কয়া থেংলদা ॥
বীরসিংহ, অমাদি বীরভদ্র অকনবা।
ভগ্নশির, লম্বোদর, বিধর্ম্মনচিংলবা ॥
নিংথৌমচা রামব্রেদা শিংথাবদা ভম্মোইকো।

ব্যাসনা হায় হে ভীম ধনঞ্জয় তারোকো ॥
দোলায়শিংগী মঙাম্মা নোংখাং মঙানগুম্নিদা।
ওইদা লিরুং পায়নবা উরবদা নিংথিদা॥
দোলায় অমুবা অমদি অঙাংবনা কজবা।
কৌরান অঙাং' অমুবা চামা চামা নিংথিবা॥
তেঙ্গোলশিংনা য়ামথ্রিবা মাশং থাবা ওয়রোই।
য়াইঙং মচু দোলায়দা য়ুবরাজ তোংঙকই॥
কৌরান অঙোবজুনা নিংথজন হাইরি।
মচাদনা চামান মতো অঙ্গম লাকইদা॥
দোলায় কোটি মাপনা চানঙনা থুজিং ওই।
চাক ঢোল য়েবা লিশিংনি ডাঙ্কা কোটি য়েরকই॥
সিংহনাদ ধ্বনিনা পৃথ্বী থক থক নিকখরে।
করিদবু হায়সিগে প্রজা মীয়াম নিনখরে।
জয়ছন্দ নিংথৌনা মরেবাক্কী ব্রাহ্মণদা।
নিংথৌসিনা চৎপসে লাচাড়দা লেংছিদা॥

## লাচাড়ী

চৎলে নিংথৌ নীলকান্ত, তেঙ্গোল সভা লোইনজুনা,
নোংশাঙম্মা লাউরে তেঙ্গোলশিংনা।
কোয় পাইনৈ হনুমানগা, কঙ্গবা নীলকান্তগা;
পুক্নিং থুংঙাইনৈ চন্না হরাঙনা॥
পুংসেনগা লোইনরজুনা, মঙ্গোল ওইরে লাউনজুনা;
নিম্নথিবনা পৃথ্বী নমথরে।

মঙ্গল ওইরে লাউরকপনা, প্রজা মীয়াম তারহুনা ;
কোক্তা ঈশিং পুনগা পরেং লেপ্পরে ॥
জগোইশাবী কয়া চংলি, ইশৈ শকপী কয়া শকলি ;
শগোল শামু দে'লায়গা লোইননা ।
নীলকান্ত নিংথৌ অদো, মনাইশিংনা থোগল্লেদো ;
লাকমিল্লরে পুক্লিং য়ায়া ইংনা ॥
মুনিগা চংমিল্লরক্লে, মাংদা হনুমাম্না চংলে ;
শ্রীরামগী নাক্তা হেক্তা য়োরক্লে ।
রামগী চরণদা খুরুমই, হনুমাম্না হংগংলকই ;
চণ্ডজনি ননাই নিংথৌসি লাকলে ॥
মুনিনা কয়াস্তু হায়রে, এনা অমুক কয়া হায়রে ;
মা য়ানিংজমদে মতুমক্তদা ।
ননাইনা কিহনগে থল্লে, আকাশবু থেংনা রাংলে ;
রারক্লেদো ননাইবু উবদা ।
হনুগী রা তারবদা, শ্রীহস্তনা কোনবিদা ;
অত্তাংবনিদা যাপু নং অসে ।
নংগী লৌশিংগী পাঙ্গল্লা র বণ নিংথৌ ওম্মকইদা ;
লক্ষ্মণ না ওমহল্লিদো নোংপোকসে ॥
হায়রৈজে ভবানিনাথনা, রামগী চরণ খুরুমহুনা ;
যুগ খুদিং ননাই ওইগে হায়না ।
শ্রীরাম-না দিগ্বিজয় লেংবা, রারিসিবু তাজরবা ;
মীদো পুন্ত চেনবা ওইস্লেদনা ॥

পাপ কোক্লবগীদমক্তা, শ্রীরামগী রারী অসিদা ;
থাজনা তাসি পুক্লিং লেংদনা।
থৌজাল হৈবা প্রভু রাম-নি, মনাইগী খনবিবনি ;
সমুদ্রগুম ওইরে থৌজানতনা॥

## পদ

নীলকান্ত থুংলরে মনাইশিংবু লোইননা।
দোলায়দগী কুমথরে তেংঙাল সভা ময়াইদা॥
রাম-না সৈবা মাইগৈদ নীলকান্ত চঙভকলে।
দোলায়দগী লান্নীশিং চেন্না কুমথনরক্লে॥
চঙসম্লক্লে নিংথৌদো অথেন পোংকা লোইননা।
ময়াম ভম্না ভুংইম্লি রাম-গী চরণ তমচন।
মথুং অনি লোম্লরে নীলকান্ত নিংথৌনা॥
চেং থোইদিং লোঙনা কংলি রাম গী চরণদা॥
যুবরাজ অমদি প্রজাশিংগা লোইননা।
ময়াম ভম্না থুক্লম্মি রাম-গী চরণ অথদা॥
নীলকান্ত নিংথৌনা হায়জরম্মই রাম-দা।
প্রভু নংনা চেপ্পিরি অনন্তগী মথক্তা॥
পুক্লিং তপ্না তাবিনি হন্নচবা ননাইনা।
জগৎ অসি শেপ্নীরি প্রভু নংগী কৃপানা॥
তীর্থশিংসে ইবুংঙো চরণদগী থোকপনি।
মীওইশবু ননাইনা করি করম খঙগনি॥

রাহৈ অসি হায়দুনা নীলকান্ত থুরুম্লে।
শ্রীরামগী শ্রীহস্তনা নীলকান্ত কোনখৎলে ॥.
উরবদা তেঙ্গোলশিং মঙ্গল ওইরে লাওথরে।
লাউথিববু ধ্বনিনা মাইগৈ মরি নিনখরে ॥
নীলকান্ত নিংথৌনা চণ্ডজরকপা উবদা।
হায়রকই রাম-না নীলকান্ত নিংথৌদা ॥
লাইগীদমক খল্লসি ওসিদগী হৌদুনা।
দেশ কয়া চৎলসি ঐগা লোইনরদুনা ॥
অভিষেকপু লোইরগা নরৈবাক্তা হল্লুকো।
হুংশিবিরে প্রভুনা চিংশিনবিরে ফম্মিকো ॥
শাধুশিংনা শ্রীরাম-বু থাগৎনখ্রে হরাওনা।
অতাংববু ওইরেদো নিংথৌ মপোক ফখ্রেদা ॥
লৈতে মরোন অহুমদা নিংথৌ মাগা মাম্নবা।
অতাংবনি মহাক্কী শাগৈদবু পোকচবা ॥
মাগী মচিন মনাওশিং অতাংববু ওইরেদা।
মহৈ মহৈ মীয়ামদো থাগৎনবা ওইব্রেদা ॥
নিংথৌনমুক হায়রকই থাগচ্চগে ইতোমদা।
মাইথোং থম্বাল মাল্লবা উজববু ননাইনা ॥
মরোন অহুম অসিদা ওম্বিনবা লৈত্রবা।
রাম-চন্দ্র প্রভুবু উজববু ফংজবা ॥
নংদি জগৎ অসিগী মপু ওইবা প্রভুনি।
মতোক লিশিং পাল্লবা অনন্তনা লক্ষ্মণ-নি ॥
পাঙ্গল কনবা অমদি নাপল তৌবা ময়ামসে।

মিংনা কুপ্পি অমদা লাংজনবনু ঙম্মিসে ॥
সংসারবু থোয়োংপদি করি লৈতে প্রভুনা।
অহিং-মুংথিল প্রভুনি খুরুমজরি ননাইনা ॥
নংগী চরণ মনিম্মা পৃথ্বী থক থক নিরুবা।
নংগী থৌজাল অহনা চৌংবু লাইনা ফুকখ্রবা ॥
সনা লঙ্কা কোঙ্গুংবু লাইনা চাকখি মৈনবু।
যজ্ঞ থুগাইরহনা হাংলিদে ইন্দ্রজিৎপু ॥
কনাগীদি শক্তিনা ঙমফত্রবা লৈবাক্কি।
প্রভুদগী কৃপানা লাইনা লানবিরবনি ॥
তারবদা হনুনা চুম্মি নিংথৌ হায়রিদো।
নংসে পুকচেল চাওখনি মতম কুইনা লৈনিদো ॥
লক্ষ্মণ-দগী পুক্নিদো শোইরোই লাইনা কননিদো।
প্রভু রাম না নহাকপু হৌজিকসিদা য়ারেদো ॥
ম-ওং অসি উবদা তেঙ্গোল সভা মুংঙাইরে।
নীলকান্ত দেশদা অহিং অসি লেনখরে ॥
জয়ছন্দ নিংথৌনা রসসিবু পামহনা।
রাম গী ইতিহাসবু পুক্নিং চঙবা ওইহনা ॥
ভবানিনাথ ব্রাহ্মণদা লেংসি য়াথং পিহনা।
অভিষেক্কী মরমসে লেংলে পদ ওইহনা ॥
নিংথৌ য়াথং কোক্তা থোং পামজহনা লেংজবা।
অমৃতগী মতৌগুম ওইরক্লিবা ফজবা ॥
তাজবদা মীশক্তো পূন্য চেনবা ওইগনি।
লানঙমজ্রবা মায়াগী শোইরোই ঈপাক লানগনি ॥

নীলকান্তবু প্রভূরাম চন্দ্রনা অভিষেকীদমক্কা নোংচুপ মাইগৈ লাকপদা ওয়খনা লান লোইবা মতাংসিদা লোইরে।

## লক্ষ্মণনা ব্রহ্মলোক চত্পা

ধনজয়না হায়রকই মথুং অনি লৌন্দুনা।
অমুক হন্না লিবিয়ু পুকচেল চাংবা মুনিনা॥
ব্রহ্মা ওন্মি লক্ষ্মণ-ন হন্না হন্না লিবিরে।
ননাই ঐসু মুনিগী কৃপাদগী তাক্করে॥
য়ারী অদু শন্দোক্না অমুত্তদি লাবিয়ু
তাক্করগে মুনিগী শ্রীমুখনা চানবিয়ু॥
মুনিনা হায় হে অর্জুন মঙ্গল শোইরোই ওইরানি।
নবুক্লিংদা হরাওনা য়ারা অসি তাগনি॥
লক্ষ্মণ-গীদি য়ারীদো লীবা ওন্মি কনানা।
লক্ষ্মণ মাগী মগুণদি ইরি পুরাণ থুদিংদা॥
অবতার ওইরবা মানা ওমফত্রবানি।
জগৎসিদা শন্দোকই ম'গী মগুণ চাংবান॥
শুপচল্লগা পন্দং লাগে ঐনা তারোকো।
পুক্লিং অমা লোংদনা প ওব নচা তারোকো॥
রামগী য়ারা লাক্লিভে ওভোম্মবু থল্লাদ।
মানা শিরে হায়রগা শোইরোই নরকতাবদি॥
নোংমা সভাময়াইদা রাম না ফম্মিভৈদ্দা।

দুর্ব্বাসাবু মুনিদো লাকই রামগী মমাংদা ॥
পাম্বোম থাঙ্গৎলহুনা মঙ্গল ওইরো লাউরম্মী।
মথুং লোমৈ রামনা পূজা তৌই থুরুম্মী ॥
মচিন মনাও মরিদো চপ মান্নবা থুরুম্মী।
সনাগী আসন থাহুনা মুনিদেব ফম্লম্মী ॥
ফম্লম্মিবা মীখিংদো মথংখিংনা থুরুম্মী।
মুনি করি পাম্বগে রাম না মুক হংলম্মী ॥
রাম লক্ষ্মণ তারোকো মুনি ঐনা হায়গনি।
দশরথ নিংথৌগী মপাও তমগে লাকপনি ॥
কমহন্দরে ব্রহ্মাগী দরবার অতুদা।
ব্রাহ্মণ হাৎপা পাপতুনা লাক্লবিরে ব্রহ্মানা ॥
ইবুংঙোবু ফংবদা স্বর্গবুদি ফংঙেদা।
পুং অনিবু ব্রহ্মানা থম্মী থোংজিন অতুদা ॥
চৎলুই ঐসু নোংমদি ব্রহ্মাগীদি মনাক্তা।
কপ্লহুনা হায়রকই নপাবুংনা ঐঙোন্দা ॥
মুনি মরা চৎপিরু ঐগী অযোধ্যাতুদা।
ঐগী রাজম তম্বিরু রাম লক্ষ্মণ অনিদা।
জগৎ ওম্বা ইচানি অহুগুম্বা রাম-না।
লৈরিঙৈদা করম্না মাইথিগনি মপানা ॥
ইচা ওইনা ফংজরি ওমকত্রবা জগৎনা।
অহুগবু ঐহাক্না লৈরে থোংজিন অসিদা ॥
পুং কৌবা নরক্তগী লাম্লি মচা ফংবদা
অহুগুম্বা ইচাবু ফংবা করম রানিদা ॥

তারবদা লক্ষ্মণ-না শাওরহনা হায়রকপা।
হায়মু মুনি ব্রহ্মশাপ করম ভোনা লৈখিবা॥
হৌবা লোম্বা চিৎথনু তাজগেকো লীয়ুদা।
ঐগী ভুখোং অমদা লৈরে কোটি ব্রহ্মানা॥
মিথিলাগী দেশদা রাম-না লিরুং থুদেকখি।
রাবণগীবু মচাদো লক্ষ্মণ ঐনা হাৎতোকখি॥
অসিগুম্বা রাম-না রাবণ নিংথৌ হাৎতোকখি।
পাতাল কনবা বিচকতো লক্ষ্মণ ঐনা হাৎতোকখি॥
দশরথ ইপাবু মাতথিববু পিরিবা।
তোনথরেদা রাম ঐ ইগুণ করি লৈত্রবা॥
ঐনা জগৎ অসিদা ফাওবা অরেম্বনিদা।
ঐবু পোকপা ইপাবু চগুহনদবা ব্রহ্মানা॥
রাম-চন্দ্র শাওরক্লে নয়ন ঙাংশং ঙাংলক্লে।
সংসারসে ঙসিদি মাংহল্লগে হায়রক্লে॥
ঐব পোকপা ইপাবু থেংনা থম্বা ব্রহ্মানা।
মুংঙাইহন্নি ইপাবু ব্রহ্মলোকতা চত্তুনা॥
ঙসি অযোধ্যাসিদা তেঙ্গোল সাজন তৌরোকো।
মতমসিদা শত্রুঘ্ন মথুৎ অনি লোম্লেকো॥
ননাই ঐহাক চচ্চগে যাথংপিয়ু প্রভুনা।
মতিক চাদে শত্রুঘ্ন ঐ হেক্তমক চৎকেদা॥
নংনা ব্রহ্মা ঙম্ববু মতিক চাত্রে হায়রকই।
অঙাং নংনা মাংনবা করিদোনা রাশকই॥
মতিক চাবা ঐহাকা থেংনগনি থঙজুকো।

ঐবু নত্তরগনা লক্ষ্মণ অমা ময়াইকো ॥
পাবুংগী থুং পায়হুনা ক্ষমহনগনি সভাদা ।
রাহৈ অসি তাবদা হায়জরকই লক্ষ্মণ না ॥
ননাই ঐহাক চচ্চগে তেঙ্গোন সভা পুহুনা ।
লানবু তৌরে হায়রগা ব্রহ্মপুর অহুদা ॥
ব্রহ্মামক্কী মনাক্তা ক্ষমহনগনি ইপাদো ।
থবক অহু পাংথোকপা ভষ্মমত্রবা ঐহাক্তো ॥
হুংশিরবা নহাক্কী সেবা ফংবা কায়ত্রে ।
লক্ষ্মণ কৌবা ঐহাক্কী ইমিং অসে কায়ত্রে ॥
শ্রীরাম-না হায় হে ইনাও পাঙ্গল কনবা ইনাওনি
নংগী পাম্বোম পাঙ্গম্না মরোন অহুম ভমগনি ॥
রাহৈ অসি তাবদা দুর্ব্বাসানা হায়রকই ।
পাবুং দশরথনা তৌবা পাপ্তো হায়রকই ॥
নপাবুংনা মমাংঙৈ শঙ্গী তানবা চৎলমই ।
বনগী মহুং অক্তদা অহিং তারেৎ চৎলমই ॥
অহিংতুগী মহুংদা নিংথোগীদ মনাক্তা ।
তমথিরবা নোংশাদো মরি হেক্তা লাকইদা ॥
দশরথ নিংথৌনা উরবদা তেনকাপ্লে
ভক্কা মথা কান্দুদা ব্রাহ্মণ মা লাই নিংলম্লে ॥
নোংশাদগী ক্ষাওহনা ব্রাহ্মণচুদ থারুইদা ।
ব্রাহ্মণ হাৎলে হায়বসে কন্নি মতা খণ্ডদেদা ॥
মরম অতুদগীনা ব্রহ্মবধ লৈরকই ।
মুনিগীদ মফমদা লক্ষ্মণ-নমুক হায়রকই ॥

করম্ তৌনা তেন্দুনা ব্রাহ্মণবুদি হাংলুবা।
মুনিনা হায় হায়রক্কে মহুগীদি অ-ওইবা॥
নপাবুংনা তেন্দুদা হায়নখিব' মরম্ লৈ।
মখোন খোকপা মখৈদি হাংলু হায়বা য়াখং লৈ॥
ব্রাহ্মণ মন্ত্র শোল্লম্মী তেনহুগী মমাংদা।
ব্রাহ্মণ অহু হাংলম্মী চেনখোক্তবা উবদা॥
মরমসিনা পাবুংদো ব্রহ্মশাপ্পু লৈবনি।
অরাববু পূম্নমক কোকহল্লুরো হায়বনি॥
হায়রম্লগা মুনিদো বিদায় লৌরে চংখরে।
প্রভু মরি খুদক্তা চিন্তা হেক্তা তৌখরে॥
প্রভু রাম না হায়রকই লক্ষ্মণ প্রাণগা মান্নবা।
নহাক্তনা চংলগা শোইরোই ব্রহ্মা ঙমনিদা॥
সংসারদা খঙসন্থু মচা ফবা পোকপগী।
চংলুরোকো লক্ষ্মণ নং মরম অসিমক্তগী॥
অখোইববু মচানি হায়না ময়াম খঙনিদো।
নংনা রাখল লেপ্পনা সীতা ঐনা ফংখিদো॥
মিংচং লৈবা থবকসে কনানম্ভ ঙমখিদে।
ইপা মুংঙাইহল্লগা হল্লক্তববু য়াদে॥
ভরতনা মুক হায়রকই শাগৈগীদি চম্মোম্নি।
নহাকপুদি নত্তনা শাগৈ কনা' ঙাকনি॥
নংগী নতিক নগুণদি মরোন অহুম ফাওরেদো।
ঙসিদগী নহাক্না পাবুং সেবা ফংঙুদো॥
ভরতগীদি রাকমসে লক্ষ্মণ হেক্তা য়াখরে।

নোংঙানবগা ননাই ঐ চচ্চরগে হায়রক্লে ॥
রাহৈ অসি হায়রগা তুমিন হেক্তা লৈখরে ।
প্রভুরাম-না মনাওগী মপুং পাইরে কোনবিরে ॥
অহুদগী রাম-দো শঙ্গাই কোমুং লেংলক্লে ।
মচিন মনাও অহুমসু মহৈ মহৈ হুমরে ॥
অরাবগী রাখল্লো খন্না খন্না ফম্মম্মী ।
উরবদা জানকী প্রভু রাম-দা চংলম্মী ॥
করি মরম লৈহনা সনা মাইথোং লাংলিবা ।
করি রাখল তৌবিবা কদোমদবু লেংলুবা ॥
শ্রীরাম-না হায় জানকী দুর্ব্বাস'বু লাক্রম্মী ।
পাবুং মহারাজগী অরাবা রা হায়রম্মী ॥
ব্রহ্ম বধ পাপ্পুনা ব্রহ্মলক্তা চঙ্ঙহন্দে ।
ব্রহ্মা মাগী কোমুংদা ফমফম পিদে ফমহন্দে ॥
রাহৈ অসি তাবদা জানকীদো কপ্পক্লে ।
জগৎকিবু মপুনি রাম কোবা তোনখরে ॥
নিংথৌরেনবু ওইরবা ইবুংঙোগী পাবুংনি ।
ব্রহ্মাগীদি মনাক্তা খঙলে লেংবা কিবনি ॥
শ্রীরাম-না হায় জানকী চংলগনি লক্ষ্মণ না ।
অহিং ওইরে হৌজিক্তি নোংঙানবগা য়ৌনিদা ॥
সীতানা হায় কৌরুচো শচীমুখী নহাক্না ।
খিনবা য়াদে হৌজিকমক লক্ষ্মণ অদো কৌরুনা
তারবদা হৌগৎলে শচীমুখী চংলক্লে ।
চিংথৈ হেক্তা লক্ষ্মণ-দো রাম-গী নাক্তা থুংলরে ॥

রাম সীতা অনিগী চরণদবু খুরুম্লে।
রাম-গী নাক্তা আসন থাই যুবরাজ কমথরে॥
সীতানা হায় য়েংহুনা যুবরাজ তারোকো।
পাবুং নিংথৌ ব্রহ্মানা চণ্ডহন্দরে হায়বকো॥
শাগৈসিগী মহুংদা নংনা চন্দোন ওইরিকো।
পাবুং মনাক চৎপবু নংনা হৌজিক কিবকো॥
হৌজিকমকপু চৎলুকো ব্রহ্মাগীদি মনাক্তা।
চাবা থকপা তৌররোই রারি মথৈ ইকুনা॥
ইকুগীদি অরাবা করম তানা লৈগনি।
করম তৌনা নহাক্তা তুমতুনবু লৈগনি॥
পাবুং রাবা কোক্লি ক্ষাও ঐদি চরা হেননিদো।
চারবদি ফত্তবা চাবগবু মাননৈদো॥
নগুণ লৈব নথোইনা অহিং করি থিবগে।
পানথুংলকপা থাজনা মঙান করম পিক্তগে॥
স্বর্গ মর্ত্ত্য পাতাল ক্ষাও নংনা চৎপ কৈদৌনি।
অক্ষাওবু নঙোন্দা কনা করিদৌগনি॥
লক্ষ্মণনা মুক হায়রকই হৌজিক অহিং ওইথরে।
তমথিরবা রাহৈবু ঐঙোন্দা অমুক তাকপিরে॥
হয়েং হেক্তা চৎচগে পিতৃলোকীদমক্তা।
মতমসিদা ঐহাকপু লৈহন্নুদা হুংঙাইনা॥
সীতানা মুক হায়রকই তারবমক্তা লৈথোকপা।
ব্রাহ্মণ তরেৎ হাৎপগী পাপ্তো লৈরে তশেংবা॥
নপাঙ্গনবু নথৌনা ক্ষবা নংনা কিরবা।

অকনববু লাল্লোংদি করি নংনা চিংনবা ॥
জানকীগী রাহৈবু তারবদা লক্ষ্মণ-না ।
পূক্লিং চণ্ডনা তাবিয়ু হঙ্গচ্ছগে ননাইনা ॥
জানকীনা রাম-দগী হেন্না পণ্ডিত ওইরেনা ।
অথণ্ডবনা নোংদম্বা চংপা তারে ঐহাক্না ॥
ভেঙ্গোল সভা হৌজিকমক ব্রহ্মলোক্তা চংপতাই ।
ব্রহ্মাগীদি লৈবাক্তা শোইরোই ব্রহ্মা থেংনতাই ॥
রাহৈ অসি তাবদা রঘুমণি হরাওরে ।
অতাংবনি জানকী হন্না হন্না থাগংলে ॥
শত্রুঘ্ননা হায়রকই রাম-চন্দ্র প্রভুনা ।
ঢোল্দো হৌজিক য়েরোকো পুংজৈ অহুম ফাংবনা ॥
তারবদা শত্রুঘ্ন চিংজৈ হেক্তা য়েরোদা ।
তারবদা থুংলরে ভেঙ্গোল ময়াম থুদক্তা ॥
দোলায় শেম্বা শাবদো থুপক্কুদা লোইখরে
শগোল শাম্মু মনিম্না সমুদ্রগুম ওইখরে ।
কোন্নুংদগী নিয়রে নিংথেমজুবী কয়ানা ।
মহৈ মহৈ ছোগংনৈ লানগী রীবু তাবদা ॥

## লাচাড়ি

কোন্নুং মমুংদা নিয়রে, ভুম্বা হিপ্পা লৈনদরে ;
শগোল শাম্মু মহৈ মহৈ নিল্লে ।

হুপী অঙাং কোন্নুংহুদা, পুংগী মখোন তারবদা ;
মঙ্গলগী পোৎ পুঠনা লাক্লয়ে ॥

বেদ পাঠ তোরে রাম-না, মঙ্গল লাউরক্লে সীতানা ;
থুংলায়শিংগী ধ্বনিনা নিন্নয়ে ।

দোলায়শিংতনা লেংলকপা, পুর্ণিমাগী থাগুম লংবা ;
হেক থৌবদা নোংথাং কুপ্পগুমলে ॥

দোলায়দা কৈরান অঙাংবা, তেঙ্গোন সভা থেৎনরকপা ;
লক্ষ্মণ মতমসিদা হৌগৎলে ।

রাম-গী চরণ উকুল লোরে, জানকীবু থুরুম্মক্লে ;
মমা মমামশিংদা থুরুম্মক্লে ॥

রাম না হায় মুংশিথোইরবা, ঐ হায়গেকো ভশেংবা ;
ব্রহ্মাণ্ড ডম্বা ওইয়ুকো নংনা ।

অকনবগী লুচিংবনি, ঐনা করিমুক হায়গনি ;
মরোন অহুম কাওরিবনি নংনা ॥

ইমানা সত্তী ওইবনা, নংবু ডম্বা নৈতে মীনা ;
কাওরিদকো সংসারদা নংনা ।

ইপাবু নংনা লাম্নুরো, মরোন অহুমদা কাওরুরো ;
বিম্নানা নৈতেংলবা ইনাওনা ॥

অহুদগী প্রভু রাম-না, গড়ুরবু কৌরক্লেনা ;
থুংলয়ে থুদক অহুদা হেক্তো ।

রাম-না হায় উচেকী নিংথৌ, নংসে ঐগীনি থবক তৌ ;
তেজোলসে পুরোকো ব্রহ্মলোকা ॥

## পদ

তারবদা গড়ুর ফরে হায়না য়াজরে।
ব্রহ্মলোক্তা ননাইনা তেঙ্গোল পুগে হল্লৎলে॥
গড়ুরবু উবদা পুক্নিং য়াম্না হরাওরে।
লান্দদি হৈ শিংলবা দোলায় থক্তা তোংখৎলে॥
অহিং দণ্ড কুম্নিথোই তারকপবু মতমদা।
মতমহুদা অকনবা যাত্রা হেক্তা তৌইদা॥
পুং অনিগী মতমদা ব্রহ্মলোক্তা থুংখরে।
তেঙ্গোল সভা পুহনা তেঙ্গোল সভা থুংখরে॥
থুদক্কুদা নোংশাগী খোলাউ লাউরে লক্ষ্মণনা।
নিম্নকপদা ব্রহ্মলোক মিৎকপ শুম্না থোকনৈদা॥
তেঙ্গোল সভা ময়ামগী ধ্বনিতনা নিকখরে।
অকনবদি শিংত্থন' লীক্লং হেক্তা পায়থরে॥
থোংশংবগী মকমদা মরম অসি হংঙক্লে।
কদাইদগী লাক্কুনা সিংহনাদ লাউররে॥
ব্রহ্মলোকী মীশিংনা উরকপদা কিখরে।
কদাইদগী লাকপনো মরম অহু হংঙক্লে॥
গড়ুরবু উবদা নারাণ ওইনি খল্লক্লে।
করম্বু নারাণনো থুদক্কুদা হংঙক্লে॥
তায়বদা থুম্মকই উচেকীদি নিংথৌনা।
রঘুবংশ নিংথৌনা লান তৌববু লাকইদা॥
দশরথ নিংথৌগী মচা মরি পোকইদো।
মীনা পূজা তৌনবা লক্ষ্মণ সিদা লাকলেদো॥

লান্দদি হৈ শিংলবা গড়ুরবু তোংহুনা।
ব্রহ্মলোকপু ঙমগনি রাশকুনা লাক্লেদা॥
লক্ষ্মণ-সিনা রাশকপা ককপা ঙম্মোই কনানা।
মাইথিববু ওইগনি শোইরোই দেব সভানা॥
গড়ুরগী রাহৈদু তারবদা থোংশংবা।
ব্রহ্মাগীদি মনাক্তা চিংথৈ হেক্তা চেল্লকপা॥
রারম পূম্বা ব্রহ্মাগী চরণদবু হঙৎলে।
গড়ুরবু তোংহুনা লক্ষ্মণ বীর থুংলরে॥
কজখরে লক্ষ্মণ-সে থাবু কোটি ঙমজৈদা।
লেংথোকপিরে হায়রগা উনবিরো থুদক্তা॥
পাঙ্গল কনবা অমদি বিষ্ণু অবতারনি।
ঙসি মানা থুংলবা খঙদরেকো মহৈদি॥
তারবদা ব্রহ্মাদো থুদক্তুদা থোরক্লে।
লক্ষ্মণ অসি শংশংনা মাংদা লৈবা উরক্লে॥
ঐগী লাইরাম পুম্নমক সাজন তোরো হায়রক্লে।
তারবদা লাইয়ামশিং লা'রি ঙম্না খিংনরে॥
দোলায় তেংলে অকনবা সিংহনাদ লাউরক্লে।
কাপ্পরকপা তেনতনা আকাশসি মমথরে॥
ককথৎনবা শিনবা শিংথাবদা ঙম্নরোই।
ব্রহ্মলোকী লাম্মীশিং পাক্তক্লনা তুরকই॥
হরাওহুনা লক্ষ্মণ-না পুংশেল হেক্তা থৈরক্লে।
দমা হায়বা অমদি ঢোল কংশি নিল্লক্লে॥
মথুং অনি লীক্লুং পায় তেন পায় মথুং অনিনা।

মাংওইননা ব্রহ্মাদো থোয়রেদো তমপা ॥
লক্ষ্মণ লক্ষ্মণ হায়দুনা কুইনা কুইনা কৌরদ্রে।
ওসি মংশী শক্তিদো পুথোক্তুনা লাম ভোরে ॥
লাকপা মরম করিগী হায়মু লক্ষ্মণ মহাক্না।
ব্রহ্মলোক্তা অহিংদা ওমজগনি কনানা ॥
বিষ্ণু অংশ মহাক্না মত্তববু চংশদি।
বেদগী রা চত্তনা নাপল ভোবা মহাক্তি ॥
নংনা লেংবা লাইরিকপু মহাক্তনা ককচবা।
রঘুমচা মহাক্না ধর্ম্ম লাইরিক লৌত্রবা ॥
রাহৈ অসি তাবদা লক্ষ্মণ-না মুক হায়রকই।
ধর্ম্মগী রা কয়াবু অমুক হন্না তাক্রকই ॥
জগৎসিদা রাম না অচং চত্তা শেম্বাদা।
দশরথ ইপাবু করম কমদে মনাক্তা ॥
হায়রম্রগা লক্ষ্মণ দো শরজানবু শত্তোক্লে।
ব্রহ্মপুর থুদক্তা ভেম্না পুম্মম মমথরে ॥
নয়ন অনিমক্তুদা মৈওমবু ওাংথরে।
থল্লুরগা লক্ষ্মণ-দো হকচাং থক থক নিকথরে ॥
বিষ্ণু ভেনবু শত্তুনা মন্ত্র পিরে মচিন্দা।
ভেঙ্গোল রা রা কাইনরে তেনগী মৈঙান ফংবদা ॥
সুপ্রকাশ, মহামুনি, মহাদেব পুরি।
মথোয় অহুম তুথরে মতৌ অসুম ভোরকলি ॥
দেবেশ্বর, শশীমুখ, লম্বোদর হায়বা।
সিনচিংবা ব্রহ্মাণী হুতশিংদো চগুলকপা ॥

মংকোক ওইবা তেঙ্গোম্না লিশিং লিশিং চঙুকই।
মতৌ অসুম তোম্লনা অকনবা লান তৌরকই॥
খুংলায় মরি কাগুনা হাস্তোক্লকই লক্ষ্মণ-না।
চাম চাম ককখৎলে খুংলায় অনি কাপ্পনা॥
লাইগী কোক্তো লক্ষ্মণ না চামা চামা ককখৎলে।
ককথরকপা ইদনা তুরেনগুম্ ংেম্লক্লে॥
চীংদোন চামা তরাইনা লোংপা ওম্বা শমখোংদা।
লানথেংনরে খুদক্তা পাঙ্গল কনবা লক্ষ্মণ-না॥
ইভেন খরান থাহুদ' চুবা নোংগুম তেম্তনা।
কাপ্পা ওম্বা লক্ষ্মণ-না ককথরক্লে লানসিদা॥
তেঙ্গোন কয়া ব্রহ্ম'গী তুনবসি উরক্লে।
শাওরহুনা ব্রহ্মাসি লক্ষ্মণ মাংদা থোরক্লে॥
অকনববু অনিনা সিংহনাদ লাউনরে।
কাপ্পরকপা তেম্তনা আকাশসি মমখরে॥
তম্নরকপা বিত্থানা কালযমবু ওইরক্লে।
মখোয়নিগী লানসিদা লাইয়াম পুম্বা নিকখরে॥
থাংবা ওমক্লে লাইশিংদো মহৈ মহৈ লাউনরে।
সেনাপতি ময়ামদো মিকুপ্পদা তুখরে॥
পদ্মযোনি কৌরবা তেম্দো ব্রহ্মা শৎলক্লে।
লক্ষ্মণ মাংদা লেপ্পগা ব্রহ্মা হেক্তা লাউরক্লে॥
রঘুমচা ওাইবিখো লান লেপ্পসি য়াররোই।
মহাপদ্মাখানি তেন ককপিনবা লৈররোই॥
তারবদা লাউরক্লে ইচঙথৌবা লক্ষ্মণ-না।

ঐগী পাম্বোম পাঙ্গলসে য়েংঙু ব্রহ্মা নহাক্লা ॥
বিষ্ণুগী শক ওইরবা তেন্দো লক্ষ্মণ কাপ্লক্লে।
খুদক্তুদা ব্রহ্মান' পদ্মযোনি থারক্লে ॥
মখোইনিগী তেন অনি খুরুম্নরে খুদক্তা।
পাইখৎলক্লে তেন অনি নিরঞ্জনগী কোঙ্গংদা ॥
খুরুমজরি নিরঞ্জন লাইয়ামশিংগী মবুংভো
শেম্বী য়োকপি নহাক্লা জীবগীশু মবুংঙে' ॥
পাং কংকাল জঙ্গলশু অচৎ চত্তা শেম্বীবা।
পুন্নমকসে নহাক্লী থৌজান্দগী ওইখিবা ৷৷
সর্ব্ব বিষ্ণু তেন্দুবু উন্নববু মতমদা।
পদ্মযোনি তেন্দুদা হায়রকলেদো নারাণনা ॥
বিষ্ণু তেনবু অসিনা' শোইরোই নংবু হাংলনি।
লক্ষ্মণ হায়বা অংদি পূর্ণব্রহ্মা নারাণ'ন ॥
তেনসে মানা শোকপদা মুমিং কোটিগুম্বনি।
স্বর্গ মর্ত্ত্য পাতান্দা য়ারোই লেপ্পা মাংবদি ॥
দশরথপু ব্রহ্মানা চঙহন্দবা অচুনা।
রাখোক্লরে লক্ষ্মণ-না মরম অচু লৈবনা ॥
বিষ্ণুমক' মশক্তি নখোই পুম্বশু চঙজো।
শিনিংদবা নৌশিংদো দোলায়দগী কুমথজো ॥
লাইয়াম পুম্বা হাংনবা তেনসে মানা কাপ্পনি।
শিংথাবদ' ওমদনা লাইগী তেঙ্গোন তুরনি।
লাইয়ামশিংদো ওসিদি দোলায় ওম্না তোংগনু ॥
শিদনবা ত'কপিরু ভক্তি ওম্না তৌসনু ॥

তারবদা তেন অনি চিংঙৈ হেক্তা হল্লক্লে।
ব্রহ্মাগীদি মমাংদা চিংঙৈ হেক্তা থুংলরে॥
ঙংলহুনা লক্ষ্মণ না তেঙ্গোন সভা য়েংলক্লে।
খঙলহুনা তেঙ্গোনশিং দোলায়দগী কুমথরে॥
মতমহুদা লক্ষ্মণ দা দোলায় থক্তা লৈরক্লে।
লাইদি দোলায় তোংনরি মরম অসি খঙদরে॥
পদ্মযোনি তেন্দুনা হায়রক্লেদা ব্রহ্মাদা।
লাইয়ামশিংসে শিরনি বিষ্ণুমক্কী তেননিদা॥
মতম ইচা চাদনা ঐস্ন ঙসি শিরমনি।
লৈত্রে মরোন অহুমদা পাংথল কনবা লক্ষ্মণ নি॥
বিষ্ণুমক্কী মশকনি লাইয়াম পুম্বা তারোকো।
মথং শিংনা শোইদনা রাম্থনা তুনিকো॥
হায়রিঙৈদা জয়ন্ত রাম্থনা তুরক্লে।
ব্রহ্মা অতু থুদক্তা পুক্রিং লাংতক্লরাক্লে॥
দোলায় থক্তা ব্রহ্মাদো রাম্থনা তুখরে।
পদ্মযোনি থুদক্তা বিষ্ণু তেন্না ককথরে॥
লাইয়ামশিংনা থুদক্তা ব্রহ্মা তুবা উরক্লে।
অকিবগা লোইননা লাইয়ামশিংদো চেন্নরে॥
ঙাইহাক রাম্থরগা শোরারেন্দো হৌগৎলে।
জয়ন্তবু মচাগু লিকং হেক্তা পায়থৎলে॥
মপা মচা লোইননা লান্দো হেক্তা চঙক্লে।
লক্ষ্মণ তেন্না থুদক্তা অনি লাম্বা তৌরক্লে॥
অতুদগী লক্ষ্মণ-না চীংগী তেনবু কাপ্পকই।

শোয়ারেন্দো খুদক্তা জয়ন্তগা চুয়কই ॥
খুদোংথিবা উবদা মহাদেব চঙ্কই ।
কার্ত্তিক গণেশ লোইননা ভগবতী চঙ্কই ॥
মখোইনিগী লিরুংদো খুদক্তুদা ককথরে ।
কার্ত্তিক গণেশ মখোইনি খুদক্তুদা তুথরে ॥
মচা তুবা উবদা ভগবতী কপ্লে ।
মথন মথা য়াম্রবা তেন্দো হেক্তা কাপ্লে ॥
দশরথকী মচা ওইবা লক্ষ্মণ অকনবা ।
দুর্গানবু কাপ্পকপা তেন্দো ওয়া ককথৎপা ॥
মখোইনিগী তেন্দুনা আকাশসি মমথরে ।
পার্ব্বতি কৌবা লক্ষণ-গী তেম্না দুর্গা রাম্বরে ॥
অমুক হেক্তা হোৗপংলি উরবদা কিয়ক্লে ।
মায়া তোরে সীতাগী মূর্ত্তি হেক্তা লৌথরে ॥
ভগবতী উবদা মহাদেব খুদক্তা ।
প্রভু রাম-চন্দ্রগী মূর্ত্তি ওইত্রে খুদক্তা ॥
রাম সীতা উবদা লক্ষ্মণ তেনবু থামথরে ।
লক্ষ্মণ খুদক অহুদা লৈবাক থক্তা থুক্লমলে ॥
মহাদেব পেনথরে মাগী মূর্ত্তি লৌথরে ।
লক্ষ্মণ রেংক্লে হায়মগা অমুক হয়া হায়রক্লে ॥
করিদৌবা লাকপনো ঐতোন্দবু থঙহল্লে ।
লাইরাম সভা নৈবগী মরম অহু হায়রক্লে ॥
রাম লক্ষ্মণ অমতা ওইরহুনা পোকপনি ।
নংবু ওশ্বিনবদি কনা অমুক লৈগনি ॥

অমুক হন্না সিন্নবা হায়রকইদা য়াম্নমদো ।
ব্রহ্মা অমা শোয়ারেন জয়ন্তও উক্লেদো ॥
লক্ষ্মণ-না অমুক হায়রকই তারে। পুক্লিং তপথনা ।
চৌংগী তেন্না ননসিঙ্গি মখোই পুখা ঐহাক্না ॥
চিংনবিন্নু মখোইদো অমত্তবু য়াত্তেকো ।
ব্রহ্মা অমা শোয়ারেন জয়ন্তস্থ উমিকো ॥
অহুদগী লক্ষ্মণ-না চৌংগী তেন্দো লোথোক্লে ।
লাইয়ামশিংদো থুদক্না য়াম্বরুবা হোগৎলে ॥
মহাদেব লোইননা লাইয়াম স্তুতি কৎলক্লে ।
লৈশি লৈথোক্নবদো তাবা লক্ষ্মণ পেক্লক্লে ॥
লক্ষ্মণ-না হায় হে ব্রহ্মা য়া হায়রকে তারোকো ।
নংগী থোংদা করিগী পাবুং নিংথৌ থম্বকো ॥
তারবদা লাইয়ামশিং মরু লুকথৈ য়া ঙাংদে ।
তপ্না তপ্না শিবদো কয়া ঙাংবা ঙমজদে ॥
ঐনা মাবু পুশমবা ঙমদে ব্রহ্মাবধনা ।
মমাংতৈদা ইরম্বা জগনাথ প্রভুনা ॥
য়ারম অহু ককথৎপা ঙমজদেকো ননাইনা ।
লক্ষ্মণ-না মুক হায়রকই মহাদেব নহাক্না ॥
করি থওদে ইপানা রাম লক্ষ্মণ পোক্লেদো ।
অহুওম্বা মীশক্না করম পাপ্প লৈনিদো ॥
শিবনা হায় হৌজিক্তা আমবু হেক্তা তারিদো ।
রাম-গী মতিক মগুণবু মুনিশিংনা পোমৈদো ॥
রাম রাম হায়রুনা মন্নামনস্থ শোক্সবনি ।

অহুঙঙ্গা রাম-গী পাবুংহুনা পাপ লৈনি ॥
লৈকম খোক্তে চুম্মিকো পুশল্লকউ সভাদা।
ফজরবা সিংহাসন মথকসিদা ফমসিদা ॥
দশরথস্থ ফম্মক্লে ব্রহ্মা লক্ষ্মণ কম্মিন্নে।
কম্মিনরে হায়রগা পুক্লিং তিন্নৈ হন্নাওনৈ ॥
মহদেব গণেশ কার্ত্তিকবু চিংলবা।
ব্রহ্মাগীদি সভাদা লাইয়াম পুম্বা ফজবা ॥
যোগিনীবু ডাকিনী লাইয়ামশিংস্থ য়াওরক্লে।
লাইগী রাবু ভাবদা দশরথস্থ থুংলরে ॥
ব্রহ্মা, শিব, শোরারেন, মতমহুদা হৌগৎলে।
থোইদিং চেংগা পায়হুনা পূজা তৌরে খুরুম্নে
ব্রহ্মানা থুৎ পায়হুনা আসন থক্তা ফমহল্লে।
দশরথদো হরাওরে মহৈ য়াল্লে হায়রক্লে ॥
ভসি করি মরমগী ঐবু পূজা তৌবনো।
মতমহুদা চঙভক্লে খুরুম্মিদা লক্ষ্মণ-দো ॥
নংগী নচা ওইরবা লক্ষ্মণ অদো ঐহাক্লি।
দশরথনা কোনবিরে তারববু কান্দদি ॥
নংনা স্থংশিবিহুনা স্থংঙাইববু ফংজরে।
অরাবদা ওইহুনা সুমিৎ কয়া লৈরম্নে ॥
মিৎন কুপ্পি অমদা স্থংঙাইববু কংলেদো।
নংবু ইচা ওইজবা পোকপা মহৈ য়াল্লেদো ॥
ব্রহ্মানা মুক হায়রকই যুবরাজ তারোকো।
ভসিদগী নংগী মিং থাস্থকীবু হায়গেকো ॥

তেন অমবু কাপ্পদা লক্ষ তেনবু পোকসমু।
মহাদেব থুদক্তা লাউরে মঙ্গল ওইসমু॥
ব্রহ্মা ঐগী সিংহাসন তথ্যাই ভুসি ফংখরো।
শিবদা হায় মহুদি দশরথদা পিখরো॥
লক্ষ্মণ-না মুক হায়রকই ঐগী রাশক অমা লৈ।
রাম-গী নাক্তা পুরক্কে হায়না রাশকলম্বা লৈ॥
হৌজিক ভক্লে ঐহাক অযোধ্যাদা চৎলসি।
য়াত্রবদি অমুক্তা হন্না লানবু তোরসি॥
তারবদা শিবনা হোংদা ব্রহ্মা চৎলসি।
নিংবা থুংনা রাম-গী চরণ সেবা তৌরুসি॥
ব্রহ্মানা হায় শিবদা লন তৌগুমসি চৎলসি।
রাম-গী চরণ উনিংবা মতোই ভক্ম পুবিসি॥
থোঙ্গাল থোঙ্গাল থুদিংগী মঙ্গল তৌরো লম্বাদা।
হরাওলক্লে লক্ষ্মণ পে৷ রাহৈ আস ভাবদা॥
রস খওবা অকবা জয়ছন্দ নিংথৌনি।
রাম-গী ইতিহাসবু পদ ইবা পাম্বনি॥
নিংথৌ য়াথং ফংবদা ভবানিনা হৈরকই।
লাইনা চৎপা মতাংসে লাচাড়ি ইরকই॥

## লাচাড়ি

লাইয়াম পুম্বা তিমরক্লে, সাজন ভক্মা হেক লোইনরে;
মহাদেব মণদম্বা তোংথৎলে।

অহুদগী ব্রহ্মা অদো, কাংভাগী দোলায় তোংঙেদো ;
ব্রহ্মাগী তুংদা শিব চৎলক্লে ॥
দুর্ব্বাসা অমা ঋষিশিং, স্বর্গদা লৌরবা লাইশিং ;
জগোই শাবী চিত্ররেখানচিংবা ।
ব্রহ্মলোক্তা লৈবশিংদো, শিংখাবদা ভম্মরোইদো ;
শোয়ারেম্নবুচিংবা অয়াম্বা ॥
লক্ষ্মণ না গড়ুর তোংলে, ময়ামশিংগী মাংদা চৎলে ;
পুংসেন যন্ত্র কয়ানা নিনখরে ।
মতৌ অসুম লাইয়ামশিংদো, অযোধ্যাদা লাক্লরেদো ;
লক্ষ্মণ না মঙ্গল ওইরে লাউরক্লে ॥

## পদ

দুতপু খারে রাম-গী চরণ ভয়া থুদক্তা ।
থুরুম্মক্লে দুতশিংনা হঙ্গৎলক্লে রাম দ ॥
লক্ষ্মণ লাকই তাবদা হরাওরক্লে রাম-দো
মনাই য়েংলে হায়রগা হায়বিরক্লে রারমনা ॥
ব্রহ্মলোকপু কমদোনা ভমলকপগে লক্ষ্মণ না ।
দুতনা অমুক হায়রকই হঙ্গচ্ছগে রারমদো ॥
লাইয়াম পুম্বা ভমহুনা পুজরক্লে চরণদা ।
রাম-চন্দ্র তাবদা হরাওবদা থেংলেদা ॥
হায়রিভৈদা থুংলরে লাইশিংগবু লোইননা ।
রাম বু উবা কান্দুদা হরাওনরে লাইয়াম্না ॥

রাম-চন্দ্র মনাওবু চেপ্পেং হেক্তা কোল্লেদা।
নগাকুম্বা ইনাওদি লৈতে মরোন অহুমদা॥
লক্ষ্মণ কোল্লে হায়রগা থাঙ্গৎলাক্লে রাম-না।
লাইয়ামশিংবু ঙমহনা পুরক্লেদো ইনাওনা॥
লিকুং পায়বা হৈখ্রেদা ইনাওগুম্বা লৈতরে।
হুমিং হুমনি মসুংদা লাইয়ামশিংবু পুরক্লে॥
রাশকথ্রদি ইনাওনা লোইরে জগৎ অসিদা।
লাইয়ামশিংসু থুদক্তা থুকম্নরে হনখ্রেদা॥
মুনিনা হায় তারোকো অর্জ্জুন রারম অপুম্বা।
শম্বোরুবু লীরগা ওইনি অধ্যায় অচৌবা॥

মতাং অসিদা লক্ষ্মণনা ব্রহ্মলোক চংবগী অধ্যায় অসি রামনা নোংচুপ চৎপগী মতমদা লিবনি।

## শঙ্খচূড়গী মতাং

হায়জরকই অর্জ্জুননা মহামুনি লিবিরো।
রাম-চন্দ্র প্রভুনা অমুক চৎপা লিবিরো॥
মুনিনা হায় তারোকো লীরক্লগে রারীদো।
নোংঙানবগা হৌগৎলে ঈরুজরে তেঙ্গোম্দো॥
থোংবা থাকপা লোইহনা চারে পুক্নিং হন্নাওনা।
নিল্লে ময়াম কাথৎনৈ শগোল শামু মথক্তা॥
শজীবুগী মতমদা শিংপা হুংশিং ম-ওইরে।
নিংথৌমচা অকনবা দোলায় থক্তা কাথৎলে॥

অকন-অথৌ ময়ামদে' দোলায় সাজন লোইখরে।
তেঙ্গোন সভা চৎপগী মনিস্তনা নিনথরে ॥
তুরেন মচা অচৌবা উকুস্তনা কংখরে।
জঙ্গোনশিংদা লৈরম্বা জীব ময়াম চেম্নরে ॥
গড়ুরনা পুরবা দোলায় থক্তা রাম না।
কজে দোলায় থৌরকপা নোংথং কুপ্পা মাম্লিদা ॥
নিংথৌমচা কম্নাগী দোলায়তনা থৌগনবা।
মতৌ অসুম তৌদুনা দেশ অমা য়োরকপা ॥
নীলকান্ত চণ্ডজরে রাহৈ অসি তাবদা
চেং থোইদিংগা লোইমনা পূক্তা কংভি চণ্ডজৈদা ॥
মতৌ অসুম তৌদুনা চণ্ডজরক্লে অয়াম্বা।
নিংথৌমচা মচাশিং দোলায় থক্তা ইশ্রবা ॥
নোংচুপকীদি অরোইবা মতম্সিদা থুংলরে।
শঙ্খচূড় লৈরম্মি লান তৌরনি হায়রক্লে ॥
গদা অমা পায়রগা চোংথোক্লক্লে শুশুদুনা :
প্রলয়গীদি মতমদা শুগুলকপগুম মহাক্না ॥
মাগী মায়া অতুনা মাইগৈ শিংনা মমমক্লে।
নিংথৌমচা পুন্নমক অণ্ডকপবু ওইখরে ॥
মুংশিত্তনা কল্লকপা উ রা প্রোক-প্রোক তেক্লক্লে।
মাংওইনবা লাম্মীশিং মহৈ-মহৈ তুরক্লে ॥
মমাই নোংপোক শল্লক্লে য়োরে রাম-গী মনাক্তা।
পুষ্পরথ মমাংদা চিংডৈ হেক্তা লেপীদা ॥
দোলায় কাগে হায়দুনা শঙ্খচূড় তৌরক্লে।

গড়ুরনা থুদক্তা মশাঠনা ফুদংলে ॥
গড়ুরগা হিংচাবা কয়া লানবু ভোৗরক্লে
ওমনদরে মখোইনি কনবা অনি মাঙ্গরে ॥
পুং তরা হেক লান তৌবা গড়ুরন্ত রারক্লে।
উরবদা রাম-না তেম্না থাবা হোৗরক্লে ॥
অশাওবগা লোইননা তেন্দো খুবাম শংলক্লে।
শঙ্খচুড় তেন কাপ্লে প্রভুরামনা ককথংলে ॥
অকনববু অনিদো যম কানগী ম-ওংনি।
অতংপর লৈতনা তেন্দো কাপ্পী মখোইনি ॥
মতৌ অস্থম তৌদুনা প্রহর অহুম লান থোংনৈ।
শঙ্খচুড় মখোইনি তেনগা তেনগা ককথংনৈ ॥
লিরী নাকোং ফংনচিং রঘুমণি তেন কাপ্পা।
পাতাল মর্ত্ত্য আকাশ থক থক হেক্তা নিক্লকপা ॥
প্রভুরামগী খুংলায়দি লাইগী অবতারনি।
অহুওম্বা খুংলায়দো লাইনা হেক্তা ককপনি ॥
ব্রহ্ম অস্ত্র কাপ্লক্লে মতিক চাওবা রাম-না।
তেম্না থাবা কান্দুদা য়ারে শঙ্খচুড়না ॥
শাওরদুনা হিংচাবা নাগপাস কাপ্লক্লে।
গড়ুরনচিংলবা রাম হনুমস্ত পুল্লে ॥
রাখল তৌই রাম না ঐনা করম তৌসিবা।
মরোন অহুম ফাওরবা ঐবু লাইনা ভম্লবা ॥
নাগরাজনা হায়রকই রামগী চরণ য়েংদুনা।
ঐগী ইখা পোল্লবা নাগপাস তেনসিনা ॥

ননাই ঐবু য়াওারবৈ করি রাখল তৌবিনি।
ননাও ইবুংঙো লক্ষ্মণ দো ঐগী দেশ ওম্বনি॥
অচম্ববু নত্তেকো ননাও লক্ষ্মণ হায়বসি।
শ্রীঅঙ্গ অমত্তা অবতার তৌবসি॥
লক্ষ্মণ মাবু নিংবদা পাপ্প কোটি কোকইদো।
অদুগুম্বা জীবদো বৈকুণ্ঠদা কাজৈদো॥
খণ্ড তরেৎ পাতাল কাও মরোন তরামন্নিসে।
লক্ষ্মণ মানা ওইরবা অনন্তনা পুইদোমে॥
অদুগুম্ব লক্ষ্মণ গী মমিং অদু শোননিকো।
নাগপাস চেনখিনি শঙ্খচূড় ওমনিকো॥
রাম-ন হায় হে মরূপ করি তেনবু পাময়ুগে।
লানবু ওন্নি হায়রবদি লক্ষ্মণ হায়না লাউরগে॥
নাগরাজ নিংথৌনা হঙ্গৎলকই রাম-দা।
থুনা য়াংনা তেনখাসি লক্ষ্মণ মঙ্গল লাউদুনা॥
তারবদা রাম-না লাউরকইদো তেজোম্বা।
সিংহনাদ লাউরোকো জয় ওইরে লক্ষ্মণ না॥
নাগরাজনা হায়রে তেনদো পায়খৎপিরসি।
জয় জয় লক্ষ্মণ হায়দুনা তেজোন ওম্না লাউরসি॥
জয় জয় লক্ষ্মণ লাউরগা রামচন্দ্র তেন কাপ্নে।
নাগ অস্ত্র অকনবা মহৈ মহৈ চেনখরে॥
লক্ষ্মণ মমিং তাবদা নাগ লক্ষ কাইখরে।
থুরুম্নগা রাম বু চীং লামদা হেক চেনখরে॥
মভৌ অস্মম তৌদুনা সিংকুম্নদা মাংখরে।

লক্ষ্মণ মিংবু তাবদা শঙ্খচূড় কিখরে ॥
লাউরম্লুনা হায়রকই পাঙ্গল কনবা হিংচাব ।
চক্রশালা চৎখি হায় ননাও লক্ষ্মণ হায়রিবা ॥
হৌজিক লক্ষ্মণ হায়রগা সিংহনাদ লাউম্লুন ।
ঐগী নাগপাসশিং মাংহল্লেদো নহাক্না ॥
তারবদা রাম-না মনম মনম তেনকাপলে ।
অকনববু অনিগী তেনগী ধ্বনি লিনখরে ॥
গদা তাপ তাপ পায়রগা লৈনরকই অনিনা ।
শগোল শামু পাইথোক্লে গদাগী শৃংশিংন ॥
রাম-চন্দ্র খুদক্তা তঙ্গোন কন্না শেম্নেদা ।
মশিং থাবা ওমদনা তেঙ্গোন কয়া তুরেদা ॥
অকনবা কিবু শেংলে রঘুমণি লান থেংনৈ ।
পুং তরাদি চুপ্পবু গদা যুদ্ধ হেক থেংনৈ ॥
গদা অনি ফুনবা মৈনা ফ্রড ফ্রড হৌইদো ।
শঙ্খচূড় ওমদরে গদা থাধে চেল্লিদা ॥
পুষ্পরথ রাম-না তোংভে তুংদা তাম্নেদা ।
লুপকে হায়না হিংচাবা য়েংথখরে গঙ্গাদা ॥
তারো তারো হে গঙ্গা প্রভুরাম-না হায়রকই ।
শঙ্খচূড় ফারগা পিয়ু হায়না লাউরকই ॥
মমাংঙৈদা বালিনা ঐবু পুং তৌঙৈদা ।
ঐগী ইথোঙসিদগী গঙ্গা [illegible] [illegible]কখিদ ॥
হিংচাবছু পিহুনা ঐগী উপায় তৌ[illegible]কো ।
রাবণ মক্না মারবা [illegible]

তারবদা গঙ্গানা কারক্লনা পিরয়ে।
চক্র পায়রে হায়রগা মশাক্লদা যাল্লক্লে॥
অমুক চেল্লে হিংচাবা গদাবরি য়োরেকো।
পুষ্পরথ তোংক্লনা রাম-চন্দ্র তাল্লেকো॥
অমুক চেল্লে হিংচাবা প্রয়াগ মুক য়োরক্লে।
মান' লৈবা মকমদা রাম-চন্দ্র য়োরক্লে॥
অক্লদগী অমুক্কা পুং মরি হেক লান তৌবা।
মিকুপ্পদা সমুদ্র অমুক চেনখ্রে হিংচাবা॥
পুষ্পরথবু তোংক্লনা রাম সু হেক্তা য়োইদা।
বিষ্ণুঅস্ত্র কৌরবা তেন্দো চামা কাপ্পীদা॥
পাঙ্গল থেক্কা লিরীচিং রঘুমণি লান তৌরে।
তেন্না পুষ্মম মমথরে হিংচাবদো রাখরে॥
ঈশিংগী লম পুন্নমক হনুমান্না থিংখরে।
অতৎপবু লৈতনা রঘুমণি তেন কাপ্পে॥
চোংথোক্লনা চেনখরে শঙ্খচূড় ভাওরক্লে।
ঈশিংদা অম চোংথরে খুদক্তদা লোৎখরে॥
সমুদ্রগী মঙ্গুংদা রাম-না তেনবু কাপ্পক্লে।
খুদক্তদা তেন্দুনা কারক্লনা পুরক্লে॥
শঙ্খচূড় রাম-না য়েংলক্লনা হায়রক্লে।
মমাংলৈবু ঐহাক্কা লাংপা কান্দা থওখরে॥
লক্ষ্মণ কৌবা ননাওদো হৌজিকসিদা লাক্কেকো।
রাম-না হায়রে নহাক্কা করম তৌনা থওবকো॥
নবুক শেংনা তম্মুকো ঐগী ইমাং অসিদা।

রাক্ষসনা হায়রকই ঐন জগৎ কোইবদা ॥
অযোধ্যাদা ঐহাক্না য়োরকপবু কান্দুদা।
পোত্থাহুনা ঐহাক্না লৈরকপবু কান্দুদা ॥
মতমচুদা নহাক্না লক্ষণ-গবু শায়রবা।
নোংপোকথংবা মাইগৈদা নখোইনিনা চংলকপা ॥
লমীহুদা ঐহাক্না হিপ্লহুনা পোথাবা।
ঐবু উবা মতমদা ক্ষারগেবু খল্লকপা ॥
অকিববু মুত্তিদো ওইরহুনা লক্ষ্মণ-না।
ওইথংববু শয়েংসে তেক্লে খোংনা কাওবদা ॥
পাইখোক্লগা তাবদে য়ুথক অনি লাপ্না তাই।
পুং অনি হেক ব্রস্থে হৌগৎলগা চংলকই ॥
পুন্নমকসি উতুনা ঐনা তমখি ব্রহ্মাদা।
মমাংদৈদা ঐহাক্না তীর্থ চৎপা বান্দুদা ॥
তীর্থ স্নান তৌবগী মরম তমগে তারোকো।
ঐনা তীর্থ কোইবদা রেরহুনা তুম্মীবো ॥
শোরারেমচিংলবা মতমহুবা লাকইদো।
ব্রহ্মানবু চিংবনা ঐবু ইনবা ভমদেদে ॥
অহুগুম্বা ঐহাকসে বে ভনা লংভি লক্ষ্মণ-না।
ঐগী শয়েং নামসে লাইগা সেবা ভমদ্রেদা ॥
রাম না হায় তশেংনা লাক্কে ঐগী লক্ষ্মণ-দো।
নোরহুনা হায়রকই প্রভু রাম-চন্দ্রদো ॥
লক্ষ্মণ নিংশিংলহুনা সিংহনাদ লাউবনি।
ঐগী হকচাং তথাইনা লক্ষ্মণ ওইনা পোকপনি ॥

রাম লক্ষ্মণ হায়বসে অমতনি খণ্ড কো।
কন্দ্রববু হাত্তোক্কে লাকলিবনি খণ্ড কো॥
ঐগী শাগৈ অসিদা পোকপা মিংনা জয় তৌই।
কত্তববু হাৎনবা ঐখোই মরি পোক্লকই॥
ঐগী খুত্তা ওসিদি নহাক শিনি হায়রক্লে।
হায়রম্লগা রাম-দো তেন্দোংদগী তেন শৎলে॥
পোইন্নু থাগী লৈচিনগুম থরান থাগী নোংগুম্মা।
তেম্মা মাইগৈ মমথরে মশিং থাবা ওমদনা॥
তেম্মা থার থারগা মশা অসুম চাওরক্লে।
মুথক লিশিং অমবু ময়া লাউনা কাথোক্লে॥
মচিন মুংবু থাংলবা লংঙা মত্তু চন্নবা।
মিৎনা কুপ্পি অমদা লক্ষ লক্ষ কাপ্পকপা॥
নিংথৌ মচা ময়ামদে উরবদা ওকথরে।
শগোল শামু ময়ামদো মহৈ মহৈ লাউনরে॥
থাং চুঙ্গোয়বু পায়রবা কোটি অহুম চেন্নরে।
প্রলয়গীদি মতমদা সমুদ্র ঈথক হৌগুম্লে॥
তেঙ্গোন কাইবা উবদা রাম না লিরুং চেৎনা পায়।
মচিন পাবা মহেন্দ্র তেন্দো থুনা শৎল পায়॥
লিরী হেক্তা চন্নগা সন্ধান হেক্ত থারক্লে।
শঙ্খচুড় খুদক্তা মণ্ডক থবং কককথরে॥
অককপবু মকোক্লা পুষ্পরথ তম্মক্লে।
উরবদা রাম-না মকোক অহু লংথোক্লে॥
অহুগুম্বা মকোক্কো গড়ুরনা উবদা।

শাদোন্নুনা খম্নগা লাপ্না হেক্তা লংখিদা ॥
পাঙ্গল কনবা অরাম্বা শঙ্খচূড় তুখরে।
মানা তুবা কান্দুদা পৃথ্বী থক থক নিকখরে ॥
সমুদ্রগী ঈশিংদো থঙহৌদনা নিকখরে।
শগোল শামু নিকখরে দোলায় কাংনিং হনখরে ॥
পুং অনি হেক চুপ্পবু ময়াম অসি নিম্নখি।
শঙ্খচূড় তুবদা য়োংনচিংবা মুংঙাইখি ॥
জয় ছন্দ নিংথৌনা মরৈবাক্কী ব্রাহ্মণদা।
মতাং অসি লাচাড়ী ওইনা লেংঙু হায়খিদা ॥

## লাচাড়ী

শঙ্খচূড় তুরবদা,　য়োংয়ামশিংনা নিক্লকখিদা ;
তেঙ্গোন সভা ময়াম মথুং লোয়ৈ।
পাম্বোম তরা পানবী দুর্গা,　অয়াম্বা শক্তি লৈবিগা ;
মহৈ মহৈ শুম্না স্তুতি কৎনৈ ॥
স্বর্গ মর্ত্ত্য মশক ওইবা,　নংঙোন্দগীবু থোরকপা ;
রাম হায়না কৌতুনা পোকখিবা।
অচৎ চন্তা লৈখ্রিশিংসে,　জগৎ হায়না খঙনরিসে ;
খঙেও প্রভুদগী ওইরকপা ॥
তুরেন মচাবু অচৌবা,　ব্রহ্মাণ্ডদবু লৈরিবা ;
নংঙোন্দগী থোক্লকপা ঙাক্তনি।

লক্ষ্মণ-বু ননাও ওইজবা, নংগতন' শিনবা থুংবা ;
নচিন ননাওনা সমুত্র থিংবনি ॥
হায়রৈ ভবানিদাসনা, রাম-গী রাম্নি তাবিয়ুনা ;
লাইনা পাম্নু কোকপা উমগনি ।

মতাং অসিদা শ্রীরামচন্দ্রনা শঙ্খচূড় হাংপগী অধ্যায় লোইখরে

## লুকাঙ্গদাগী মতাং

অসিদগী রাম-দো গদাবরি খোংবান্দা ।
চংলি সিংহনাদ লাওত্তে পৃথ্বী থক থক নিকইদা ॥
স্নান পূজা লোইত্তুনা তর্পণবুদি লোইখরে ।
মখল মথা য়াম্লবা দানবু কয়া লোইখরে ॥
গদাবরি খোংবান্দা অমুক লেংঙি প্রভুনা ।
লুকাঙ্গদা কৌরবা মাগী কোম্নুং উরেদা ॥
রুদ্রদেব কৌরবা নিংথৌনবু পাল্লম্মী ।
শিংথাবদা লোইররোই মগুণ চেনবা ওইরম্মী ॥
মাগী তেঙ্গোন সভাদো মফি ময়োন ওয়া লুই ।
শায় চাওর চাওরবা কোম্নুং কোইনা ভাক্লমই ॥
লিক্লং পায়বা লান্মীনা লক্ষ লক্ষ ভাক্লম্মী ।
যমগী মতৌ মওংগুম নৈবাক অতু লৈরম্মী ॥
মিকুপ মিকুপ থুদিংদা মৈনা তৌগুম লংঙিদা ।
তেঙ্গোনশিংগী মনিয়া পৃথ্বী থক থক নিকইদা ॥

উৱবদা ৱাম-দো মরু হেক্তো লুকখরে।
ৱাম-না লুকপা উবদা তেঙ্গোন সভা ৱাখরে॥
অৱাবৰু ৱাখল তৌ মরু ওন্না লুকখিদা।
শগোল শামু পুন্নমক মপি ওন্না শিঙ্খৈদা॥
হনুমন্ত অকনবা মতোম্মদা কপ্লেদো।
ৱামগী চৱণ কোন্দুনা হনুমান্না হায়জেদো॥
ৱঘুমণি ইবুংঙো করি চিন্তা তৌবিবা।
লিরুং পায়বা হৈবদা প্রভু ওন্না লৈতবা॥
লানগীদমক প্রভুনা করিগীবু ৱাবিনি।
মপু লৈতবওন্না করি তেঙ্গোন ওইহন্নি॥
গঙ্গাবুদি নত্তনা করম পাপ্প্ শেংগনি।
নহাকপুদি নত্তনা তেঙ্গোন করম হিংগনি॥
অতাংবনি লক্ষ্মণ-দো অবতারমক্লিদা।
নোংপোক মাইগৈ ওমহুনা লাইনা হেক্তো লাকইদা॥
তারবদা হায়রকই থম্বাল মানবা মাইথোংনা।
পুক্লিং তপ্প্ হনুমান ৱা হায়গেকো ঐহাক্না॥
তেঙ্গোনসিগী ম-ওংসে উৱবদা কিৱেকো।
করি ওইরকদগে ওসি ঐনা খওদেকো॥
পোকপদগী ঐহাক্না অসিগুম্বা উত্রিকো।
লান্দা কিবা হায়বদো কৈদৌনোংদা ওইদেকো॥
হনুমান্না হায়রকই ৱামগী চৱণ ৱেংহুনা।
মরোন অহুম অসিদা করি কাম্নৈ ফাওবনা॥
ৱাখংহুদা পিবিবু হাৎচরুরো হায়হুনা।

লৈবিরম্মু তুমহুনা রঘুমণি প্রভুনা ॥
তারবদা রাম না হায়বিরক্কই হরাওনা ।
করে হনু চণ্ডশন্নু নংনা মাংবু থাহুনা ॥
ঙসি হুমিৎ অসিদা লুকাঙ্গদা হাৎসিকো ।
ঐগী তেঙ্গোন অপুম্বা রাশক্লগে তারোকো ॥
সূর্য্যবংশ শাগৈদা ঐনা নিংথৌ ওইরিদো ।
ফত্তবরু হাত্তোক্কে ঐগী রাশক ওইরিদো ॥
অফববু শেমগৎকে পোক্লরিবা ঐহাক্কি ।
ঐগী ইথুৎ সিদগী হেনবা কনা ঙমগনি ॥
মতমসিদা তেঙ্গোনশিং নংগী নংগী সাজন তৌ ।
মিৎনা কুপ্পী অমদা কোম্লুং কোইবা নথোই তৌ ॥

রাথং ফংবা কান্দুদা সিংহনাদ লাউরক্লে ।
পুংগী সেনগী মনিংগা তেঙ্গোন হেক্তা নিল্লক্লে ॥
লুকাঙ্গদা নিংথৌদো তারে লানবু থোরক্লে ।
সিংহনাদ লাউবদা পৃথ্বী থক থক নিকলক্লে ॥
তেঙ্গোন অনি নিল্লকপা মরোন অহুম নিকথরে ।
খোঙমী লান্মী কয়ানি মহৈ মহৈ থেংনরে ॥
লুকাঙ্গদা থুদক্তা মাগী তেঙ্গোন লোইননা ।
হনুমানবু কোইশল্লি তেঙ্গোন সভাময়াম্মা ॥
মাগী মাগী মথুত্তা থুৎলায় মতিক চানা পায় ।
থাং চুঙ্গোইবু পায়নৈদো শেল যাঠি কনা পায় ॥
মতমসিদা সরঞ্জাম তেঙ্গোনশিংনা কাপ্পক্লে ।
হনুমন্ত থুদক্তা রাম রাম শোল্লক্লে ॥

রাম-গী নাম্বু শোন্দুনা হনুমন্ত লৈরক্লে।
পাঙ্গল কনবা তেনকাপ্পা মশিং থাবা ভমদরে ॥
হনুমানগী মথক্তা মনম মনম কাপ্পকপা।
পুষ্পরথ তোংহনা রাম চন্দ্র চঙ্ভকপা ॥
লিরি নাকোং ক্ষংনচিং নোং তাবগুম তেন কাপ্পা।
মহেন্দ্রবু হায়বা তেন কাপ্পা লোইবা নাইত্রবা ॥
নোংন খোংবা মতোগুম ভুং ভুং লাউনা ভংলকপা।
মতৌ অসুম তৌহনা তেম্ম মনম থাররকপা ॥
তেঙ্গোল লক্ষ অহুমদো খুদক্তুদা ককথংলে।
তেঙ্গোন তুবা মাইগৈদা লম্বা ভম্মা চঙভক্লে ॥
হনুমন্ত মতোমদা লান তৌক্ষমদা উরক্লে।
রাম্ম রানা মতোমদা লৈরম্বহু উরক্লে ॥
রাম-চন্দ্র উবদা হরাওহনা থুরুম্লে।
ঈবু থোকপা মশাদে উরবদা নানিংরে ॥
মাং থারোকো হনুমান কিরগন্ন হৌজিক্ত
কাইরহনা চেম্বরে তেঙ্গোন মকোক ওইবদি ॥
তেঙ্গোন কোটি কুনমাপোহ থাইদিংগুম্না শোইথরে।
অহুদস্থ শস্তুনা তেঙ্গোন কয়া ককথংলে ॥
পুং অনিবু লান তৌই মতৌ অসুম তৌহনা।
রাম-গী চরণ মনিম্মা পৃথ্বী থক থক নিক্লেদা ॥
তেঙ্গোন কাইবা উবদা যুবরাজ চঙভক্লে।
তুংদা য়েংলোম ওইরোমদা মন্ত্রি কয়া থোগংলে ॥
মাইয়োক্কনা রাম গা লানথেংনরে খুদক্তা।

শাওরদুনা রাম-না শক্তি কয়া থারেদা ॥
অদুগুম্বা শক্তিদো যুবরাজ ককথৎলে।
অরেম্বদা তেন্দুনা তেকপা উরে শাওরক্লে ॥
ত্রিশুল কৌবা তেন অদো তেঙ্গোন থক্তা কাপ্পক্লে।
ভমথিরবা তেনছুনা তেঙ্গোন তক্লা মাংহল্লে ॥
প্রলয়গীদি মতমদা যম কাম্না তৌগুম্না।
ত্রিশুল তেনবু উবদা চেন্নে তেঙ্গোন কিছুনা ॥
অতৎপবু লৈতনা তেম্না নোংগুম চুথরে।
উরবদা নিংথৌদো তেঙ্গোন লোইনৈ চণ্ডক্লে ॥
চিঙৈঙ হেক্তা চণ্ডকপা রাম-গী মাংদা থুংলরে।
লুকাঙ্গদা মহাক্কী তেঙ্গোন অদো য়ামথরে ॥
অক্ষৌহিণী ভরানি দোলায় লক্ষ ভরানি।
চুঙ্গোই থাংবু পায়রবা লোইনৈ কোটি অছমনি ॥
চাক ঢোল কংশিবু য়ৈবা কোটি অছমনি।
মাপী মতুং ইল্লকপা শামু চিংশিং ভরানি ॥
রাম-বু কৌরে হায়রগা সিংহনাদ লাউরক্লে।
মাংহল্লগে হায়দুন' তেন্দো খুৎলং তোইরক্লে ॥
পুষ্পরথ দোলায়না থাগী মতৌগুমথরে।
সারথিনা গড়ুর ওইরে রাম ফজরে ॥
অদুগুম্বা রাম-না ফজৈ তেঙ্গোন ময়াইদা।
নাপীগুম্না উরক্লে রাম-চন্দ্র থুদক্তা ॥
নিংভাইববু লৈতনা তেন্দো থুবাম শংলক্লে।
শামু শগোল ময়ামদো লক্ষ অছম ভুথরে ॥

মঙ্গল ফিরান হাইহনা পুংসেন হেক্তা ম্নৈথরে।
মতৌ অসুম তৌহনা রাম-না তেঙ্গোন মাংহল্লে ॥
পরেং শানা শামুদো তুরে লাউর খোংহনা।
রথি কয়া কয়াস্ থুরে দোলায় লোইননা ॥
মতমহদা রাম-না নিংথৌমকা উনরে।
থম্বালগুম্না ফজবা শ্রীরামনা উররক্লে ॥
তারো তারো নিংথৌ ও রা হায়গেকো ঙসিদি।
নহাক্কবু মান্নবা অমা লৈতে নিংথৌদি ॥
নশু নচা য়ামলিবা শোরারেনগী মতৌনি।
মরোন অহুম পাল্লবা সূর্য্যবংশ নিংথৌনি ॥
অভিষেকপু তৌগনি নংশু য়াওরো চৎলসি।
ঐগা নংগা লোইননা লান অসিবু তৌগুমসি ॥
য়াত্রবদি নহাক্কী শাগৈ তুম্না মাংগনি।
ঐনী পাঙ্গল অসিদা কনানবু ঙমগনি ॥
লঙ্কা রাবণ নিংথৌদো মরোন অহুম ফাওবনি।
ঐগী সীতা হুৎৈদা লাইনা প্রাণবু থাবনি ॥
তালবু তরেৎ ফাওবনি ঐগী তেনগী পাঙ্গমা।
য়ুথক চামা পাক্লবা সমুদ্রদো থিংখিদা ॥
যজ্ঞ ঙাকখি ঐহাক্না তরকাবু হাত্তুনা।
সত্য ঙাকই পাবুংগী বন্দা কুইনা লেনখিদা ॥
ঙমফত্রবা ইন্দ্রজিৎ তরাই তরাই হাত্তোকই।
মিৎনা কুপ্লি অমদা লক্ষ্মণ-নবু ঙম্মকই ॥
রাবণ মচা চামনি খঙহোদনা হাত্তোকই।

কৈলাসবু ঙমহ্না পারিজাৎপু হেক্রকই ॥
রাশক্কুনা লক্ষ্মণ না নোংপোক মাইগৈ ঙম্মকই ।
চন্দ্রকলা হায়বিদো শোরারেম্মা ক লকই ॥
অকনশিংদা চল্লবা মনুভদ্র ঙম্মিদা ।
ফত্তববু লৌথোক্লে শেম্মী ইনাও লক্ষ্মণ না ॥
মাইগৈ মরি ঙম্মক্লে অভিষেকী মরমদা ।
নোংচুপ মাইগৈ ফত্তবা হাৎকে ঐনা লাকইদা ॥
ফননবা মরমদো হৌজিক ঐনা হায়গনি ।
অযোধ্যাদা চৎলসি নথ্রাই হিংগে থল্লদি ॥
রারম পুম্ব তাবদা নিংথৌনা অমুক হায়রকই ।
যমগী থানা স্রৌবদি ঙসি নংনা শোইররোই ॥
করিগুম্বা মতমদা ঐনা লান্দা মাইথিত্রি ।
নচিন ননাও অনিনা তিমত্রদি লান ঙমত্রি ॥

তারকাবু হাৎপস্থু নথোই অনি চঙজ্জেদো ।
মিথিলাদা নিংথৌশিং ঙম্বা অনি চঙজ্জেদো ॥
হন্দক ঐগী সিদদি নতোমদবু থোক্লরে ।
ননাওনিপা লক্ষ্মণ-দো উররোইকো হায়রক্লে ॥
হায়রুরগা নিংথৌদে তেনবু কয়া কাপ্লক্লে ।
লুকাঙ্গদা তেন্দুনা পৃথ্বী থক থক নিকথরে ॥
মাইগৈ মকম থঙদরে তেমা পুংফুল ফুলথরে ।
যম-না পোক্লরবগুম লানয়াইদবু লৈরক্লে ॥
মগুণ লৈবা রথীশিং মহৈ মহৈ চেমরে ।
অমুবা লিন মতৌগুম তেলোন থক্তা পাইশল্লে ॥

হনুমানগী মশাদা তেম্না ফুইনা থারক্লে।
হনুমান্না রাবসে রাম-চন্দ্র উরক্লে॥
তেঙ্গোন কাইব উবদা রঘুমণি লাউরক্লে।
খুরবানবু শত্রুনা তেঙ্গোন থক্তা থারক্লে॥
তমখিরবা লান ওইরে শগোল শামু তুরক্লে।
খাংবা তমক্রে রথিশিং মহৈ মহৈ চেন্নরে॥
শগোল শামু দোলায়না মপৈ মপৈ তুরক্লে।
যমনা প্রলয় কান্দুদা তৌগুম রাম-না হাংলক্লে॥
লিরুং তেনবু খুত্তা পায় চোংসন চোংসন হাংলক্লে।
রাম-না চোংবা মাইপৈদা প্রোপ প্রোপ হেক্তা তুরক্লে॥
তেন অহন্না তেঙ্গোনশিং অরাববু ওইরক্লে।
নিংথৌ মনাক তমহনা গড়ুরনা থৌজক্লে॥
খুত্থম চেংনা পায়রগা লিরি কম চিংলক্লে।
মৈচাকপগী মতৌগুম রাম না খুংকপ তোইরক্লে॥
তেম্না থাবা কান্দুদা মশা থক থক নিকখরে।
পুক্লিং তপ্না তারোকো পুক্লং লাংবা য়াদরে॥
লুকাঙ্গদ খুদক্তা মাগী দোলায় লৈরক্লে।
চক্ষু শাবা চক্রগুম য়াম্না কম্না লৈরক্লে॥
শুচি মুখি তেন্দুনা রাম না হেক্তা ককথংলে।
জ্ঞানবু তাদে নিংথৌদো লৈবাক থক্তা তুখরে॥
অমুক হন্না তেন কাপ্লে রঘুপতি রাম না।
মবুকলোমদা থাবনা কাওরে নঙ্গল থংবদা॥
বায়ু অস্ত্র কৌরবা রাম-না অমুক কাপ্লক্লে।

অমুক হয়া মবুক্তা থারে মাইগৈ মমথরে ।
কোইচেন চোয় নিংথৌদো ঙাওয়ছন: থুদক্তা ।
তেন অমুকা কাথুনা লিকং তুবং ককইদা ॥
থুয়বানবু কাথুনা মখুং অনি ককথংলে ।
রাম-গী তেয়া থুদক্তা ককপা ঙাকপা ঙমদরে ॥
লৈবাক থক্তা তুথরে মাগী তেঙ্গোন কাইথরে ।
সম্মোহ কৌরবা তেম্লো রাম-না লৌথংলে ॥
মথোঙ অনি ককথংলে মশা ঙাক্তা ঙাইহৌরে ।
মশাছনা চোংঙকপা দোলায় কয়া থুদেক্লে ॥
শগোল শামু কয়াসু মশিং নাইদে হাস্তোক্লে ।
চীংগী মতৌগুম্নবা শামুশিংদো তুরক্লে ॥
শগোলশিংদি য়ামথরে মশিং থাবা ঙম্রয়োই ।
ইনা তংপা নাইদনা তুরেনগুম্না চেন্নকই ॥
চুঙ্গোই থাংবু পায়রবা কোটি অহুম তাওথরে ।
লংজা উমাইবীশিংনা চোংথছনা শামরে ॥
কাক্তি ময়া কাথোক্লে মবুক থম' ঈ থক্লে ।
ঈবু থকপা জীবশিং হয়াওবদা থেংথরে ॥
তেঙ্গোন সভা পূম্নমক ঈনা পূমলুপ লুপথরে ।
প্রভুরাম-চন্দ্রনা কোইয়েং কোইয়েং য়েংলক্লে ॥
মশা অসি কদোমদা লৈপ্রবনো থম্লক্লে ।
কদোমদবু লৈরিবা ঐনা মাবু উদরে ॥
জয় ছন্দ নিংথৌনা ব্রাহ্মণদবু হায়খিকো ।
রাম-না হন্দক কম্নকপা লাচাড়ীদা লেংসিকো ॥

## লাচাড়ি

কৈদৌমুংগী রাশক্ত না, মরোন অহুম ভম্বা ঐনা ;
চিংনদনা ঐনা লাকলম্বকো।
দশরথ অজনচিংবা, ভগীরথ গুণ লৈরবা ;
পূম্নমক্কী গুণ ভাকপা ভমগ্রেকো ॥
ভসি ঐগা লান তৌরবা, মীওই কয়া কয়া ওইবা ;
মক্লপ মপাংনা কয়া ভুরেকো।
শগোল শামু ভুরবদা, করিদৌনি হৌজিক ঐনা ॥
লিরুং তেম্দোং ঈদ তাওখরেকো ॥
নিংথৌ ওইবা ঐহাকসিনা, কৈদৌননি হৌজিকসিদা ;
তেঙ্গানশিংবু ভাকপা ভমত্রবদা।
ঐনা গাণ্ডিব চিংবদা, মরোন অহুম নিকপনিদা ;
ঐ হৌজিক অরেম্বা ওইরেদা ॥
হন্দক্কী লানসিদা ঐসে, লক্ষ্মণ-বু মাওরক্তবসে ;
খুদোংথিবা থোক্লরেকো ঐনা।
নোংপোক মাইগৈবু ভম্লকপা, চন্দ্রকলা লুহোংলকপা ;
মমুভদ্র হাংলিকো লক্ষ্মণ-না ॥
তুমিং থাবু থোকপা লমদা, ভম্বিনববু লৈতেদা ;
মাগী গুণ ঐনা ফংবা ভম্মরোই।
কৈলাসদা মহাদেব, ভম্মী পারিজাৎপু পুরকপা ;
উরবদা সীতানা হয়াওই ॥
মাবু উবা ফংলরোই খল্লুবদা ঐসে রাই ;
করম তৌসিগে ঐনা ভসিদি।

মতমসিদা লাইয়ামশিংনা, লাউরছনা হায় রাম-দা
লান তৌবিয় হন্দকমুক্তদি ॥
ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর, অহুমগী শক্তি হাপচনল ;
কাম্মীরূপা হেক হাত্তোকপিরসি ।
লাইগী রাবু তাররদা, রাম-চন্দ্র খুদক্তুদা ;
শত্তোরে প্রভুনা তেন অহুমসি ॥
খরানথাগী নোংঙম্না, তেন কাম্নরে ফুইনা ফুইনা ;
মশা অহু মচেৎ মচেৎ ককখৎলে ।
অতাংবা লৈবু শাংকুম্না, তাউররেদো শাহুমশিংনা ;
মী-ওইবশিংদি উবদা নিরে ॥
নিংথৌ তুব উররদ, জগোই শাররে রাম-না ;
গড়ুর মশা খম্না চোংঙরে ।
মীগা য়োংগা খুদক্তুদা, চপ মান্না হয়াওখিদা ;
মহৈ মহৈ রাম-বু থাগৎলে ॥
গন্ধর্ব্বনা ঈশৈ শকই, জগোই শাবীনা জগোই শাই ;
লাইয়ামশিংনা লৈ হেক চাইখরকই ।
ব্রহ্মানবু চিংলবনা, হায়দৈ মখুৎ লোয়ছনা ;
ননাই ঐখোই চানবিয় হায়রকই ॥
লাইয়ামশিংনা মুক হায়রকই, ফত্তনা মী লৈত্তে হাই ;
দেশদা অমুক চনবিয়সিকে ।
মুনিশিংবু লোইনছনা, হনবিয়োকো মুক প্রভুনা ;
অযোধ্যাদা অভিষেক তৌসিকো ॥

অয় ছন্দবু নিংথৌনা, পদ লাচাড়ীবু খাইনা;
লেংঙ্ পাপ কোক্লবগী দমক্তা।
নিংথৌগী য়ংথং ফংবদা, লেংঙি ভবাগি নাথনা;
অসিবু লৌবিনি চানদনা॥
শ্রীরাম-গী য়ারী ওইরবা, তাবদা পাপ কোক্লবা;
অমৃত্তদগী হেল্লবা গুণনি।
ইমা লৈবাক্তা লেবাদা, পামজরদবু ননাইনা;
ইজরি ইমা লোন্দা চানবিনি॥

পদ

অহুদগী রাম-না কাইয়াম বিদায় তৌখরে।
অহুদগী লেমহৌবা নিংথৌমচা চঙজরে॥
দেশ দেশ খুদিংদা মঙ্গল খোল্লাউ নিনখরে।
মাইগৈ থন্না লাকপদি মীয়াম পুম্বা ঙকখরে॥
মীনা লিরুং খিংলক্লে চোংঙি য়েংনা হরাওনা।
পাতাল ফাওবা নিনখরে হরাও কুম্মৈ মনিম্না॥
রাম না হায় চংলোকো হনুমন্ত নহাক্না।
যুবরাজ লক্ষ্মণ-না লৈব মাইগৈ তমজুন॥
তম্মুরোকো মাতোম্দা রারম পুম্বা নহাক্না।
তারবদা লক্ষ্মণ-না হরাওসমু খুদক্তা॥
ঐনী মশিং নাইত্রবা তেঙ্গোন সভা অয়াম্বা।

মাংওইনবা খোক্তুনা ওক্রম্মুকো হায়রুবা ॥
তারবদা হনুমান রাম-গী চরণ খুরুম্লে ।
হরাওবগা লোইনবা দোলায় থক্তা তোংখৎলে ॥
য়ৌরে দণ্ড অমগী মতুংদবু হনুমান ।
মণ্ডারকপু খুরুম্মী হঙৎলকই হনুমান ॥
লক্ষ্মণ-না মুক হায়রকই পাউহু তম্মু হনুমান ।
রাম-না মঙ্গল ওইরকপা পাউহু তম্মু হনুমান ॥
মুংঙাইরকপা রাক্ষমদো লক্ষ্মণ ঐনা তানিংলে ।
রঘুমণি রাম-না কয়া লাপ্না লৈহৌরে ॥
রাম-না লাকপ মরমদো মথং শিংনা তম্মুকো ।
শত্রুঘ্নগী মফমদা লক্ষ্মণ-না হায় তারোকো ॥
রামবু লাকই হায়রসে ইমা পুম্বা তাকউরো ।
অমমম্বু চণ্ডহুনা শেংনা পাওবু তম্মুরো ॥

ঈশিং পুনবু থম্না পু হায়য়ু কোম্নুং মুপীদা ।
অজ্ঞা পিরো থোং মরি জয়গী পুংবু য়ৈনদা ॥
অযোধ্যাগী মুপীশিং মঙ্গল ওম্না তৌহল্লু ।
মঙ্গল পিরনবগী ইমাশিংদা থগহল্লু ॥
মতৌ অসুম তৌহনা য়াথং পিরে লক্ষ্মণ-না ।
রারম পুম্বা তাকথরে মমাশিংগী মফমদা ॥
চোন য়ৈববু তাবদা ময়াম পুম্বা থুংলরে ।
শগোল শামু খোংলকপা পৃথ্বী থক থক নিকথরে ॥
উচ্চৈঃশ্রবা দোলায়দো সাজন তৌঃ ফজনা ।
কোকা লুহপ মুক্তানা কচৈ ওকশম অহুদা ॥

মচু মঙাম্না তিল্লবা কিয়ানচুনা নিংথিবা।
খোঙমী লাম্মী অয়াম্বা লক্ষ্মণ নাক্তা থুংলয়ে॥
তয়তনা চিংলবা দোলায় তোংবা থুংলয়ে।
থম্বাল ম-ওং শাল্লবা কিয়াস্তনা ফজরে॥
শগোল মরিনা চিংলকপা দোলায় নোংথাং কুপকুমনি।
শত্রুঘ্নগী দোলায়দো ফজবদা মৈগুমনি॥
দোলায় সাজন তৌরকপা পুক্লিং য়াম্না হরাওনা।
রথিশিংদো লাক'দা লিরি থ্রিঙ থ্রিঙ খিঙচনা॥
মুণিদবু থুরুম্রে অর্জ্জুন-নবু হায়রকই।
মতৌ করম লক্ষ্মণ-না রাম-গী নাক্তা মরাকই॥
ফজরবা লক্ষ্মণ-গী সাজন অতু লিবিরে'।
রাম-চন্দ্র ওকপগী র'রম পুম্বা লিবিরো॥
পদ পদ খুদিংদা অমৃতবু ওইগনি
চিংথবগী সাক্বিবু নিরঞ্জন্না ওইবিনি॥

## লাচাড়ি

অকন অথৌ দোলায় থক্তা, সিংহনাদ লাউনয়েদা;
লিরুং তেনগী মথোম্না নোংগুম্রে।
মক্ত্‌ববু দোলায় থক্ত, হেক তোংখৎলেকো তয়ত,
মাইগৈ মরিমক্তা কোইনা য়েংলে॥
লক্ষ্মণ-গী তেঙ্গোন পুম্বদো, ফজবদা হেক থেংলেদো;
কিয়াম্না বাসুকী লিনওম মালে।

মোইবুং খোংবশিংনা খোংলে, পুংসেন য়ৈবশিংনা য়ৈরে ;
কবিলাস বরাহে পিনাক য়ৈরে ॥
পুংসেনগী মখোয়া নিংলে, য়ারী শানবা তাদরে ;
বন্দা লৈবা উচেক পায়খোক্লে
কোটি অহুম চুপ্নোই শায়বা, মখুত্তা জাতিবু পায়বা ;
লঙ্কামা দোলায় নাক্তা চংলক্লে ॥
শামুভনা লিশিং তরা, তেনহৈবা কোটি তরা ;
লক্ষ্মণ সাজন অশুম তৌই ।
রস খওবা ঈশৈ শক্লে, জগোই শাবা জগোই শারে ;
স্বর্গদগী লাইনা লৈ চাইখরকই ॥
শানবগী মতৌগুম্মা, অবের চন্দন চাইহুনা ;
ইভেনগী নোংলিক চুপ্তম ফজরে ।
ক্ষণ খুদিং ঈশৈ শকইদা, ক্ষণ খুদিংগী জগোই শাইদা ;
ক্ষণ খুদিং সি'হনাদ ল'উখরে ॥
পুংসেনগী মখোয়া নিংলে, পৃথ্বী থুক থুক হেক নিকখরে ;
তেঙ্গোন ধ্বন'না পৃথ্বী নমখরে ।
সিংহনাদ ধ্বনীতন, আকাশসি থনখরেদা ;
পৃথিবীদি নিক্তুনা থাওখরে ॥
থাওবা ওমক্লে পৃথিবীদো, থুদোন অহুম নমখরেদো ;
রাম-বু ওকদবগী লাক্লরে ।
মুংঙাইনা চংলি লক্ষ্মণ-ন, তেঙ্গোন সভা লোইনহুনা ;
লাইয়ামশিংনা উবদা থগৎলে ॥

রাম-গী তেঙ্গোন উবদা, মুংঙাইরক্লেকো লক্ষ্মণনা ;
নোংশাগী লালাউনা খঙহল্লক্লে।
সিংহনাদ তারবদা, রাম গী তেঙ্গোন খুদক্তদা ;
লান লাকলমাল্লে হায়না কাইনরে॥
মহৈ মহৈ কাইরম্বনা, চেৈম্নে তেঙ্গোন খুদক্তুদা ;
উরবদা রাম-না হেক হায়রকই।
ঐগী ইনাওবু লক্ষ্মণ-নি, মগুণ যাম্না লৈবনি ;
য়েংঙু মগুণনা পৃথ্বী নিক্লকই॥
মাগী সিংহনাদ ধ্বনী, তানবদা রাজধানি ;
কাইনরে তেঙ্গোনসে মাংসিদা।
মাগী নোংশা লানলাউদা, নাকোং মরৈ হল্লেদা ;
য়েংঙুদো পৃথ্বী অসি নিকইদা॥
য়েংঙু লোলায়গী সাজনসে ঐগী যুবরাজনিসে ;
থুরুমজো নথুং ঙম্না লোনম্বনা।
নীলকান্তনা হায়রকই, ঐনা নিংবা থুংনিংই ;
যুবরাজদো খঙহনবিরোদা॥
রাম নংগী খোজাম্না, ঐগী নিংবা থুংজগেনা ;
মাগী খেঙগী উফুল লৌজগেনা।
লক্ষ্মণ না মুংঙাইরকপদা, পৃথ্বী থক থক নিক্লক্লেদা ;
ঈথক হৌরক্লেদো সমুদ্রনা॥
খগোল শামু নিক্লক্লে, পৃথ্বীসিস্থ নিক্লক্লে ;
কনানা খঙনি শাওরকপসু রাই।

ব্রহ্মানা হায়বা ভমখিবা, মতমসিদা ঐনা উবা ;
লক্ষ্মণ অসে যমমক্লি থল্লকই ।
রাম-না হায় নিংথৌ নংনা, হিংনিংলদি থুদকসিদা ;
দোলায়দগী কুমথৌ থোঙনা চৎলু ।
নাপল পুবা থাদোকউকো, মাগী নাক্ত' চঙজরোকো ;
লক্ষ্মণ-গী থুওগী হিংগে থল্লু ।
নিংথৌ মচাশিং তাবদা, দোলায়দগী কুমথরোদা ;
পুষ্পরথদা রাম-দা মতাইরে ।
উই যুবরাজ লক্ষ্মণ-না, দোলায়থক্তা রাম দা তাইনা ;
দোলায়দগী থোঙনা চঙসল্লরে ।
রাক্ষক কুরিংপু লিংলবা, থুত্ত পায়রেদো পাতিবা ;
কোক্তা সনাগী লুহপ নিংথিরে
কোটি থাবু ভমজরবা. উবদা রাম হরাওবা ;
দোলায়দগী প্রভুন্ত কুমথরে ।
হরাওবগা লোইনল্লনা, কোমথরে অনি পুম্না ;
ম্না হায়বা হৌরক্লে শ্রীরাম-না ।
নংগীদমক্তা ঐহাক্না, থল্লকই অহিং হুংথিদ্দা ;
হৌজিক ঐগী মাবা কোক্লেদনা ।
নংলে উরগা হুংতাইদো, ঐনা নংবু তা থল্লিদো ;
নংগীসিওবা শক্তমদা উইদো ।
ঐদা লাইবক থিরকপনা, নংবু উবা ফংলেদনা ;
খা অসিমা মানা লেপ্লক্লেদো ।

অহিং লুংখিন্দা তত্তনা, লৈরে নংবুতা থন্মুনা ;
ওসি হেক কোক-ইদা নং উনদা।

লক্ষ্মণ-না মুক হায়রকই, অতংপা লৈত্তনা থম্লকই ;
ঐগী থল্লাইসে পাইখিদোইদা ॥

নংবু থনবা মৈচাক্তুনা, কুচু অসি মুসল্লেদা ;
উদবগী অম্লাবা থাঙবদা।

ঐনা পাপ লৈবা মরম্না, লান্দা হল্লক্‌হৌজ্রেদন ;
ইপাগুনা ঐ রাজবনিদা ॥

করি দেশবু য়্রৌরকপা, কনা কনা থেংনরকপা ;
করম্বা নিংথৌনা তমথিরম্বা।

নিংথৌ কনা লোইনরকপা, লান্দা কনা চঙজরকপা ;
হমিংশিংদা তাক্তগে তশেংবা ॥

রাম-না হায় তারো নংনা, লিরপেকো নংগী ঐনা ;
অহানবদা সিংহজিৎ থেংনরে

মহাদেবগী বৃষভা, মাচদগী পোক্লকপা ;
মিংনা সিংহজিৎ কৌবা লৈরম্লে ॥

মহাকীদি লৈবাক্তুদা, হনুমান্না অহানবদা ;
চিঙিঙ লানবু কম্না তৌথরেদা।

সিংহজিৎপু কারছুনা, পুরকইদে মনমপন্দা ;
ঐগা লোইমন্নুনা লান থেংনৈদা ॥

মাগী মচা কয়ানিদো, ওম্না হেক্তো থংদোক্লেদো ;
অচুদগী ঐসে য়াম্না য়ারে।

অমুদগী হেক চংশনা, য়োরে নীলকান্তপীদা ;
কক্কৈদা মাগী কোম্বুং থাগুল্লে ॥
হায়া রাপকখিবা ঐনা, ভাবো মুয়া লক্ষ্মণ নংনা ;
রামনপ্রভুনা থুংলায় ভাখরে।
পাজন কনবা হনুমায়া, মপা অসি চাওথোক্লেনা ;
ঐগী ইনাক্তা হেক চঙসল্লক্লে॥
সিংহনাদ লাউই মানা, মরোন অহুম নিকখরেদা ;
ইশ-নোংখোংবগুম ওইখরেদা।
রাম্ম পূবা পুরম্বনা, খঙহনবা মতম সিদা ;
হনুমানবু থারকপনি ননাক্তা ॥
য়োরসিকো হৌজিকসিদা, অযোধ্যাদা য়োরকান্দা ;
নিংথৌশিংসে খঙহনগে ঐনা।
মতমসিদা নিংথৌশিংদো, মথুং ভয়া লোম্বরেদা ;
মহৈ মহৈ থুরুম্লে য়েংহনা॥
অমতনা অনি থোকপা, শত্রুম রাখল মামজবা ;
পাঙ্গল নাপল চপ মাননা উইদা।
অমাবু নিংথৌশিংদো, লক্ষ্মণ চরণ থুরুম্মীদো ;
তেঙ্গোন সভা পূম্বা থুরুম্মীদা॥
লক্ষ্মণ-মবু হায়রকইদো, মঙ্গল ওইনি লাউরক্লেদো ;
শ্রীহস্ত থাঙ্গৎলেদো থুদক্তা।
নীলকান্ত উরবদা, লক্ষ্মণ পুক্নিং রারক্লেদা ;
মিৎ ভাপ্লং-ভাহুনা শাওরকইদা॥

খুছুম্না লৈবাক্তা থাই, পৃথ্বী থুক থুক নিঙ্কই;
সমুদ্র ঈপোম হেক্তা হোরক্লে।
কদাইদনো নীলকান্ত, পুন্নক্কউকো হৌজিকলিদা;
মণ্ডক কক্কে রাম-গী মাংদা লাউরক্লে॥
লক্ষ্মণ রাহৈ তারবদা, নীলকান্ত রাথরেদা;
শ্রীরামগী চরণদ হেক খুরুম্লে।
চরণদা চণ্ডিত ননাইনা, অমুক্তদি ঙাকপিয়ুনা;
তমথিবা লক্ষ্মণ-গী তেন্দা হায়জরে॥
শ্রীরাম-গী ইতিহাসবু, ওহরে তাবা পাপ কোকপবু;
তাব শোনবদা পুণ্য চেনগনি।
শোইরোই স্বর্গ কংলগনি, রাম গী চরণ নিংজপনি;
পাপকী সমুদ্রদগী লানগনি॥

## পদ

নিংথৌ ভক্তি তৌজবা তারবদা রাম-না।
খুনা য়াংনা চণ্ডসম্রি লক্ষ্মণ মখুং পারথিদা॥
শাওরগনু ইবুংঙো ইকোক চাবা শকচনি।
চণ্ডজরকপা মীশকপু হাৎপা তৌহৈদবনি॥
ঐনা মাবু কল্লগে কিহল্লনু নহাক্তা।
নংগী তেন্দো থুদেকউ ঐগা ইমাং অসিদা॥
চরা হেনবা ঙম্রবা রাশক ঙাকপা ইনাওনি।
ইন্দ্রজিৎপু হাত্তুনা সীতা পিবা ঙম্বনি॥

ঐনা থন্দা চৎথৈদা ইতুং ইনবা মহাক্কি।
নোংপোক মাইইগে ওমহনা ঐনা ইমায় পাকপনি॥
চামা পাকপা সমুদ্র নপাঙ্গমা থিংবনি।
লানবু ওম্মত্তুবদা নমিংতনা ওয়নি॥
নাগ পাস পুনবা কান নমিংতনা চেনখিদো।
নমিং লাউবা কান্দুদা লানবু লাইনা ওম্মীদো॥
লক্ষ্মণ-না মুক হায়রকই মথা তাথবিরম্ম।
নাগ পাস কমদোৌবা লিরো অতৈ হায়রম্ম॥
রাম-না হায় তারোকো লিগে পুক্কিং হরাওনা।
পয়াদগী নোংচুপ্তা শঙ্খচুড় হায়হনা॥
পাঙ্গল কনবা অমগা ঐগা লানবু তৌরম্মী।
পয়া লানবা কান্দুদা স্নান পূজা তৌরম্মী॥
অঙাং মতম ওইরিবৈ শায়ববু চৎথৈদা।
মাগী শাগল থুদেকপা নংগী নখোঙ নামনা॥
অহুগীদি মলোম্মা হন্দক ঐগা লান তৌই।
হনুমান চিংলবা মাগী লান্দা ছুরকই॥
নাগ পাস খুৎলায়না ঐবু থিনা পুনম্রেদা।
গড়ুরগী শক্তিনা কারনতা ওমম্রেদা॥
যোজন তরা মরিবু শাংঙ নাগ পাসনা।
ঐঙোন্দবু য়ুৎসনবা চৌংবু হেম্না চাওইদা॥
লিলবু শিংন কাম্মকপা রা রা হেক্কো কাইরেদো।
সারাথবু গড়ুর লোইনহনা পুম্রেদো॥
নাগ রাজ নিংথোনা রামা হেক্কো হায়রকই।

নংগী নমিং শোল্লু হায় সিংহনাদ লাউরকই ॥
পাণ্ডিববু ঐহাক্লা পায়রে তেনবু শৎলেদো।
নংগী নমিং হায়রুনা সিংহনাদ তৌরেদো ॥
নমিংদবু পনবদা কিরহুনা চেনখরে।
নমিংদনা য়েক্লবা কিরহুনা চেমরে ॥
মখুং পায়রে চিংখংলে দোলায়থক্তা ফম্মীরৈ।
দমা রৈরে নিনখরে দোলায়থক্তা লেংমিরৈ ॥
দগু অমগী মত্নুংদা অযোধ্যাদা য়ৌরক্লে।
দোলায়দগী কুমখরে রাম লক্ষ্মণ চগুক্লে ॥
মখোন সুংশিরবনা মঙ্গল ধ্বনী লাউরক্লে।
রাম-বু উবা মতমদা প্রজা পুম্বা হরাওরে ॥
কাংশি করতান অমদি দামাবু রৈনরে।
সুংশিখিবা মখোয়া অযোধ্যাদা নিনখরে ॥
লাইবক ফবাশিংহুনা মঙ্গল পূজ তৌখরে।
ময়ামগীদি ময়াইদা রাম লক্ষ্মণ ফম্মরে ॥
পাত্র মিত্র থৈবিক্লা মাইগৈ মরি লেপখরে।
চেদা য়েকপা লাইগুমা য়েংবদবু নিংখিরে ॥
রাম-না হায় হে লক্ষ্মণ রামা হায়গে তারোকো।
করম্বু সুমিত্তা অভিষেকপু তৌনিকো ॥
পণ্ডিতশিংনা ওম্মরোই নংগী য়াথং নত্তুনা।
নিংথৌ মচা পুম্মক নংগী নখা পোল্লিনা ॥
য়াথং ওয়া পিখরে ময়াম অসি খণ্ডনবা।
নংগী য়াথং কনানা হিক্তোকপবু লৈগবা ॥

লক্ষ্মণ-না মুক হায়রকই রঘু নংগী কৃপানা।
মেঘনাদ মনুভত্র হাংলিবনি তরাইনা॥
পুক্নিং তপ্পা ঐভোন্দা য়াথং হেক্তা পিবিনি।
চাবা থকপা পুম্বগী ভরতদা পিবিনি॥
অক কক্তা পুম্নমক শত্রুঘ্নদা পিবিনি।
পুম্নমক্তা য়েংশনবা হনুমান্দা পিবিনি॥
লনগী জাংতা কুবের তাকপিগনি প্রভুনা।
যমনা চন্দন পায়সনু লৈ পায়হনসি মুংশিংনা॥
বিভিষণবু নহাক্কা পানা য়েন্নু সভাদা।
নলনিল গয় গবাক্ষ জম্বুবান নখোইনা॥
শত্রুঘ্নগী তুং ইন্নু নখোই পুম্বা অসিনা।
খৌ-ওইদবা য়াওরকপ নিংখৌ মচাশিংসিনা॥
মতিক চাবা দণ্ড তৌ পাতাল তাম্না ইনথখো।
ইপা ইমাশিংহুগা মাম্নবনি থল্লুকো॥
ব্রহ্মানবু চিংলবা দেব সভা শুরেকো।
ঐগী য়ুথং ইন্দ্রবা মীদো মথুং ককউকো।
শোরারেনবু ওইসনু হিংচাবশু ওইসনু।
রাম-গী মকম অসিদা নাপল তোব মাংসনু॥
ইম্না হম্না লাউরিসে তাহৌরোকো নিংথৌশিং।
যমবু য়ৌজগনিকো নাপল তোবা য়াওবশিং॥
রাম লক্ষ্মণ অনিগী গাণ্ডিবসে উগনি।
পৃথ্বী অসি থমথিগে পাতাল কাওব তম্বনি॥
পানথংলকপা মণ্ডানি পানবা মুমিং অসিদা।

অভিষেকপু ভোগনি হায়রিববু হুমিন্না ॥
হায়রম্নগা লক্ষ্মণ-না সিংহনাদ লাউরক্লে।
রঘুমণি রাম-সু সিংহনাদ লাউরক্লে ॥
অযোধ্যাদা লৈবা মী ভম্না হেক্তা লাউখরে।
নিংথৌ মচা পুম্নমক তারবদ মিপাইরে ॥
হায়নরকই নিংথৌশিং পুন্ন তীর্থ মকমনি।
মকমসিদা য়ৌরকপ ঐখোই লাইবক কবনি ॥
স্বর্গ মর্ত্ত্য পাতালকাও নিমন্ত্রণবু ভোথরে।
দেশ দেশ খুদিংগী নিমন্ত্রণবু তৌথরে ॥
সভাদগী হৌগৎলে রাম লক্ষ্মণ অনিনা।
নিংথৌ মচা কয়াসু লৈক্তম ভম্না শিরৈদো ॥
মতৌ অসুম হুংঙাইনা অহিং অসি লেনখরে।
অহিং মতম লেপ্পুনা নোংঙানববু ওইখরে ॥
রাম চন্দ্র হৌগৎলে মমাই মমিৎ তাখোক্লে।
পুক্লিং রাম্না শেংহনা সূর্য্যদেব খুকম্লে ॥
জানকীবু য়েংহনা য়াথং পিরে প্রভুনা।
থুনা য়াংনা লক্ষ্মণ-দো কৌরু চৎলু নহাক্না ॥
থোংদা য়ানবা পুংজাওসে লক্ষ্মণনবু য়ৈহল্লু।
শা-উচেক্না চিংলবা পুম্নমকপু খঙহল্লু ॥
চিংঙৈ চাবা লোইহল্লু কোমুংগীদি মীয়ামশিং।
সনা ফিগে শেংহল্লু কোমুংগীদি হুপীশিং ॥
কমগদবা জাগাদা কবুংগী কি থাগনি।

মগুণ লৈবা সুপীশিং অহুদবু ফমগনি ॥
সুপী লিশিং অমনা নংগী সেবা ভৌহল্লু ।
লক্ষ্মণ-গীদি সুপীস্তু সেবা লিশিং ভৌহল্লু ॥
সনাগী আসন মথক্তা ফব্রংগী মোন থাগনি ।
নথোইনিনা ফম্লগা মঙ্গলগী রা' খনগনি ॥
জগোই শাবী শাহল্লু ইশৈ শকপী শকহল্লু ।
মভৌ অসুম কোম্নুংসে মঙ্গল ওয়া ভৌহল্লু ॥
হায়রিবসি ইন্দ্রবা অহুগুম্বা মীশক্তো ।
শোইরোই মহু লক্ষ্মণ-না মগুক হেক্তা ফকনিদো ॥
ভায়বদা জানকী চিংথৈ হেক্তা চৎলক্লে ।
লক্ষ্মণ-গীদি লৈফমদা চিংথৈ হেক্তা থুংলয়ে ॥
মতমসিদা লক্ষ্মণ-দো ভুম্লহনা লৈরম্মী ।
সীতানা খুৎ পায়রগ নোমহনা হৌদোক্লম্মী ॥
খুদক্তুদা লক্ষ্মণ দো মীকপ থোকই হৌগৎলে ।
জানকীবু উবদা পুক্লিংদবু ইকাইয়ে ॥
উর্ম্মিলাস্তু পুক্লিংদা সুংঙাই হেক্তা হৌগৎলি ।
জানকীবু উবদা থুক্লমহনা হৌগৎলি ॥
খোঙনা চিংথৈ লেংলকপা ফয়স্বা রা লৈরকই ।
সীতানা মুক হায়রকই রাম-গী রা পুরকই ॥
পঞ্চ শাব্দি পুংজাওসে যৈয়ু য়াথং পুরকই ।
ময়মহুগী ঐহাক্তা নংগী নাক্তা ময়াকই ॥
রাম-গী নাক্তা চিংথৈ হেক লক্ষ্মণ নংনা চৎলুকো ।
ঊর্ম্মিলা মং চৎলসি ঐগী নাক্তা য়োসিকো ॥

লক্ষ্মণ না উর্ম্মিলা চিংঙৈ সাজন তৌসিকো।
হায়রুরগা লক্ষ্মণ দো চিংঙৈ ঈশিং চাইথৈবকো॥
কুশাসন্দা ফম্নগা মন্ত্র শোনবা লোইখরে।
সনা'কাগোক মুংদগী পানা খুদপ লৌরক্রে॥
চন্দ্রকলা খুদক্তা মবুংতোদা ইনখরে।
নোকচরেলো জানকী লক্ষ্মণ মুক হায়রক্রে॥
চন্দ্রকলা উবদা লক্ষ্মণ অদো নৈথোকখি।
মতোক লৈশিং পাল্লবা অমস্তনা লোক্রকখি॥
সূর্য্যবংশ' লোকলগি চুমদবগু চৎলেমা।
চন্দ্রকলা হায়খীনা লুনা তৌবা হেল্লিনা॥
উর্ম্মিলাগী মকমদা থম্ব রাংনা থোকইনা।
খণ্ডেও লাইগী নিংতোম্মী মায়া হেল্লি মহাক্না॥
অকনবদা লৈত্রবা লাইনা পুক্লিং গুমখিদা।
লক্ষ্মণ-না অমুক হায়রকই জানকীগী মকমদা॥
ননাই ঐগী থম্বাইসে হিংহল্লিদো হৌজিক্তি।
রাইগী মৈগুম চাকহইলো উত্রখদা ঐহাক্তি॥
মাগী মমিং অনিনা য়েংবদমা ভাওইদো।
সুংতাইজবা ঐহাক্কী রায়ম পুম্বা হায়ব্রেলো॥
রায়ম অসে রাম-দা তম্বীরুবা য়াদেকো।
হায়রম্নগা লক্ষ্মণ-দো রাম-গী নাক্তা চৎলেকো॥
জানকীদি লৈহৌই ফলাগীদি মনাক্তা।
চন্দ্রকলা নহাকসে মন্ত্র মাম্না হৈবোইদা॥
তমহৎপগু তমনা শামুক্তা পুম্লেনা।

অনত্তগী মশকনা ওইরকলবা লক্ষ্মণ-দা ॥
করম তৌনা নহাক্না মনিং থুংহল্লিবনো।
থৌরাং হৈবী নহাকী নগুণ করম হায়সিনো ॥
চন্দ্রকলা হায়রকই ইমাশকপী থজরে।
ঐস্তু থভকৈ ইবুংঙো রাম-না কনবা উরে ॥
লক্ষ্মণ কৌবা ননাওদি কাপ্প্ল ভরেং রাংবনি।
রঘুপতি রাম-দি কাপ্প্ল ভরা রাংবনি ॥
সংসারবু শেমগৎপা পাপীশিংবু কোৎথংকপা।
অহুগুম্বা ইবুংঙো লাইনা সেবা তৌবিবা ॥
নগুণ লাইনা হেনগ্রেদা মহৈ মহৈ হায়নরে
মনাই ভুপী কয়াগা রামগী নাক্তা হল্লক্লে ॥
যুবরাজ লক্ষ্মণ-সু রাম-গী নাক্তা থুংথরে।
দণ্ডবত প্রণাম তৌদুনা রাম গী চরণ থুরুম্লে ॥
রাম-না হায় লক্ষ্মণ নং চৎলু রামগী মনাক্তা।
লক্ষ্মণ অদো চৎলক্লে সমজগী মনাক্তা ॥
যুবরাজ লক্ষ্মণ-বু উরবদা থুরুম্লে।
যুবরাজ লক্ষ্মণ-না পঞ্চ শক্তি য়েংথরে ॥
ক্ষণ অমগী মতুংদা প্রজ ডম্না থুংলরে।
মন্ত্রি মকোক ওইবনা চানা হেক্তা থুংলরে ॥
মডারকপু থুরুম্লে মথুং ডম্না লোম্নরে।
মথা তাবা মন্ত্রিনা লিশিং অমা থুরুম্লে ॥
হনুমন্তনচিংলবা মথুং ডম্না পাইবিরে।
শীরাম পুবা হরাওরে জগোই শামিন্নরক্লে ॥

শিঙ্গা বংশী খোংলক্লে শরিক ঘটা খিংথরে।
মাইপৈ মরি চোল ঙৈয়রে ভুং ভুং হেক্তা নিম্নক্লে॥
পুণিমাগী থাজগুম কম্মী সভা ময়াইদা।
লাইয়ামশিংগী ময়াইদা শোরারেম্না ক্ষমগুম্না॥
লৈরেংবীবু কাংবুনা য়েন্দাই থম্না পুরক্লে।
লৈগী পরেং অয়াম্বা মীপোং মীপোং পুরক্লে॥
সারথি সুমন্তনা লৈপরেংদে থাংজল্লি।
শত্রুঘ্ননা লৈপরেং লক্ষ্মণ দবু কংসল্লি॥
নিংথৌ মচাশিংহুনা লৈসে ভম্না য়েনথরে।
মৈনা ধূপকা লোইননা ময়াম অসি ওকথরে॥
নিংথৌ মচা পূর্ণমক পানা ভম্না য়েনথরে।
যুবরাজ লক্ষ্মণ-না নোল্লুক্না হায়রক্লে॥
নতিক নগুণ চাওরবা নিংথৌ মচা ভাক্তনি।
ঐদি করি খঙত্রিবা অভাং ওইবা লক্ষ্মণ-নি॥
ঐগী ঐগী কর্ম্মনি হায়না ভম্না থনবিবা।
লাইগী সভা থুদক্তা লোইনহুনা থুংলবা
মতমসিদা শোরারেন মহাক্নবু থারকপা।
লাই সভাদা হায়বসে সনথোংদা থুংলবা॥
খোংগী থবক পুরিবা অঙ্গদগা থেংনরে।
অঙ্গদনা পুহুনা লক্ষ্মণ নাক্তা থুংলরে॥
সভাশিংবু অহুনা মখুৎ লোমৈ হঙ্গৎলে।
মাগুব খল্লু হায়হুনা লাইনা ঐখোই থারক্লে॥
লক্ষ্মণ-না মুক হায়রকই য়েংঙু সিদা খল্লোকো।

ময়োন অহুম চয়বা ফজনবু থম্লুকো ॥
মুঙ্গী ওইয়ু লিক্লাইনা মণি মুক্তা য়াম্লোকো ।
মণিতগী মণ্ডাপ্পা মাওথসি ভানহন্নুকো ॥
মাওথ চিথেক মন্নিদা হুম অময়ম শ'ত্রোকো ।
অক কত্তা মীয়ামদো মীশিং কয়া কমনিকো ॥
মণি হকপা মনাগী সিংহাসনবু শেম্মুকো ।
কমকম লিশিং অমবু নিংথিজনা শেম্মুকো ॥
মীনা য়েংবা ওয়বা তক্ক তক্ক শেম্মুকো ।
মকম মকম থুদিংদা তক্ক তনান শেম্মুকো ॥
লক্ক তয়া থোংফনা কাংলু মীবু চঙনবা ।
থোং মরিদি অথোইবা কাংলু লাইবু চঙনবা ॥
সভাগীদি কাংলুপা হায়রিবসি শেমথরে ।
উরবদা লক্ষণ-না পুক্নিং য়াম্না হরাওরে ॥
জয় হন্দ কৌরবা পুণ্য চেনবা নিংথৌনি ।
য়োক্তগী থুগায়য় অভিষেকী বারীদি ॥
য়াথং কংলে ভবাণী পদ ওইনা লে'ঙকই ।
পাণ্ডগীবু লামবা ইতিহাস ইরকই ॥

## লাচাড়ী

লিপে ধনঞ্জয় ভারোকো, মাঙবতো সনাওয়িকো ;
শেগা লোইরে মী চঙবা হৌরেকো ।
কয়ামরুম হাথনি ঐনা, ভারোকো পুক্নিং তপথনা ;
শ্রীরাম-লক্ষণ-গী বারীনিকো ॥

সমুদ্রগী লৈঙোই মশিং, খিবা করম ওয়ি মশিং;
হন্দক্কী মীসে অচুগুম্বনি।

শোয়ারেন ঐরাবত তোংলে, পুক্কিং য়াম্না হয়াওরক্লে;
লোইনবা মচানা জয়ন্তনি॥

লমথুম্বু তোংওক্লেদা, সরস্বতী ইবেম্মনা;
ভাকিযাংবু তোংওক্লে গঙ্গানা।

মৈ কৌববু লাই অচুনা, লাক্লেকো হামেং তোংচুনা;
মাগুবকী খোংজিন্দা লৈরে মানা॥

বরুণ কৌবা লাই লাক্লেনা, মীনা সেবা তৌরচুনা;
কুবের লাক্নুনা থুংলরে।

মণদম্বা তোংলক্তনা, লাক্লেদা মহাদেবনা,
নোংশা তোংচুনা দুর্গানা ইল্লক্লে॥

য়াহোংখক্কা তোংওচুনা, লাক্লে অকনবা কার্ত্তিক অচুনা;
গণেশনা উত্তিনবু তোংওক্লে।

হংসরথবু তোংচুনা, ব্রহ্মা হেক্কা থুংলরেনা;
ব্রাহ্মণী মাগী সেবা তৌরক্লে॥

ইয়োই তোংওক্লেদো যমনা, থুনা য়াংনা য়োয়ক্লেনা;
যমগী মনাই কয়াগা লোইনরে।

শচী তোংলে সুংশিং লাক্লে, অভিষেকীদমক য়োয়ক্লে;
মাইগৈ তয়াগী লাইশু য়োরক্লে॥

অয়াম্বা মুনিশিং লাক্লে, মীগী জাৎশু লোইনা লাক্লে;
বিদ্যাধরী গন্ধর্ব্ব কিন্নরে।

ডাকিনী যোগিণী হায়বা, নক্ষত্রনবু চিংলবা ;
মাগুবকিবু থোংজিল্লা থুংলরে ॥

অহিং সুংখিল মিকুপ ক্ষণনে, মহৈ মহৈ থুংলরেনে ;
জগোইশাবী কয়াশু থুংলরে ।

হিংচাবশিং লোইনহনা, বিভিষণদো লাক্লেদনা ;
সুংশিবা ইশৈগা লোইনরক্লে ॥

য়োংগী সভা অয়াম্বদো, মতমচুদা থুংলরেদো,
থোংজিল্লা ভয় হেক লৈনরক্লে ।

কাশীরাজ হায়বা নিংথো, বীরসিংহ হায়ব নিংথৌ ;
লগ্নজিত বিধর্ব্ব সুদাম লাক্লে ॥

মাতঙ্গ সাগর নিংথৌনে, লক্ষ তরা লোইনরেনে ;
দোলায় শগোল অভৌবা ভাক্তনি ।

অভৌবা দোলায় তোংলহনা, লক্ষ্মধর মতমচুদা ;
লাক্লে যোগবুং হেক্তা থোংলকপনি ॥

সনাগী দোলায় তোংলেদো, বর্ণভূগী চা অদো ;
তেঙ্গোল লক্ষ মাপনগা লোইনরকই ।

বীরভদ্র নিংথৌ অদো, সনাগী দোলায় তোংলেদো ;
তেঙ্গোন অক্ষৌহিণীগা য়াওরবই ॥

যোগেন্দ্র কৌবা নিংথৌ অদো, সনাগী দোলায় তোংভিদো ;
হেক উবা আকবগী মশাক্ল ।

কালজিত সেনাপতি, মাগী দোলায় অমুবনি ;
য়েংবদা অকিবগী মশক্লি ॥

একপদ কৌরবদো, দোলায় অঙোবা তোংলক্লেদো ;
তেঙ্গোল লিশিং অনি লোইনরকই ।
নোংপোক মাইগৈ নিংথৌদো, চিংথদন লাক্লরেদো ;
পৃথ্বী অসি থক থক হেক নিক্লকই ॥
লাইবু লাকই তারবদা, রঘুমণি য়েংলক্লেদা ;
সনাগী সিংহাসন্দা ফম্নগা ।
মনাও অহুম লোইনচনা, শোরারেনগুম ফজরেদা ;
মাগুবনা মাম্লে অমর সভাগা ॥
থোংদা নিংথৌ মচাশিংগা, লাইয়াম থৈবিক লোইনরগা ;
রাম-না মঙ্গল ওইরে পুমনিন নিম্লে ।
উরবদা অঙ্গদদা, হায়রক্লেরো মাতুলিনা ;
মথুং অনিবু হেক লোম্নরক্লে ॥
থোংজিনসিদা লাইয়ামশিংনা, ফৌরক্তুনা কৈনরেদা ;
মরোন অহুমগী মী লাই গুরেদো ।
রাম না জয় ওইরে নিল্লিবা, চঙণদবগীবু তৌরিবা ;
রাম-গী চরণদা হঙ্গংপিসিদো ॥
রাহৈ পুম্বা তারবদা, অঙ্গদদো চঙক্লেদা ;
শ্রীরাম গী চরণদা হঙংলরে ।
রস পাম্বা জয় ছন্দ, পুক্লিংনা রাম-গী চরণদা ;
যত্তনবু তৌনা থুরুমজরক্লে ॥
মগুণ কৈবা ভবাণীদা, পুক্লিং চঙনা হায়রক্তুনা ;
নোংমগী সনা ভাঙ্গা তরা পীরে ।

তায়ো তায়ো ব্রহ্মা নংনা,  পাল্লুগী লায়বা ওইনা ;
রাম-গী ইতিহাস ইসি হায়রে ॥
ঐসে নিংথৌ অমনিকো,  প্রজা পুম্বগী ওইরিকো ;
চুমিৎ খুদিংগী পাপ তোরেকো।
ঐন: গুণ কয়া পাম্মুরেকো,  মরমতুন' পাপ লৈরেকো ;
রাম-গী চরণ সেবাদি পামকৈকো ॥

### পদ

রাম-চন্দ্র তাবিয়ু অঙ্গদন' হন্জংলি।
থোংগী মপান অসিদা মীগা লাইগা লৈজরি ॥
পৃথিবীদা লৈরিবা নিংথৌ ময়াম শুরেকো।
চণ্ডহম্মনা ময়ামসে থোংদা ভয়া থেলেকো ॥
তায়বদা য়েংজরে ভরত মাইগৈ তমতুনা।
ভরত বীর হোৌগংলে ইঙ্গিৎ অস্থু কংবদা ॥
ইঙ্গিৎ কংলে লক্ষ্মণ-শত্রুঘ্নদা হায়রকই।
মহাদেব পুরকউ অহানবদা হায়রকই ॥
রাহৈ অসি তাবদা শত্রুঘ্নদো চংলক্লে।
মীয়ামগীদি মনিয়া পৃথ্বী থক থক নিকথরে ॥
পুংগী সেনগী মনিম্না আকাশসি নিনথরে।
সমুদ্রগী ঈশিংদো জুরার হেক্তা কাররে ॥
মীগা য়োংগা পুন্নগা সিংহনাদ লাউরক্লে।
রাম লক্ষ্মণ জয় ওইরে হয়া হয়া লাউরক্লে ॥

মওং অসি উবদা লাইয়ু মশিংনা হায়রকই ।
কিখিবনা নিক্তুনা মহৈ মহৈ হায়রকই ॥
তাবিয়ুকো হে ব্রহ্মা হন্দকসিদা লাকপসে ।
ত্তমখিরবা লক্ষ্মণ-গী মথুত্তবু লানবিসে ॥
লক্ষ্মণ মাগী থবক্তি হন্দকীসে থঙত্রেকো ।
ঐনা ঐনা তৌজবা ফত্রবাদ মাংনিকে ॥
ব্রহ্মলোক দেবলোক কৈলাশলোক শুরেকো ।
রাম লক্ষ্মণ-গী সেবা ঐখোই পুবা তৌসিকো ॥
দুর্গা ব্রাহ্মণী অমদি সরস্বতীনা চিংলবা ।
সীতা উর্ম্মিলাদবু হে গন্দর্বনি সেবা ॥
মীনি হেক্তা থনবদা নখোই ঙম্মা কম্মোইকো ।
রাহৈ রাতা থুদিংগী নখুৎ ঙম্মা লোল্লুকো ॥
খোঙইদবা তোরাদ নখোই ঙম্মা কম্মোইদা ।
খঙব ঙমদে ঙসিদি রামগী সভা হুসিদা ॥
হায়ন হায়না লাকপনা মাগুব হেক্তা য়ৌরক্লে ।
চঙঙমদাইদা ময়ামসি দোলায়দগী কুমথরে ॥
রাম-লক্ষ্মণ অনিত্ত দোলায়দগী কুমথরে ।
লেংবিরক্লে লাইয়ামশিং তরাম তরাম কৌরক্লে ॥
মহাদেব চঙসাল্লে অতানবদা কোম্বরে ।
ব্রহ্মানবু চিংলক লাইয়াম ঙম্মা কোম্বরে ॥
মহাদেবনা হ য়রকই রাম লক্ষ্মণ লেংসল্লো ।
উজরগে সভাগী ময়াইসদা ভানবিরো ॥
মহৈ স্নাম্লে ওসিদি নখোইনিবু উজবা ।

লাইরাম্বশিংদা নিনশবে হয়াও পুংখোন নিম্নকপা ॥
মীওইবগী হয়াওবা পুংখোম্নস্থ নিম্নক্লে।
অযোধ্যাগী মীশিংদো নাকোং শুম্না য়ৈশল্লে ॥
য়াঙাংনবা ভাদয়ে নাকোং মরৈ কম্নক্লে।
কণ খরগী মস্থুংদা রাম লক্ষ্মণ কম্নরে ॥
মহাদেবনচিংলবা লাইরাম স্তুতি তৌরক্লে।
খুরুমজরি হৈবুংঙো ঐখোই পূম্বা চানখিরে ॥
ওমকত্রবা জগৎনা রাম-লক্ষ্মণ অনিনি।
খুরুমজরি হৈবুংঙো রঘুবংশ খোইবনি ॥
খুরুমজরি ঐখোইনা অভাংববু লক্ষ্মণ-দা।
রাবণ নিংথৌ হাৎপিবা খুরুমজরি রাম-দা ॥
খুরুমজরি হৈবুংঙো তারকাবু হাৎপিবা।
খুরুমজরি লক্ষ্মণ ও মঙ্গভদ্র মাংহনবা।
দণ্ডবরি অস্থম্না লৈসি লৈখোন ভৌখরে।
স্তুতি তৌবা তাবদা রাম লক্ষ্মণ পেনখরে।
শিব ব্রহ্মা খোয়ায়েন মথংশিংনা কোনখরে।
মণি হকপা মনাগী আসন থক্তা কমহল্লে ॥
শিবগীদি মকমদা কমকম হাম্না পিখরে।
ব্রহ্মানবু চিংলবা কমকম হুম্না পিখরে ॥
মস্তিক চাবা মীশক্লা মনা কমকম পিখরে।
লৈ পল্লেংনচিংলবা ধূপ লোইননা কংখরে ॥
লৈবু কংবা খুদিংগী রাম-গী মঙ্গল লাউখরে।
রামগী সভা ময়ামদো মত্তৌ অস্থম ফুংজাইরে ॥

দুর্গানবু চিংলবা সীতাদবু খুরুম্লে।
শিবনবু ভাকখিবা মতুং ইন্না খুরুম্লে॥
রাজাং সুংশি সুংশিনা লৈশি লৈথোন ওইখম্লে।
জানকীনা মখোইদো মক্ষম চানা ফমহল্লে।
মীপুম তিংনা ময়ামদো ভুম্ন হেক্ত ফমজনখি।
ময়াম অসি তিল্লগা রারী রাতাই শানখি॥
চন্দ্রকলা শচীগা সুংভাই-বু ফাম্মৈম্লে।
লাইগী সুপী থৈবিক্কা ররী রাতাই শামীম্লে॥
অত্তদগী লক্ষ্মণনা মা হায়ববু হোৎল্লে।
লাইয়ামশিংদি ভুসিদি চঙবিখরো হায়রক্লে॥
ঐখোইনিসু ভুসিদি পোথাজককরগেদা।
দেব সভা থৈবিকসু রাহৈ অসি তাবদা॥
লাইসু মীসু পুম্নমক বিদায় ভুম্ন তৌনরে।
রাম লক্ষ্মণ আনসু শঙ্গাই তাম্রা চঙখরে॥
পঞ্চশক্তি য়েত্থনা মীয়ামশিংসু হনখরে।
মাচন মনাও মরিসু শঙ্গাইদবু পোথারে॥
ব্রাহ্মণীনচিংলবা সাতা বিদায় তৌনরে।
ইবেম্মসু চন্দ্রকাথ রামগী নক্ত হাঙ্গরে॥
চন্দ্রকলা উর্ম্মিলা লক্ষ্মণ নক্ত যোখরে।
মখোই অনি চঙজকই শ্রীচরণবু খুরুম্লে॥
সনাগী খুজাই চিম্নাইবা ঈশিং খরা হৈরক্লে।
চন্দ্রকলা চঙসল্লি লক্ষ্মণ চরণ শেংদোক্লে॥
চাবা থকপা লোইহনা শয্যা থক্তা চেপখম্লে।

পান থুদপ প্রভুনা চন্দ্রকলা কংখরে ॥
মঙৌ অসুম তৌহনা অহিং খসি লেনখরে।
নোংজাম্বা কান্দুনা সূর্য্য নারাণ থোরক্লে ॥
প্রভু মরি হৌগংলে স্নান তৌবা লোইখরে।
অমকপবু লৈতনা সূর্য্য দেব খুরুম্লে ॥
ইত্ত পূজা লোইশরে অমত্তা ওইনা লিরেকো।
পুংসেন যোইবুং পাংলক্লে মহৈ মচৈ লাক্লেকো ॥
লাইগী কাংলুপ অমদি মীগী কাংলুপ থুংখরে।
পুংগী সেনগী মনিম্না ডুংডুং ডুংডুং নিনখরে ॥
রামগী মাইথোং নোংপোক ওন সিংহাসনদা ফমখরে।
ওই খংববু নাকন্দা জানকীনা ফমখরে ॥
শিব লাক্লে থুদক্ত ইরোই খক্ত ভান্দুনা।
লাইয়াম হেক্তা লাক্লে মগী মাগী বাহন্দা ॥
মহাদেব মহাকী সিংহাসনদা ফমখরে
নোংপোক খংবা মাইথৈগেদা মথক মথা ফমখরে ॥
ব্রহ্মা মাগী কমকমদা চণ্ডসন্দুনা ফংখরে।
গায়ত্রীবু ব্রাহ্মণী মাগী খোংগক তাংখরে ॥
পাম্বোম ভরা পাম্বরী দুর্গা দেবী ফমখরে।
লাইগী দুপী শুণ লৈবী মহৈ মহৈ ফমখরে ॥
মথক মথা নাইদুনা লাইগী সভা ফমখরে।
নিংথৌ মচা কয়াম্প্র মথংলিংনা ফম্লক্লে ॥
মণ্ডবসিগীময়াইদা সনাগী পুল ফম্লরে।
খোকলুরসি ঔখিংসে হায়না লক্ষ্মণ লাউরক্লে ॥

লাইনা হাম্না চৎপিয়ু চক্ষু অসি পুন্থনা।
ভুংদা মীমা চৎপিয়ু মথং মনাও নাইহ্নুনা॥
অযোধ্যাগী মীশিংনা ভুংওইননা চৎলুকো।
মুংঙাইনবু মীয়ামসে মথং মথং চৎলুকো॥
জগোইশাবী পুংয়েবা লাইরেকপবু য়াদেকো।
প্রভু রাম-গী থৌগল্লি পংনা পংথোক থোকওইকো॥
শুনরৈয়ু পুংগী জাৎ হরাওবগা লোইননা।
চক্ষু থম্না শোল্লগা থম্মু রাম-গী মমাংদা॥
মণিয়ুম্বী মভোম্দা ভাল্লবা মৈ থাল্লুকো।
লম্বী চৎপা মতমদা সনা লুপা চাইয়ুকো॥
ব্রাহ্মণশিংনা পেল্লবা দানবু য়াম্না তৌসিদা।
মভৌ অসুম তৌহ্নুনা য়াথং পিরে লক্ষ্মণ-না
লাইগী কাংবু হৌগৎলে থুনা য়াংনা চৎলক্লে।
ভুংদা নিংথৌ মচাশিং চিংঙৈ হেক্তা চৎলক্লে॥
সনাগী পুল পায়হ্নুনা মহৈ মহৈ চৎলক্লে।
নাগ নিংথৌ লোইননা নাগশিংসু চৎলক্লে॥
পুংগী সেনগী মনিল্লা পৃথ্বী থক থক নিক্লক্লে।
লুপীশিংসু চৎলক্লে ইশৈ শকই হরাওরে॥
মাইগৈ অমা ফুনথরে ঈশিং শোকপা চৎপদা।
শ্রীশত্রুঘ্ন ভরত মথোইশিংগা লোইনৈদা॥
মহাদেব ব্রহ্মানে শোরারেনসু য়াওরক্লে।
পুক্লিং য়াম্না হরাওনা মহৈ মহৈ চৎলক্লে॥
ঈশিং শোকপা চৎপসি লীলা মথল অমনি।

খোয়েন করবশিংনা শকই রাম-গী মণ্ডপদি ॥
সিংহনাদ ধ্বনীনা য়ুমদা লৈবা রানরে।
বন্দা লৈবা উচেকশিং মঙ্গমদগী পাইথোক্লে ॥
শরোক মপান লৈবশিং চেয়ববু য়াওনরে।
ঈশিং শোকপা লাক্লরে মাওবতবু থুংলরে ॥
ঈশিং য়াওবা সনাপুল পুলপ পুয়া থম্মীদো।
মতম য়েংঙু ব্রহ্মা নং লক্ষ্মণ-নবু হায়রেদো ॥
বেদ থিবা হৌগনি মতম য়াম্না চেকসল্লু।
শোয়ারেয়া হৌজিকমক শেকপিন অচু থলকৎলু ॥
অহানবদা শিবনা ঈশিং অসি হৈগনি।
লাইয়ামশিংদি য়াওরনি মীদি তোংলান লৈখিনি ॥
মতম য়োরে ব্রহ্মাদো বেদ থিবা হৌরক্লে।
লাইগী কাংবু অমদি নাগলোকা লৈখরে ॥
হায়রয়রগা লক্ষ্মণ-দো রাম-গী নাক্তা কমথরে।
শোয়ারেয়া সেকপিন পায় য়েংবদবু নিংথিরে ॥
ঈশিং হৈরে সিবনা বেদ থিরে ব্রহ্মানা ;
ঈশিং হৈবা খুদিংগী রাম-না জয় লাউরেদা ॥
মঙ্গলগীদি ধ্বনীনা পৃথ্বী থুক থুক নিকথরে।
পুক্লিং তপ্না তারোকো অর্জুন লিগে হায়রক্লে ॥
লাইগী মরূপ নাগশিং মাইগৈ ভাকপা শুথরে।
মথং মনাও নাইছ্না অভিষেকী তৌথরে ॥
যোগিনী ডাকিনী অমদি নবগ্রহ য়াওথরে।
সমুদ্রনে অমদি ভূতপ্রেত শিংসু য়াওথরে ॥

অমমম্বু চঙহ্নবা ওন্না ঈশিং হৈথরে।
অহুদগী নিংথৌগী কাংলুপ অমুক য়ৌরক্লে॥
মনুভদ্রগী মচাদো শক্রুঘ্ননা কৌরক্লে।
উরে নীলকান্তদো শাওরহুনা হৌগৎলে॥
লুমিৎ থানা পানবা লম জগৎসিগী মনুংদা।
ঐঙোন্দগী হেনববু কনা লৈরি জগতা॥
কৈদৌঙৈদা হেনবগে মনুভদ্র নিংথৌনা।
ওসি অভিষেকসিদি চুমদববু তৌরেনা॥
রবি কুল শাগৈসে লমচৎ চুমজ্রে ওসিদি।
ঐগী মাংদা কনানা লেপচববু ওমগনি॥
লাইনচিংবা অকনবা কনা লৈরি ইমাংদা।
ঐগী তেনবু অমনা জগৎ অসি ওমনিদা॥
ঐগী তেনগী মমাংদা নিংথৌ কনা লেপকনি।
ঐগী মাংদা হৌজিকপু থাংবা কনা ওমগনি॥
অভিষেকপু করম্না তৌগদৌরি লাউরক্লে।
রাহৈ অসি তাবদা রাম চিন্তা তৌথরে॥
শাওরে লক্ষ্মণ লিরুং পায় চিংঙৈ হেক্তা হৌগৎলে।
ওসি হায়বা তারেদো লাইয়ামশিংনা হায়নরে॥
শাগৈ মৈতান অশিবা নীলকান্ত য়াওবনা।
লানবু থোকপা তারে মীয়াম পুম্বা ঙাংনৈদা॥
লিরি থিঙবা অনিনা পৃথ্বী থ্রক থক নিকথরে।
মরোন অহুম মীশিংদো ওন্না চিন্তা তৌথরে॥
অযোধ্যাদা লৈরিবা মুপী অঙাং পুম্বদো।

মহৈ মহৈ লাংনরে লক্ষ্মণ-নবু য়েংবদো ॥
জানকী পুণ্ডরীক সুদক্ষিণা হায়রিবা।
উর্ম্মি চন্দ্রকলা য়েংগদবগী থৌরাংবা ॥
অযোধ্যাগী সুপীদা মগুণ লৈবা মঙানি।
মনাই লিশিং মঙানা লানবু য়েংবা লেপ্পনি ॥
বেদ পাঠ তোক্তুনা মুনিশিংসু য়েংঙক্লে।
ঙাংনববু লৈতরে মহৈ মহৈ থায়ক্লে ॥
অকনবগী ফিজেৎ শেৎ কোক্তা লুহুপ উপথরে।
লক্ষ্মণ বীর মমিত্তা মৈনা ফ্রি ফ্রি কাপ্পক্লে ॥
য়োংকী রাক্ষক ফুরীত্তো চিংথৈঙ হেক্তা লিৎসল্লে।
যুবরাজ লিরুং পায় মৈনা চাকুম শাওরক্লে ॥
থোঙনা পৃথ্বী থিল্লগা থুত্তম্রবু থারকই।
ভেঙ্গোন সভা ময়ামদো কিরে থক থক নিক্লকই ॥
মী লাই নাগনচিংবা পুমকোই কোই য়েংথরে।
নীলকান্ত নিংথৌপু ময়াম মাংদা থোরক্লে ॥
মীয়াম· লাওনা কোইরগা মখোই অনি চোংথোক্লে।
থোঙনা পৃথ্বী থক্তুদা কাওবতদা মৈথোক্লে
ফুশবগী চক্রগুম মখোই অনি লৈনরে।
মখোই অনি য়েংবদা যমগী মত্তোগুমথরে ॥
মখোই অনি থুদক্তা গদাগী লান তোয়ক্লে।
লাই হিংচাবা পুম্নমক মিপাই থবাইনথরে ॥
নিংথৌ মচা পুম্নমক উরবদা রানরে।
অযোধ্যাগী মীওইশিং উবদা রানরে ॥

করম থোক্লরগনি মহৈ মহৈ রানরে।
চপমাননা ময়ামদো মশা গুম্না নিক্লরে॥
উয়বদা রাম-না চিংনগম্ হৌজিক্তি।
পাজল কনবা ইনাওগী থুক্তা কনা লিংকনি॥
মতমসিদা লক্ষ্মণ-না গদা হেক্তা লংলক্লে।
নীলকান্ত গদানা শঙডাইশেনগুম পাইরক্লে॥
নীলকান্ত গদাদো নাপীগুম্না লংথোক্লে।
অতাংবনি হায়দুনা লাইয়ামশিংনা লাউখরে॥
লাইবক কৈদা সুমিত্রা মচা লক্ষ্মণ কংজবা।
লক্ষ্মণ-গীদি মুপীশিং লাইবক কৈদা কংজবা॥
অসিগুম্বা গদাবু লাইনা হেক্তা লংথোকপা।
অতাংবনি হায়দুনা লাইয়ামশিংনা থাগৎপা॥
লাইয়ামশিংনা থাগৎপা তারবদা রাম-না।
সিংহনাদ লাউরক্লে মনাওশিংগা লোইননা॥
জানকী উর্মিলা চন্দ্রকলানচিংলবা।
সুদক্ষিণা পুণ্ডরিক ময়াম পুম্বা হরাওবা॥
মঙ্গল ওইরে লক্ষ্মণ-না লাউবা পৃথ্বী নিকথরে।
নীলকান্ত মবুক্তা গদানা হেক ফুদংলে॥
দণ্ড মরি চুপ্নবু নীলকান্ত রাম্বরে।
মতমসিদা রাম-না লক্ষ্মণ মখুৎ পায়খরে॥
চেক্লেং কোয়ে রাম-না লক্ষ্মণ-বুদি সুংশিনা।
মহাদেবগী নাক্তা মন্ত্র পিরে রাম-না॥
পাণ্ডিথনা মাংহনসি সংসারগী কণ্ডবা।

নীলকান্ত নিংথৌদো অমুক হেক্তা হৌগৎপা ॥
নীলকান্ত হৌগৎলে লাইয়ামশিংনা লাউরক্লে।
লক্ষ্মণ নংগী য়েক্লবা হৌগৎলেবু লাউরক্লে ॥
গাণ্ডিববু পায়রিরো জগৎ অসি ঙাকপিয়ো।
প্রভু নংগী কৃপানা য়াবা পুম্বা কোকহল্লো ॥
লাইগী য়াবু তাবদা লক্ষ্মণ-দা রাম য়েংভক্লে।
ময়ামগী নিংবা থুংহল্লো লক্ষ্মণ-দবু হায়রক্লে ॥
তারবদা গাণ্ডিব পায়রে যুবরাজনা।
লাই হিংচাবা পুম্নমক উরবদা নিক্লেদা ॥
নীলকান্ত নিংথৌম্ব লিরুং হেক্তা পায়খরে।
লক্ষ্মণ-গীদি মথক্তা তেম্না নোংগুম কাপ্পক্লে ॥
থুকাপ লিকাপ অনিগী পৃথ্বী থক থক নিকখরে।
লিরি চিংবা মখোম্না ময়াম থক থক নিকখরে ॥
তম্নরকপা মহৈশিং খাকচববু লৈতরে।
জগৎ অসি মাংদৌরি হায়না ময়াম নিনখরে ॥
যুবরাজ লক্ষ্মণনা পণ্ডপাট খারক্লে।
নীলকান্ত কবচ খদণ্ডনা লংথোক্লে ॥
অমুকবু নোত্তনা দোলায় হেক্তা ককথৎলে।
লাইয়ামশিংদো নিনখরে মগুণ ঙম্না খাগৎলে ॥
অমুক হন্না লিরি চিং যুবরাজ লক্ষ্মণ-না।
তেন নিপান হেক কাপ্তনা লিরুং থক খা ককইদা ॥
নীলকান্ত ইকাইরে পৃথ্বী থক্তা লেপ্লিদা।
লিরুং অমুক পায়থৎলি খণ্ডহৌদনা খুদক্তা ॥

দোলায় অমুক সিল্লগা তেন্দো নমকাপ কাপ্লক্লে।
শাওরম্বুনা লক্ষ্মণ-না দোলায় অমুক ককথৎলে॥
মনাক্তগী দোলায়দা নীলকান্ত চোংখৎলে।
যুবরাজ লক্ষ্মণ-না অমুকবু ককথৎলে।
মতৌ অসুম তৌম্বুনা তোংবগবু ককথরে।
তোংবা দোলায় খুদিংগী লক্ষ্মণ না হেক ককথরে॥
নীলকান্ত নিংথৌদো মায়া অমুক তৌরক্লে।
মাগী মশক মান্নবা লিশিং লিশিং থোরক্লে॥
লিরুং তেন্দো ওয়পায় লিশিং লিশিং কাপ্লক্লে।
লক্ষ্মণ মতোম্মদগা ময়াম অসি থেংনরে॥
অমা অমুক ককথৎলি অমা অমুক থোরকই।
মওং অসি উবদা লাইয়াম চিন্তা তৌরকই॥
ভরত শত্রুঘ্নসু ওয়া চিন্তা তৌখরে।
সীতা উর্ম্মিলানচিংবী মিত্তগী পিবু সিনথরে॥
চন্দ্রকলা খুদক্তা থোনবু থোক্লা কপ্লক্লে।
পুণ্ডরীকা সুদক্ষিণা থক থক নিক্লা রাথরে॥
চিন্তা তৌরে শোরারেন লক্ষ্মণ মতৌ উবদা।
নীলকান্ত খুদক্তা লৈবাক থক্তা লেপ্লিদা॥
চপ লেপ্লগা নিংথৌদো তেম্না মনম কাপ্লকই।
কার্ত্তিক কৌবা তেন অমা নিংথৌনা হেক কাপ্লকই॥
লমখাংদা তুবৎ লক্ষ্মণ-না খুদক্তুদা ককথরে।
সিংহ অস্ত্র লোম্বুন খুদক্তুদা কাপ্লক্লে॥
লক্ষ্মণ-গীদি তেনশিংসে লাইনা পোকপা ওাক্তনি।

নাপল তৌনা নিংথৌনা ময়াইদা হেক ককপনি ॥
সিংহ অস্ত্র ককপসি উরবদা লক্ষ্মণ-না।
তম্মক্লেদো খুদক্তা ব্রহ্ম অস্ত্র লৌতুনা ॥
তরাই তরাই নিংথৌনা অরেম্বদা মাংহল্লি।
রঘুমণি ৬কলক্লে লাইয়ামশিংসু ৬কথরে ॥
ভরত শত্রুঘ্নসু শাওরতুনা থোরক্লে।
লিরুং তেনবু পায়রগা লানবু তৌবা হোরক্লে ॥
নীলকান্ত তেঙ্গোন্দো য়েংলতুনা চ৬৬ক্লে।
তেম্না হেক্তা থাতুনা ময়াম অসি হাংলক্লে ॥
শগোল শামু অয়াম্বা দোলায় তোংবা তুরক্লে।
শিংথাবদা ৬ম্মরোই তুপ্রিবদো য়ামথরে ॥
উরবদা লক্ষ্মণ-না তৌম্নু তৌম্ন লাউরক্লে।
ভরত নিংথৌ কমদৌনা হুংশিববু শারিবা ॥
নীলকান্ত মহাক্কী তেঙ্গোন করম হাংলিবা।
ঐগী উর্মিলাগুম্বী মাগী তেঙ্গোন লৈরিবা ॥
ননাওহুপীগুম্বনি তেঙ্গোন ময়াম লৈরিসে।
মীয়ামসিনা ঐহাকপু থিনা ৬াংনখিনিসে ॥
ভারো ইনাও শত্রুঘ্ন ঐহাক্কীবু রাহৈসে।
ঐগী চন্দ্রকলাদা নংনা য়েংগুম্বনিসে ॥
কয়ামরুম মাইথিবা ওইরকপগে ঐহাকপু।
হৌজিক করম লানসিদা চ৬৬কপগে নথোইবু ॥
মেঘনাদ হাংপবু কান্দা নথোই কৈদৌরে।
নোংপোক চংপা কান্দনা কৈদৌহৌই লাউরক্লে ॥

পাতাল ওহা কান্দনা কৈদোহোই নখোইনা।
করিদোবা থোরকই মতমসিদা নখোইনা॥
ককপা য়ারোই লিরূং তেন ককপা য়ারোই দোনায়দো।
চুমদববু লাল্লোংদি করি মতা তৌরোইদো॥
য়াম-সে নারায়ণনিদো চুমদববু তৌরোইকো।
সতা ময়াম লৈরেদো মহাদেব কম্মেকো॥
মরোন অহুম লাইশিংসু মাইপৈ থম্না লৈম্লেকো।
পুক্লিং য়া:: হরাওনা নাগলোকসু কম্মেকো॥
পূম্নমকী মমাংদা ধর্ম্মতনা হিংগনি।
চুমদবগী লাল্লোংনা করম মঙ্গল ওইগনি॥
ধর্ম্মতনা অরেম্না ধর্ম্মতনা উপায়নি।
চুমদববু তৌরগা শাগৈ তুম্না মাংগনি॥
অতোপ্পগী কনবা থল্লীবদো সাধুনি।
অতোপ্পগী মাংনবা থল্ল বদো হিংসানি॥
য়াহৈ অসি ত'বদা রাম-না হেক হায়রক্লে।
লাও লক্ষ্মণ কোরগ চেক্লেং হেক্তা কোম্লক্লে॥
অতাংবনি হ'য়ত্নুনা লাইয়ামশিংনা থ গৎলে।
অত্তুদগী অকনবা অনি কম্না থেংনরে॥
বায়ুবানবু শত্রুনা কাপ্লে চিংদৈ লক্ষ্মণ-না।
তুরে তেঙ্গোন মম্নামদো শিংথাববু তমদনা॥
ই-না লৈখোম থোক্লক্লে তুরেনগুম্না চেম্লক্লে।
লংজা উমাইবী য়াকোম্না শুংতাইনা জগোই শায়ক্লে॥
অনিসিনা থেংনবা শিংথাবদা অয়োই।

কনাগীবু জীবনা শিংথারুবা ভস্ময়োই ॥
বায়ব্য অস্ত্র লক্ষ্মণ না থুদক্তুদা শৎলক্লে ।
নীলকান্ত বীরনা ভুবৎ হেক্তা ককথরে ॥
দোলায় অনি থোক্তুমৈ গম গম হেক্তা থেংনরে ।
দোলায়দগী চোংথনৈ পৃথ্বীদা হেক লেপ্পক্লে ॥
মথোইনিগী মপাঙ্গল পৃথ্বী থক থক নিকথরে ।
পৃথ্বীথক্তা মথোইনি পুল্লপ হেক্তা রাম্থরে ॥
মওং অসি উবদা জানকীদো কপ্পক্লে ।
চন্দ্রকলা উর্ম্মিলা শ্রুপী ভয়া কপথক্লে ॥
হা—ইবুংঙো ভুরেদো হৌজিক করি তৌগনি ।
জানকীনা কপ্পক্লে রঘু শাগৈ মণিনি ॥
নংগী পাম্বোম পাঙ্গম্না রাম-ন নিংথৌ ওইবনি ।
ঐনা রাণী ওইবস্থ নপান্দগী ওইবনি ॥
চহি তরা মরিবু বন্দা চৎপা কান্দুদা ।
নহাক্তনা রাম-গী পাঙ্গল ওইথিবনিদা ॥
সনাগী কাংথোন মথক্তা চেপাকদবা দেহেনা ।
লৈমা লিশিং কয়ানা মতিক চাবা সেবাদা ॥
অহুগুম্বা দেহেনা লৈবাক থক্তা চোপ্পব ।
রাম কৌবা মিং অসে কায়দরে তশেংবা ॥
অরেম্বনি গাণ্ডিব পৃথ্বী নিকত হায়নৈদা ।
ঐনা লান্দুম থোকসিন্না দুর্গা মশক লৌথনা ॥
চন্দ্রকলা মাতুলি কোরে দোলায় পুরকই ।
মাংদা হেক্তা থুংলরে দোলায় থক্তা কারকই ॥

জানকী উর্ম্মিলা চন্দ্রকলা অহুম লোইননা।
ময়ামগী ময়াইদা অহুম হেক্তা থুংলৈদা॥
উরবদা রাম-দো পুক্নিং মান্না ৱারক্লে।
থুত্তা লিক্লং পায়দুনা শাওরে রাম হৌগৎলে॥
উরবদা লাইয়ামদো পুমণক হেক্তা ঙকখরে।
মহাদেব হৌগৎলে রাম-বু পায়রে খামজল্লে॥
কৈগু চিন্তা তৌরুদু র'ঘুবনি শিরোইকো।
লক্ষ্মণ ওহাক লৈরগা হৌগৎলনি য়েংঙুকো॥
লক্ষ্মণ থুদক অদুদা চিংঙৈ হেক্তা হৌগৎলে।
জানকীবু লৈরম্বা উরবদা ইকাইরে॥
নীলকান্ত নিংথৌসু থুদক্কুদা হৌগৎলে।
তেন্দো শৎলে লক্ষ্মণ-না তেঙ্গা অমুক থোংলক্লে॥
ইকাইখিবা মরম্না অশাওববু মাংওইনৈ।
নীলকান্ত বীরসু তেন শৎলক্লে লানথেংনৈ॥
অনিসিগী লাল্লোংসে উরবদা থাগৎনৈ।
লিক্লং থিংবা মখোন্না পৃথ্বী নিকই থাগৎনৈ॥
সমুদ্রগী ঈশংদো ইথক রা রা হৌথরে।
মী লাই পুম্বা কিনরে থরাই লৈবা কাওনরে॥
মরোন তরামরিসে ফেৎ ফেৎ হেক্তা হাইখরে।
মহাঅস্ত্র কৌরবা তেন্দো লক্ষ্মণ কাপ্লক্লে॥
মতমসিদা লাউরক্লে সিবমহাদেবনা।
গঙ্গাদগী ফংলকপা তেন্দো কাওরে নহাক্না॥
তারবদা লক্ষ্মণ-দো মরম পুম্বা নিংশিংলে।

তেন্দো লক্ষ্মণ পাম্নচনা খুদক্তুনা শন্তোরে ।
তেনগী মচিন অচদা মৈনা ফি ফি কাম্নরে ।
পুং মরিগী লমমথৈ মৈত্তাম্লনা সিনখ্রে ।
মীদি লাইমি রাম কাণ্ড মৈনা থাংবা ঙমদেদা ।
মী লাই হিংচাবশিংমু ওম্না হা হা লাউনৈদা ।
জগৎ লোইবা তাম্নবোই নিংথৌশিংমু থরৈদা ।
মতমসিদা তেন অদো হুং হুং হেক্তা ঙংখিদা ।
নীলকান্ত মতক্তো নোংথাং কুপকুম ককখরে ।
অককপব কোক্তুনা কোটি অহম হাংখরে ।
হুংশিংকী মথাং থাহনা মকোক অহু পাম্নরে ।
লক্ষ্মণদ ’মুক থাম্নরে থক থক নিঙ্খা থাংখরে ।
মতমসিদা লক্ষ্মণ-না শদা পায় খুদক্তা ।
মকোক অহু থোমখরে অশাওবগা লোইননা ।
উম্নবদা রাম-দো অগোই হেক্তা শাখরে ।
লাইহিংচাবা পূর্ণমক সিংহনাদ লাউখরে ।
পুংসেনর দৈয়ত্রে পৃথ্বী থক থক নিকখরে ।
মতমহুদা পৃথিবী মথুং লোমৈ খুরুম্নে ।
ঐদি কবি নৈজদে নংদি জগৎ মপুনি ।
মচিন ননাও অনিদি অবতার ওইবনি ।
অতাংবনি জগৎসে প্রভু অনি লোকপিবা ।
কৃপাদগী ননাই ঐ কংচে রাবা কোকচবা ।
চেং থোইদিং পাম্নহনা জানকীনা চাইখরে ।
মমাশিংগী কাৎনা মজল ওইরো নানখিরে ।

লাইয়ামশিংনা মৃদঙ্গ লৈবু সুইনা চাইখরে।
পুংগী সেনগী ধ্বনিনা আকাশসি থনখরে॥
মপুং লোমৈ লাইয়ামশিং স্তবনবু তৌখরে।
হিংচাবগী মকুপ্পা দণ্ডবতপু কংখরে॥
ব্রহ্মা বেদ খিখরে জগোই ইশৈ হৌখরে।
মঙ্গলতগী খোল্লাউনা মাইগৈ মরি নিনখরে॥
মহৈ মহৈ নিংথৌশিং অভিষেকপু তৌরক্লে।
লাইহিংচাবা পূম্নমক অভিষেকপু লোইখরে॥
জানকীগা লোইননা নিংথিজনা ডাল্লকপা।
কোকথক্তুদা সনাগী লুহুপ্তুনা নিংথিবা॥
লক্ষ্মণ-গীবু কোক্তনা সনাগী লুহুপ ফজবা।
সনাগী সিংহাসন্দুদা নিংথিজনা ফজবা॥
রাম-গীদি থক্তুদা শোরারেম্না সেকপিন পায়।
লক্ষ্মণ-গীদি থক্তুদা যমরাজ সেকপিন পায়॥
মাইগৈ তরা ডাকপা লাই নিংথিজনা ফম্লবা।
মুণিগীদি কাংবুনা বেদ পাঠ তৌরকপা॥
সনাগী চক্ষু অহুদা ঈশিং থম্না শোক্লকপা।
রামগী সনা কোকথোনথক নিংথিজনা হৈরকপা॥
লাইবক ফবো সুপীনা মাংদা মঙ্গল লাউরকপা।
বরাহ পীনাক হায়রিবা মখোন সুংশি সুংশিবা॥
ঝাঝরা মৃদঙ্গ বংশী মখোন সুংশিবা।
ঢাক ঢোল বংশী করতাল মখোন করা সুংশিবা॥
গন্ধর্বনা ইশৈ শক বিদ্যাধরী জগোই শাই।

সুগ্রী অতাং পুন্নমক মহৈ মহৈ হয়াওই ॥
সনা খুজোক খুজোকপু দান তম্না হেক তৌখরে ।
লক্ষ্মীদসু চাইথোকই ব্রাহ্মণশসু কংখরে ॥
সিবগী মকম দানবু থোইনা য়াম্না কংখরে ।
ফিরোন সনা অমদি মণিনচিংবা কংখরে ॥
ব্রহ্মাগীদ মফমদা মপান নাইদে কংখিবা ।
লাইয়ামশিংদা থংপা দান হন্দুরে ইকো শিংথাবা ॥
শ্রীরাম-গী মনাক্তা মীপুম তিংনা চডভকপা
সনা ফিনচিংলবা য়ামথরেদা কংখিবা ॥
শক্তি হুপীশিংঙদা শারি কয় কংখরে ।
সনা লুপা মণিনে ফিগা লোনগা য়ামথরে ॥
অন্তদগী ভরতসু দানবু য়াম্না তৌরকখি ;
য়াম্না পিনহৈবনি ভরত মীনা হাংনখি ॥
শত্রুগী যুমদুবী চাকপু পোংবা লেইথরে ।
মকোক ওইবা লাইদগী হৌদুনা পিজরে ॥
মরোন অহুম নিংথৌশিং মনিং থুংনা পিজরে ।
মনা মনম নাইরবা মীপুম তিংনা য়েনখরে ॥
প্রজা পুম্বা মংমনা মদুক তম্না পেনথরে ।
ব্রহ্মাবুচিংলবা লাইয়াম তম্না হোগংলে ॥
রাম লক্ষ্মণ চরণদা লোঙচুক্না চংলি ।
রঘুমণি তাবিয়ু ঐখোই পুম্বা খংজরি ॥
ঐখোই পুম্বা অশনবা লৈহনবিয়ু প্রভুনা ।
রঘুমণি তাবদা হুংতাইববু ওইদ্রেদা ॥

রাম-না হায় রারহু ইনাও লক্ষ্মণ লৈরিকো।
রাহৈ অসি তাবদা লক্ষ্মণনবু হায়খিকো॥
ঐনা বর নিরগে লাইয়াম পূম্ব তারোদো।
রারী অসি তাক্রবা অহগুম্বা মীশক্কো॥
মানা মানা নিংজবা থুংবা বর পিবিয়ু।
যুগপু কয়ামরুমগী পাম্ব কোকপা পিবিয়ু॥
রাহৈ অসি তাবদা লাইয়াম পূম্বা লাউরক্লে।
নিংবা থুংবা শইসহু নুংঙাইনবু লাউরক্লে॥
ব্রাহ্মণনবু চিংলবা ওম্না বরহ তৌরক্লে।
নিংথৌ মচা পূন্নমক ওম্না বিদায় লৌনরে॥
ধূপ থাংমৈ লৈ অরোইবদা কংখরে
দাক্ষণানচিংলবা অমুক হন্না কংখরে॥
নিংথৌ মচা পূন্নমক মাপূমতিংনা থুরুমখি।
মাগী মাগী তেঙ্গোনগা মরৈবক্তা হন্নখি॥
মথুং লোম্নে ধনঞ্জয় অমুক হন্না হক্কংলে।
রামায়ণবু কনানা তানিংদনি হায়রক্লে।
ব্যাসনা হায়রকই মরম অহু হায়গেক্কো।
রাবণ হাৎননবগী রাম চন্দ্র পোকহকো॥
রারী পূম্ব ভ্রাদ শোইরোই স্বর্গ ফংগনি।
অরেম্বদা শাংদরে মরু ওইব লিবনি॥
রাম গী অভিষেকসিদি অমুত্তগা মশাক্কি।
লাইথুং পাপম্ব কোক্রবা রাম-গী ইতিহাসনি॥
রাম-গী অভিষেকসিদি তাজববু মীশক্কো।

যমনা মাবু পুনবদি ওমদরেকো মীশক্তো ॥
পাণ্ডব মঙা থুরুম্মী ব্যাসদেব চরণদা।
ব্যাসনা হায় যুধিষ্ঠীর নিংথৌ ওইনি শোইরোইদা ॥
বর পিরে চৎথরে পঞ্চপাণ্ডব লৈহৌরে।
রাম-গী ইতিহাসবু তাজবদা পেজরে ॥
জয়চন্দ নিংথৌনা রারী অসি পামজবা।
পাপ কোক্লে হায়রগা হরি চরণ কংনবা ॥
রাম-গী ইতিহাসবু পুক্লিং চঙনা তারবা।
মানা নিংবা থুংলৈদা চঙবা ওমদে রেক্লবা ॥
লাইরিক অসি থম্লগা রাম-গী নাম্বু শোজবা।
অশ্বমেধ চামগী ওইরে ফলগা মান্নবা ॥
মচা কংদবা কংঙিদো মরন লৈতবা লৈরেদা।
শিরবস্থু বৈকুণ্ঠ মীশক্তুনা কংলৈদা ॥
জয়চন্দ নিংথৌগী রাথং মতুং ইন্দুনা।
ইতিহাস ইজরি ভবাণীনাথ ব্রাহ্মণনা ॥
ইমালোনবু পাম্লবা মাগী কৃপা অহূনা।
ইমালোনবু ইজরি তোম্বুরবু [illegible]নাইনা ॥

মতাং অম্রিদা শ্রীলক্ষ্মণ [illegible] [illegible]নীথনা হান্না মীরৈবাকী লোনা ইরম্মদো হৌজিক [illegible]পুরী ইমালোন্দো [illegible]বা লোইজরে।

